# অন্যান্য ভারতীয় সাহিত্য
## এবং
# সাহিত্য শাস্ত্র



ডঃ [illegible]

# অশম্বা ভারতীয় সাহিত্য অমসুং সাহিত্যশাস্ত্র

## ( A BRIEF STUDY OF INDIAN LITERATURE AND LITERARY CRITICISM )

অইবা

**ডাঃ শ্রীসংলাকপম্ ইবোমচা শর্ম্মা**

এমঃ এঃ (মণিপুরী, সংস্কৃত) পিঃ এইচঃ, ডিঃ (এমঃ ইউঃ)

এসোসিয়েট প্রোফেসার মণিপুরী (বিভাগ, (এম, ইউ)

ফোংজবীঃ
**শ্রীমতি সংনাকপম্ ওংবী ইবেমহল দেবী**
ওইনাম লৈকাই পিশুমথোং, ইম্ফাল।



অহানবা খুৎনম ১৯৮৫
কোপী — ৫০০,

অনীশুবা খুৎনম — ১৯৯৭
কোপী — ১০০০

মমল — মখুম অপাবা লুপা ৮০/-
মখুম অথাবা লুপা ১০০/-

নম্ফমঃ
**ইবোয়াইমা প্রিণ্টর্স**
মোহবাংখোম লোক্রাংবুং, ইম্ফাল।

কচ্চবা

ঐগী ইমাপোকপা ইবুধৌ
"৺গোপাল শর্ম্মা" গী
খুয়াখাদা নওগী লাইরিক
"অশপা ভারতীয় সাহিত্য অমসুং সাহিত্যশাস্ত্র"
নোম্লক্না কচ্চরি।

নংগী নও
শ্রীইবোমচা শর্ম্মা

## ৱা অমনীদং

শ্রীসংলাকপম্ ইবোমচা শর্ম্মনা ইবা "অশঙবা ভারতীয় সাহিত অমসুং সাহিত্যশাস্ত্র" হায়বা লাইবিক অসি য়াঁহে অমত্তা খাত্তনা মুন্ন পাবে। লাইবিক অসিগী বপু (body) অসি য়েংবদদি য়াম্না শীরুবসু মগুং লৈবা লাইবিক মচা অমনি হায়নীংঙি। লাইবিক অসিগী মনুংদা সাহিত শব্দগী ব্যুৎপত্তি, সাহিত্যগী হৌবকফম নৈনবগা লোয়ন লোয়ননা সাহিত্যগী রস অলঙ্কারগী তত্ব পুন্নমক অমত্ত চীখদনা য়াম্না শেংনা তাক্লি। মীওইবগী পুন্সিগী উদ্দেশ্য অমসুং বিধেয় (aim and object) দি সাহিত্যনি। মবমদি শম্না হায়ববদা মপানগী হকচাং (elementary body) অসিগা আত্মাগ য়াম্না শিংনা sciencitifically ওইনা সহিত ওইহনবগী অমদি তিন্নহনবনি তুমিত্তগী ব্রহ্মা ফাওবা অমত্তা ওইনা co-operate তৌহনবনি। ইংবেজী লোনগী literature হায়বা ঈচম চম্বা অর্থ পুবা অদুগুম্বা শব্দ নত্তে। মসিগী তত্ব পুম্বসি ফুদোক্লনা লেখক অসিনা ইথোকপসি থাগৎনিংঙাইনি। য়াম্না কুপ্পা ঋদুগী মথক্তা শম্না সাহিত্যগী তত্ব পুম্বা খঙনীংবশিংনা লাইবিক মচা অসি পাবিব্দা য়াম্না কান্নবা ফংগনি হায়না আশা তৌজে।

পদ্মশ্রীকালাচাঁদ শাস্ত্রী

কল্যানীয় শ্রীসংলাকপম্ ইবোমচা শর্মগী "অশম্বা ভারতীয় সাহিত্য অমসুং সাহিত্যশাস্ত্র" টাইপসু পাইকানি। মশ-খোজন্দা অতিয়া মকোয় লোইনা উবগুম শর্মগী লাইরিক মচা অসিদসু ভারতীয় তথা সংস্কৃত সাহিত্য জগৎকী অপূনবা শক্তম অমা তশেং তশেং উই। সংস্কৃত-সাহিত্যগী অপূনবা শক্তম (Sanskrit book-lore) সাহিত্য ক্রমবিককাশ (development) অমসুং পরিণতি (full-growth) গী লীথোক্ত লীরিবা মরী কৈজে। বেদ, পুবাণ অমসুং মতুং যুগগী সাহিত্যশিংগী অপূনবা শক্তম অমমম লৈয়িনা লাক্তুনা পীরিবা নীংথি। নীংথিবদা নত্তে, থবায়নৈ। লোয়ননা, মতাং চানা চানা মশক-নাইবা লাইরিকশিংগী থর-থরদং নৈনবসু অপাবদা গ্রন্থবিদ্যা (bibliography) পীবদৌনা থোক্কই। পুম্নমক অসিদা পাণ্ডিত্যগী নীংথিবা খেল অমা ওই-নুঙাই। A thing of beauty is a joy for ever.

শ্রীশর্মগী লাইরিক মচাসি অধ্যয়ন, অধ্যাপনা অমসুং গবেষণা তৌবা মীপম খুদিংগী থোইনা কান্নানিঙাইনি।

১ জুন, ১৯৮৫ অশাংবম শ্রীমীনকেতন সিংহ, পদ্মশ্রী

শ্রীশংলাকপম্ ইবোমচা শর্ম্মনা তেনলবা মতমদা ইদুনা কোঙদোকপা "অশন্বা ভারতীয় সাহিত্য অমসুং সাহিত্য শাস্ত্র" কৌবা লাইরিকসিনা সংস্কৃত সাহিত্যগী মশক খরবু ভারত্তা চৎনরম্বা ভাবশিংদা উৎলি। সংস্কৃতকী ওমথেদি পাকচাউই অমসুং হীরম কয়াদা নৈনে হায়রবসি অইবগী ম্বাহৌদোক্তা পনলে। ঐখোয়গী লমদমদা সংস্কৃত পণ্ডিতশিং অমসুং সংস্থান খরনা মৈতৈলোন্দা লোনসিগী লাইরিক কয়া কোঙলকপা উই; তৌইগুম্বসুং সংস্কৃত সাহিত্যগী ওইবা মচাক্তি হৌজিক ফাউবদা থেংনম্রি। Literary Criticism (সাহিত্য শাস্ত্র) গী মরমদা লাইরিক খরা উরবসু হৌজিক্কী পুক্লিংদা চান্নবা অমসুং লাইনা ইথোকপদি য়াউদে। অম্বাংগা অনীসিমক লাইরিকসিগী অহানবা অমসুং অনীশুবদা নৈনদুনা লেখকনা কোয়া কোকহনলি। সংস্কৃতকীদমক নোমথিবা ভারত্তা পোক্তবা মীওইশিং মেক্সমূলর, উইলিয়ম জোহন্স অমসুং বিন্টরনিটজ পনবদা নুঙাইবা ফাউই।

লাইরিকসি মঙ্গামগী মমাঙদা থমলকপদগী ইমালোনগা সংস্কৃত সাহিত্যগা মরী নৈনবদু থীগৎলকপা অমসুং অম্বাংবা মহৈ তম্ফমগী ছাত্রশিংনা সংস্কৃত নৈনরকপা অমসুং সংস্কৃত পণ্ডিতশিংবু ঈকাইখুম্নবা হেনগৎলক্কনি হায়না থাজে। শ্রীইবোমচা শর্ম্মা সংস্কৃতকীদমক হনবা লৈতনা নোমলিবা মীশকনি। মাগী খুদোল লাইরিক অনীশুরকপসি ময়াম্না নৈনদুনা ভারত্তা পুনরিবা ভাবশিং অসি মাঙহন্দনবা হোৎনবিরক্কনি হায়না নীংজে।

শ্রীডাক্তর এমঃ কীর্ত্তি সিংহ
M.A., LL.B., PH. D.,
সেনিয়র লেকচরর এণ্ড হেড ওফ ফিলোসোফি,
প্রিন্সিপার্ল ডিঃ এমঃ কোলেজ ওফ আর্টস এণ্ড কমর্স

ইম্ফাল,
তাং ১।৬।৮৫

# ৱাহৌদোক

পৃথিবীগী খ্বাইদগী লিরবা লোলশিংগী মরক্তা সংস্কৃত অসি অমনি। লোল অসিদা লৈরম্বা ভাষা (Language) সাহিত্য, (Literature) সংস্কৃতি (Culture), দর্শন (Philosophy), ধর্ম (Religion), অর্থনীতি (Economics), রাজনীতি (Policics), সমাজশাস্ত্র (Sociology), জ্যোতিষ (Astrology), ভাষা বিজ্ঞান (Linguistics), ইতিহাস অমসুং পুরাতত্ত্ব বিভাগ (Ancient History & Archology), আয়ুর্বিজ্ঞান (Medicine), রসায়ন শাস্ত্র (Chemistry), জীববিজ্ঞান (Life Scince), অসিনচিংবা বিষয় পুম্নমক অসি য়েংলুরগদি অরিবা মতমগী যুগতা লোল অসিদগী হেন্না মপুং ফাবা অতোপ্পা লোল অমা পৃথিবীদা লৈতে হায়বসি পৃথিবীগী পণ্ডিতশিংনা শীংথানরম্মি। মতাংসিদা নোংচুপলোমগী পণ্ডিত অমগী ৱাফম পন্দবা ওমদে—

*"If we wish to learn to understand*
*the beginning of our own culture,*
*If we wish to understand the*
*oldest Indo-European culture,*
*we must go to India, where*
*the oldest literature of an Indo-*
*European people is preserved"*

*Winternitz.*

অসুম তৌদুনা নোংচুপলোমগী পণ্ডিত চা কয়ানা খৃঃ ১৭ শুবা শতাব্দীদা হৌদুনা ২০ শুবা শতাব্দী ফাওবদা লোল অসি নৈনদুনা পৃথিবীদা লোল অসিগী মতিক মগুণ শীংথাদুনা খঙহল্লম্মি।

ভারতবর্ষগী তোঙান তোঙানবা প্রান্তীয় ভাষা পুম্নমক্তা সং[illegible] লোলগী লাইরিকশিং অনুবাদ তৌদুনা মাগী মাগী লোলগী লঙ্গে থলহনখ্রব্রি। মণিপুরদসু ময়াই থংবা যুগতগী হৌদুনা সংস্কৃতকী প্রভাব খরদি নাকোইননা

অমদি হাকথেংননা তারকখি। অদুম্নদি ওইরগা মরুওইনা ধর্ম্মগ্রন্থ খরগা সাহিত্যগী লাইবিক খরগা নত্তনা সংস্কৃতকী মখল-মথেলগী বিষয়শিংগী অনুবাদকী লাইরিকশিংদি য়াম্না বাৎলি। ইজরিবা লাইবিক মচাসি সুপ্পা লৌকিক সংস্কৃত সাহিত্য অমসুং সাহিত্য শাস্ত্র (Classical Sanskrit Literature and Literary Criticism) গী সুপ্পা কায়াৎ অমত্তং পীনবা হোৎজবতনি। ঐনা আশা তৌজে পাবিরিবশিংনা তোঙান তোঙানবা সাহিত্য অমসুং সমালোচনাগী লাইবিকশিং নৈনবিদুনা অমদি অনুবাদ তৌবিদুনা মণিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা খুদোল তম্বিরক্কনি।

লাইবিক অসি অসাম য়ুনিভরসিটি, শিলচরনা পাঠ্য পুস্তক ওইনা তম্লবি, মণিপুব য়ুনিভবসিটিগী M.A. গী ছাত্রশিংনা Help Book ওইনা চহি কয়া য়াম্না পাম্নবা শীজিন্নরি। Research Scholar কয়ানা লাইবিকসি নৈনবীরি।

ঐনা আশা তৌজে। মদুদি হায়গীদুদগী খরা হাপ্তোক হাপচিন তৌজবগা অনীশুবা খুৎনমসি পুথোকচরি। মসিনা বিষয়সিগী ছাত্রশিংদা কান্নবা পীনবীবা ওইসনু।

পোইনু পূর্ণিমা
তাং ১৪।১২।৯৭ ইং

ডাঃ ইবোমচা শর্ম্মা

# অহানবা শরুক

## ভারতীয় সাহিত্য



# অনীশুবা শরুক

## সাহিত্য শাস্ত্র

# সাহিত্য

**সাহিত্য শব্দগী পরম্পরা**

ৱাহৈ অসি সংস্কৃত লোন্নি। অদুবু অইবনা সাহিত্য হায়বা ৱাহৈ অসি করম্বা মতমদগী কনানা হৌদোক্লুনা শীজিন্নবা হৌখিবগে? হায়বগী মরমদা খঙনীংদুনা থিবা মতমদা সাহিত্য দর্পণগী টীকা[১]গী ৱাহৈদোক্তা "সাহিত্য সাঙ্গীতকলা বিহীনঃ সাক্ষাৎ পশুঃ পুচ্ছ বিষানহীনঃ—ভর্তৃহরিঃ" অসিগুম্বা অর্থ লৈরবা ৱাহৈ অসি ঙসিদগী চহি লিশিং অনীগী মমাংদা লৈরম্বা ভর্তৃহরিনা সাহিত্য হায়বা ৱাহৈ অসি ইহান হান্না শীজিন্নবা হৌখি। মসিগী মমাংদদি সাহিত্যগী মহুত্তা কাব্য হায়বা ৱাহৈ অসিনা সংস্কৃত সাহিত্যগী শাংলবা ইতিহাসতা শীজিন্নদুনা লাকখি। ১৪ শুবা শতাব্দীদা উরিষ্যাগী সংস্কৃত সমালোচক বিশ্বনাথনা মাগী কাব্য শাস্ত্রগী মমিংবু সাহিত্য দর্পণ কৌদুনা কাব্যগী মহুত্তা সাহিত্য হায়বসি শীজিন্নদুনা লাকখি। সাহিত্য অমসুং কাব্য অনীসি ৱাহৈ তোঙাঙ্গরবসু নুংগী অর্থদি চপ মান্নে। মরমদি কাব্য হায়বগী অর্থদি কবিগী সংসাব হায়বনি। ধ্বনিকার আনন্দ বর্ধনননা মাগী ধ্বন্যালোককী অহুমশুবা উদ্যোতকী লমায় ৫৫১ দা অসুম্না ইবম্মি:—

অপাবে কাব্যসংসাবে কবিরিব প্রজাপতিঃ। যথাস্মৈ রোচতে বিশ্বং তথৈব পরিবর্ত্ততে॥ মপান নাইদ্রব কাব্যগী সংসার অসিদা কবিসিমক সংসার শেম্নীবা ব্রহ্মামক্নি। ব্রহ্মানা হেক পাম্ব অদুগী মতুং ইন্না সংসার শেম্মি; অদুগুম্না কবিনসু মাগী কল্পনাগী মতেংনা মাগী কাব্যগী সংসার শেম্মি। অদুনা কাব্য অসি কবিগী শেম্নিংবা মওংদা শেম্বা সংসারনি।

কাব্যগী পবিভাষা পীবদা বিশ্বনাথনা হায়ঃ— ৱাক্যং বসাত্মকং কাব্যম্—সাহিত্যদর্পণ। কাব্যদা তঙাইফদবা মচাক্তিঃ রসনি। অদুগা সাহিত্য ৱাহৈসিদা য়াওরিবা স+হিত+ষ্ণ্য = মপুং ওইবা হিত অসিগী অর্থদি

---

১। *শ্রীলালগ্রাম শাস্ত্রী বিমলাখ্য টীকাগী ৱাহৈদোক্কী অহানবা লমায, ৯ ... শুংনম, ১৯৭৭, মোতীলাল, বনাবসীদাস, জবাহবনগর, নয়ী দিল্লী।*

অপেনবা, নুঙাইবা হায়বনি। অদুনা কাব্য অমসুং সাহিত্যগী মরুওইব য়াওদবা য়াদবা মচাক্তি রসনি হায়বদি নুঙাইবা অমদি অপেনবনি। সংস্কৃত লোন্দা সাহিত্য হায়বসি শীজিন্নদ্রিঙৈগী মমাংদা কাব্য কৌদুনা লাকখি, মতমগী য়াওন মতুং ইন্না ১৪ শুব শতাব্দীগী মতুংদগীদি কাব্যগী মহুৎ শীন্দুনা সাহিত্য চঙলকখি। তুংদা পাক চাওনা বাখল মীৎয়েং কয়াদ নৈনরকখি। মমৈথংদা ঙসিগী যুগতা সাহিত্যিনা লৌরিবা অর্থ অমসু মীয়েংশিংসি লাকখি।

***সাহিত্য শব্দ শীজিন্নবা হৌদোক্লম্বা ভর্তৃহরি অমসুং মাগী সাহিত্যগী অর্থ মরোগী মরমদা ব্রারেং অমা শম্না ইয়ু ঃ—***

বিক্রম শতাব্দী হৌদোক্লম্বা বিক্রমাদিত্যগী ময়াম্বা ভর্তৃহরি মহাক অসি ব্যাকারণ শাস্ত্রগী লমদা অনৌবা ইনোৎ অমা হাপ্তুনা মাগী তোপ তোপ্পা মফম অমা থনশিন্নি। মহাক্না "শব্দব্রহ্ম" হায়বা সিদ্ধান্ত অসি পুথোক্লুনা ব্যাকরণগী ক্ষেত্রদা নৈনবা হৌখি। অদুনা মাগী "বাক্যপদীয়" কৌবা লাইরিক অসি ঙসি ফাওবা ব্যাকরণগী হায়বদি লোল-নৈনবগী ইতিহাসদা থোইদোক্লা শীংথানরি।

ব্যাকরণগী লমদদা নত্তনা সাহিত্যগী লমদসু মাগী অবদান অৱাংপা নত্তে। মানা ইরম্বা "নীতিশতক" সাহিত্যগী ক্ষেত্রদা তোপ তোপ্পা মফম অমা থনশিন্নি। মাগী ফজরবা পাউবৌ— "সাহিত্য সঙ্গীত কলা বিহীনঃ সাক্ষাৎপশুঃ পুচ্ছবিষানহীনঃ" সাহিত্য অমসুং সঙ্গীত কলাগী লমদা নুঙাইবা ফংদ্রবা মী অদুদি খুজিল অমসুং মমৈ পান্দবা শানি। মসিনা তাকপদি মী অমা ওইবা তারবদি সাহিত্য অমসুং সঙ্গীত কলাগী জ্ঞান তঙাইফেদনা লৈবা তাই। হায়রিবা বিষয় অনী অসিগী জ্ঞান লৈত্রবা মী অদুদি শাদগী হেন্না তোল্লি হায়বনি।

পীরিবা শ্লোক অসিদা য়াওরিবা সাহিত্য অমসুং সঙ্গীত কলাগী অধিকার হায়বদি শকক য়াগদৌবিবা মীশক অদুগী মবমদা হাল্লনা নৈনদুনা য়েংশি। শ্লোক অসিদা যাওরিবা "পশু" হায়বা বাহৈ অসিগী অর্থদি "যঃ সর্বমবিশেষেণ পশ্যতি স পশুঃ" হায়বদি অফবা ফত্তবা, অমাং-অতোং, [illegible]বা কান্নদবা উবা ঙমদ্রবা জীব অদু শানি। অদুবু সংসারগী শেম্বিবা মশুনা শাশিং শেম্বিবা মতমদা মশাব্র নুঙাইজনবা অমদি য়েক্রুবশিংদগী

ভাকথোকচনবগী পাম্বে ওইনব্বা হায়দুনা য়ামদ্রবদা মমে, খুজিললনচিংবা পালহল্বিরম্মি। অদুগা সাহিত্য অমসুং সঙ্গীতকলাগী লমদা নুঙাইবা ফংদ্রবা মী অদুদি শাদগীসু হেন্না তোল্লি হায়বসি শেংনমক উৎলি।

বিদ্যাগী মখেম্মা সরস্বতী দেবীগী খুৎ-নামদা বীণা যন্ত্র অদুগা অতোপ্পা খুৎ-নামদা বেদ পাই। ভর্তৃহরিনা বীণাগী অর্থবু সঙ্গীত, অদুগা বেদগী অর্থবুনা সাহিত্য হায়না লৌদুনা মাগী শ্লোক্তা শীজিন্নরম্মি। হৌজিক অহানবদা সঙ্গীতনা মীওইবগী জীবনগা কয়া য়াম্না নক্লবগে হায়বদু খাহে থরদং নৈনসি — সঙ্গীত হায়বদি "ত্রিকং সঙ্গীতমুচ্যতে" অসুম্না পীরম্মি। মসিগী অর্থদি ঈশে, জগোয় অমসুং পুং অহুমগী অপুনবা শক্তম অদুবু সঙ্গীত হায়না কৌই। ভারতীয সংস্কৃতি পবস্পরাগী মতুংইন্না মীওইবসি হেক পোকপদগী শিবা ফাওবসি সঙ্গীতকা শাগোন্নদুনা লৈ। মদুদি — অঙাং হেক পোকপগা মাগী ইমুং মনুং অমদি য়ুমলোন্নব নুপীশিংনা লাক্লগা ঈশে শক্লে, মতুংদা ষষ্ঠী পূজা, নাহুৎ-নারেং, লুগুণ থাংবা, লুহোংবা অমদি পুন্সিগী অৱা নুঙাই মতমশিংদসু ঈশে শকই, অরোইবদা শিরবা মতমদসু ঈশে শক্লুনা মোংফম ফাওবা অশিবা হকচাংবু চিতাদা হাপকৎলি, অদুগা শ্রাদ্ধনচিংবদসু সঙ্গীতকী অচৌবা মফম থনম্মি। শম্মা হায়বা তারবদা মীওইবনা পোকপদগী শিবা তানবা ফাওবসি সঙ্গীতকা খক থানদে হায়বসি ঐখোয়গী সংস্কৃতিনা ফজনা তাক্লি।

**সাহিত্যগী অর্থঃ—**

মথংদা সাহিত্য শব্দগী মবমদা ভারতীয় পণ্ডিতশিংগী মত খবদং অমুক নৈনদুনা যেংসি। সাহিত্য শব্দগী ব্যুৎপত্তি পীবম্বশিংগী মনুংদা মত অনীখত্তং লৌখৎলগা নৈনগে। অহানবদা যহ চক্যর্থে, চক্যর্থঃ তৃপ্তিঃ। যহ হাযবা ধাতু (Root) অসিগী য অসি পাণিনিগী সূত্রনা স ওম্বোকই। সহ ধাতুগী মমৈদা কৃদন্তগী ক্তপ্রত্যয তৌবগা "সহিত" শব্দ ফংই। সহিতকী অর্থদি পেল্লবা হায়বনি। মদুগী মতুংদা ভাবার্থদা তদ্ধিতকী যঞ প্রত্যয় তৌবগা "সাহিত্য" হাযবা শব্দ অসি ওই। মসিগী অর্থদি তৃপ্তি হাযবদি অপেনবা, নুঙাইবা হাযবনি।

তৃপ্তি শব্দগী ব্যাখ্যা অসি মহর্ষি বাৎসাযননা "কামসূত্র" দা সুখ অমসুং নুঙাইবা হায়না অর্থ তৌবম্মি। "বিসৃষ্টি সুখমধিগমে তৃপ্তা হি স্ত্রী

গর্ভং ধত্তে" নুপা-নুপী অনীগী সঙ্গমদগী বীজ ফংলগা পেল্লবী নুপীনা ফলগী মশাক ওইনা গর্ভ পুই। অসুম্না সাহিত্যগী অর্থদি তৃপ্তি অমদি সুখ হায়বসি শৌগৎলম্মি।

"সাহিত্য" গী মনুংদা য়াওরিবা হিত অসিগী অর্থমু তৈত্তরীয় উপনিষদতা অসুম্না শৌগৎলম্মি—"রসো বৈ সঃ। রসং হ্যেবায়ং লবধ্বানন্দী ভবত্তি" ব্রহ্ম অদুমক বসনি। রস ফংলগা অপেনবা নুঙাইবা ওই। শ্রুতিদা রস, আনন্দ অমসুং হিত বাহৈ অহুম অসি চপ মান্নবা অর্থগী শত্তম অহুম থোকচবনি। "তুষ্টের্ন পরমং কিঞ্চিৎ তৃপ্তের্ন পরং কিঞ্চিৎত' অপেনবা অমদি নুঙাইবগী মতুংদা করিগুম্বা অমামুক ফংগে খন্দে। অদুনা মসিগী আনন্দ অসি ব্রহ্ম ফংবগী নুংঙাইবগা চপ মান্নে হায়না তাক্লম্মি।

সাহিত্যদর্পণদা বিশ্বনাথনা বাক্যম অসি শৌগৎলদুনা ইরম্মি—"বাক্যং রসাত্মকং কাব্যম্" রসনা আত্মা ওইবা বাক্যবু কাব্য ক্লৌই, হায়বদি কাব্য নত্তগা সাহিত্য কৌগে হায়রবদি রস য়াওদবা য়াদে। "ধ্বনি" সিদ্ধান্ত পুথোক্লম্বা আনন্দবর্ধননা মাগী "ধ্বন্যালোক" তা বাকম অসি অমুক্কা শৌগৎলদুনা হায়খি "ব্যঞ্জনা বৃত্তিনা ফোংদোকপা অর্থ অদুদা লৈবা রসধ্বনি অদুনা খ্বাইদগী অথোইবা সাহিত্যনি"। অরোইবদা পণ্ডিতরাজ জগন্নাথনা মাগী সরগঙ্গাধর" দা "রমণীয়ার্থ-প্রতিপাদকঃ শব্দঃ কাব্যম্" হায়বদি আনন্দ, নুঙাইবা ফোংদোকপা শব্দ অদুবু সাহিত্য হায়, শম্না হায়রবদা সাহিত্যদা আনন্দ হায়বসি হেক য়াওদবদা সাহিত্য কৌনবগী অধিকাব লৈতে।

অরোইবদা শ্রুতিনা অসুম্না শৌগৎলদুনা হায়রকখি—"আনন্দাৎ হি ইমানি ভূতানি জায়ন্তে, আনন্দেন জাতানি জীবন্তি, আনন্দং প্রযন্ত্যভিবিশন্তি" ইতি। জীব পুম্নমক অসি নুঙাইবদগী পোকই, নুঙাইবদগী পোক্লবা জীবশিংনা নুঙাইনা হিংবা পাম্মি, অদুগা নুঙাইবদা অমুক তিনশিনখি। অদুনা জীবশিংগী অমত্তা ওইরবা লমথুংফমদি নুঙাইবা ফংবা হায়বসিনি। অদুনা সাহিত্যগী অর্থদি নুঙাইবা অমদি অপেনবা হায়বনি। অদুনা সাহিত্যগী অর্থ অসিদি আনন্দ হাযবনি হায়বসি সংস্কৃতকী পণ্ডিতশিংনা নিংখিনা শৌগত্তুনা তাক্লম্মি।

সাহিত্যগী অনীশুবা অর্থ অমনা "সহিত" হায়বদি লোয়নবগী অর্থ অসি ফোংদোকই। মসিমক্তসু যাম্নামক ফজরবা অর্থ অমা মনুংদা ফুমদুনা

থনম্মি। অলঙ্কার সম্প্রদায় হৌদোক্লম্বা আচর্য্য ভামহনা সাহিত্যগী পরিভাষা "শব্দার্থৌ সহিতৌ কাব্যম্" শব্দ অমসুং অর্থ অনিমক্কী লোয়নবা অমদি তিন্নবগী ভাব অদুবু কাব্য হায়বদি সাহিত্য কৌই। খরাগা অমুক শুগায়না হায়বা তারবদি সাহিত্য অমদা মখাগী মচাকশিং অসি পুন্না লোয়ননা লৈমিন্নরবতদা সাহিত্য কৌগদবনি। সংসারদা লৈরিবা জীব পুম্নমক হায়বদি তিল কৌজেংদগী ব্রহ্মা ফাওবনা নুঙাইবা, অপেনবা রস হায়বসি ফংননবা হোংনৈ। অদুনা সাহিত্যদা অহানবদা রস য়াওদবা য়াদে। অনীশুবদা অদুগুম্বা রস অদু মাংহন্নবগী মশক ওইবা দোষশিং থাদোকপা তাই, অদুনা সাহিত্যদা দোষ লৈহনবা য়াদে। অহুমশুবদা রসবু কোংদোক্লনবগীদমক্তা গুণ লৈতবা য়াদে। মরিশুবদা গুণশিংবু পুন্সিন্না থম্নবগীদমক্তা রীতি হায়বদি শৈলীগী তঙাইফদবা মফম লৈগদবনি। মঙাশুবদা জীবশিংগী প্রবৃত্তি লৈবসি তঙইফদে। তরুকশুবদা প্রবৃত্তি অসি থুগাইদনবগীদমক্তা ঔচিত্য হায়বদি চাং মান্ননা থম্নবা হোংনবা হায়বসি সাহিত্যগী থোইদোকপা মগুণ অমনি। তরেৎশুবদা ফজবা হেনগৎহনবা হায়বসি রসগী মশক ফজনবনি, অদুনা অলঙ্কারসি সাহিত্যদা তঙাইফদবা মফম লৈহনবা তাই। নিপালশুবদা অসিগুম্বা মশক ওইরবা রস অসি শক্তি ৱাংহনবা য়াদে হায়বদি মপাঙ্গল কনখৎহন্দবা য়াদে।

শম্না হায়বা তারবদা শব্দ অমসুং অর্থ অদুনা মথক্তা পনখ্রিবা পোৎলম নিপাল অসিগা লোয়নবা অমদি তিন্নবা অদুবু সাহিত্য কৌই। ৱাখল অসি শৌগৎলদুনা কাব্যপ্রকাশ, সাহিত্যদর্পণ, রস গঙ্গাধরনাচিংবা লক্ষণ গ্রন্থশিং ইরম্বা মম্মট- বিশ্বনাথ- জগন্নাথনচিংবা আচার্য্যশিংনা সাহিত্যগী অর্থ অসি পীরম্মি।

শম্না হায়বা তারবদা সাহিত্যদা রস, অলঙ্কার, গুণ-রীতি, ধ্বনি, বক্রোক্তি, ঔচিত্য, অদোষ অমসুং শব্দশক্তি পুম্নমক অসি লোয়নবা অমদি তিন্নরবা শব্দ অমসুং অর্থ অদুবু সাহিত্য কোই হায়বসিনি। মসিনা সাহিত্যগী অনীশুবা অর্থনি। অসুম্না মমাংঙৈগী আচার্য্যশিংনা সাহিত্যগী নুংগী চেক্লিবা ফজরবা ৱাকল অসি সাহিত্যদা হাপ্লম্মি।

# ভারতীয় সংস্কৃতি

করিগুম্বা দেশ অমসুং জাতি অমগী সংস্কৃতি খঙলবতদা দেশ অমসুং জাতি অদুগী কলা সাহিত্য অমসুং পুন্সিগী লম খুদিং—রাজনীতি, অর্থনীতি, সমাজগী মশক লাইনা খঙ্‌বা ঙম্মি।

"ভারত" বাহৈ অসি হৌজিক্কী মতমগী য়াম্না কৃপ্না খীজিল্লিবা পণ্ডিতশিংনা ভারতকী মিংসি বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা পুথোক্লুনা নৈনবা হৌরক্লিঃ— ভা ব্রহ্ম বিদ্যায়াং রতাঃ আসক্তাঃ (পুক্নিং চঙলবা) জনাঃ (মীয়াম্না) লৈবা যস্যাং তম্ (দেশ) অদুবু হায়বদি ব্রহ্মজ্ঞান নৈনবা মীশিংগী লৈবাক অদুবু 'ভারতম্' কৌই। মরমদি ঃ— ভারত বর্ষদি আ-য়েম্বৌঙেদগী মুনি-"ঋষিশিংনা আত্মাবিদ্যা নৈনদুনা সংসারদা জীব পুম্নমক্কী নুঙাই য়াইফনবা খঙবা মীওইশিংনা খুন্দা লৈতাদুনা লৈরক্লবা লমদমনি। মসি ঐখোয়গী মাংদা থম্লীরম্বা বেদ, উপানিষদ্, রামায়ণ, মহাভারত, পুরানশিংদা য়াওবিবা মমল নাইদ্রবা সাহিত্য অমদি কলাশিংনা লারবা খুদমশিংনি। ভারতীয় সংস্কৃতিদি আধ্যাত্মিক বিচাবদা য়ুম্ফম ওই। মসি ভারতীয় মুণি-ঋষিশিংগী তপ, সাধনাগী পান্বেনা মখোয়গী থম্মোইদা য়াওখিবা জ্ঞানগী মঙাল অদুনা মন্ত্র ওইদুনা বেদ উপনিষদনচিংবগী শ্লোক ওইখি। অদুনা অসিগুম্বা মন্ত্রশিংসি মফম, মতম নাইদনা চুমদুনতা-চুনদুনতা লৈ।

ধর্ম্ম প্রধান-আধ্যাত্মিকতাসি ভারতীয় সাহিত্য অমসুং জীবনগী খ্বাইদগী অথোইবা গুণ অমনি। আত্মা তত্ব ফংননবা হোৎনবসি ভারতীয় মিৎয়েং মতুংইন্না ভাবতীয় খুদিংমক্কী উদ্দেশ্যনি। অসিগুম্বা আদর্শ অসিগী মতুংইন্না ঐখোয়গী দেশগী সামাজিক, রাজনৈতিক জীবন অসি শেমখি। গ্রীক অমসুং রোমানশিংদগী ওন্না ভারতীয় রাজনীতিগী ব্যবস্থা মতৌ অসুম্না শেমখি, ব্যক্তিদা প্রধানতা পীখি, সমাজ অমসুং রাষ্ট্রগী প্রভুত্ব য়াৎলি। মীয়াম্না দেশগী রাজনৈতিক স্থিতিগী মরমদা থওইদনা আধ্যাত্মিক চিন্তদা থোইদোক্না পুক্নিং চংলম্মী। রাজনৈতিক অবস্থা থওইদবগী ফলগী মশক ওইনা দেশদা

রাজনৈতিক, রাষ্ট্রিয়তাগী অবাংপা লৈখি অমসুং ধার্ম্মিক রাষ্ট্রিয়তাগী বিকাস ওইখি। ভারতীয় জীবনদা ধর্ম্মগী মরী অসি ক্ষেত্র পুম্নমক্তা লৈনৈ—রজনীতি, সমাজ, ভৌতিক-সুখ সুবিধাগী সাধন পুম্নমক ধর্ম্মগী মনুং চল্লি।

আধ্যাত্মিক ভাবনাশিংনা মরু ওইদুনা ভারতীয় দার্শনিক অমসুং তত্বজ্ঞানীশিংনা জীবনগী মপানগী শক্তমদা বাখল তৌদদুনা মনুংগী (আধ্যাত্মিক) ভাবনাদা ওনশিন্দুনা ভৌতিক সুখ সাধনগী খুদোংচাবশিং খন্দনা সচ্চিদানন্দগী স্বরূপ পরমাত্মা অমসুং মোক্ষ ফংননবগী মাইকেরোমদা মায় ওনশিল্লি।

মমাংঙৈগী ভাবতকী লল-থুমগী অবাং-অপা লৈত্রবা ভাবতভূমিসিদি ভারতীয়শিংবু ভৌতিক চিন্তাশিংদগী থাপ্না বাহ্য জগৎকা  য়েংনবদা নুংগী সংসার অসি থিননবগীদমক্তা কন্না হোৎনরম্মী। ভারতীয় সাহিত্যদসু আধ্যাত্মিক ভাবনাশিং মবাং কায়না লৈ। ঐখোয়গী দার্শনিক অমসুং তত্বজ্ঞানীশিংগী মতৌগুম্না সাহিত্যিকশিং অমসুং কলাকাবশিংনসু জীবনগী পক্ষশিংদা বিচাব তৌদদুনা আত্মিক পক্ষগী চর্চ্চা তৌখি। খুদমগী মশক ওইনা ঐখোযগী সাহিত্যদা আধ্যাত্মিক সমস্যাশিংগী য়াম্না কুপ্না নৈনরম্মী। অদুগুম্বা জীবনগী লৌকিক পক্ষগী অদুক য়াম্না কুপ্না নৈনরমদে। প্রকৃতিগী বিবাট ওইবা স্বরূপতা অজ্ঞাত অমদি রহস্যময় থিননবগী হোৎনদুনা লৈরম্মী। "বামায়ণ" দা ভাবতকী তপোনদগী পোক্লকপা আধ্যাত্মিক সংস্কৃতিগী দর্শন লৈ। মহাভারতকী কবিনা জীবনগী ভৌতিক সুখ-সুবিধাগী মনুংচন্না লৈদুনসু আধ্যাত্মিক সন্দেশ হাপচিল্লম্মী। মতৌ অসুম্না জৈন মঅসুং বৌদ্ধ সাহিত্যদসু আধ্যাত্মিক ভাবনাশিং মব্লাং কায়না য়াওই।

গুপ্তকালগী বিলাস-বৈভবদা য়াওন্নদুনা লৈরবা কবি কালিদাসনা শিব-পাৰ্ব্বতীগী নগ্ন শৃঙ্গারগী বর্ণন তৌই। তৌগুম্বসুং ভারতকী পরম্পবাগী মতুংইন্না আধ্যাত্মিক ভাবনাদগী প্রভাবিত ওইদুনা কালিদাসনা পাৰ্ব্বতীবু শিবজী ফংননবগীদমক্তা তপশ্চর্যাদা পুক্লিং লুপতুনা লৈহনখি। মসিদসু নত্তনা পাৰ্ব্বতীগী কামুক প্রেম অদু মমৈথংদা আধ্যাত্মিক ভাবনাদা ওম্বখি। মদুগী মতুংদা মহাক্লা ভৌতিক ক্ষণিক প্রেমগী ভাববু থাদোক্লগা আত্মিক সৌন্দর্য্যগী আশ্রয় লৌদুনা মবুঙো ফংখি। মতৌ অসুম্না "অভিজ্ঞান শকুন্তলম্" দা প্রেমগী হৌরকপসি ইন্দ্রিয়গী অপাম্বগী মখাপোন্না লৈরম্মী, তৌইগুম্বসুং

অদুগুম্না ভৌতিক সুখ অদু আধ্যাত্মিক প্রেমদা ওন্থরবতদা ময়পুরোইব্বু ফংবা ওমথি। মশাগী অম্বাবা অমদি কামনযগী প্রেমদা শকুন্তলানা মশাগী অপাম্বদু থাদোক্তুনা ময়পুরোইব্বু আধ্যাত্মিক প্রেমদা লুপ্লবতদা দুষ্যন্তবু ফংবা ওমথি।

হিন্দী, বঙ্গালী অমসুং মণিপুরী সাহিত্যদসু ভক্ত কবিশিংগী কবিতাশিংদা আধ্যাত্মিক তত্ত্বশিংবু ফোংদোকই। কৃষ্ণগী মফমদা মীরাগী প্রেমগী আধ্যাত্মিক ভাবনাশিংদা শিনবা থুংনা লুপই। কবীরগী প্রেমনা থল্লবা উক্তিশিং অজ্ঞাতকী শক্তম ফোংদোক্লি। জায়সী, কুতবনগী প্রেম বর্ণননসু আধ্যাত্মিকতগা হেন্না মরী লৈনৈ। রীতিকালগী কবিশিংনা মখোয়গী শৃঙ্গারিক বাসনাশিংবু রাধা অমসুং কৃষ্ণগী বর্ণনগী মশক্তা আধ্যাত্মিকতা পীননবা হোৎনৈ। মতৌ অসুম্না চৈতন্য অমসুং মাগী সম্প্রদায়গী ভক্ত কবিশিংনা রাধা কৃষ্ণগী মফমদা আধ্যাত্মিক ভাবশিং হাপকৎতুনা মধুর রসদা লুপতুনা লৈথি।

মণিপুরগী সাহিত্যদসু মধ্যকালগী কবি অমসুং ভক্ত রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনচিংবনা রাসলীলানচিংবা ভক্তি সাহিত্য কয়ামুক্কী খুদোল তম্লমখি। হৌজিক ফাওবদা বৈষ্ণব পদাবলী, নরোত্তমঠাকুরগী লালসা অসিনচিংবা ভক্তি সাহিত্য কয়ানা মণিপুরী সাহিত্যদা আধ্যাত্মিকতত্ত্ব কয়াগী মচাক্তা ঈনোৎ হাপকৎলি।

ভারতকী আধ্যাত্মিক তত্ত্ব অসিদি চুম্নগী সাহিত্যদসু নত্তনা রাজনৈতিক ক্ষেত্রদসু পৃথিবীগী রাজনৈতিক ক্ষেত্রদা মশাগী তোপ তোপ্না মফম অমা চাওনা কন্দুনা থল্লি। খুদমগী মশক ওইনা— রাজনীতি হায়বসি হিংসা অমদি লালদা য়ুম্ফম ওইবনি। মসি হৌজিক্কী পৃথিবীগী সাইন্স অমসুং টেক্নোলোজিগী চাওখৎলবা যুগ অসিদা লৈবাক অমনা লৈবাক অমগী লল-থুম লৌশিন্দুনা মশাগী লম চাওথোক্লনবা মশাগী প্রভুত্ব থম্লনবা হিংসাগী অকিবা থবক কয়া তত্তনা থোকহল্লি। অসুম্না পৃথিবীদা মিৎকুপ্ত মাংবা য়াবা খুৎশু খুৎলাই কয়ামুক পুথোক্লরক্লবা মতম অসিদা ভারতনা মশাগী ধার্ম্মিক অমসুং দার্শনিক পরম্পরাগী মতুংইন্না পৃথিবীগী জাতি অমসুং মানব কল্যাণগী য়াথলবু মাংদা থম্লদুনা চাওরবা সিদ্ধান্ত পুথোক্লি— অহিংসা, সত্য, শান্তি। মসিমক ওসি চাওখৎলবা বৈজ্ঞানিকশিংনা পুথোকপা ওস্ত্রা, খঙ্দুনা অমুক্তং য়েংবিয়ু। অসুম্না মীওইবা জাতিগী মঙ্গলগী ওইবা য়াথলতবু মাংদা থমদুনা

ভাবতনা কযাদা কন্না থেমজিল্লি। হৌজিক্কী মকোক থোংবা লৈবাক পুম্নমক্কা ভাবতকী সিদ্ধান্তবু স্বাগত তৌনদবা কবম্বা লৈবাক যাওবিবগে ? মসিনি ভাবতকী আধ্যাত্মিক ভাবনাগী ফলদি।

ভাবতীয সাহিত্যদা ঐখোয়গী দেশগী সংস্কৃতিগী তোপ তোপ্পা গুণ অসি থম্লনবা হোৎনদুনা লাক্লি। ঐখোযগী সাহিতিাক অমসুং কলাকাবশিংনা জীবনগী তোঙান তোঙানবা তত্ত্বশিং — আশা-নিবাশা, সুখ-দুঃখ, হর্ষ-বিষাদ অসিনচিংবা তোঙান তোঙানবা তত্ত্বশিংবু পুনশিন্ননবা হোৎনদুনা লাক্লি। ঐখোযগী কলাকাবশিংনা জ্ঞান, ভক্তি অমসুং কর্ম্মগী তোঙান-তোঙানবা লমশিংগী ঙমখৈগী লৈইবু মুথুৎতুনা অমত্তা ওইশিন্ননবা হোৎনদুনা লাক্লি। আদর্শবাদী বিচাব ধাবাশিংসি ঐখোযগী আধ্যাত্মিক প্রধান ওইবা জীবনগী দান অমনি। মখল মখা অযাম্বা হাৎন-শুনবগী ৱাবী উৎলবসু মমৈদা সত্য অমসুং ধর্ম্মগী বিজযনি হাযবসি উৎলি।



# সাহিত্যগী কান্নবা
## (Purpose of Literature)

সংসাবদা লৈবিবা পোৎ পূম্নমক অসি নৈনদ্রিঙৈগী মমাংদা নৌনগদৌবিবা পোৎশক অদুগী কান্নবা পীবা হাযবসি তঙাইফদনা তৌদবা যাদ্রবনি। মবমর্দিঃ— কান্নদবা পোৎপু নৈনবা নত্ত্রগা পাম্নবা হাযবসি ওইথোক্তে। মবম অদুনা বিদ্যা পূম্নমক্কী পবম্পবাদগী হৌনা চৎনবকপগী মতুং ইন্না "প্রযোজ নম নুদিশ্য তু মন্দোপিন প্রবর্ত্ততে" হাযবদি পঙদা পঙখ্রবা মী ফাওবা কান্নবা ফংদ্রবদি থবক অমত্তা তৌদে। অদু ওইববদি অশিংবা পণ্ডিতশিংগীদমক্তদি কবি ওইবা তাবগে ? অদুনা কনাগুম্বা পাঠক অমনা মানা পাবিবা নত্ত্রগা তন্নিবা বিদ্যা অদুগী কান্নবা ফংদ্রবদি বিদ্যা অদু তম্নিংবগী ৱাফম থক ওইথোক্তে। অদুনা বিদ্যা পূম্নমক্কী ৱাহৌদোক্তা মাগী মাগী কান্নবদু হান্ননা পীনবা হোৎনৈ। খুদমগী মশক ওইনা ভাবতীয দর্শনগী বেদান্ত শাস্ত্রগী ৱাহৌদোক্তা "অনুবন্ধ চতুষ্টয" গী ৱাফম অসিমক্কা মসিগী যাম্নমক শেংলবা খুদমনি।

সংস্কৃত সাহিত্যগী অলঙ্কার শাস্ত্রগী (Criticism) ইতিহাসদা কাব্য (সাহিত্য) গী প্রযোজনগী মরী লৈনবা ৱাফম অসি ইহান হান্না ভরত মুণিনা (খৃষ্টগী মমাং ২০০) মাগী নাট্য শাস্ত্রদা ইরম্মীঃ—

*দুঃখার্ত্তানাং শ্রমার্ত্তনাং শোকার্ত্তনাং তপস্বিনাম্।*
*বিশ্রামজননং লোকে নাট্যমেতদ্ ভবিষ্যতি॥ ১/১১৪*

—নাট্যশাস্ত্রদা ব্রহ্মাজীনা হায়রম্মী — ঐনা ইখিবা নাট্য (Dramma) অসিনা অৱাবা তারবা, চোকথরবা, খুদোংথিবা তারবা, তপস্যা তৌবদগী ৱারবা মীশিংবু মতমচানা নুঙাইবা পীবা ঙম্মি।

*ধর্ম্ম্যং যশস্যমায়ুষ্যং হিতং বুদ্ধিবিবর্দ্ধনম্।*
*লোকোপদেশ-জননং নাট্যমেতদ্ ভবিষ্যতি॥ ১/১১৫*

নাট্যনা ধর্ম্ম, মিংচৎ, পুন্সি হেনগৎহল্লি, কান্নহল্লি, বুদ্ধি-লৌশিং থোকহল্লি অমসুং মীয়ামদা কান্নবা পাউতাক পীরি।

*অহো নাট্যবিদং সম্যক্ ত্বয়া সৃষ্টং মহামতে।*
*যশস্যাং চ শুভার্থং চ পুণ্যং বুদ্ধি-বিবর্দ্ধনম্॥*

লাইশিং অমসুং হিংচাবশিংনসু নাট্য য়েংলগা ব্রহ্মাজীদা হায়খিরম্মী— হে জ্ঞান লৈরবা! অদোম্না ইখিবা নাট্য অসি থোইদোক্না ফজৈ। মসিনা মিংচৎ, মঙ্গল, পুণ্য অমদি বুদ্ধি হেৎগৎহল্লি। মথক্তা পীখিবা ৱাফমশিংসি নৈনরুবা মতুংদা ৱাফম অসি শেংনা উৎলি, অৱা-অনানা নৈহৎপীরবা মীওইবা মপোক্লি। অসিগুম্বা অৱাবা মৈচাক অসি নাট্য শাস্ত্রতনা কোকহনবা ঙম্মি। নাট্য শাস্ত্রদগী ফংলকপা নুঙাইবা অসি হৌবদগী লোইবা ফাওবা রসগী মশক ওইনা লৈ। অসিগুম্বা অলঙ্কার শাস্ত্রগী কাব্য প্রযোজনগা মরী লৈনবা ৱাখল অসি সংস্কৃত সাহিত্যগী ইতিহাসদা ভরত মুনিগী মতমদগী হৌরকপনি।

ভরত মুনিগী মথংদা কাব্য প্রয়োজন পীরম্বসি আচার্য্য ভামহনি। মাগী মতম অসি খৃষ্টগী ৭ শুবা শতাব্দীনি। মহাক্না অসুম্না ইরম্মি।

*ধর্ম্মার্থকামমোক্ষেষু বৈচক্ষন্যং কলাসু চ।*
*করোতি কীর্ত্তিং প্রীতিঞ্চ সাধুকাব্যনিষেবনম্॥*

ধর্ম্ম ফংনবা হোৎনবা, শেল ফংনবা হোৎনবা, অনীংবা থুংনবা হোৎনবা মোক্ষ ফংননবা হোৎনবিবা কলাবিদ্যাশিংবু খঙননবা হোৎনবিবশিংগী মবক্তা অথোইবা সাহিত্যবু নীংথিনা আস্বাদন তৌবতনা অপেনবা অমসুং মিংচৎ ফংহল্লি।

*ন তজ্জ্ঞানং ন তচ্ছিল্পং ন সা বিদ্যা ন সা কলা।*
*তৎ কর্ম্ম ন যোগোঽসৌ নাটকে যন্ন দৃশ্যতে।।*

কবিগুম্বা জ্ঞান, কবিগুম্বা শিল্প, কবিগুম্বা বিদ্যা, কবিগুম্বা কলা কবি অমুক হায়গদগে কবিগুম্বদা কর্ম্ম অমত্তা লৈতে, মদুনা নাট্যগী বিষয় ওইবোইদৌবা।

আচার্য্য ভামহন কাব্যগী অতোপ্পা কান্নবা অমনা মিংচৎ ফংবগী কান্নবসি তাক্লম্মি। ভবত মুনিনা অসিগুম্বা প্রযোজন অসি তাক্লমদে। মিংচৎ ফংবতনা কাব্য ইবসি মীওইবা পুন্সিগী কান্নবনি হায়না তাক্লম্মি।

ভামহনা কাব্যগী প্রযোজন অহুমশুবা অমা ওইনা প্রীতি (অপেনবা) বু লৌখৎলম্মী। ভবত মুনিনা মাদুবু বিনোদ নত্রগা বিশ্রাম হায়না কৌবম্মী। মদুমক ভামহনা পুথোক্লম্বা অহুমশুবা প্রযোজন প্রীতি হায়বদুনি।

আচার্য্য বামননা কাব্যগী প্রযোজন অনীখক তাক্লম্মী ঃ— মীৎনা শংশংনা উবা প্রীতি (অপেনবা) মীৎনা শং-শংনা উদবা কীর্ত্তি (মিংচৎ) হায়বদি অপেনবসি হিংলিঙৈ মতমদা শং-শং ফংই। মীংচৎ হায়বসিদি অযাম্বনা মাগী মতুংদা ফংবদনা নম্মি।

আচার্য্য আনন্দবর্দ্ধন্না (খৃষ্টগী ৯ শুবা শতাব্দী) কাব্যগী প্রযোজন অসি মক ওইনা "প্রীতিবু" লৌবম্মী। অসিগুম্বা মখলগী অপেনবসি সুপ্পতগী কাব্য শাস্ত্রগী সৌন্দর্য্য-দর্শনদগী পোক্লকপা নত্তে। হায়বিবা অপেনবসি কাব্যগী অর্থতত্ত্ববু শং-শং উবা ঙম্বা থম্মোই তিন্নবা মীশিংগী মহৌশাগী ওইবা নুঙাইবা ফোংদোকপনি।

আচার্য্য আনন্দর্বধনগী সমর্থক অভিনবগুপ্ত (খৃষ্ট ১০ শুবা শতাব্দী) আনন্দর্বধনগী কাব্য প্রযোজনগী পাক-চাওনা নৈনববা মতুংদা ফোংদোক্লম্মি। কাব্যগী অথোইবা কান্নবসি মখল অমগী প্রীতি (পেনবা) নি। মসি অদুগুম্বা থম্মোই তিন্নবশিংগী নুঙাইবনি, মদুনা কাব্যদা লুপ্পুনা লৈহল্লি। মহাক্কী

থম্মোইগী তাবাগা কবিগী থম্মোইগী তাবাগা খেংনদুনা নুঙাইবগী মখোল অমা পীবি।

আচার্য্য কুন্তকনসু "প্রীতি" (অপেনবা) অসি কাব্যগী মহত্ব পূর্ণ প্রযোজন অমনি হাযনা লৌই, মসিগী অর্থদি থম্মোইগা থম্মোইগা তিন্নবগী নুঙাইবা অমনি। মতৌ অসুম্না ভোজবাজনা হাযখি ঃ

*"কবিঃ কীর্ত্তিং প্রীতিঞ্চ বিন্দতি"*

কবিতনা মীংচৎ অমদি অপেনবা অনীমক অসি ফংবা ঙম্মি।

***আচার্য্য মম্মটনসু (খৃষ্টগী ১১ শুবা শতাব্দী) কাব্যগী প্রযোজন ৬ থক তাক্রম্মী ঃ—***

*কাব্যং যশসেঅর্থকৃতে ব্যবহাববিদে শিবেতরক্ষতযে।*
*সদ্যঃ পবনিবৃত্তযে কান্তাসম্মিত তযোপদেশযুজে।।*

মিংচৎকীদমক্তা, লল ফংনবগীদমক্তা, মীযামগী তিন্নবা-তোৎনবা হৈনবগীদমক্তা, অফব-মঙ্গলগী মশক ওইববা থবক নত্তবশিংবু মাংহন্নবদমক্তা, অইংবা মবা তপ্পদগী পোক্লকপা নুঙাইবদু ফংনবগীদমক্তা, নুপীশিংনা যাম্না থোৎনা নৌনা পীবিবা পাউতাক মপী অদুগুম্নবা পাউতাক মপী পীন্নবগীদমক্তা, কাব্য তম্ব অমদি পাবগী কান্নবশিংসি ওই।

***আচার্য্য বিশ্বনাথনা মাগী সাহিত্যদর্পনগী অহৌবদা অসুম্না তাক্রম্মি ঃ—***

*চতুবর্গ ফলপ্রাপ্তিঃ সুখাদল্পধিযামপি।*
*কাব্যাদেব যতস্তেন তৎস্বরূপং নিরূপ্যতে।।*

কাব্যনা মবম ওইদুনা পঙদগী পঙলবা মী ফাওবা কন্না হোৎনদ্রবসু ধর্ম্ম, অর্থ, কাম অমসুং মোক্ষ হাযবা জীবনগী পূরুযার্থ মখল মবী অসি ফঙবা ঙম্মি। কাব্য পাবগা নত্তগা তাবগা, নাটক যেংলগা মীশিংনা অসিগুম্বা পাউতাক কযা ফংই মদুদি বামগুম্না অথোইবা তমজনিঙাই ওইবা লমচৎ চৎকদবনি, বাবণনচিংবা হিংচাবশিংগী লমচৎ মতম পূম্নমক্তা থ্যাদোক্লদবনি। কবম্বা থবক তৌগদগে, কবম্বা থবকপু থাদোক্লদগে, হাযবসি কুপ্পা নৈনববা মতুংদা ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ ফংবা ঙম্মি। খবা

পাকথোক্লবা হায়বা তারবদা সংসার শেন্বীবা মপু ভগবান নারায়ণগী চরণ কমল অনীমক্কী স্তুতি তৌই। মদুনা মরম ওইদুনা ধর্ম্ম ফংবা ঙম্মি। অতোপ্পা অমনা মীওইবনা অফবা থবকশিংদা পুক্নিং চংগদবনি ফত্তবা থবকশিং থদোক্কদবনি। রামায়ণনচিংবা কাব্যশিং পাকবদগী য়াম্না অফবা চাওখৎপা ফংখিবা, অদুগা রাবণনচিংবা ফত্তবা হৈনবশিংনা মাংখিবগী পাউতাকশিং ফংই। মসিদুগী শেংনা খঙবা ঙম্মি — অধর্ম্মগী থবকশিংসি শোয়দনমক থাদোক্কদ্রবনি।

কাব্যদগী অর্থ (শেল) অসি শং-শংনা ফংবা ঙম্মি। কাব্যকাবশিংনা নিংথৌদগী মনা-মথুমশিং ফংলম্মী। নত্রগা ইবিবা লাইরিক লাইশুশিংদু পাঠা পুস্তককী মওংদা হাপখ্রবদি, মদু য়োনবগী মমল অদু ফংলম্মী। মমাংঙৈগী মতম অমদি হৌজিক্কী মতমদা সরকারগী মাইকৈদগী অইবশিংদা সম্মানগী মশক ওইনা মনা মখল কয়া পীদুনা ইকাই খুম্নরি। মরমদি ধননা অপাম্বা পূম্নমক ফংবা ঙম্মি। অপাম্বা পূম্নমক ফংলবা মীশিংদুনা মতম পূম্নমক্কী ওইবা অমাং-অতা লৈত্রবা অপেনবা ফংননবা হোৎনরম্মী। অদুনা সংসারগী কাম, বাসনা পুম্নমকগী তোপ তোপ্পা অরানবা খুভম ফংননবগী লম্বীদা চংশিল্লি। অসিগুম্বা ৱাফম অসি হৌজিক বিজ্ঞানগী চাওখৎলবা মতমদসু লেংদ্রবা খুদমশিং ৱাৎপা লৈতে। নোংচুপ্লোমগী — অমেরিকানচিংবা লৈবাকশিংদা নহারোল অহল্লোল পূম্নমক্না অর্থিক সতন্ত্র ওইবনা মখোইনা ভৌতিক সুখ সাধনদি মরাংকাইনা, নীংবগী মতুং ইন্না ফংখি। অদুবু মপানগী নুঙাইবতনদি খক পেনবা হায়বদু ওইথোক্লমদে। অদুনা মখোয়না সংসারগী লেংদ্রবা, মতম পূম্নমক্কী ওইবা নুঙাইবা থিদুনা লৈরক্লি। মখোয়না য়ু থক্কুনা, ওক্তবী নুপীগী মফমদা লুপ্তুনা মখল মখা অয়াম্বা চাংয়েং কয়ামুক পুথোকখি, অদুবু কনা অমত্তনা মখোইগী লমথুংফম (Permanent Pleasure) অদুদি খক ফংলমদে। য়ুগী নেশা অমদি স্ত্রীসঙ্গম লোইরগা হান্নগী ৱাখলদা অমুক হল্লকপদগী থোইনদুম হেন্না লাংতক্লবা অমদি খৌরাংবা হেল্লি। অদুনা মতম পূম্নমক্কী ওইবা নুঙাইবগী লম্বী থিরকখি। মমৈদা আধ্যাত্মিক সুখ করিনো হায়বসিগী চাংয়েং তৌবা হৌখি; মদুনা মখোয়গী অমত্তা ওইবা অমদি নুঙাইবা হায়বদু ওইখি। মদুদগীদি কৃষ্ণ কন্সস-নেসগী ঈহৌ অসি নোংচুপকী লৈবাকশিংদা নোংম-নোংমা কনখৎলিবশিনি। মসিনি ভারতকী দান।

*বিদ্যা পূম্নমক্তগী কাব্য শাস্ত্রনা অথোইবা ওই হায়বসি শুগায়না তাক্লি ঃ—*

মথক্কী পুরুষার্থ মখল মরী অসি অতোপ্পা মখলগী বিদ্যাশিংদসু ফংবদি ঙম্মি। হায়বদি বিদ্যা মখল পূম্নমকসি যাম্নমক লুই অমদি নৈনবগী মচাক চংই। অদুনা অতোপ্পা বিদ্যাশিংসি নৈনবদা যাম্না ৱাই। মবম অসিনা অথোইবা জ্ঞান লৈবা মীওইশিংতনা যাম্না ৱানা নৈনববা মতুংদা ধর্ম্মনাচিংবা পুরুষার্থ মখল মরী অসি যংবা ঙম্মি। অদুগা লৌশিং ৱাৎপশিং ফাওবনসু ইবাই লাইনা ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ ফংই। মবম অসিনা বেদ শাস্ত্রনচিংবা বিদ্যা পূম্নমক্কা চাংদম্নরুবদা কাব্যবু মী পূম্নমক্না থৱাই হকচাং যাওনা পাম্লে। খুদম "জননী জনমভুমিশ্চ স্বর্গাদপি গরীয়সী"। মমা অমদি পোক্লফম লমদম্না স্বর্গদগী হেল্লি। মবমদি স্বর্গদি পুন্যচেনবা মীওই খবতমকপু চানবিদুনা মাগী মনাক্তা লৈফম পী। অদুনা পোক্লফম লমদমদদি অফবা অমসুং ফত্তব পূম্নমকপু চপ মান্ননা থম্বিদুনা অমত্তা ওইনা নাওকোনবী। অদুনদি মমা লৈবাক্না স্বর্গদগী হেল্লি হায়বিবনি।

অতোপ্পা অমনা বিশ্বনাথনা মাগী সাহিত্য দর্পণদা ফজববা খুদম অমগমুক পীবি—কনাগুম্বা অনাবা মী অমগী মফমদা, মাগী মমাংদা অনাবদু কোক্লনবগীদমক্তা হিদাক মখল অনীখক থম্লে হায়না খনসি; অমনা অখাবা অতোপ্পা মখল অমনা অথুম্বা। অনীগী মবক্তা অখাববু পাম্বা, অথুম্ববু থাদোকপা হায়বসি সুপ্পা মীওই খবতমক ফাওবা যাওবোই। মতৌ অসুম্না কাব্য অমসুং অতোপ্পা মখলগী বিদ্যাগী খেন্নবসি। কাব্যদি অথুম্বা হিদাক্লুম্বনি।

*কাব্যগী প্রযোজনগী মবমদা অগ্নিপুবান্দা অসুম্না ইবিঃ—*

*নবত্বং দুর্লভং লোকে তত্র বিদ্যা সুদুর্লভা।*
*কবিত্বং দুর্লভং তত্র শক্তিস্তু সুদার্লভা॥*

মপোক কযামুক পোক্লববগী মতুংদা মীওইবা মপোক অসি ওইনা জীবশিংনা ফংজৈ। হায়নবা লৈ ব্রহ্মামক্লসু তপস্যা কযা তৌকববদসু মীওইবা মপোক ফংবা ঙমদে। মীওই মপোক্তা পোক্লবা ওহাক্তনসু বিদ্যা ফংবসি য়াম্নমক তাংনা মীওই খবতনা ফংই। বিদ্যা হৈববশিংগী মবক্তমুক মীওই খবতনা কবি ওইবগী মগুণ ফংবা ঙম্মি। কবি খুদিংমক্লসু প্রতিভা লৈবশি

পঙন ফংলমদে। কবি খবতনা পিথোবকপা গুণ (Inborn quality) প্রতিভা হাযবসি ফংই।

## "ত্রিবর্গসাধনং নাট্যম্"

নাট্য নত্তগা দৃশ্য কাব্য অসি ধর্ম্ম, অর্থ, কাম মখল অহুম্মাক ফংননবগী অমত্তা ঙাইববা পাম্বৈনি। তশেংনমক হাযবা তাববদা কাব্য (সাহিত্য পাবা, তম্বা, নৈনবা অমদি ইবা হাযবসি মীওইবগী মথৌনি। মসি তৌববতদা মীওইবশিংনা ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ হাযবা পুরুষনার্থ মখল মবী অসিমক ফংদুনা মীওইবা মপোক্তা পোকচবগী মহৈ যানবা ঙম্মি।



# অহানবা শরুক

**সংস্কৃত লোল অসি মখল অনী থোক্লা খায়দোকই ঃ—**

**(ক) বৈদিক সংস্কৃত** (Veidic Sanskrit)

লোলসিগী মনুংদা বেদ মরি — ঋক্, যজুঃ, সাম, অথর্ব, ব্রাহ্মণ, গ্রন্থ আরন্যক, উপনিষদ। বেদাঙ্গ ৬ — শিক্ষা, নিরুক্ত কল্প, ব্যাকরণ, জেগতিষ, ছন্দ॥

**(খ) লৌকিক সংস্কৃত** (Classicial Sankrit)

মসিগী মনুংদা মরুওইনা রামায়ণ, মহাভরত, পুরানশিং, ধর্ম্মগ্রন্থশিং, দর্শনশাস্ত্র অসিনচিংবা হৌজিক ফাওবদা ইনরিবা সংস্কৃতকী লাইরিকশিং লোলসিগী মনুং চনবা লাইরিকশিগী পরম্পরা মখাদা শমতক্লা নৈনজরিঃ—

***কাব্য মখল অহুম শুইঃ—***

পদ্য (শৈরেং) —— গদ্য (ৱারেং) —— চম্পূ (ৱারেং শৈরেং অপূনবা)

# সংস্কৃত মহাকাব্যগী পরম্পরা

## (The trend of Sanskrit epics)

সংস্কৃত সাহিত্যদা মহাকাব্যগী পরম্পরাসি চাওরাক্লনা শরুক অহুম থোক্লা খায়দোকপা য়াই — **(i)** বৈদিক কাল, **(ii)** বীরমহা কাব্যকাল, **(iii)** লৌকিক মহাকাব্যকাল। অদুবু মতাংসিদা য়াম্নমক পাক-চাওনা নৈনবদি পীক্লবা লেখ (article) অসিদা ওইথোক্তে। অদুনা য়াম্নমক শম্না নৈনদুনা উৎননবা হোৎনরি।

**(i)** বৈদিক কাল — মহাকাব্যশিংনা পোক্লকপসি ঋগ্বেদগী আখ্যান— সূক্তশিং, ইন্দ্র, বরুণ, উষানচিংব দেবতাশিংগী স্তুতি মন্ত্রশিংদগী ওইরকপনি। অসুম্না ব্রাহ্মণ— গ্রন্থশিংদসু মহাকাব্যগী আখ্যান (ৱারীশিং) সি চাওরবা শক্তম ওইনা উবা ফংই। অদুম ওইনমক হায়রিবা মতমসিদদি মহাকাব্য কৌবা

যাবা শক্তম অদুমক্তি মপুং ফানা ফংদে। সুপ্নগী বীজগী মশক ওইবা মওংনি।

**(ii)** বীরমহাকাব্য— রামায়ণ অমসুং মহাভারতকী মতমসি ভারতীয মহাকাব্যগী য়াম্নমক ফজরবা শক্তম অদু উবা ফংলে। অনীসিগী মবমদা খরদং নৈনসি।

**রামায়ণঃ**— মহর্ষি বাল্মীকিবু ব্রহ্মানা 'আদ্যঃ কবিরসি' (অহান্বা কবিনি) হায়না কৌই। অদুগা মাগী "রামায়ণ" বু "আদি কাব্যম্" অহানবা কাব্যনি হায়না শীংথারম্মি। মবমদি বাল্মীকিগী মমাংদা পদ্যগী মশক ওইবা রচনাশিং লৈরম্মি। অদুবু মখোয়শিংদুগী উদ্দেশ্যদি দেবস্তুতি, ধর্ম্ম-ভাবনা, দেব-পূজা অমসুং উপাসনা তৌবনা মক ওই। বাল্মীকি অসি মহাকাব্যগী অহানবা য়াওন পুবকপা লেখক অমনি। মরমদি মহাক্না মীওইবা জাতিগী ভাবশিংসি মুন্না খংলম্মি অদুগা খল্লগা মদুদা নৈনরম্মি। মমৈদা মহাক্না মদুগী ফল ওইনা ধর্ম্ম প্রধান ওইবা, লোয়ননা মীওইবা পুন্সিদা হকথেংননা মরী লৈনবা বিষয খনবা হৌখি। লাইগী নোংদমদগী মহাক্না তমসা তুবেলগী তোর্বন্দা ফমদুনা লৈরিঙৈদা ব্যাধগী তেন্না পাল্লবা ক্রৌঞ্চ লাবদু উখি অমসুং মাগী মচিন্দগী ইখঙ খঙহৌদনা শ্লোক অসি হায়দোকখি—

*মা নিষাদ প্রতিষ্ঠাং ত্বমগমঃ শাশ্বতীঃ সমাঃ।*
*যৎ ক্রৌঞ্চমিথুনাদেকমবধীঃ কামমোহিতম্॥*

মসিগী অর্থদি— "হে শাদান্বা! নংনা কামনা শুমহতুন চাকতামিন্নরিবা ক্রৌঞ্চ লাবা অদুতবু শেত্তুনা হাৎপা, অদুনা নং নপুন্সি চুপ্পা নুঙাইবা কৌবদা ফংলগনু"।

মসিনা মাগী কাব্যগী অহানবা লংজিন ওইখি। অদুগী তুংদা মানা খনবা হৌখি— মাগী কাব্যগী নায়কসি কনাবু ওইহনসিগে হায়না। মাগী উদ্দেশ্যদি মাগী কাব্য অদু মফম মতম পুম্নমক্তা অমর ওইরগদবা, মীওইবা পুন্সিগা হাকথেংনবা, চতুবর্গ (ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ) ফংবগী সাধন (পাম্বৈ) ওইবা, ভাব, ভাষা, ছন্দ অমসুং অলঙ্কারনচিংবগী মীৎয়েংদা যাম্নমক অনৌবা ওইবা, মীওইবগী পুক্নিং নুঙাইহনবগা লোয়ননা লোক অমসুং পরলোক অনীমক্তা মতেং ওইগদবা— অসুম্বা উদ্দেশ্যশিংসি মপুং ফাহন্ননবা হাযদুনা মর্য্যাদাপুরুষোত্তম রামবু নায়ক ওইনা খনখি। 'রামায়ণ' অসি

ঐতিহাসিক মহাকাব্য, বীরকাব্য অমসুং মহাকাব্যগী গুণ পূম্নমক শুনা য়াওই।

রামায়ণ — রামগী হৌবদগী লোইবা ফাওবা পুন্সিগী ৱারীনি। মসি কাণ্ড ৭ শুই — বাল কাণ্ড, অযোধ্যাকাণ্ড, অরণ্যকাণ্ড, কিস্কিন্ধাকাণ্ড, সুন্দরকাণ্ড, যুদ্ধকাণ্ড অমসুং উত্তবকাণ্ড। মসিদা শ্লোক লিং ১৪ নি। অদুনা মসিবু "চতুর্বিংতি-সাহস্রী সংহিতা" হায়নসু কৌনৈ। রামায়ণগী ৱারীসিগী ইরিবা মওংগী লোল, শৈলীনচিংবগী মরমদা কুপ্না নৈনরবা পণ্ডিতশিংনা মসিগী অহৌবা — বালকাণ্ড অমসুং অরোয়বা উত্তরকাণ্ড অনীসি কোন্না হাপচিল্লকপনি হায়না মত পীনৈ।

রামায়ণগী মতমগী মরমদা তোঙান তোঙানবা সমালোচকশিং (নোংচুপ অমদি নোংপোক্লোমগী পণ্ডিতশিং) না পীনৈ। অদুবু অরোইবদা বামায়ণসি ভগবাণ বুদ্ধদেবগী মমাংনি হায়বসিমদি অমত্তা ওইনা য়ানদুনা রামযণগী মতম অসি য়ামদ্রবদা খৃঃ মমাং চহি ৫০০ গী মমাংদা রামায়ণ লৈখিবগী ৱাফমসিদি পূম্নমক য়ান্নে।

বামায়ণসি য়াম্নমক ফজবা অমদি অরায়বা সাহিত্যিক লৌকিক সংস্কৃত ভাষাদা ইবা, মদুগা চুন্নবা ছন্দঃ, অলঙ্কারশিং শীজিন্নৈ। রামায়ণ "করুণ" রসনা প্রধান ওইবা, অদুগা অতোপ্পা রস পূম্নমক শুনা য়াওবা কাব্যনি।

বামাযণসি সংস্কৃতিগী অমদি সমাজগী মীংযেংদা য়াম্নমক অৱাংবা থাক্কী কাব্যনি। মসিদা মপা-মচা অনীগী মথৌ, গুরু-শিষ্য অনীগী লৈনবা ব্যবহাব, মচিন-মনাওগী তৌফম থোকপা মথৌ, আদর্শ ওইবা মপা-মচা, মচিন্মনাও, মপুবোইবা অমসুং নুপীশিংগী ফজববা শক্তম অদু ফজনা যেক্লুনা তাক্লি। সংস্কৃতিগী মীংয়েংদা বাম-রাজ্যগী আদর্শ, ধর্ম্ম অমসুং সত্যগী জয় ওইবগী খোল্লাও তাক্লি। বাজা অমসুং প্রজাগী মৰী, অদুগা আদর্শ রাজ্য লিংখৎনবা হোৎনবনা মরু ওইবা লমথুংফম উৎলি।

রামায়ণ তুংদা লাকপা কাব্য অমদি নাটক্কী যুম্ফম ওই।

**মহাভারতঃ**— ভারতীয় লৌকিক সাহিত্যদা রামাযণগী মতুংদা মহাভাবতগী মফম লৈ। মসি সাহিত্যগী য়াম্নমক অচৌবা লাইবিক অমনি। মসিদা মতম অদুগী সাংস্কৃতিক, সাহিত্যিকনচিংবা বিষয় পূম্নমক্কী অপুনবা

শক্তম অমা মপুং ফানা শাগৎলি। মসিদা চতুবর্গ—ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ মবিমক ফংননবা উপায তাক্লি।

মহাভাবত অসি বেদব্যাসনা ইবম্বনি। পর্ব ১৮ দা কৌবব-পাণ্ডবকী ইতিহাসনি। মসিগী মকওইবা থৌদোক্তি মহাভাবত যুদ্ধনি। পর্ব ১৮ গী মমিংদি — (১) আদি, (২) সভা, (৩) বন, (৪) বিবাট, (৫) উদ্যোগ, (৬) ভীষ্ম, (৭) দ্রোন, (৮) কর্ণ, (৯) শল্য, (১০) সৌপ্তিক, (১১) স্ত্রী, (১২) শান্তি, (১৩) অনুশাসন, (১৪) অশ্বামেধিক, (১৫) আশ্রমবাসিক, (১৬) মৌসল, (১৭) মহাপ্রস্থানিক, (১৮) স্বর্গাবোহণ। পর্বশিংসিগী মতুং ইন্না মহাভাবতকী ৱাবী শম্না অসুম্না ওই ঃ—

(১) আদি পর্ব— চন্দ্রবংশগী ইতিহাস অমসুং কৌববন-পাণ্ডবশিংগী পোকপা। (২) সভা পর্ব—দ্যুত ক্রীডা (চৌবোব শান্নবা)। (৩) বন পর্ব—পাণ্ডবশিংগী বনদা লৈবা। (৪) বিবাট পর্ব-পাণ্ডবশিং লোৎপা। (৫) উদ্যোগ পর্ব—শ্রীকৃষ্ণনা সন্ধি তৌনবা হোৎনবা। (৬) ভীষ্ম পর্ম—অর্জ্জুনদা গীতাগী পাউতাক পীবা, লাল হৌবা, তেন্না পান্দুনা ভীষ্ম শযশয্যাদা হিপ্পা। (৭) দ্রোণ পর্ব—অভিমন্যু অমসুং দ্রোন হাৎপা। (৮) কর্ণ পর্ব—লালফমদা কর্ণ হাৎপা। (৯) শল্য পর্ব—লালফমদা শৈল্য হাৎপা (১০) সৌপ্তিক পর্ব—তুমদুনা লৈবিবা পাণ্ডবকী মচাশিং অশ্বথমানা হাৎপা। (১১) স্ত্রী পর্ব—অৱাবা তাববা নুপীশিংগী বিলাপ। (১২) শান্তি পর্ব — যুধিস্থিবগী বাজ ধর্ম্ম অমসুং মোক্ষগামবী লৈনবা ৱাহং চা কযাগী পাউখুম ভীষ্মনা পীখিবা। (১৩) অনুশাসন পর্ব—ধর্ম্ম অমসুং নীতিগী ৱাবী, ভীষ্ম স্বর্গাবোহন। (১৪) আশ্বমেধিক পর্ব—যুধিস্থিবগী অশ্বমেধ যজ্ঞ (১৫) আশ্রষবাসিক পর্ব—ধৃতবাষ্ট্রনচিংবা বানপ্রস্থ আশ্রমদা চংবা (১৬) মৌসালপর্ব—যাদবশিংগী মখোয মশেল হাৎনবগী ৱাবী (১৭) মহাপ্রস্থনিক— পাণ্ডবশিংগী হিমলয-যাত্রা, (১৮) স্বর্গাবোহন পর্ব—পাণ্ডবশিংগী স্বর্গ কাবা।

মহাভাবতপু কুপ্ন নৈনবা পণ্ডিতশিংনা সম্পূর্ণ মহাভাবতসি মী অমত্তনা ইবা ওইবমদ্রে, অদুগা মতমসু অমত্তদা শুনা ইখিবমদ্রে। অহানবদা মহাভাবত অসি "জয" কাব্য কৌবম্মি। মদুদা মহাভাবতসি শ্লোক ৮,৮০০ তমক ওইর্বাম্মি। মসি বেদব্যাস নত্ত্রগা কৃষ্ণদ্বৈপাযননা ইর্বনি। অনীশুবা তাঙ্কক্তনা "ভাবত" কাব্য কৌখি। মসিদা পুন্না শ্লোক ২৪,০০০ ওইখি। মসি

বৈশম্পায়ননা অর্জ্জুনগী মগু শুথাং জনমেজযদা নাগযজ্ঞগী মতমদা তাহনখিবনি। অহুশুবা তাঙ্কক্তনা — "মহাভাবত" হাযনা খংনৈ। মসিদনা শ্লোক মশিং লাক্ষ অমা যৌবে। মতাংসিদা নৈমিষাবন্যদা শৌনকনচিংবা ঋষিশিংনা চহি ১২ যজ্ঞ তৌখিবম্মি। মদুনা লোমহর্ষগী মচা সৌতিনা সম্পূর্ণ মহাভাবত লীদুনা তাহনখিবম্মি।

মহাভাবতকী মতমগী মবমদা তোঙান-তোঙানবা মত কয়া পীনৈ। অদুবু মদু পূম্নমক নৈনববা মতুংদা লেপ্পা যাই — মহাভাবতকী অহানবা তাঙ্ককসি যামদ্রবদা খৃঃ মমাং চহি ৫০০ গী মমাংদা লৈখ্রে। মসি শ্লোক লাক্ষ ১ যৌখিবগী মতাংসিদি খৃঃ অহানবা শতাব্দীদা ইখি। মহাভাবতদা ৫ শুবা ৬ শুবা শতাব্দী ফাওবসি হাপচিনবা, ওহ্লোকপনচিংবা তৌখি।

মহাভাবতকী লোলসি শুদ্ধ লৌকিক সংস্কৃত ভাষানি। মসিগী শৈলীসি পঞ্চালী কৌই। মহাভাবতদা মকওইবা ছন্দঃ অসি অনুষ্টুপনি। মহাভাবতকী মকওইবা বর্সাদ "বীব" বসনা অঙ্গী অদুগা অতোপ্পা বসশিংনা তেংবাংবা ওই। অলাঙ্কাবগী মবমর্দাদ লোলগী ঈচেলদা উপমা, ৰূপক, উৎপ্রেক্ষানচিংবা উবা ফংই।

মহাভাবতকী তোঙান তোঙানবা সংস্কৃতি কযাগী অপুনবা শক্তম শেংনা উবা ফংই। মসিদা বাষ্ট্রীযতাগী ভাবশিং, হিংচাবাগী লমচৎপু নমথনবা হোৎনবা, ভৌগোলিক খেন্নববসু অমতা ওইবগী ব্রাখল, জীবনদর্শনগী ব্যবহাবিক দৃষ্টিদা ব্যাখ্যা তৌবা, মশাগী মথৌদা পুক্নিংচংবা, নুপীশিংদা পাঙ্গল শোনবী হৈনবগী থাদোক্নবা শক্তম, বাজ ধর্ম্মগী অথোইবা ব্রাখল, বাজনীতি-কূতনীতি (লৌথুপ-লৌকোইস তৌবা নীতি) কুটনীতি অমসুং দণ্ডনীতি উৎনবা হোৎনবা। মসিদা মাইকৈ অমবোমদা বাজধর্ম্মগী পাউতাক অদুগা অতোপ্পা মাযকৈ অমবোমদা মোক্ষধর্ম্মগী অথোইবা ব্রাখল, মসিদা শান্তিগী চর্চা, কর্ম্ম, জ্ঞান অমসুং ভক্তিগী ধর্ম্ম মখল ৩গী অপুনবা শক্তমগী তোঙান তোঙানবা শক্লোনশিং উৎনবা হোনবি। শান্তি, প্রেম ওমসুং মোক্ষগী পাওজেল পীবি। মহাভাবতসি তুংগী সাহিত্যশিংগী হৌবকফম ঈফুৎ ওইখি।

মহাভাবতকী মতুংদা পাৰ্ণিনি (বৈযাকবনিক) (খৃঃ মমাং ৮৪৫) দা "জাম্ববতী বিজয" কৌবা, শ্রীকৃষ্ণগী পাতালদা চৎপা, লোযননা জাম্ববতীগী

বিজয় অমসুং মাগা লোয়ননা বিবাহ তৌবগী ৱাবীসি সর্গ ১৮ দা ইদুনা থনম্মি।

**কাত্যায়ণ** (ববরুচি) (খৃঃ মমাং ৩৫০) না "স্বর্গারোহণ" কৌবা কাব্যসি ইবম্মি। মসিবু মহাভাষ্যকার পতঞ্জলিনা "বাবরুচং কাব্যম্" হায়না শীংথানবম্মি। সমুদ্রগুপ্তগী "কৃষ্ণচবিত" মসিগী মমিং পল্লম্মি।

**পতঞ্জলি** ঃ— খৃঃ মমাং ১৫০ দা মহাক্না "মহানদ" কৌবা কাব্য অমা ইরম্মি। যোগশাস্ত্রগী ব্যাখ্যাগী মশক ওইনা মহানদ কৌবা কাব্যসি ইখি, অসুম্না সদুদ্রপুপ্তনা কৃষ্ণচবিতকী প্রস্তাবনাদা ইবম্মি।

**লৌকিক মহাকাব্য** ঃ— মহাকবি কালিদাসসি সংস্কৃত নাট্য শাস্ত্রদা মাগী মফম লৈবগুম্বনা কাব্যগী ক্ষেত্রদসু অদুম্মক হন্থরমদে। মহাকবি কালিদাসসি বিক্রমাদিত্যগী রাজসভাগী নববত্নগী মনুংদা অমনি। মাগী মতমসিদা খৃঃ ৫০০ শুবা অদুৱাইদনি হায়না ময়াম্না শীংথানৈ। মহাক্কী পোকফমগী মবমদসু তোঙান তোঙানবা মত কয়া পীনৈ। কাশ্মীবগী পণ্ডিতশিংনা কাশ্মীরী অদুগা বাঙ্গালগী পণ্ডিতশিংনা বাঙ্গালী অদুগা উজ্জৈনগী পণ্ডিতশিংনা উজ্জৈনীগী নিবাসীনি হায়না লৌনৈ। মাগী লাইবিকশিংসিদগী খংবদি মহাকসি বেদ, দর্শণ, উপনিষদ, রামাযণ, মহাভারত, গীতা, পুবান, আয়ুর্বেদ, সঙ্গীত শাস্ত্র অমসুং জ্যোতিষ, ব্যাকবণ অমসুং ছন্দঃ শাস্ত্র নীংথিনা নৈনবা পণ্ডিত অমনি।

মহাক্না সংস্কৃত মহাকাব্য ৩খক ইদুনা থোইদোকপা মীংচৎ ফংখি।

*মখোযশিংদুদি ঃ—*

**(ক) কুমারসম্ভব** ঃ— মসিদা হিমালয়গী মচানুপী পার্বতীনা অকনবা তপস্যা তৌরবা মতুংদা মহাদেববু ফংখিবা, অদুগা মঙোম্দগী কার্ত্তিকেয় (কুমারস্কন্ধ) পোকপগী ৱাবী অসিনি। মসি সর্গ ১৭ দা ইখিবা কালিদাসগী প্রতিভাগী ফজরবা কাব্যনি। বসরাজ শৃঙ্গাবনা মপুং ওইবা কাব্যনি। মসিদা কালিদাসগী কাব্যগী মপুংফাবা প্রতিভাদু উংলি।

**(খ) রঘুবংশ** ঃ— মসি কালিদাসগী অনীশুবা মহাকাব্যনি। মসিদা মনুংদগী হৌদুনা সূর্য্যবংশগী নিংথৌ ৩১ গী পুন্সিগী ৱাবী য়াওরি। মসিদা দিলীপ, বঘু, অন্ধ, দশবথ অমসুং রামগী জীবনগী মপুং ফারবা ৱারীনি।

রঘু বংশ হায়বসি কালিদাসগী প্রতিভানা কাব্যগী মশক ওইনা উৎলকপনি। মাইকৈ অমদা ভাবকী ফজরবা শক্তম, অতোপ্পা অমদনা কলাপক্ষগী ফজরবা শক্তম, অনীমক্কী তিন্নবা অলঙ্কারশিংগী চাংদম্নিঙাই লৈত্রবা শক্তম। অদুগা সম্ভোগ অমসুং বিপ্রলম্ভশৃঙ্গার অনীমক্কী পুল্লবা কাব্যনি।

**অশ্বঘোষ** ঃ— অশ্বঘোষগী মরমদা য়াম্নমক অশেংবা জীবন পরিচয ফংবদা ৱানা থোকই। মহাকসি অযোধ্যা নিবাসীনি, অদুগা মাগী মিংদা মহাকাব্য অনীখক ফংই ঃ—

**(ক) বুদ্ধ চরিত** ঃ— মসিদা বুদ্দদেবগী পুন্সি ৱারী অমদি মহাক্কী পাউতাকশিং তাকই। বুদ্ধগী পোকপদগী মহানির্বাণ ফাওবগী ৱারীনি। মসি সর্গ ২৮ লৈ। তিব্বতী ভাষাদা হন্দোক্লম্বা অনুবাদকী লাইরিক ফংই।

**(খ)** সৌন্দরানন্দঃ—মসি সর্গ ১৮ দা ইখিবা গৌতম বুদ্ধগী লোনবী মমাগী মচা নুপা নন্দ অমসুং মাগী নুপী সুন্দরী অনীগী প্রেম-আসক্তিগী ৱারীনি। মথোয় অনীসি অসুক্কী মতিক নুংশিনরম্মি মদুদি অমনা অমবু হেক উদবদা লৈবা ঙম্লমদে। গৌতম বুদ্ধনা নমদুনা মাগী মাইকৈরোমদা চীংশিন্দুনা নন্দবু মাগী ধর্ম্মগী দীক্ষা পীখি। ৱারী অসি মহাকাব্যগী মশক ওইনা ইখি। মসি ভাব, ভাষা অমসুং কাব্যগী ফজববা শক্তমসিনা তাকপদি মহাকসি কবিত্ব প্রতিভা লৈবা মীওইনি।

**ভারবিঃ**— ভারবিসি দক্ষিনাত্যগী কোংকনগী নিংথৌ অবিনীতগী মচা দুর্বিনীতকী রাজসভাগী পণ্ডিতনি। মসি খৃঃ ৫৬০ রোমগী অদুম্নাইদা লৈরম্বনি। মাগী মপাগী মমিং শ্রীধর অমসুং মমাগী মমিং সুশীলা অদুগা মাগী নুপীগী মমিংনা রসিকা হায়না কৌনৈ। মহাক্কী অমত্তা ঙাইরবা মহাকাব্যদি "কিরাতার্জুনীয়" অসিনি। মসি সংস্কৃতকী অথন্নবা মহাকাব্য ৩ গী মনুংদা অমনি মসিদা কৌরবকী মথক্তা রিজয় ফংননবা হায়দুনা অর্জ্জুননা হিমালয়দা কাদুনা তপস্যা তৌখি, কিরাতকী ফিজেৎ শেৎলবা মহাদেবগা লোয়ননা লাল, মমৈদা পেল্লবা মহাদেবগী পাশুপাত কৌবা খুৎলাই ফংখি। ভারবি অসি সংস্কৃত সাহিত্যদা রীতি-শৈলী হৌদোক্লম্বা কবিনি। মাগী কাব্যগী ফজবসি "নারিকেল ফল সম্মিতম্" হায়বদি যুবিগুম্না মপান্দা অকনবা কুয়োম, অদুগা মনুংদা অথোৎপা মহাও লৈবগুম মাগী

কাব্যসু অদুগুম্না ওই। "ভাববেরথগৌরবম্" হায়বা অসিমক্তা মাগী মগুণ অদুম্মক তাক্লি।

**মাঘঃ**— মাগী পুন্সিগী মতাং খরা মাগী "শিশুপালবধ" মহা কাব্য অদুদগী খংবা ঙম্মি। মহাক অসি সুপ্রভদেবগী মচানুপা দত্তক-কী মচানি। মাগী মবুধৌ অসি বাজা বর্মলালগী মন্ত্রীনি। মাঘগী মতম অসি খৃঃ ৬৭৫ নি হায়না লেপ্পরম্মি। মাগী অমত্তা ঙাইরবা মহাকাব্য "শিশুপাল বধ" সিনি। মসিদা দেবর্ষি নারদনা মাগী পূর্বজন্মগী ৱারী লীদুনা, মাগী অত্যাচারগী মবম, শ্রীকৃষ্ণদা মাবু লৌশিনাবিননবা হায়জবা, যুধিষ্ঠিরগী বাজসুয় যজ্ঞ, শ্রীষ্ণনা ইন্দপ্রস্থ য়ৌরকপা, শিশুপালগী হৌনদবা ব্যাবহার অদুদগী শাওদুনা শ্রীকৃষ্ণনা মাবু হাৎখিবগী ৱাৰীনি। মসি সর্গ ১০ দা মপুংফানা ইখি। মহাক্তা কালিদাসদগী কাব্য সৌর্ন্দয্য, ভারবিদগী অর্থগৌরব অমসুং ভট্টিদগী ব্যাকবণগী হৈশিংনা শিজিন্নবা মওং, অহুমমক্তা পুল্লবা মাগী মহা কাব্যনি। মসিদা কলা-পক্ষ অমসুং ভাবপক্ষ অনীমক্কী সম্মেলন (তিন্নবা) নি। উপমা, অর্থ গৌবব অমসুং পদললিত্য অহুমক্কী অপুনবা শক্তমসিনা মবম ওইদুনা "মাঘে সন্তি ত্রযোগুণাঃ" হায়বা প্রভাব অসিমক মহৈ য়ালহনবা ঙম্মি। শিশুপালবধ সংস্কৃতকী অখন্নবা মহাকাব্য ৩ গী মনুংদ অমনি।

**শ্রীহর্য**ঃ— মহাকসি ঐতিহাসিক রাজা হর্ষদেব (হর্যবির্ধন) অদুদি নত্তে। মাগী নৈযধীয চবিতকী অরোইবা সর্গগী শ্লোক্তা তাকপদি মাগী মমা-মপা অমসুং আশ্রয় দাতাগী মমিংশিং নিংথিনা তাক্লম্মি। মাগী মপাগী মমিং শ্রীহীর অদুগা মমাগী মমিংনা কামল্লৰী দেৰী কৌই। মহাক অসি কন্নৌজ নিংথৌ জয়ন্তচন্দ্রগী আশ্রয় লৌখিবা কবিনি। মহাকসি খৃঃ ১২ শুবা শতাব্দীদা লৈরম্বনি হায়বসি অমতা ওইনা লৌনৈ।

**নৈযধীয় চরিতঃ**— মসি সর্গ ২২ দা ইখিবা মহাকাব্যনি। সংস্কৃত সাহিত্যগী মমিংচৎলবা মহাকাব্য ৩ গী মনুংদা অমনি। মসিদা নল দময়ন্তীগী প্রেমদগী হৌবদুনা বিবাহ ফাওবগী ৱারীনি। মাগী "নৈযধীয় চরিত" হায়বা মহাকাব্য অসিনা তাকপদি মসি মাগী গুণ গৌরব অমসুং পাণ্ডিত্য অমনি। পাণ্ডিত্য উৎপদা, যোগ্যতাদা শ্রীহর্ষনা মহাকবি পূম্নমকপু

তুংওইননা থম্মা ওমখি। মসি ভাবপক্ষ অমসুং কলাপক্ষ অনীমক্কী অপুনবা শক্তম ওইরবা মহাকাব্যনি।

**ভট্টি ঃ—** মহাকবি ভট্টি মহাক্কী মতমগী খ্বাইদগী অথোইবা কবি অমনি । মহাক অসি ব্যাকরণ অমসুং কাব্য শাস্ত্রগী অথোইবা পণ্ডিত অমনি। ব্যকরণ শাস্ত্রগী অরুবা পদ্ধতিসি কোকহন্দুনা কাব্যগী মতেংনা ব্যাকরণ তম্বিনবগী নিয়মসি মহাক্না হৌদোকখি।

মহাকসি খৃঃ ৫৫০ দগী ৬১০ ফাওবদা লৈরম্বা শ্রীধরসেনগী রাজ্যপণ্ডিত ওইরম্মি। মহাক্কী অমত্তা ঙাইরবা কাব্যদি (মহাকাব্য) ভট্টিকাব্য নত্ত্রগা রানণবধ মহাকাব্য অসিনি । মসি সর্গ ২২ অমসুং শ্লোক ১৬২৪ নি। মসিদা রাম পোকপদগী হৌদুন লঙ্কা-বিজয় অমসুং রামরাজ্যাভিষেক ফাওবগী ৱারীনি। মসিদা কালিদাসগী মতৌগুম্না ভাব পক্ষ অমসুং ভারবিগী মতৌগুম্না কালা পক্ষ অমসুং ভারবিগী মতৌগুম্না পাণ্ডিত্য অমসুং চিত্রালঙ্কার শীজিন্নখি।

**কুমারদাসঃ—** কুমারদাসসি লঙ্কগী নিবাসীনি। মাগী মতমসি খৃঃ ৫১৭—৫৯৬ ফাওবনি। মহাক্কী অমত্তা ঙাইরবা কাব্যদি "জানকীহরণ" হায়বসিনি। মসি সর্গ ২০ নি । লাইরিক অসি হৌজিক ফাওবা মপুংফানা ফংবা ওমদে। মসিদা দশরথ রাজ্য বর্ণণদগী রাবণ-বিজয় ফাওবগী ৱারীনি। কুমারদাসগী ভাষাসি প্রসাদ অমসুং মাধুর্য্য গুণনা তিল্লি অমসুং দরকারগী মতুংইন্না অশাংবা সমাসপদাবলী কয়া য়াওই।

**রত্নাকরঃ—** মাগী পোকফমদি কাশ্মীরনি অদুগা কাশ্মীরগী নিংথৌ রাজা চিপ্পট জয়াপীড়নি। মহাকসি খৃঃ ৭৭০-৮১৩ ফাওবদা লৈরম্মি। রত্নাকরগী মরুওইবা কাব্যদি "হরবিজয়" অসিনি। মসি সংস্কৃত মহাকাব্যশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী অচৌবা সর্গ ৫০ অমসুং শ্লোক ৮৩২১ নি। মসিদা শিবদগী অন্ধাকসুর ফাওবগী ৱারীনি। অন্ধকাসুর হাৎপা ফাওবদা মাগী ৱারীসি লোইখি। মহাকসি রীতিবাদী কবিনি। কণ্ডিস্বদা ভাষাদা প্রসাদ অমসুং মাধুর্য্য গুণ অদুগা করিগুম্বদা পাণ্ডিত্য উৎলম্মি। চিত্রকলা অমসুং নৃত্যগী বৈজ্ঞানিক বিবেচন তৌবা মরম্না লাইরিক অসি মমল য়াম্নবা থাক্তা লৈরম্মি।

**হরিশ্চন্দ্রঃ**— মহাকসি চাওরাক্পা খৃঃ ৮০০ গী মতুংদা লৈবম্বা পাণ্ডিতনি। মাগী অমত্তা ওাইরবা কাব্যদি "ধর্মশর্মাভ্যুদয়" হায়বা মহাকাব্যসিনি। মসি সর্গ ২১ নি। মসিদা তীর্থকর ধর্ম্মনাথগী জীবন পরিচয় পীরি। মাগী লোলসি য়াম্না চম্মি। লোয়ননা বৈদর্ভী রীতি প্রয়োগ তৌই।

**কবিরাজঃ**— মাগী মমিং মাধবভট্ট হায়নসু খঙনৈ। মহাক অসি জয়ন্তপুরীগী নিংথৌ রাজা কামদেব (খৃঃ ১১৮৯৮২-৮২) গী আশ্রয় লৌদুনা লৈরম্বনি। মাগী অমত্তা ওাইরবা মহাকাব্যদি "রাঘবপণ্ডবীর্য" হায়বা মহাকাব্য অসিনি। মসিদা শ্লেষ অলঙ্কারগী মতেংনা রামায়ণ অমসুং মহাভরত অনীমক্কী ৱারীসি পুন্না পদ্য অমত্তদা ফংখি। অসিগুম্বা মখলগী রচনাসি সংস্কৃত সাহিত্যদা অতাংবনি।

অসুম তৌদুনা সংস্কৃত সাহিত্যদা খৃঃ ১৯৪০ ফাওবদা মতম মতমগী ওইবা মহাকাব্য চা কয়ামুক্কী মথক্তা ইদুনা সংস্কৃত মহকাব্যগী পরম্পরাসি য়াম্নমক পাক চাওনা লাকখি।



# পুরাণ

ভাবতীয ধর্ম্ম অমসুং সংস্কৃতিগী স্বৰূপ নীংথিনা খঙনবগীদমক্তা পুবাণশিং নৈনবসি তঙাইফদে। ধর্ম্ম, সমাজ, বাজনীতি, সংস্কৃতি অমদি ভুগোোলগী মবম নীংথিনা খঙগে হাযববদি পুবাণ নৈনবা নত্তনা খক মপুং ফাদে। অদুনা হৌজিক্কী মতমদা পুবাণ নৈনবগী তঙাইফদবা অসি মযাম্না খঙনববসিনি।

বৈদিক ধর্ম্ম অমসুং পৌবানিক ধর্ম্মদা খেন্নবা খক লৈতে। বৈদিক ধর্ম্মদা ইষ্ট (যজ্ঞ) গী থোইদোকপা মফম লৈ অদুগা পৌবানিক ধর্ম্মদা পুষ্ত্রি কৎপা, ছত্র কৎপা, মন্দিব অর্মদি ধর্ম্মশালানচিংবা কত্তুনা মীযামগী হাযবদি মানব কল্যাণগী দিন-প্রতিদিনগী কর্ম্মদা থোইদোক্তা নকশিন্নবগী থবক অসি ফোংদোকই। বেদনা হাযবি – "একং সর্দবিপ্রা বহূধা বদন্তি" অদুগা পুবাম্না হাযবি – "একং সর্দ বহূধা" অদুনা পবাণশিংগী মুখ্য লক্ষ্যদি অবতাববাদ অসিনি। সংসাবসিদা অবানবগী মপাঙ্গল হেনগৎলক্লবা অদুগা অচুম্বগী মপাঙ্গল শোম্বক্লবা মতমদা ভগবাননা অচুম্বগী বক্ষা তৌননবগীদমক্তা মতম মতমদা অবতাবশিং তৌবকই।

গীতাঃ—

*যদা যাদা হি ধর্ম্মস্য গ্লানির্ভবতি ভাবত ।।*

*অভ্যুত্থানমধর্ম্মস্য তদাত্মানং সৃজাম্যহম্ ।। ৩/৭*

*পবিত্রানায সাধূনাং বিনশায চ দুষ্ককৃতাম্ ।*

*ধর্ম্মসংস্থাপণার্তাযসম্ভবামি যুগে যুগে ।। ৩/৩*

শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা হাযঃ– "ধর্ম্মনা মযেং তাবক্লবা, অধর্ম্মনা মবাই হাযগৎলক্লবা মতমদা ধর্ম্ম কন্ননবগীদমক্তা মতম অদুদা ঐহাক্লা অবতাব তৌই। সাধুশিংগী কন্ননবগীদমক্তা, পাপীশিংবু মাংহন্নবগীদমক্তা ধর্ম্ম কন্ননগীদমক্তা যুগ যুগ খুদিংদা ঐনা অবতাব তৌই অসুম্না গীতাগী বাফমশিংসি পুবাণশিংনা শৌগৎলি।

**শ্রীমদ্ভাগবতঃ**— মতৌ অসুম্না কংবা নাইদ্রবা সমুদ্রদগী পীক্লবা মশিং লাকঙমদ্রবা তুবেলশিং চেম্থবকপগুম্ সত্যগী লঙ্গে ওইববা ভগবানদগী মাশং লাকঙমদ্রবা অবতাবশিং থোবকই।

পুবাণগী অর্থ অমদি বেদগী অর্থবু মপুং ফাহন্ননবগীদমক্তা শীজিন্নবিবা অদুগুম্বা লাইবিক অদু পুবাণ হায়নৈ। মসিদা গৌড়ীয সম্প্রদাযগী থোইদোক্লা শাংখানবিবা জীবগোস্বামীনা পুবাণগী অর্থ অসি কবিগুম্না পোৎ অমগী অৱাংপা হাযবসি পোৎ অদুমক্কী মশা অদুগা মান্নবা পোত্তনা মেনখৎকদবনি, নত্রবদি পোৎ অনী অদু খক মান্নবা যাবা হৌনদে। অদুনা অৱাংপা অমদি মেনখৎপা পোৎ অনীমক্তা চপ মান্নবা শক্তি অমদি শক্তম লৈগনি। জীব-গোস্বামীনা পুবাণনা বেদগী মপুং কয়া যাম্না ফাহনবগে হাযবদু যাম্না শেংনা উৎলি ঃ– বৈদিক সাহিত্য অসি অসুক্কী মতিক পাক চাওখ্রে মদু পুম্নমক নৈনর্বাদ ওইথোক্তে। বেদগী ভাষা অসি ঋষিদগী হেন্না লিবা অমদি লুমনখিবসিনা মসিগী অর্থ অসি খঙননবা তোৎনবদা যাম্নমক অৱাবা অমা ওইবি। বেদাংগী বিচাবদা ঋষিশিংনা তোঙান তোঙানবা মত কযা থোক্লা পুথোক্লি। মবমশিংসিদগী পুবাণশিংদি থোইদোক্লা বিষয, লোল অমসুং বিচাবদা যাম্নমক অচম্বা লোল অমদি অচম্বা বিচাবদা, যোংদোকপনা খুদিংমক্কী মফমদা থোইদোক্লা অবাইবা অমদি কান্নবা পীবি। অদুনা মীযামগী থম্মোইদা অচম্বা লোলনা ধর্মগী তত্ত্বশিংবু ফংহনবদা পুবাণশিংগা চাংদন্নবা যাবা অতোপ্পা অমা লৈত্রে।

পুবাণ মখল ১৮ নি (১) মৎস্য (২) মার্কণ্ডেয (৩) ভবিষ্য (৪) ভাগবত (৫) ব্রহ্মাণ্ড (৬) ব্রহ্মবৈবর্ত (৭) ব্রহ্ম (৮) বামণ (৯) ববাহ (১০) বিষ্ণু (১১) বাযু (১২) অগ্নি (১৩) নাবদ (১৪) পদ্ম (১৫) লিঙ্গ (১৬) গৰুড (১৭) কূর্ম (১৮) স্কন্দ। গৰুড পুবাণগী মতুংইন্না উপপুবাণ ১৮ অমগী মখলসু তাকই — সন্যাকুমাব, নাবসিংহনচিংবা।

পুবাণশিংগী মকওইবা বিষযদি ঃ– (১) কবিগুম্বা বেদ নত্রগা দেবীগী উপাসনা (২) ব্রহ্মা, বিষ্ণু মহেশ মখোইশিংগী মনুংদা অমবু ইষ্টদেব ওইনা লৌবা, (৩) সৃষ্টি, স্থিতি অমসুং প্রলযগী মবমদা বর্ণন, (৪) দেবতাশিং ঋষিশিংগী বংশাবলী অমদি মখোযগী পুন্সিগী ৱাৰী, (৫) মখোয খুদিংগী মমিংশিং, মখোযগী মতম, মতমশিংদুগী থোইদোকপা থৌদোকশিং, (৬) সূর্যবংশ অমসুং চন্দ্রবংশগী নিংথৌশিংগী বর্ণন, (৭) তীথ মফমশিং

অমসুং তীর্থ যাত্রাগী মবমশিং, (৮) ব্রত, জপ, উপবাস, প্রার্থনা, উপাসনাগী বিধি অমসুং যজ্ঞ তৌবগী মখল অমসুং মওংশিং, (৯)ন অবতাববাদ, মূর্ত্তি পূজা অমসুং দেবী-দেবতাশিংগী থোইদোক্লা শ্রাদ্ধাগী মফম, (১০) সগুণ উপাসনা ভক্তিমার্গগী বর্ণন, (১১) দার্শনিক, বাজনৈতিক অমসুং আচাবশাস্ত্রগী থোইদোকপা বিষযশিং নৈনবা।

পুবাণ পূম্নমকসি মাগী মাগী থোইদোকপা গুণ লৈজৈ। অদুমকপু ভাবতীয সাহিত্যগী পবম্পবাদা ভক্তি সাহিত্যগী পবম্পবাগী চাওববা ঈচেল অমা তত্তনা চেহুবিবসিগী মক ওইনা হৌবকপদি শ্রীমদ্ভাগবতনি। ভাবতীয ধর্ম্ম সাহিত্যগী হৌবকফম অমদি মসিগী ঈচেল অসিগী "হৌবকফম" ওইবা সাহিত্য অসি তশেংনা হাযবা তাববদি শ্রীমদ্ভাগবতসিনি।

শ্রীদভাগবত অসি বেদ পূম্নমকী মচিনি, মহাভাবতকী মচি ওইবা শরুকপু নৈনর্বনি অর্মদি ব্রহ্মসূত্রগী (দর্শন) গী ভাষ্যনি। মসিদা বেদগী যাম্নমক মচি ওইবা মন্ত্রশিংদু পুনশিল্লি, ব্রহ্ম অমদি আত্মা অমত্তনি হাযনা ফোংদোক্লুনা মমৈথংদা মুক্তিগী লম্বীদা পুশিন্দুনা নৈনবি। অসুম্না প্রভাব অমা — "বিদ্যাবতাং ভাগবতে পবীক্ষা" — বিদ্যা হৈবশিংগী পবীক্ষাদি ভাগবতদা তৌগদর্বনি। অসিগুম্না দার্শনিক তত্ব অসি কুপ্না অর্মদি মমুৎতানা নৈনবগীদমক্তা। মযাইথংবা মতমগী যুগতা বৈষ্ণব সম্প্রদাযগী আচার্য্যশিংনা মসিদা টীকা অর্মদি ব্যাখা ইদুনা অমদি অর্থবু যাম্না শেংনা উৎলম্মি। মদুগী মনুংদা শ্রীধবস্বামীগী টীকা অসি থোইদোক্লা শীংথানবি। চৈতন্য সম্প্রদাযগী সনাতন গোস্বামীগী দশমস্কন্ধদা "বৃহৎবৈষ্ণব তোযিণী৩৩ জীব গোস্বমীগী সম্পুর্ণ ভাগবতদা ইখিবা ক্রমসর্ন্দভ, বিশ্বণাথ চক্রবর্তীগী সাবার্থ দর্শণী ব্যাখ্যাশিংসি থোইদোক্লা শীংথানিঙাইনি। জীবগোস্বমীগী "সট্টসন্দর্ভ" হাযবসি আধাত্মিক তত্বজ্ঞানগী থোইদোক্লা প্রামাণিক ওইবা লাইবিক অর্মনি। বল্লভাচার্য্যগী "সুবোধিনী" টীকা, নিম্বকাচার্য্য সম্প্রদাযগী শুকদেব আচার্য্যগী "সিদ্ধান্তপ্রদীপ" থোইদোক্লা শীংথানিঙাই ওইবা টীকাশিংনি। অসুম্না শীংথাবা ঙমদ্রবা টীকা কযা ইদুন ভক্তি সাহিত্য অসিবু শৌগৎলি।

**কাব্যগী মীৎয়েংদা শ্রীমদ্‌ভাগবতকী গুণশিংঃ—**

শ্রীমদ্‌ভাগবতদা অঙকপ থোইদোকপা গুণ অমা লৈ। মদুনা চহি চা বযাদগী হৌদ্না পাঠকশিংগী থম্মোইবু মসিগী শব্দমাধুবী অমদি অর্থগী

ফজবসিনা থোইদোক্লা শুমহৎলি। ভাগবত অসি বস অমসুং মাধুর্য্যগী মপাল নাইদ্রবা ঈফুৎ অমনি। মসিদা ভাবপক্ষগী থোইদোকপা গুণগা লোযননা কলাপক্ষগীসু অৱাৎপা অমত্তা লৈতে। বর্ষা ঋতুগী কল্পব ঈচেলনা যৈথবক্লবদসু চীংশিংনা কবিসু নাচুংদবগুম ভগবদ্ ভক্তশিংনা অৱা-অনা কয়া ফংলবসু মপুকনিংদা কবিসু অৱাবা ফাওবিখিদে। "গিবযো বর্ষাধাবার্ভি হ্নন্যমান ন বিবৎথুঃ।

অভিভূযমানা ব্যসনৈযথাধোক্ষজচেতসঃ ॥

ভাগঃ ১০।২০।১৫

শেংলবা থৱাম্মিচাকশিংনা থাল্লবা আকাশগী মকোইনা লংবগুম শব্দব্রহ্মনা মবম ওইদুনা অর্থগী দর্শণ তৌকববা যোগীশিংগী সাত্বিক চিত অসি ঙাম্বোইদুনা লৈ।

বেনু গীতদা মুবলীগী প্রভাব অসি অসুম্না মথাৱাইপানবা ভীবশিংদদা নত্তনা থৱায় পান্দবা জগত্তসু থোইদোক্লা তাহল্লি। তুবেলাশংনসু কৃষ্ণচন্দ্রগী মুবলীগী গীতি তাকবগা ঈথৎনা মবম ওইদুনা মাগী থম্মোইদা শ্যামসুন্দববু ফংনিংবগী থোইদোক্লা অপাম্না ফোংদোক্লি।

বাসপঞ্চাধ্যায় ভাগবতগী থোম্মইনি। মসিদা ব্যাসজীনা কৃষ্ণ অমসুং গোপীশিংগী মবক্তা বাসলীলাগী ফজববা বর্ণন তৌবি। মসিগী আধ্যাত্মিক মহত্ব অদুক্কী মতিক ৱাংবগুম সাহংত্যিক গৌববসু অদুক্কী মতিক ৱাংই। পোপীশিংনা কৃষ্ণ অন্তবধ্যান ওইথ্রবদা মখোইগী ভাবশিংবু থোৎলবা ৱাহৈশিংদা ফোংদোকপা অদু তশেংনমক পুক্লিং হুনিঙাই মশক্লি।

কৃষ্ণভক্ত কাবশিংগী বর্ণ্য বিষযদি— বালকৃষ্ণগী মাধুর্য্যনা তিল্বা ললিত-লীলাশিং। বৈষ্ণব ধর্ম্মগী অঙকপা প্রভাবন ভাবতীয সাহিত্য অসি শৌন্দর্য্য অমসুং মাধুর্য্যগী পোক্লফম ওইবি। পুন্সিগী কোমল অমদি ললিত ভাবনাশিংগী মযেং তানা নাইদ্রবা ঈফৃৎনি। পুন্সিগী মশক ওইববা ঈচেলবু রসনা তিল্লবা লম্বেলদা চেষ্টহনবদা থোইদোকপা মানসসবোবব অমনি। ঐখোযগী সাহিত্যদা গীতি কাব্যগী থোইদোকপা বহস্য অমা লৈবিবসি মসিমক্কী প্রভাবনি। বাৎসল্য অমসুং শৃঙ্গাব কাব্যগী ঈচেলদা হাপ্লিবা থৱাই অসি থোইদোক্ল শ্রীমদ্ভাগতকী থোইদোকপা দান অমনি। অদুনা কৃষ্ণ কাব্যশিংগী বচনা

তৌননবগীদমক্তা থৌনা হাপকৎপদি শ্রীমদ্ভাগবতনি। আধুনিক আর্য্য ভাষাশিংগী সাহিত্যদা চেহুখিবা কৃষ্ণকাব্যগী থোইদোকপা ঈচেল অসিগী হৌরকফমদি শ্রীমদ্ভাগবতনি। হিন্দী সাহিত্যগী মধ্যযুগতা কৃষ্ণকাব্যগী মহত্ব অমদি গরিমা করি অমুক হায়কগনি।

সংস্কৃত সাহিত্যদা মহাপুরাণ ১৮ অমসুং উপপুরাণ ১৮ নি হায়না শীংথানৈ। মহপুরাণ ১৮ গী শম্নপ্লা শক্তমশিং খর নৈনদুনা য়েংসি—

**(১) বিষ্ণু পুরাণ ঃ**— মসিগী অইবগী মিংদি পরাশর কৌই। মসি মক ওইবা পুরাণশিংগী মনুংদা অমনি। মসিগী ঐতিহাসিক, দার্শনিক অমসুং সাহিত্যিক গুণশিং লৈ। মসিদা বিষ্ণুবু অবতারনি লৌদুনা মসিগী উপাসনাগী মরমদা নৈনবনি। মসিদা পুরাণ অমগী মরুওইবা মচাক পূম্নমক শুনা য়াওই। মসিদ মৌর্য্য বংশগী নিংথৌশিংগী ৱারী য়াওই। শঙ্করাচার্য্যনা গুপ্তা মসিদগী লৌবা প্রমাণশিংদু মাগী লাইরিকশিংদা খুদম পীদুনা শীজিন্নৈ।

**(২) ভাগবত পুরাণ ঃ**— মসি বৈষ্ণবশিংগী থোইদোক্ল নুংশিজরবা মহাপুরাণ অমনি। মসিদা স্কন্ধ ১২ অদুগ অধ্যায়না লিশিং ১৮ নি। মসিগী ১০ শুবা স্কন্ধদা শ্রীকৃষ্ণগী রাস লীলা অমদি লীলাশিংগী পাক-চাওনা নৈনদুনা তাকই। মসিদা টীকা কয়া অমা ইখি। মসি পুবাণ পূম্নমক্তগী অথোইবা পুরাণনি। মসিদা শ্রীকৃষ্ণবু অবতার অমা ওইনা লৌদুনা মাগী লীলা মখলশিংগী মরমদা নৈনবনি। অদুগা মরক মরক্তা চীং-লেম্বা ফজরবা দার্শনিক বিচারশিং মফম মফম খুদিংদা নৈনৈ। মরম অদুনা ফজরবা পাউরৌ অমা অসুম্না চৎনৈ "বিদ্যাবতাং ভাগবতে পরীক্ষা" হায়বদি বিদ্বান্‌শিংগী চাংয়েংদি ভাগবতদা খণ্ডনৈ। মসি ভগবান্‌গী অবতার ২২ গী অকুপ্পা বর্ণন তৌই।

**(৩) অগ্নি পুরাণ ঃ**— ঐখোয়গী থোইদোক্লা তত্তনা পাংথোক্লরিব থবকশিংগী মীংয়েং মতুংইন্না "অগ্নি পুরাণ" অৱাংবা থাক্কী পুরাণ অমনি। অসিদা মতম অদুদা চৎনরম্বা বিদ্যা পূম্নমক্কী মচি ওইবা শক্তম্‌শিং উব ফংই। মসি মহাভাবতকী মতৌগুম্না অপুনবা (collection) লাইবিক অমনি। মবম অদুনা মসিদা কাব্যশাস্ত্র, ব্যাকরণ, আয়ুর্বেদ. জ্যোতিষ, কোশগ্রন্থ, ধনুর্বেদ, গান্ধর্ববেদ, অর্থশাস্ত্র, বনস্পত্তি শাস্ত্র, নাট্য শাস্ত্র অমসুং বৈদিক কর্মকাণ্ডনচিংবা শুনা য়াওই।

**(৪) মৎস্য পুরাণঃ**— মসি ইতিহাসগী থোইদোকপা গুণনা তিল্লবা পুরাণ মখল অমনি। মসিদা আক্ত্র রাজাশিংগী বংশাবলী য়াওই। মসিদা খা ভারতকী মুর্ত্তি-কালানচিংবগী মরমদা শুগায়না তাকই। মসিদা পর্ব, তীর্থ, বৈষ্ণব অমসুং শৈব ধর্ম্মগী চৎনরোলশিংগী মরমদা শুগায়না নৈনে। মসিদসু নত্তনা জৈন ধর্ম্ম, বৌদ্ধ ধর্ম্ম অমসুং নারশিংহনচিংবা উপপুরাণশিংগী মশক তাক্লম্মি।

**(৫) মার্কণ্ডেয় পুরাণ ঃ**— মসিদা ইন্দ্র, ব্রহ্মা, অগ্নি অমসুং সূর্য্যবু মরুওইবা দেবতা ওইনা লৌই। মসিদা দেবী দূর্গাগী স্তুতি তৌবগী দেবী-মহাত্ম্য য়াওই।

**(৬) ভবিষ্যৎ পুরাণঃ**— মসিদা ভবিষ্যৎ বাণী (তুংদা থোক্লক্কদবা থৌদোকী মরমদা তাকপা) শিং তাকই। মসিদা বর্ণ মরীমকী মথৌশিং—সূর্য্য, নাগদেব অমসুং অগ্নিগী পূজাগী মরমদা নৈনে।

**(৭) ব্রহ্মাণ্ড পুরাণঃ**— মসিদা তীর্থশিংগী মহাত্ম্য মাত্রনশিং অমসুং ৱারী মচা কয়াগা মরী লৈননা নৈনবা ৱাফমশিং য়াওই। মসিগী খণ্ড তরেৎমক্তা অধ্যাত্ম-রামায়ণ লীদুনা নৈনবগী ৱাফম য়াওই।

**(৮) ব্রহ্ম বৈবর্ত পুরাণ ঃ**— মসিদা সংসারগী সৃষ্টি অসি ব্রহ্মাগী মরমদা শন্দোক্লা নৈনদুনা তাকপা অমনি। মসিগী খণ্ড ৪ থোক্লা খায়দোকই — ব্রহ্ম খণ্ড, প্রকৃতি খণ্ড, গণেশ খণ্ড, কৃষ্ণজন্ম খণ্ড।

**(৯) ব্রহ্ম পুরাণঃ**— মসিবু খ্বাইদগী অহৌবা পুরাণনি হায়না শীংথানে। মসিদা উরিষ্যাগী তীর্থশিংগী মরমদা থোইদোকপা গুণশিং তাকই। মসিদা সূর্য্যবু শিব হায়না কৌই। মসিগী পরিশিষ্ট অমগী মমিং সৌর পুরাণ হায়রগা খঙনে।

**(১০) বামন পুরাণঃ**— মসিদা বিষ্ণুগী বামন অবতারগী মরমদা নৈনবা পুরাণ অমনি।

**(১১) বরাহ পুরাণঃ**— মসিদা বিষ্ণুগী থেঙ্গু অবতারগী মরমদা থোইদোক্লা কুপ্না নৈনরি। মসিদা অধ্যায় ২১৮ দা শ্লোক লিশিং ২৪ য়াওই। মসিদা নচিকেতাগী ৱারী অমদি মথুরা মহাত্ম্য য়াওই।

**(১২) বায়ু পুপুরাণঃ**— মসিবু শিবপুরাণ হায়নসু কৌনে । পণ্ডিত খরনা মিং অনিসিগী তোঙান তোঙানবা পুরাণ অমমম ওইনা লৌনবসু য়াওই। মসিদা শ্লোক লিং ২৩ য়াওই।

**(১৩) নারদ পুরাণঃ**— মসিবু বৃহৎ নারদীয় পূরাণ হায়নসু কৌনে। মসি বৈষ্ণব পুরাণনি। মসিগী খণ্ড ২ মক্তা অধ্যায় ১২৫ অমসুং ৮২ য়াওই। মসিদা উৎসব, পর্বশিং, ঈশ্বর ভক্তিনা মরম ওইদুনা মোক্ষ ফংবগী মরমদা তাকই।

**(১৪) পদ্ম পুরাণ ঃ**— মসিদা খণ্ড—সৃষ্টি, ভুমি, স্বর্গ, পাতাল অমসুং উত্তর খণ্ড। মসিদা শ্লেক ৫৫ লৈ। পুরাণসিদা রাধাবু কৃষ্ণগী পত্নী ওইবগী মরম তাকই। কালিদাসনা রঘুবংশ অমসুং শকুন্তলা অনীমক্কী বারী অসি পুরাণসিদগী লৌখি।

**(১৫) লিঙ্গ পুরাণঃ**— মসিদা শ্লোক লিশিং ১১ লৈ। মসিদা শিবলিঙ্গগী পূজাগী মহাত্ম্য নৈনৈ।

**(১৬) গরুর পুরাণঃ**— মসিদা শ্লোক লিশিং ১৮ লৈ। মসি পুরাণ অমগী তশেংবা শক্তম অদুমক্তি নত্তে। মসিদা অঙ্ক, জ্যোতিষ, শ্রাদ্ধ-তর্পণ, আয়ুর্বেদগা মরী লৈনবশিং তাকই।

**(১৭) কূর্ম্ম পুরাণ ঃ**— অহানবদা মসিগী সংহিতা ৪ লৈরম্মি; অদুবু হৌজিক ব্রক্ষ্মী সংহিতাদমক ফংলে। মসিদা শ্লোক লিশিং ৬ ফংই। মসিদা শিবগী অবতারগী বর্ণন তৌই। মসিদা গীতা ২ খক য়াওই—ঈশ্বরগীতা, ব্যাসগীতা। মসিদা জ্ঞান ফংননবগীদমক্ততা কর্ত্তব্য—পালনবু অথোইব উপায় অমা ওইনা তাকই।

**(১৮) স্কন্ধ পুরাণ ঃ**— মসিদা সংহিতা ৫ য়াওই— সনৎকুমারীয়, ব্রাক্ষ্মী, বৈষ্ণবী, শঙ্কর নত্তগা অগত্য অমসুং সৌর। মসিদসু নত্তনা কাশী খণ্ড কৌবা পিকতক তৌবা অধ্যায় ৫০ অমগসু য়াওই। মসিদা বরানসী অমসুং মদুগী মনাক অকোইবদা লৈবা মন্দিরশিংগী মরমদা নৈনদুনা তাকই। মসি শ্লোক (লিশিং) ৮১ য়াওই অদুনা খ্বাইদগী অচৌবা পুরাণ অমনি হায়না শীংথানৈ। মসিদা মরু ওইন শিব ভক্তিগী মরমদা নৈনরম্মি। মসি খা ভারতলোমদা য়াম্নমক শীংথানরবা পুরাণনি।

মহাপুরাণশিংদা নত্তনা উপপুরাণ ১৮ অমগী মিংতমক নৈনগে (১) সনৎকুমার, (২) নারসিংহ, (৩) স্কান্দ, (৪) শিবপুরাণ, (৫) আশ্চর্য্য (৬) নারদীয়, (৭) কাপিল, (৮) বামন, (৯) ঔশনস, (১০) ব্রহ্মাণ্ড, (১১) বারুন, (১২) কালিকা, (১৩) মাহেশ্বর, (১৪) সাম্ব, (১৫) সৌর, (১৬) পারাশর, (১৭) মারীচ, (১৮) ভাগর্ব।

## সংস্কৃত গীতিকাব্যগী পরম্পরা
### (Tre trend of Sanskrit Lyrical poems)

গীতিকাব্য অসি কাব্যত্বগী শক্তমগা লোয়ননা ঈশৈ (সঙ্গীত) গী ওইবা ভাবনা মরু ওইবা কাব্যনি। অদুগুম্বা পদ্যশিংদু বাদ্যযন্ত্র (পুং-তবলা) গী মতেংনাা নীংথিবা তাম্বাগা লোযননা ঈশৈ ওইনা শকপা যাই। শাস্ত্রগী মীৎয়েংদা গীতিকব্যসি কণ্ডকাব্য হায়নসু খণ্ডনৈ। মসিবু সংস্কৃত মহাকাব্যগী অপীকপা শরুক্ষ অমগুম শীংথানৈ — "খণ্ডকাব্যং কাব্যস্যৈকদেশন্যেকানু সারিচ"।

গীতিকাব্যসিগী হৌরকফমসি ঋগ্বেদনি। ইগ্বেদদ উষা, বিষ্ণু, ইন্দ্র, বরুণ, সবিতা, অদিতি অমসুং মরুতনাচিংবা দেবতাশিংগী সূক্তশিংদা স্তুতি অমসুং দেবতাশিংদুগী গুণ শক শোনবগী মওংদ লৈরম্মি। রামায়ণ অমসুং মহাভাতকী মনুংদসু রাম অমসুং কৃষ্ণগী স্তুতি তৌবগী মওংদা ইবা য়াওই। ভাগবত, বিষ্ণু অমসুং নারদ পুরাণশিংদসু উপাস্য দেবতাশিংগী স্তুতি তৌনরম্মি।

গীতিকাব্যসি মখল অনীথোক্লা উবা ফংইঃ— (i) শৃঙ্গারিক (ii) ধার্ম্মিক নত্ত্রগা নৈতিক গীতিকাব্য।

**ঋতুসংহারঃ**— মসি কালিদাসগী অহানবা গীতিকাব্যনি। মসিদা সর্গ ৬ অমসুং শ্লোক ১৪৪ দা ঋতু ৬ কী মথং মথং বর্ণন তৌই। অদুনা সংস্কৃত গীতিকাব্যগী পরম্পরাদা লৌকিক সাহিত্যগী অহানবা প্রবর্ত্তক কবিনি হায়না শীংথানৈ কালিদাসবু।

**মেঘদূতঃ**— মসি কালিদাসগী ২ শুবা গীতিকাব্যনি। মেঘদূত সংস্কৃত সাহিত্যদা খ্বাইদগী অথোইবা গীতিকাব্যনি। কাইন মৈশা লাংলবী

চান্নথোইরবীগী মফমদা লৈচিনবু প্রেমগী মশক ওইরবা পাওপুবা অমা ওইনা থাবগী ফজরবা কল্পনাসি সংসারগী সাহিত্যদা অমুক্তা ইখিদ্রবা থোংলবা থম্মোই কাইহনবা কাব্যনি। বাল্মীকীয় রাময়ণনা অশোকবাটিকাদা রাবণনা হুখ্রবী সীতাগী মফমদা হনুমানবু দূত ওইনা থাবা, অদুগা মহাভারতদা দময়ন্তীনা কাংঙাবু নল নিংথৌগী মফমদা দূত ওইনা থাবগী রারীদা লৈ। অদুবু মথরাই পান্দবা পোংপু দূত ওইনা থাখিবগী অনৌবা চংনবী অমা পুশিল্লকপসি কালিদাসনা ইহান হানবনি। মসিগী কাব্যসি শরুক ২ থোক্লা খাদোকই— (i) পূর্বমেঘ—শ্লোক ৬৩, অদুগা (ii) উত্তর মেঘদা শ্লোক ৫২ পুন্না শ্লোক ১১৫ নি। মসিগী মথক্তা সংস্কৃত লোলদা টীকা ৫০ গী মথক্তা ইখি। মসিগী রাবীদি কায়না মৈশা লাংলবা যক্ষনা নোংবু মাগী চান্নথোইবী যক্ষিনীগী মফমদা কাযনা পাওজেল পীখিবনি। পূর্বমেঘদা বামগিবিদগী অলাকাপুবী ফাওবগী লম্বিসি তাকখি অমসুং উত্তরমেঘদনা মাগী চান্নথোইববীগী মফমদা পীবা পাওজেলনি। মেঘদূত কাব্যসি—ভাব, ভাষা, অলঙ্কার অমসুং রসগী মীৎয়েংদা অসুক ফজবা কাব্যসি অতাংবনি। অদুনা মসিগী মথক্তা সংস্কৃত লোলদা টীকা ৫০ গী মথক্তা তোঙান তোঙানবা সনালোচকশিংনা ফজববা রাখলশিং পীদুনা ইখি। মেঘদূতসি হৌজিক্কী ভারতীয় ভাষা পুম্নমক্তা অনুবাদ তৌনদুনা মাগী মাগী লোলগী সাহিত্যদা অনৌবা লৈচল হাপখি।

**পার্শ্বাভ্যুদয়ঃ**— মসি জিনসেনগী গীতিকাব্যনি। (খৃঃ ৮১৪)। মেঘদূতকী মতৌগুম্না মান্দ্রাক্রান্ত ছন্দদা ইবনি। প্রকৃতিচিত্রণদা য়াম্নমক ফজরবা কাব্যনি। রেবা নদীগী মর্ণন তৌদুনা বেবাবু পৃথিবীগী তংলবা মুক্তা পরেংগুম শীংথাদুনা মাগী তোর্বান্দা লৈবিবা শামুশিংগী য়াথিন্নবা অমদি উচেকশিংগী মীরবা খোঞ্জেলগী বর্ণন তৌদুনা তুরেল (রেবা) মপালগী ফজববা বর্ণন তৌদুনা ইখিবসি থোইদোক্লা থম্মোই শোক্লবগী মশক্তি।

**নেমিদূতঃ**— জৈনদূতকাব্য (গীতিকাব্য) অনীথক্কী মনুংদা অথোইব্বা অমনি। মসি নেমিদূত সংগনগী মচা বিক্রম কবিগী বচনানি। (খৃঃ ১৪১৫) মসিদা ২১ শুবা তীর্থঙ্কব নেমিনাথ অমদি মাগী ধর্ম্মপত্নী রাজীমতিগী চরিত্র যেকলি। কাইনা মৈশা লাংলবী বাজীমতীনা মাগী কাইনবগী রাকম ফোংদোকপা কাব্যনি।

**শীলদূতঃ—** "চরিত্রসুন্দব" জৈনমেঘদূতনাচিংবা জৈন কবিশিংগী মেঘদূত পবম্পবা কযা অমসু ইদুনা থনম্মি। অদুগী তুংদ মেকতুঙ্গগী চাওবাক্লা শতাব্দী অনীবোমগী মতুংদ বাদিচন্দ্রনা "পবনদূত" কৌবা দূতকাব্য অসি ইবম্মি।

**ভর্তৃহরিঃ—** ভর্তৃহবিগী মবমদা অশেংবা জীবনচবিত ফংবা ঙমদে। মহাক অসি বিক্রমাদিত্য (বিক্রমশতাব্দী হৌদোক্লম্বা) গী মনাওনিপানি হায়না খঙনৈ। বিক্রমশতাব্দীসিগী মতুংইল্লবদি মহাকসি খৃঃ মমাং ৫৭ দা লৈবম্মি। মহাক্কী মমিংদা শতক অহুম — নীতিশতক, শৃঙ্গাব শতক অমসুং বৈবাগ্য শতক অসুম্ন "শতকত্রয" অসি ভর্তৃহবিগী মিংদা ফংখি। শতক ৩ মক্তা উপদেশাত্মক সুভাষিত (পাউবৌ) না থল্লব লাইবিক্লি। মখোযশিংসিনা ভর্তৃহবিগী কাব্যপ্রতিভা, দার্শনিকতা অমদি মাগী জ্ঞানগী পাকচাওবা ক্ষেত্রগী মবমদা শুগাযনা তাকলি।

**অমরুশতকঃ—** অমকগী মবমদা প্রামাণিক ওইবা মবমশিং ফংবা ঙমদে। অমকক্কী মতমসি খৃঃ ৭৫০ গী অদুব্রাইদনি হাযনা খন্নে। মাগী অথোইবা লাইবিক্তি "অমকশতক" হাযবসিনি। মসিগী পাণ্ডুলিপিদা শ্লোক ৯০ দগী ১১৫ ফাওব ফংই। অমকক থোইদোক্লা ভাবুক অমদি বসিক ওইবা কবিনি। মহাক শৃঙ্গাব বসগী অথোইবা কবিসু অমনি। মদুদা প্রসাদ অমসুং মাধুর্য্য গুণনা তিল্লি।

**জয়দেবঃ—** জযদেবসি বঙ্গালগী কেন্দুবিল্ব কৌবা খুঙ্গংদা খৃঃগী ১১০০ দা পোকখি। মাগী মপাগী মমিং ভোজদেব, মমাগী মমিং বামা দেবী (বাধাদেবী) কৌই। মাগী লোইনবীগী মমিং পদ্মাবতী কৌই। মহাকসি বঙ্গালগী সেনবংশগী নিংথৌ লক্ষ্মণসেনগী বাজদববাবগী কবিনি। মাগী অমক্তা ওাইববা গীতিকাব্যদি "গীতগোবিন্দ" কাব্যনি। মসি সর্গ ১২ নি। মসিদা শ্রীকৃষ্ণগা গোপীশিংগা বাসক্রীড়া, বাধাগী অন্নাবা বর্ণন, কৃষ্ণগীদমক্তা লাংতক্লবা, বাধাগীদমক্তা কৃষ্ণগী উৎকন্ঠা, সখীশিংনা বাধাগী কাইনবগী অন্নাবা ফোংদোকপা, কৃষ্ণ লেংলকপা, বাধাগী অন্নাবা ফোংদোকপা, কৃষ্ণগী সন্ধিও অমসুং রাধাগা মিলন, পুন্নমকসিগী বর্ণন তৌদুনা ইবনি।

জয়দেবসি থোংপা-অনৌবা পদশিং, সরস ভাবশিং ফোংদোকপা, সঙ্গীতকী মশক ওইবা রচনাগীদমক্তা সংস্কৃত সাহিত্যদা খ্বাইদগী অথোইবা মফম ফংখি। গদ্য, পদ্য, গীত মখোয় অহুমমক্কী তিন্নবসিনা মরম ওইদুনা জয়দেবনা সংস্কৃত সাহিত্যদা অনৌবা মখল অমা পুথোক্লম্মি। গীতি, লয় অমসুং তালগী অপুনবগী ভাবুকশিংগী থম্মোয় ওমহৎলম্মি। মাগী অসিগুম্বা মতিক মগুণশিংবু নীংশিংবা অমা ওইনা ঙসি ফাওবা মাগী পোক্লফম কেন্দুবিল্বদা পোইনুগী শুক্লা সপ্তমীদা অচৌবা উৎসব চত্তি খুদিংগী ওইনা পাংথোকই। বৈষ্ণবশিংনা অহিংচুপ্পা মাগী মদ্যশিংদু থাদুনা, শক্তুনা মতম লেল্লি। গীতগোবিন্দবু মীয়ামগী পাল্লবগী খুদম্না — মসিদা যামদ্রবদা টীকা ৩৫ গী মথক্তা তোঙান তোঙানবা সমালোচকশিংনা ইখি। মাবু পাশ্চাত্য লেখকশিংনা যাম্না রাংনা থাগৎনবম্মি।

**পণ্ডিতরাজ জগন্নাথঃ—** মহাক অসি সংস্কৃত সাহিত্যগী সমালোচক অমা ওইনা মযাম্না খঙনৈ। মাগী মপাগী মমিং মেক ভট্ট অদুগা মমাগী মমিংন লক্ষ্মীদেবী কৌই। মহাক তৈলঙ্গ ব্রাহ্মণ অমনি। মাবু মুগল বাদশাহ শাহজহাঁনা (খৃঃন ১৬২৮-১৬৫৮) মাগী মচা নুপা দাবাশিকোহবু সংস্কৃত তম্বিনবগী ভাব শীন্নখি। মহাক বাদশাহ শাহজহাঁগী মফমদা লৈদুনা নহা ওইরিঙৈগী মতম লেনখি। মহাক্না লাইরিক ১৩ গী মথক্তা ইখি।

মাগী খ্বাইদগী শীংথানববা গীতি কাব্যদি "ভামিনী বিলাস" হায়বসিনি। মাগী নুপীগী মমিং ভামিনী হায়না কৌই। মাগী মমিং লৌদুনা ভামিণী বিলাস হায়বসি থোনখিবনি। মসিদা বিলাস ৪ থোক্লা খায়দোকই — (১) অন্যোক্তি বিলাস, (২) শৃঙ্গার বিলাস, (৩) করুণ বিলাস, (৪) শান্তবিলাস। পণ্ডিতরাজগী কোমলপদাবলী, ললিত-ভাবাভিব্যক্তি মনোজ্ঞ বিচারধারা অসি মাগী কাব্যগী থোইদোকপা মগুণ অমনি।

**রূপগোস্বামী ঃ—** জয়দেবকী গীতগোবিন্দগী মাধুরী প্রভাব অসি বঙ্গালগী চৈতন্য সম্প্রদায়দা তাখি। রূপ গোস্বমী অসি চৈতন্য সম্প্রদায়গী অথোইবা ভক্ত কবিনি। মহাক অসি বাঙ্গালগী অথোইব ভক্ত কবিনি। মাগী মতম অাস খৃঃ ১৬ কী মনুংদনি। রূপগোস্বামীনা ভগবান কৃষ্ণ, রাধা, বৃন্দাবন অমনি যমুনাগী স্বরূপ অমসুং রাধাকৃষ্ণগী ললিত কেলিগী কয়ামুক ওইবা ফজরবা রসময় বর্ণন অসি স্তুতি পদশিংদা ইখি। মদুগুম্বা পদ্যশিংদু -

"স্তবমালা" হায়দুনা খঙনখি। অসিগুম্বা পদ্যশিংসি অষ্টপদশিংদা জয়দেবগী গীতগোবিন্দগী প্রভাব নীংথিনা তাখি।

**বিশ্বনাথ চক্রবর্তীঃ**— মহাক অসি গৌড়ীয সম্প্রদাযগী মক ওইবা ভক্তকবিনি। মাগী মতমদি খৃঃ ১৬৬৪ দা পোকখি। সংস্কৃত সাহিত্যদা মহাক্কী অথোইব লাইবিক্তি — ভাগবতকী টীকা "সাবার্থদার্শিণীও' অসিনি। বিশ্বনাথনা বাঙ্গলা বৈষ্ণব পদশিংগী খ্বাইদগী ফীববা সংগ্রহ অমা পুথোকখি, মদুগী মমিং "ক্ষণপদাগীত-চিন্তামণি" কৌই। অসুম তৌদুনা বঙ্গীয বৈষ্ণব কবিশিংনা সংস্কৃত লোলদা পদ্যশিং ইদুনা গীতগোবিন্দগী পবম্পবাবু শৌগৎলম্মি।

অসিদসু নত্তনা গীতি কাব্যগী মনুংচনবা স্তোত্র কাব্য হাযবদি ঈশ্বববু স্তুতি তৌদুনা ইবা পদশিং যাম্নমক সংস্কৃত সাহিত্যদা শীংথানৈ। "শিবস্তোত্র' অমদি "বৈষ্ণবস্তোত্র" শিং কয়া অমা ইদুনা সংস্কৃত সাহিত্যবু থোইদোক্লা চাওখৎহল্লি। অদুগুম্বা ভক্তকবিশিংগী মিং অমসুং মখোযগী কৃতিশিং শীংথানব ওইথোক্তে।

মখোযশিংদসু নত্তনা গীতিকাব্য কয়া অমসু সংস্কৃত সাহিত্যদা থোইদোক্লা শীংথানবি। অসুম্না মশিং লাকঙমদ্রবা কবিশিংনা গীতি কাব্যগী মখল কয অমা ওইনা সংস্কৃত সাহিত্যবু চাওখৎহল্লম্মি।



# নাট্য

সংস্কৃত লোলদা নাট্যবু রূপক হায়না খঙনৈ। রূপক হায়বদি পোৎ অদুম্মক্কী মশক চপ মান্ননা লৌদুনা উৎপা অদুবু রূপক হায়না কৌই।

রূপক মখল অনী শুই ঃ— (ক) রূপক (খ) উপরূপক

**(ক) রূপক মখল** ১০ঃ— নাটিকা, প্রকরন, ভান, প্রহসন, ডিম, ব্যাযোগ, সমবকর, বীথী, অঙ্ক, ঈহামৃগ।

**(খ) উপরূপক মখল** ১৮ ঃ— নাটিকা, ত্রোটক, গোষ্ঠ, মাট্রক, নাট্যনারাসক, প্রস্থান, উল্লাপ্য, কাব্য, প্রেঙ্খন, রাসক, সংলাপক, শ্রীগদিত, শিল্প, বিলাসিকা, দুমল্লিকা, প্রকরনী, হল্লীল, ভানিকা।

# সংস্কৃত নাট্য হৌরকপগী পরম্পরা

## (The trend of Sanskrit Dramas)

ভারতকী নাট্য শাস্ত্রগী হৌরকফমগী মরমদা ভরত মুণিনা য়াম্না ফজরবা ৱারী অমা পুথোক্লম্মি। সতাযুগ লোইরকপা মতমদা ধর্ম্মগী খোংফম অমা ময়েং তারম্মি। মদুনা মীওইবা সমাজ অসি অপান্বা, অশাওবা, কল্লকপা, মীহৌবনচিংবা ফত্তবা ৱাখলশিংনা খুদুম চনখিরম্মি। মীওইবা জাতিগী অসিগুম্বা অৱাবা ফিভমসি উরুবদগী লাইয়াম্না ব্রহ্মাগী নাক্তা চত্তুনা হায়জখি "ঐখোয় লাইয়াম অমদি মীওইবগী বর্ণ ৪ মক্কী মীওই পুম্নমক চপ মান্ননা খেন্নবা লৈতনা নুঙাইবা পীবা মখলগী বিষয় অমা শেম্বিদুনা পুথোকপিনবা হাযজখি"। লাইয়ামগী অসিগুম্বা ৱাকৎসিদগী দেবশিংবু নীংশিংলগা ঋগ্বেদদগী কথা (Plot), সামবেদদগী সঙ্গীত, (Music), যজুর্বেদদগী অভিনয় (Acting), অথর্ব বেদদগী রস (Sentiment) লৌরগা মঙাশুবা নাট্য কৌবা বেদ অমা ইখি। ব্রহ্মানা ভরত মুণিদা মদু তাকপিদুনা মদুগী অভিনয়গী ভার অদু মঙোন্দা শীন্নবম্মি।

ভবতনা নুপী পাত্রশিংগী ভূমিকা কুম্নবগীদমক্তা অংসবাশিং (স্বর্গগী জগোইশাবী) পুথোকখি। বঙ্গশালা (Stage) শান্নবগী অমদি লৈতেংনবগী থবক বিশ্বকর্মদা শীন্নখি। অসুম্না শীন্নববা মতুংদা অসুব পবাজয়, (হিংচাববু মাইথিবা পীবা) অমৃতমন্থন, ত্রিপুবদাহ কৌবা নাটকশিং শান্নবা হৌখি। অসুম্না সংস্কৃত নাটক পুথোকখিবগী ৱাবী ভবতকী নাট্য শাস্ত্রদা ইবম্মি।

ভবতকী অসিগুম্না ৱাফমসি হৌজিক্কী মতমগী পণ্ডিতশিংনা পৌবানিক কল্পনানি হায়দুনা থাজদবা পোক্লবম্মি। অদুনা হৌজিক্কী মতমদা নোংচুপ অমদি নোংপোকলোমগী পণ্ডিতশিংনা নাট্য হৌবকপগী মবমদা মখোয মখোয়গী তোঙান তোঙানবা মত পুথোক্লবম্মি।

**(i)** মেক্সমূলব (Mes Mullei), স্প্রো'সিল্বা লৈবী (Sylvan Level), স্প্রে' শ্রোএদব (Von Schocder) প্রেঃ ডাঃ হর্টল (Hertal) নচিংবা নোংচুপলোমগী পণ্ডিতশিংসিনা "ঋর্কসূক্তসংবাদ" পু নৈনকববা মতুংদা ঋগ্বেদদা য়াওবা ৱাবী শান্নবা (অহাই অখুম) মতাং যাম্না যাওখি। মসিনা মবম ওইদুনা সংস্কৃত নাটকশিংসি পুথোকখিবনি হাযনা মখোযগী মত পীবম্মি।

**(ii)** অনীশুবা মতনা—প্রোঃ বিজবে (Ridgeway) না হাযর্বাম্ম—সংসাবগী সংস্কৃতি পুম্নমক্তা মৃতাত্মা হাযবদি লৈখিদ্রবা মীওইশিংগী মফমদা শ্রদ্ধা (থাজবা) ফোংদোকপগী পবম্পাসি লৈনবম্মি। স্বর্গীযশিংগী আত্মাশিংনা পেম্নবগীদমক্তা তোঙান তোঙানবা অভিনযশিং উৎলম্মি। মসিদগী নাটক অসি হৌখিবনি হাযনা মাগী মত পীবম্মি।

**(iii)** নোংচুপকী পণ্ডিতশিংনা য়ূবোপ্তা শান্নখিবা মে-পোল (Ma-Ploe) গী পর্ব অসি অভিনযনা মকওইনা পাংথৈক্লে। অদুগুম্না মমাংঙৈদা ভাবতকী ইন্দ্রধবজ উৎসবকী মতমদা অভিনযনচিংবা তৌদুনা উৎনৈ। মদুগী তুংদা ধর্ম্ম পর্বশিংদা অভিনযশিং তৌনবকপদগী নাটক পোকপগী ৱাফম পুথোক্লম্মি।

**(iv)** পণ্ডিত কযামুক্কী মতনা কৃষ্ণগী বাসলীলা অমদি কৃষ্ণভক্তিগী মবীদা লাংখিবা বাসলীলাশিংবু নাটক হৌবকপগী মফনি হায়না শৌগৎলম্মি।

**(v)** পুতলিকা নৃত্য অসি নাটকশিংগী হৌবকফমনি হায়না ডাঃ পিশলে (Pischel) না হায়বম্মি। মাগী মত মতুংইন্না মমাংঙৈগী মতমদা লাইফদিবীগী জগোই চৎনবম্মি। মদুগী চাওখৎলকপা শক্তমদা নাটক অসি পোকখি। সংস্কৃত নাটকশিংদা শীজিন্নবা সূত্রধাব হাযবা বাহৈসিনা রাফমসি শৌগৎলি অসুম্না হাযবম্মি।

**(vi)** প্রোঃ ল্যুডর্স (Luderw) অমসুং ষ্টেন কোনো (Sten Konow) নচিংবনা ছাযা-নাটকশিংদগী সংস্কৃত নাটকশিং পোকখি হায়না মত পীবম্মি।

**(vii)** প্রোঃ ৱেবব (Weber) নচিংবনা সংস্কৃত নাটকশিংদা 'যবনিকা" হাযবসিনা তাকপদি ভাবতীয নাটকশিংদা যুনানী প্রভাব তাই। অদুনা সংস্কৃত নাটকশিংসি যন (গ্রীক) দেশদগী লৌথোকপনি।

মথক্কী মতশিংসি থোইদোক্না মপুং ফাবা ইযাও যাওদবগুম তৌই। সংস্কৃত নাটকশিংগী পবম্পবা যেংবদগী খংবদি মসিগী তত্ব পুম্নমক অসি ভাবতকী খ্বাইদগী লিববা বেদগুম্বা লিববা সাহিত্যশিংদা মবাং কাইনা ফংখি। অদুনা ভাবতকী নাটকশিংসি ভাবত ভূমিদা ভাবতগী খ্বাইদগী লিববা বেদশিংনা মসিগী হৌবকফমগী মকনি। খুদমগী মশক ওইনা হৌজিকফাওবদা ভারতীয নাটককী মকইবা তত্বদি কৃথাবস্তু, সঙ্গীত, পাত্র, অমসুং বসনি। মখোয মবীসি ঋক, সাম, যজুঃ অমসুং অর্থবনি হাযবসি যাম্না শেংনমক তাক্লি।

বামাযণ অমসুং মহামাবতকী মতমদা নাটক লৈবম্বগী ৱাফমদি থেংনৈ। তশেংনমক নাটককী অইবা লাইবিকশিংদি মতমসিদগী হৌদুনা ভবত মুণি (খৃঃ মমাং ২ শুবা (২০০)) অমদি বাৎসাযণবৌদ্ধগ্রন্থশিং, জৈন গ্রন্থশিং অমসুং বাৎসযণগী কামসূত্রশিংদা (২ শুবা শতাব্দী) লৈবমদে।

**ভাসঃ—** সংস্কৃত নাটকশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী লিববা লাইবিক ওইনা ফোংবদি ভাসগী নাটকশিংনি। মহাক অসি সংস্কৃতগী ইহন হান্বা নাটক ইবম্বনি হাযনা লৌনৈ। মহাক অসি কালিদাসকী মথক্তা লৈবম্বা ওইবনা মাগী মতম অসি খৃঃ ৩ শুবা শতাব্দী অদুৱাইদা লৈরম্বনি হায়না লৌনৈ। কালিদাসনা মাগী "মালবিকাগ্নিমিত্র" কৌবা নাটক অ দুগী প্রস্তাবনাদা

"ভাস" গী মিং অসি পল্লম্মি। খৃঃ ১৯০৯ দা টী, গণপতি শাস্ত্রীনা ট্রাবনকোর রাজ্যদা মাগী নাটক ১৩ খক ফংবগী ৱাফম অসি পুথোকখি। মখোয়শিং অদুদি ঃ— (i) প্রতিজ্ঞা যৌগন্ধরবায়, (ii) স্বপ্নবাসবদত্তম্, (iii) উরুভঙ্গ, (iv দূতবাক্যম্, (v) পঞ্চরাত্রম্, (vi) বালচরিতম্, (vii) দূতকটোৎকচ, (viii) কর্ণভারম্, (iv) মধ্যমব্যাযোগম্, (x) প্রমিতমানাটকম্, (xi) অভিষেকনাটকম্, (xii) অবিমারকম্ (xiii) চারুদত্তম্।

**মহাকবিকালিদাসঃ**— মহাকবিকালিদাস অসি নাট্য জগত্তা সংসারদা ফাওখি। মহাক অসি চন্দ্রগুপ্তগী রাজ্য সভাগী নবরত্নগী মনুংদা অমনি। অদুনা মহাক খৃঃ ৫ শুবা শতাব্দীদা লৈরম্বনি হায়না লৌনে। মহাক্কী নাটক অহুমথক সংস্কৃত সাহিত্যদা খুদোল পীরম্মি।

**(i) মালবিকাগ্নিমিত্রঃ**— মসি অঙ্ক ৫ গী মনুংদা মালবিকা অমসুং অগ্নিমিত্র অনীগী নুংশিনবা অমসুং লুহোংবগী বর্ণন তৌই। মসি কালিদাসগী ইহান হানবা নাটকনি। মসিদা মাগী প্রতিভা অদু মপুংফানা ফোংদোক্রমদে।

**(ii) বিক্রমোর্বশীয়ঃ**— মসি কালিদাসগী অনীশুবা নাটকনি। অঙ্ক (মণ্ডা) গী মনুংদা রাজা পুরুরবা অমসুং উর্বশী কৌবী জগোইশাবী অনীগী প্রেমকথা ইরম্মী। কালিদাসনা বৈদিক্কী ৱারীবু অনৌবা মওংদা ইদুনা অনৌবা ৱাফম কয়া অমা হাপচিন্দুনা পুথোক্লম্মি।

**(iii) অভিজ্ঞান শকুন্তলম্ ঃ**—কালিদাসগী অফাওবা অমসুং খ্বাইদগী অথোইবা নাটকনি। মসি ভারতবর্ষদতা নত্তনা সংসাবগী নাট্য জগত্তা মাগী মমিং তাদ্দবা লৈতে। নাটক অসি অঙ্ক ৭ নি। মসি রাজা দুষ্যন্তগা কন্বমুণিগী আশ্রমদা চাওজবী শকুন্তলাগা অনীগী প্রেম অমসুং বিবাহ অদুগা অমুক কাইনবা, মতুংদা খুদোপকী মতেংনা উন্নবগী ৱারীনি। কবিনা মহাভারত অমসুং অগ্নিপুবাণদগী শকুন্তলাগী ৱারী লৌথোক্তুনা কবিগী প্রতিভানা খুদোপকী ৱারী অমুক হাপ্তুনা অনৌবা ফজববা শক্তম অমা পুথোক্তুনা উংখি।

কালিদাসসি পূম্নমক্তা মপুংফারবা প্রতিভা লৈবা নাট্যকার অমনি। মহাক্কী নাটক অসি তশেংনমক ত্রিবেণীগুম্না ওই। মদুদা কবি ওইবগী

লুববা ঈচেল অসি চেল্লি। ভাব অমসুং কল্পনাগী চিংলেম্না ঈচেলনা পুক্লিং হুনবগী মশক ওইববা মন্দাকিনীগী ঈচেলনি, মখল মখা অযাম্বা কলা অমসুং জ্ঞানগী অনৌ অনৌবা প্রতিভাসিনা সরস্বতী তুবেলগুমই।

**বিশাখদত্তঃ**— মুদ্রারাক্ষস কৌবা ম.ি নাটক অদুদগী মাগী মরমদা খরগী মখেদি খঙবা ওস্মি। মদুদি মহাক অসি সামন্ত বটেশ্বরগী মশুনিপানি। চন্দ্রগুপ্ত ২ শুবগী মতম — খৃঃ ৪০০ গী অদুবাইদনি হায়না লৌনে। মহাককী মপা-মপুশিংসি কনাগুম্বা নিংথৌগী মখাদা লৈবা অপিকপা রাজ্যগী মপু ওইরম্মি। অদুনা মখোযগী শাগে অসি রাজনীতিগী মরমদা থোইদোক্লা খোইদারম্মি। মসিগী প্রমাণদি বিশাখদত্তগী "মুদ্রারক্ষস" না চুম্না প্রমাণ ওইরি।

বিশাখদত্তগী মকওইনা নাটকতি "মুদ্রারাক্ষস" অসিনি। সংস্কৃত নাটকী পরম্পরাবু থুগাইদুনা অনৌবা যাওন অমা পুরকখিবা নাট্যকার অমনি। মাগী মুদ্রারাক্ষস সি অঙ্ক ৭ কী নাটক অমনি। মসিদা চাণক্যনা খুদোপ্পা মরম ওইদুনা নন্দরাজগী মুখ্যমন্ত্রী রাক্ষসবু শুদুম চনরগী রাফমনি। মদুদগী মহাক্না রাক্ষসবু চন্দ্রগুপ্তগী প্রধান মন্ত্রী হাপ্তুনা নন্দবংশবু মাংহন্নগা চন্দ্রগুপ্তগী রাজ্য লিংখৎলম্মি। নাট্য শাস্ত্রগী মীৎয়েংদা মহাক অসি প্রগতিবাদী (Progressive writer) অমনি। মহাক্না অনৌবা মখল, অনৌবা পরম্পরা অনৌবা মাইকৈ অমা পুথেক্লম্মি। মদুদা মৌলিকতা অমদি নবীনতাগী মঙাল উবা ফংখি। মহাক্না মাগী মমাংগী অরিবা পরম্পরাবু মুথৎলগা অনৌবা খোঙচৎ অমা পুথোক্লম্মি।

**শূদ্রকঃ**— সংস্কৃতকী অতোপ্পা মহাকবিশিংগী মতৌগুম্না শূদ্রক কীসু প্রমাণিক ওইবা পুন্সি-রারী যাম্নমক ময়েক শেংলমদে। মাগী পুন্সিগী মরমদা "মৃচ্ছকটিক" কী প্রস্তাবনাগী শ্লোক অহুমখক্তদগী খরগীমখেদি খংবা ওস্মি। অদুবু মদু ফাওবা মতুংগী লেখকশিংনা হাপচিনরনি হায়না থাজনরম্মি। শূদ্রক অসি দক্ষিণাত্যগী রাজানি। মহাক কাব্যশাস্ত্র, নাট্যশাস্ত্র, ধর্ম্মশাস্ত্র, জ্যোতিষ অমসুং রাজনীতি শাস্ত্রগী অরাংবা থাকী জ্ঞান ফংলবা মীওইনি।

মহাক্কী অমত্তা ঙাইরবা শীংথানরিবা নাটকতি "মৃচ্ছকটিকম্" অসিনি। মসি প্রকরণ হায়বা নাট্য মখল অদুনি; মসি অঙ্ক ১০ অদুগা

মসিগী ৱারীনা লাইরবা ব্রাহ্মণ চারুদত্তগা বেশ্যা বসন্তসেনাগা অনীগী প্রেম বর্ণননি। মমেদা অনীমক্কী প্রেম অদু মহে য়ানখি— বসন্তসেনা-না চারুদত্তগা লোয়নননা লুহোংখিরম্মি। মসিগা লোয়নননা "পালক" কৌব নিংথৌদু হাত্তোক্লগা আর্যকবু নিংথৌ ওইখিবগী মরম তাক্লম্মি। কলাগী মীৎয়েংদা "মৃচ্ছকটিকম" মহে য়াল্লবা নাটক অমনি। শূদ্রকনা ইহান হান্না মধ্যমশ্রেণীগী কাংলুপপু মাগী নাটক্কী পাত্র ওইনা লৌখৎলম্মি। মাগী মমাংদদি নাটককী পাত্রশিংসি অৱাংবা থাক্কী কাংলুপশিংতবু মফম পীনরম্মি। মসিনা মাগী নাটক্কী বিশেষতানি। (থোইদোক্পা গুণনি)

**হর্ষদেবঃ**— মহাক অসি ইতিহাসদা ফাওরবা রাজা হর্ষবর্দ্ধন হায়বা স্থানেশ্বর (থানেশ্বর) অমসুং কন্নৌজগী নিংথৌ প্রভাকরবর্ধনগী মচা রাজ্যবর্ধনগী মনাওনিপানি। হর্ষগী মতমসি খৃঃ ৬০৬ তগী খৃঃ ৬৪৮ ফাওবনি। মহাক অসি মখল মখা কয়াগী শাস্ত্রশিংগী জ্ঞান লৈরবা মীনি। মহাক্না নাটক অহুমখক ইরম্মি ঃ—

**(ক) প্রিয়দর্শিকাঃ**— অঙ্ক ৪ গী নাটিকানি। মসিদা রাজা উদয়ণ অমসুং প্রিয়দর্শিকা অনীগী প্রেম অমসুং বিবাহগী বর্ণন তৌই। মসিদা কালিদাসগী শকুন্তলম্ অমদি মলবিকাগ্নিমিত্র অনীমক্কী প্রভাব ফজনা তাই।

**(খ) নাগনন্দঃ**— অঙ্ক ৫ গী নাটক অমনি। মসিদা জীমূতবাহন কৌবা বিদ্যাধর রাজকুমারগী বলি তৌদুনা শঙ্খচুড় কৌবা লীলবু গরুড়দগী কনখিবগী ৱারীনি। মসি হর্ষগী অরোইবা নাটকনি হায়না খন্নে। বেতালপঞ্চবিংশতি অমসুং বৃহৎকথাদা ফংখিবা বৌদ্ধগী ৱারী অদুদা য়ুম্ফম ওইবনি।

**(গ) রত্নাবলী ঃ**— অঙ্ক ৪ গী নাটিকানি। মসিদা রাজা উদয়ণ অমসুং সিংহ দেশগী রাজকুমারী রত্নাবলী অনীগী প্রেম অমসুং বিবাহগী ৱারীনি। শাস্ত্রীয় দৃষ্টিদা মসিগী মগুণশিংদা দশরূপককার ধনঞ্জয় অসি ওক্লম্মি। লোয়নননা সাহিত্যদর্পণকার বিশ্বনাথসু থোইদোক্লা শুমহৎখি।

**ভট্টনরায়ণঃ**— মাগী মতমসি চাওরাক্লা খৃঃ ৬৫০ গী অদুৱাইদনি হায়না অখঙ-অহৈশিংনা লৌনৈ। সেন বংশগী রাজ্যকালদা আদিসূরসি হায়রিবা লিংখৎলম্বনি। ভট্টনরায়ণগী অমত্তা ওাইৱবা নাটকতি বেণীসংহারবসিনি।

**(i) বেণীসংহার ঃ—** ৬ অঙ্কগী নাটকনি। মসিদা ভীমন দ্রৌপদীগী শমজী পূনখিবগী ৱারীনি। অদুগা নাটক্কী মমিং বেণী সংহার হায়না কৌনরিবনি। মসিদ দ্রৌপদীগী অপমানগী লম্মন শিংগে হায়না ভীমনা ৱাশকখি। মদুগী ফল ওইনা দুশাসনগী থবাক খায়দোক্তুনা ঈ থকপা লোয়ননা যুর্য্যোধনগী মখুউ থূদ্দেকপগী ৱারীনি। ৱাশক অনীমক মপুং ফারদুনা দ্রৌপদীনা মাগী শম পুনখি। শাস্ত্রীয় দৃষ্টিদা "বতন্নবলী" নাটিকাগী হেক মথংদা মাগী থোইদোকপা ফজরবা মফম লৈ। অয়াম্বা নাট্যাচার্য্যশিংনা অলোচনাগীদমক্তা বেণীসংহার অসি আদর্শ নাটকনি হায়না শীংথানৈ।

**ভবভূতিঃ—** ভবভূতিনা মাগী নাটকতা মাগী পুন্সিগী ৱারী অমদি বংশ-পরিচয় পীরম্মি। মহাকসি খা ভারতকী পদ্মপুবগী নিবাসীনি। মাগী মপাগী মমিং নীলকণ্ঠ অমসুং মবুধৌগী মমিং ভট্টগোপালল কৌই। মহাকসি খৃঃ ৬৬৩ দগী খৃঃ ৬৮০ ফাওবগী মতমদনি। মানা নাটক ৩ থক ইরম্মিঃ—

**(ক) মালতীমাধবঃ—** মসি অঙ্ক ১০ গী প্রকরণ হায়বা নাটক মখল অদুনি। মসিদা মালতী অমসুং মাধব, মকরন্দ অমসুং মদয়ন্তিকাগী প্রেম অমসুং বিৱাহগী ৱারীনি। মসি ভবভূতিগী অহানব নাটকনি। মসিদা গদ্য অমসুং পদ্য অনীমক্তা পাণ্ডিত্য-প্রদর্শন উৎলম্মি।

**(খ) মহাবীরচরিতঃ—** ৭ অঙ্কগী নাটকনি। রামগী লুহোংবদগী হৌদুনা রাজ্যাভিষেক ফাওবগী ৱাবীনি। মসি ভবভূতিগী ২ শুবা নাটকনি।

**(গ) উত্তররামচরিতঃ—** ৭ অঙ্কগী নাটকনি। মসি রামায়ণগী অরোইবা তঙ্খাইগী মভাংনি। মসিদা সীতা হুন্দোকপা, রাম-বিলাপ, লব-কুশ ফংবা রাম্না মরাল লৈজদ্রবী সীতাবু অমুক হন্না লৌশিনবগী ৱারীনি। মসি ভবভূতিগী খ্বাইদগী অথোইবা অমদি সংস্কৃত নাটকতা অনীশুবা মফম থল্লি। মসি করুন রস প্রধান ওইবা নাটকনি।

**মুরারিঃ—** মৌৎগল্য গোত্রদা খৃঃ ৮০০ দা পোকখি। মুরারিগী অমত্তা ঙাইরবা নাটকনি "অর্ণঘরাঘব" কৌই। মসি অঙ্ক ৭ কী নাটকনি। মসি রামায়নগী ৱারীনি।

**রাজশেখরঃ—** রাজ শেখর মহারাষ্ট্রগী যাযাবর ক্ষত্রিয় বংশদা পোকখি মহাক মন্ত্রী 'দর্দূক' কী মচানি। মহাক্কী নাটক ৪ থক ফংখি।

(i) রালবামায়ন—১০ অঙ্কগী মহানাটকনি। অঙ্ক ১ মম্মা নাটিকা অমমমগা মান্নে। (ii) বালভারত—মসিগী অঙ্ক ২ তমক ফংই। (iii) বিদ্ধশালভঞ্জিকা— মসি শাস্ত্রীয় দৃষ্টিদা নাটিকা হায়বদুনি। অঙ্ক ৪ নি। রত্নাবলীগী মতৌগুম্মা প্রেমগী বর্ণন তৌই। (iv) কর্পূরমঞ্জরী—অঙ্ক ৪ গী 'সট্টক' হায়বা রূপক অদুনি

**দিঙনাগঃ**— খৃঃ ১০০০ দা খা-ভারততা পোকপা নাট্যকার অমনি। মাগী থোইদোক্লা শীংথানরবা নাটকতি "কুন্দমালা" অসিনি। মসিদা সীতা থাদোকপদগী হৌদুনা সীতাগা রামগা অমুক হন্জিন্নবগী ৱারীনি।

**কৃষ্ণমিশ্রঃ**— জেজাক মুক্তিগী চন্দেল রাজা কীর্তিবর্মাগী শাসনকালদা (খৃঃ ১০৫০) লৈরম্বা নাট্যকাবনি। মাগী ১ তা ঙাইববা নাটকতি "প্রবোধচন্দ্রোদয়" সিনি। মসি অঙ্ক ৬ গী নাটকনি। সংস্কৃত নাট্য পদ্ধতিদা অনৌবা য়াওনগী নাট্য পুথোক্লম্বদি মহাকসি অমনি। মসিদা পুরুষ (মীনা) ৱাখল, থাজবা, লৌশিং অসিনচিংবগী মতেংনা অজ্ঞান (অপংবা) বু মাংহন্দুনা বিষ্ণুভক্তিগী থৌজালদগী মাগী অশেংবা শক্তম 'বিষ্ণুপদ' সি ফংখি।

**জয়দেবঃ**— গীতগোবিন্দকাব জয়দেবসি খৃঃ ১২০০ দা বঙ্গালদা পোকখি। মানা নাট্য সাহিত্যদা "প্রসন্নরাঘব" কৌবা নাটকসি ইদুনা দান তৌরম্মি। মসি অঙ্ক ৭ কী রামায়ণগী কথানি। নাটকসিগী লোল অমসুং শৈলীদা অঙকপা চিংশিনবগী শক্তি লৈ। অদুনা মাবু 'পীযুষ্য' হাযবদি অমৃত খিকথবা হায়বা মীংথোলসিনা মীংগৌনে।

মথক্তা পনখ্রিবা নাটককারশিংসিদা নত্তনা সংস্কৃত সাহিত্যদা 'রূপক' কী মখল অয়াম্বদা শুনা ইবগী পরম্পরা অমা পাক-চাওনা লাকখি। মখোয় অদুগী মনুংদা নাটককার কয়াগী মিং অমসুং লাইরিক কযা অমা খংদনা লৈখিদবা নত্তে। নাটককার ২০০/৩০০ লোম্না খৃঃ ১৮৯০ রোম ফাওবগী মনুংদা নাট্যগী বিধাসুনা মতম মতমগী খুদোল পীবম্মি। মখোযশিংগী মমিং মফমসিদা পীবা ওইথোক্তে।

# সংস্কৃত গদ্যসাহিত্যগী পরম্পরা
## (The trend of Sanskrit Prose)

সংস্কৃত গদ্য সাহিত্যসি, মাগী পরম্পরাগী মতুংইন্না য়েংলবা শরুক অহুম থোক্লা খায়দোকপা য়াই — (i) প্রারম্ভিককাল (ii) লৌকিকগদ্য কাল, (iii) আধুনিকগদ্যকাল।

(i) **প্রারম্ভিককাল** :— (অহানবা হৌরকপা মতম) গদ্যগী অহানব হৌরকপা অসি বৈদিক সংহিতাশিংদা উবা ফংই। পদ্য অমসুং পদ্যগী প্রচীন (অরিবা)পরিভাষিক শব্দ অসি ঋচ্ অমসুং যজুষ্ অনীমকসিনি। জচ্কি পরিভাষা পীবা মতমদা অদুগুম্বা রচনা অদুনা অর্থগী মতুংইন্না পাদ (চরণ) গী ব্যবস্থা তৌবা, মদুবু ঋচ্ (ঋক্) হায়না খঙনৈ। পদ্যাত্মক রচনাদুবু ঋব হায়রগা খঙনৈ। অদুগা ছন্দঃগী নিয়ম য়াওদবা বৈদিক মন্ত্র অদুবু যজুঃ হায়রগা খঙনৈ।

বৈদিক গদ্যগী খ্বাইদগী লিরাবা শক্তম অসি শুক্লযজুর্বেদ অমসুং কৃষ্ণযগুর্বেদ অনীমক্তা তৈত্তরীয়, কাঠক অমসুং মৈত্রায়নী সংহিতাশিংদ ফংবা ঙমই। অদুগী তুংদা ব্রাহ্মন গ্রন্থ পুম্নমক চাওরাক্লা গদ্যগী মশব ওই। খুদমগী মশক ওইনা — শতপথ, ঐতরেয় অমসুং গোপথ ব্রাহ্মণ শিংসিনি। ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিংগী মতুংদা আরন্যক অমসুং উপনিষদ শিংদসু বৈদিক গদ্যগী শক্তম উবা ফংই। অদুগা পুরাণ অমদি মহাভারত অমসুং ভাগবত পুরাণগী মতাং মতাংগী মতুং ইন্না গদ্য সাহিত্যগী শক্তম থেংনৈ। অসুম্না সংস্কৃত গদ্যগী শক্তম খরগী মখৈদি অসুম্না মথং মথং উবা ফংই।

(ii) **লৌকিকগদ্য কালঃ**— মতমসিগী গদ্য সাহিত্যসি তশেংনমক সংস্কৃতগদ্যগী অশেংবা শক্তমনি। দণ্ডী, সুবন্ধু অমসুং বানগী মতমবু সংস্কৃত গদ্য কাব্যগী স্বর্ণযগ হায়না কৌনৈ।

**দণ্ডীঃ—** মাগী 'অবন্তি সুন্দরকথা' কৌবা লাইরিক্কী মতুং ইন্না কিরাতার্জুনীয় মহাকাব্য ইরম্বা কবি ভারবিগী মশুনিপানি। মহাক অসিগী (ভারবিগী) অতোপ্পা মমিং অমনা দামোদার হায়নসু খংনৈ। মাগী মচানা মনোরতগী মচানুপা মরীগী মনুংদা খ্বাইদগী অতোনবা বীরদত্তগী মচানিপানি। মহাক অসি কাঞ্চী দেশগী নিংথৌ নরসিংহদেবগী রাজ্যসভাগী কবি অমনি। মহাক অসি দক্ষিণাত্য (মহারাষ্ট্র) দা খৃঃ ৬৮০-৭২০ ফাওবগী মনুংদা লৈরম্বা শকনাইরবা রাজ্য-কবি অমনি।

দণ্ডীগী অথোইবা গদ্য কাব্যদি "দশকুমারচরিত" অসিনি। মসিগী ৱারীদি পুষ্পপুরী (পটনা) গী নিংথৌ রাজহংসনা মালবেশ্বর মানসারবু মাইথিবা পীখি। তৌগুম্বসুং তপস্যাগী পাঙ্গলনা শক্তিশালী ওইদুনা মানসারনা পাটলিপুত্রদা অমুক হন্না লান্দাখি অমসুং নিংথৌ রাজহংসবু মাইথিবা পীখি। রাজহংস জঙ্গলদা চংখি অমসুং মফম অদুদা রাজবাহন কৌবা মচা অমা পোকখি। মাগী মন্ত্রীশিংসু মচাশিং পোক্লখি। মখোয়শিংসিনা চাওরক্লগা লমকোয়বা চংনরমখি। লাইবক থীবদগী মখোয় পুম্নমক অতোপ অতোপ্পা লৈবাকশিংদা থুংখি অমসুং অঙকপা পুন্সি ওইনা লেনখি। মখোয় পুম্নমক রাজবাহনগা অমুক হন্না উন্নববা মতুংদা মখোয়গী থৌনা ফবা থৌদোকশিংগী ৱারী অমসুং থৌদোকশিং তাহনখি। অসিগুম্বা থোইদোক্লা পুক্লিং নুঙাইনিঙাই ওইরবা থৌদোকশিংনা থল্লবা "দশকুমারচরিত" হায়বা গদ্য কাব্যসিনি।

মাগী গদ্য শৈলী অসি থোইদোক্লা অপাবশিংগী পুক্লিং হুনিঙাই ওইখি। গদ্য অমগী করম্বা শক্তম ওইফম থোকপগে হায়বদুগা লোয়ননা ভাব-ভাষা-বস-অলঙ্কারশিং করম্না শীজিন্নগদগে হায়বসু "দশকুমারচরিত্র" অসিদা ফজনা তাক্লি। মাগী লোলদা প্রসাদ অমসুং মাধুর্য্য গুণশিংগী অরোইবা ঙর্মখৈসি তাক্লি। ভাব ফোংদোকপগী শক্তিদি অসুক্কী মতিক ফজখ্রে মদুদি লুদগী লুপ্তবা রাজনীতিগী তত্ত্বশিংদু য়াম্নমক ফজবা লোলদা ফোংদোক্নুনা লাইনা খঙহনবা ঙম্মি। মাগী পদলালিত্য (ৱাহৈগী অনৌবা অমদি অথোৎপা) সি তুংগী অইবশিংগী লমজিং লম্বী ওইখি। অদুনা 'দণ্ডিনঃ পদললিতম্' হাযদুনা গদ্যজগত্তা অফাওবা পাউরৌসি হায়নরিবদুনি।

দণ্ডীসি যথার্থবদী কবিনি। মহাক্লা সমাজগী কাংলুপ পুম্নমক্কী মীওইশিং পুম্বা পাত্রশিং ওইনা লৌখি। মদুদা রাজা, বাজকুমার, ব্রাহ্মণ,

ভিক্ষু, হুরানবা, রাজকুমারশিং, বেশ্যাশিং, নাপল চাওবা অসিনচিংবা পূম্নমক শুনা য়াওই। দণ্ডীনা থি থিদুনা সমাজগী কক্তুবা থৌদোকশিং পুথোক্লুনা তাকই। দণ্ডীসি অকিবা লৈতবা সমাজ শেংদোকপা অমদি সমাজগী অণ্ডনবা পুরক্কবা হোৎনবা অমসুং য়াম্নমক ব্যাবহার-কুশল ওইবা লেখক অমনি।

**সুবন্ধু ঃ—** সুবন্ধুগী পুন্সিগী মরমদা খোইদোকপা অরেপ্পা অমত্তা খঙ্বা ঙমদে অদুবু বানভট্টনা মাগী মরমদা শীংথাবসি উরগা মহাকসি কনাগুম্বনা কাশ্মীরনি হায়, অদুগা বানগী মমাংদা লৈরম্বনি হায়বসিমদি খঙলে। খৃঃ ৬০০ গী মমাং কনাগুম্বনা মধ্যদেশীনি হায়নবসু য়াওই। ‘বাসবদত্তা’ কৌবা মাগী লাইরিক অসিদগী খঙবদি মহাকসি কাব্য শাস্ত্রদা নত্তনা বেদ, দর্শন, ধর্ম্মশাস্ত্র, নীতিশাস্ত্র, পুরান অমসুং সঙ্গীত শাস্ত্রদা হৈশিংবা অমা ওইনা খন্নে।

সুবন্ধুগী অমত্তা ঙাইরবা লাইরিক্তি “বাসবদত্তা” হায়বা গদ্য কাব্য অসিনি। মসিদা রাজা চিন্তামনিগী মচানিপা কন্দর্পকেতু কৌবা রাজকুমারগা রাজা শৃঙ্গবশেখরগী মচানুপী বাজকুমারী বাসবদত্তা অনীগী প্রেম অমসুং বিবাহগী বর্ণন তৌরি। অশম্বা ৱারীদি — ৱাসবদত্তা মশক মতৌ য়াম্নমক ফজরবী রাজকুমারীনি। কন্দর্পকেতুনা মাগী মমংদা বাসবদত্তা উখি, লোয়নননা মঙোন্দা প্রেম পোকখি। মানা বাসবদত্তা থিবগী থবক্তা মাগী মরুপ মকরন্দগা লোয়নননা খোং শান্দোকখি। মখোয় বিন্ধপর্ব্বতা য়ৌরকখি। অহিংদা চোঙা অমসুং তেনৱাগী ৱারীদগী খংখি মদুদি ৱাসবদত্তানা মমংদা কন্দর্পকেতুবু উখি অমসুং মাবু থিগে হায়দুনা তমালিকা কৌবী মাগী চোঙা মৈনা অমা থাদোরকখি। উচেকশিংসিগী মতেংনা ৱাসবদত্তা অমসুং কন্দর্পকেতু অনীমক উন্নবা ফংখি। বাসবদত্তাসি মাগী মপা ইবুঙোনা বিদ্যধরগী নিংথৌ পুষ্পকেতুগা লুহোংবা পাল্লম্মি। মসি খঙবদগী মখোয় অনী শগোল অমদা তোংলদুনা বিন্ধপর্ব্বত য়ৌখি। মতম খর লৈবগা বাসবদত্তানা ভুন্নিবা কন্দর্পকেতু থনম্লগা বন য়েংবা চৎখি। ইখং খংতৌদনা কিরাতশিংগী মরক্তা চংখি। মাবু লৌনবা হোৎনবদা কিরাতশিংদু কাংলুপ অনী থোকখি লোয়নননা অনীমক লাল থেংনখি। বাসবদত্তা তাঙ্গাদুদা তুমিন্না নাম্হোক্লুনা চেম্হোকখি অদুগা ঋষিশিংগী আশ্রমদা চৎখি, মদুদা ঋষিশিংগী শাপতগী নুং ওনখি। কাইন মৈচাক নংলবা কন্দর্পকেতু আত্মহত্যা তৌগে হায়না থৌরাংখি, মদু উবদা

আকাশবানীগী খোঞ্জেল ভাবদগী অমুক হন্না মখোয অনী অমুক উন্নখি। নোংমা ইথং খণ্ডহৌদনা মানা নুংপাক অদু শোক্লুবদগী বাসবদত্তা অমুক হন্না মী ওইবকখি। মতম অদুদা কন্দর্পকেতুগী মকপ মকবন্দসু মফম অদুদা লাকখি। মতুংদা মখোয় অছুম্মক বাজধানীদা য়ৌবকখি লোযননা মখোযগী লেমহৌবিবা পুন্সিগী শকক অদু নুঙাইনা মফম অদুদা লেলখি।

**বানভট্ট ঃ**— বানভট্টনা মাগী হর্ষচবিত অমদি কাদম্ববীদা মাগী পুন্সি অমদি বংশগী মবমদা শুগাযনা ইদুনা থনম্মি। মাগী বংশগী পবম্পবাসি বৎস বংশগী চিত্রভানু ভট্টগী মচানিপানি। বানগী মচানিপা ভুষন ভট্টনা মপাগী লোইশিল্লমদবা শককশিং ইখি।

বান সম্রাট হর্ষবর্দনগী সভাপণ্ডিত অমনি। হর্ষগী বাজ্য অভিষেক অসি খৃঃ ৬০৬ দা তৌখি অদুগা খৃঃ ৬৪৮ দা শিখি। অদুনা বানগী মতম অসি খৃঃ ৭ শুবা শতাব্দীনি হাযনা লৌনে। বানগী মকওইবা গদ্য কাব্য অনীনি (i) হর্ষচবিত, (ii) কাদম্ববী।

**(i) হর্ষচরিত ঃ**— মসি বানভট্টগী অহানবা গদ্যকাব্যনি। ঐতিহাসিক কথাদা ইখিবনা মসি "আখ্যাযিকা" হাযবা গদ্য মখল অদুনি। মসি উচ্ছ্বাস (অধ্যাস) ৮ নি। অহানবা অধ্যায অনীদা হর্ষগী বংশগী মবমদা ইবম্মি। লেমহৌবা অধ্যায ৬ দা হর্ষগী মপা-মপুশিংদগী হৌদুনা হাযবদি হর্ষ পোকপদগী হৌদুনা বাজ্যশ্রীগা উন্নবা ফাওবগী মবমদা বর্ণন তৌখি।

'হর্ষাচবিত' মহাকবি বানগী অহানবা অমসুং মপুং ফাদনা থনম্বা মাগী লাইবিক্তি। মসিদা কাদম্ববীগী মতৌগুম্না বস-ভাব অমসুং ধাবা প্রবাহ ওইদে। মাগী পাণ্ডিত্য উৎনবা অকবা বাক্যশিং শীজিন্নববা, অশাংবা সমাসিক পদশিং শিজিন্নবদগী বস অস্বাদন তৌবদা অপনবা পীখি। অদুম ওইনমক কবিগী অপাকপা জ্ঞান, অকুপ্পা, মীৎযেং, নিংথৌকোনগী চৎনবোলনর্চিংবগী ফজববা শক্তম য়েকপদা "হর্ষচবিত" থোইদোক্লা শীংথানবা পদ্যকাব্যনি।

**(ii) কাদম্ববীঃ**—বানগী অবোইবা মমিং চৎলবা (Work) দি "কাদম্ববী" অসিনি। মসি সংস্কৃত গদ্য সাহিত্যদা থোইদোক্লা অব্রাংবা মফম অমা ফংখি। কাল্পনিক কথাদা আশ্রয তৌবা মবম্না মসিবু কথা কৌবা গদ্য মখল অদুদা চিংলি। মসিদা চন্দ্রাপীড অমসুং বৈশম্পাযনগী মপোক অছুমগী

ৱারীনি। ৱারীগী অরোইবা শরুক্তা প্রেমী অমসুং প্রেমিকাশিংগী অমুক উন্নবগী ৱাফম পল্লি।

মূলকথা (কথামুক) বিদিশাগী রাজা শূদ্রককী দরবারদা লাক্লগা চাণ্ডাল কন্যা অমনা জ্ঞান য়াম্না লৈরবা, মী ঙঙইবগী ৱাঙাংদা ৱারীশাবা ওল্লবা তেনৱা অমা নিংথৌ শূদ্রকদা কৎলম্মি। নিংথৌনা হংবা ৱাহংগী মতুংইন্না তেনৱা অদুনা পাউখুম পীরম্মি, মদুদি মাগী মমা অদু শিখ্রে, অদুগা মপা অদু শাদানবশিংনা ফাখ্রে, অদুগা মাবুনা জাবালি কৌবা মুনিগী শিয্যনা ফাদুনা আশ্রমদা পুরকখি। মদুগী তুংদা জাবালি ঋষিনা তেনৱা অদুগী হৌখিবা পুন্সিগী ৱারী লীদুনা তাহনখি।

(পূর্বার্দ্ধগী ৱারী) উজ্জয়িনীগী নিংথৌ তাড়াপীড় অমসুং মহারাণী বিলাসবতীগী তপস্যাদগী চন্দ্রাপীড় কৌবা মচা অমা ফংজরম্মি। নিংথৌগী মতিকচারবা মন্ত্রী শুকনাশগী বৈশম্পায়ন হায়না কৌবা মচা অমগসু ফংজরম্মি। নিংথৌগী মচাগা মন্ত্রীগী মচাগা অনীদু য়াম্না লুনা তিন্নরম্মি অমসুং নুংশিনবম্মি। মখোয় অনীমক গুরুকুলদা মঁহে তম্লম্মি। অনীমক বিদ্যাদা খমথেংনা হৈরম্মি। যুবরাজপদদা অভিষেক হেক তৌবগা মন্ত্রী শুকনাশনা চন্দ্রপীড়দা থোইদোকপা পাউতাক পীখি। মতম অদুদা চন্দ্রাপীড়না ইন্দ্রযুধ কৌবা শগোল অমগা পত্রলেখা কৌবা মীনাইনুবী অমগা অনীমক ফংখি। চন্দ্রাপীড় অমসুং বৈশম্পায়ণ অনীমক দিগ্বিজয়গীদমক্তা খোং শান্দোকখি। কিন্নর মঁতে মনাও অনীমক্কী মতুং ইন্না চত্তুনা চন্দ্রাপীড়না অচ্ছোদ কৌবা পুখ্রি অমগী মনাক য়ৌরকখি। মফম অদুদা লৈশাবী তপস্বিণী 'মহাশ্বেতা' গা মাগা শক খংনরম্মি। মহাশ্বেতানা মাগী পুন্সিগী ৱারী অদু লীদুনা তাহনখি — পুণ্ডরীক কৌবা ঋষিকুমার অমগা মাগা নুংশিনরম্মি, তৌইগুম্বসুং নুংশিবা থুংনদ্রিঁঙৈগী মমাংদা পুণ্ডরীক কামপীড়ানা চাক্কুনা শিখি। মতম অদুদগী হৌদুনা মহাক অদুগুম্বা অচ্ছোদ পুখ্রিগী মপান্দা তপস্বিণী ওইদুনা পুন্সি লেলম্মী। অদুগী তুংদা মহাশ্বেতানা মাগী মতা কাদম্বরীগা উন্ননবা চন্দ্রাপীড়বু পুরকখি। মতম অদুদা কাদম্বরীসি কৌমার ব্রত তৌদুনা লৈরম্মি। অহানবা উন্নবমক্তদা চন্দ্রাপীড় অমসুং কাদম্বরী অনীমক অমগা অমগা নুংশিনরম্মি। মতমসিদা মপানা কৌরকপদগী চন্দ্রাপীড় উজ্জয়িনী সহরদা হল্লকখি, অদুগা লাম্মীগা লোয়ননা তুংদা লাক্লবা থনম্মি। (মসিদা বান-না ইরম্বা ৱারীদু লোইরে)।

(উত্তবার্দ্ধগী ৱাবী — মসি বানগী মচানিপা ভুষন ভট্টনা ইখিবনি) মতম কযামুক বৈশম্পাযননা হল্লক্তুবদা চন্দ্রাপীডদা মাগী মকপ খিবা ওইনা অচ্ছোদ পুখ্রিগী মপান তান্না লাৰ্কখি। মফম অদুদা মহাশ্বেতানা হার্যাখ — বৈশম্পায়ননা ঐগা নুংশি-লৈপুন থম্নবে। অদুদগী ঐনা মাবু তেনৱা ওন্ননবা শাপ তৌখি। মাগী মকপকী অৱাবা অদুদগী চন্দ্রাপীডসু মফম অদুদা থৱাই থাখ্রে। মতম অদুদা কাদম্ববী মফম অদুদা যৌবকখি। মবুঙো কাযনবদগী মহাকসু মথৱাই থাগে হাযনা খনখি। মতম অদুদা আকাশবাণী তৌবকপদগী মহাক শিবা লেপ্তুনা মতুংদা মতাগা মখোয অনীমক শোযদনমক চন্দ্রাপীড়গা উন্নগনি হাযনা তাকপীখি। (মতাংসদা জবালিনা লীখিবা ৱাবীদু মপুং ফংবে।

ঋষি জাবালিদগী মাগী হৌখিবা পুন্সিগী ৱাবীশিং তাবমক্তুদা মহাশ্বেতাগী নিংশিংবমক্তনা মাবু ৱাহল্লম্মি। তেনৱাদুনা মহাবাজ শূদ্রক অদুদা হাযখি — মহাশ্বেতাগা উন্ননিংমন্দুনা তপথবমদে। মবক অসিদা চণ্ডাল কন্যসিনা ঐবু ফাদুনা নংগী ননাক্তা পুর্বাক্লবসিনি। অদুগী তুংদা চণ্ডাল কন্যা অদুনা নিংথৌদা হাযখি — ঐহাকসি মপোকসিদদি পুণ্ডবীক্কী মমা ওইনা পোক্লে। নংহাকসি নহানমুক্কী মপোক্তা চন্দ্রাপীড় ওইনা পোবখি। ৱাসি হেক তাবদা বাজ শূদ্রকসি কাদম্ববীগী স্মৃতি (নিংশিংবা) পোকখি। অদুগা মহাক খুদক্তা শিখি। অসোমদনা চন্দ্রাপীড হিংখ্রে। তেনৱাগী ৱাবী হেক লোযবগা শাপকী মতমসু লোইবে। তেনৱাদু পুণ্ডবীক ওইবে। মতৌ অসুম্না চন্দ্রাপীড কাদম্ববী অমসুং পুণ্ডবীক-মহাশ্বেতা অমুক হন্না উন্নবে। মখোয মবীমক মতম শাংনা নুঙাইনা পুন্সি লেন্দুনা পানখি।

বানভট্টনা মাগী গদ্যগী শৈলীদা অঙকপা শক্তম অমা হাপ্লম্মি। বাননা গদ্যদা পদ্যদগী হেন্না ফজব চমৎকাব অমা হাপখি। বাননা ভাব অমসুং ভাষাগী চান্নবা মওংদা ইাখ। মাগী গদ্য কাব্যসি ভাবপক্ষ অমসুং কলাপক্ষ অনীমক্তা অমনা অমগী মতেং পাংনদুনা ফজববা শক্তম অমা পুথোকখি। অদুনা সংস্কৃতকী ফজববা পাউবৌ অমা — "বানোচিচ্ছষ্টং জগৎসর্বম্" হাযবদি বানগী অবেম্বা চৃশাক ঙহাক্তমক মখাগী কাবশিংনা ফংখি। শম্না হাযবা তাববদা বাননা শোকখিদবা মখলগী বর্ণন অমত্তা লৈতে। অদুনা মখা তানা অমুক হাযনবগী মতাং থনমদে।

**ধনপালঃ**— মহাকাব বানগী তুংদা মাগী গদ্য শৈলী অসি যাম্নমক হৈশিংনা তুংগী গদ্যকাবশিংনা লৌনবম্মি। ধনপালসি মহাবাজ ভোজগী দববাবগী কবিনি। মহাকসি উজ্জয়িনীগী কাশ্যপগোত্রদা পোকপা খৃঃ ১০ শুবা শতাব্দীদা লৈবম্বা কাশ্যাপ সর্বদেব কৌবা ব্রাহ্মন গোত্রগী মচানি। কাশ্যপ গোত্রদা পোকপা জেংনি। মাগী শীংথানববা গদ্য কাব্যদি 'তিলকমঞ্জবী' সিনি। মাগী ভাষাসি মতম অদুগী চৎনবী লোল অমসুং শব্দশিং শীজিন্নবদগী অর্মাদ শৈলী অবাইবা মওংদা শীজিন্নবদগী মীযামগী থোইদোক্না পাম্নবা লোল ওইখি।

**বাদীমসিংহ ঃ**— মাগী অমত্তা ঙাইববা গদ্যকাব্য 'গদ্যচিন্তামনি' অলংকৃত শৈলীদা ইখিবা পুক্লিং হুনবগী মশক ওইববা গদ্য কাব্যনি।

**বামনভট্টবানঃ**— মাগী শীংথানববা গদ্য কাব্য 'বেমভুপাল' নত্ত্রগা 'বীবনাবাযন চবিত' থোইদোক্না থাগৎনিঙাইনি।

**বিশ্বেশ্বর পাণ্ডেয় ঃ**— মহাকসি অল্মোড়াগী পাটিযা গ্রামদা লৈবম্মী। মাগী মপাগী মমিং লক্ষ্মীধব পাণ্ডেয কৌই। মাগী গোত্রসি ভবদ্বাজনি। অহল ওইবক্লবা মতমদা কাশীদা বিশ্বনাথগী থৌজালদা মহাকসি পোকখি। অদুনা মাগী মমিং বিশ্বেশ্বব হাযনা কৌখি। মহাকসি খৃঃ ১৮ শুবা শতাব্দীগী মমাংগী শরুক্তা পোকপনি হাযনা লৌনৈ।

মহাক্কী গদ্যগী অথোইবা বচনাদি "মন্দাব মঞ্জবী" কৌই। মসিগী শরুক অনী থোক্না খাযদোকই - অহানবা শরুক, ২ শুবা শরুক। অহানবা শরুক অসি বিশ্বেশ্ববনা ইবানি অদুগা ২ শুবা শরুক অদুনা মাগী শিষ্য অমনা ইবানি হাযনা থাজনৈ। গদ্য কাব্য অমা ওইবগী মচাক পুন্নমক শুনা যাওবা মবম্না থোইদোক্না মীযামগী পাম্নফম অমা ওই। মগধগী পুষ্পপুবীদা বাজশেখব কৌবা নিংথৌ অর্মাদি মহাবাণী অদুগা মাগী শাসনগী মবমদা যজবব' লোলদা ফোংদোক্লম্মি। কাদম্ববীগী প্রভাব তাজববসু কবিনা মফম পুন্নমক্তা অনৌবা শৈলী অমা পুথোক্তুনা অনৌবা খুদোল অমা পীবম্মি।

**অম্বিকাদত্ত ব্যাস ঃ**— মাগী মপা-মপুশিং জযপুবগী নিবাসী ওইবম্মি। মাগী মপাদু কাশীদা লাওুংনা লৈবম্মি। মহাক অসি খৃঃ ১৮৫৮ দা পোকই, অদুগা খৃঃ ১৯০০ দা শিখি। মহাক কাশীদা

মতৈ-মশিং তমখি। মহাক ব্যাকবণ, সাহিত্যনচিংবদা থোইদোকপা জ্ঞান ফংখি। শিদ্রিঙৈগী মমাংদা গোভর্ণমেন্ট সংস্কৃত কোলেজ, পটনাদা ওঝা ওইবম্মি। মহাক্না সংস্কৃত অমসুং হিন্দীগী চাওবাক্লা লাইবিক ৭৮ বোম ইবম্মি।

"শিববাজবিজয"—মসি মহাক্কী শীংথানববা গদ্যকাব্যনি। মসি অধ্যায ১২ দা সম্পুর্ণ জীবন চবিত (শিবাজী) ইবম্মি। মসি অহানবা ঐতিহাসিক উপন্যাস অমনি। মাগী ভাষা অমসুং শৈলী অসি কাদম্ববীগী মতৌ গুম ওই। মসিদা বাঁহে পবেং অমদি বস-অলঙ্কাবগী অপুনবা শক্তমসি প্রাচীন গদ্য পবম্পবগী মতুং ইল্লি। অদুগী মসিগী শক্তম্না পাশ্চাত্য গদ্য সাহিত্যগী শৈলীদা ইবা ওইনা তৌই।

**ঋষিকেশ ভট্টাচার্য্যঃ—** মহাক্কী বংশগী লুচিংবদি নাবাযণ হাযনা কৌই। মহাক অসি যশোহব জিলাগী ঝুলিযাপুব গ্রামদা লেবম্মি। মহাক্কী মতম খৃঃ ১৮৫০ দগী খৃঃ ১৯১৩ ফাওবনি। মহাক বাঙ্গালদগী খৃঃ ১৮৭২ দা পঞ্জবতা লাকখি। মতুংদা লাহোবদা সংস্কৃতকী ওঝা ওইবম্মি। মহাক্কী শীংথানববা গদ্য সংগ্রহদি "প্রবন্ধ মঞ্জবী" হাযবসিনি। মসিদা নিবন্ধ ১১ যাওখি। মহাক্কী লোলদা প্রসাদ, মাধুর্য্যগী ফজববা শক্তমশিং উশা ফংখি। কবি কপিগুম্বদা অশাংবা সমাসিক পদশিং যাওই, অদুবু মাদু যাম্না চম্বা ওইবনা খঙবদা যাম্না লাইনা থোকই।

**পণ্ডিত ক্ষমাবাবঃ—** মহাক অসি খৃঃ ১৮৯০ দা বিদ্বনর্পাববাব অমদা পোক্লম্মি। মহাক্না চাওবাক্লা লাইবিক ৫০ গী মথক্তা ইখি।

অসুম্না সংস্কৃত গদ্য সাহিত্যগী পবম্পবাদা শীংথাবা ভমদ্রবা লেখক চা কযা অমসু মতম মতমগী ওইবা বচনা কযা ইদুনা সংস্কৃত গদ্য কাব্যগী চাওখৎননবা হোৎনখি।



# ভারতীয় ভাষা বিজ্ঞানগী পরম্পরা

## (The Trend of the Indian Liguistics)

হৌজিক ফাওবদা সংসাবদা শকখংনববা লোল লিশিং ৩ গী মথক্ত লৈ হায়না শীংথনবি। হৌজিক ফাওবদা লোল লিশিং কয়া অমা নৈনব ঙমদনা লৈবি, নৈনকববা লোলশিংগী অমগা অমগা মান্নবগী মওংদ ভাষা-বৈজ্ঞানিকশিংনা তোঙান তোঙানবা কংলুপশিংদা খাযদোক্লম্মি পণ্ডিত খবনা লোল পূন্নমক অসি ভৌগোলিক আধাব (Geographical Basis) দা শকক মবি থোক্লা খাযদোকই (i) অমেবিকা খণ্ড, (ii) আফ্রিকা কণ্ড, (iii) যুবেশিযা খণ্ড, (iv) প্রশান্ত মহাসাগব খণ্ড। ভাষাগী পণ্ডিতশিংনা মথক্তা পীবিবা খণ্ডশিংসিদা লোলগী পবিবাব কযা থোক্ল খাযদোক্লম্মি।

ভাষা পবিবাবশিংগী মশিং অসি হৌজিক ফাওবদা লেপ্পা ঙম্নদ্রি মবমদি ফ্রেডিক মূলবনাচিংবা পণ্ডিতশিংনা ভাষাপবিবাব অসি ১০০ গী মথক্তা খন্নদুনা ইবম্মি। অতোপ্পা পণ্ডিত কযা অমনা ২৫০ বোমগী কাংলুপনি হায়নৈ। পণ্ডিত খবনা সুপ্পা ভাষাগী কাংলুপ অসি ১০ তমক থোক্লা খাযদোকই। ডাঃ ধীবেন্দ্র বর্মানা ভাষা পবিবাব অসি ১২ নি হায়না শীংথাবম্মি। ডাঃ দেবেন্দ্রনাথ শর্ম্মানা লোলশিংগী কাংলুপ অসি ১৮ থোক্লা খাযবম্মি। মখোযগী মতুং ইন্না ভাষা পবিবাবশিংগী মশিং, মমিং অমসুং খণ্ড মতৌ অসুন্না খাযদোক্লম্মি ঃ—

**(i) যুবেশিযা খণ্ড ঃ—**

(১) ভাবত যুবোপীয পবিবাব(family), (২) দ্রাবিড পবিবাব, (৩) বৃকশস্কী পবিবাব, (৪) যুবাল অলস্তাই পবিবাব (৫) কাকেশী পবিবাব (৬) চীনীপবিবাব, (৭) জাপানী কোবিযাই পবিবাব, (৮) অত্যুত্তবী পবিবাব, (৯) বাস্ক পবিবাব, (১০) সামী হামী পবিবাব।

**(ii) আফ্রিকা খণ্ড ঃ—**

(১১) সূডানী পরিবার, (১২) বন্তু পরিবার, (১৩) হোতেন্তোত-বুশমৈনী পরিবার।

**(iii) প্রশান্ত মহাসাগর খণ্ডঃ—**

(১৪) মলয় বহুদ্বীপ পরিবার, (১৫) পাপুই পরিবার, (১৬) আষ্ট্রেলিয়া পরিবার, (১৭) দক্ষিণ-এশিয়া পরিবার।

**(iv) অমেরিকা খণ্ডঃ—**

(১৮) অমেরিকা পরিবার।

সংসারগী ভাষা পরিবারশিংগী মনুংদা ভারত-যুরোপীয় ভাষা পরিবার অসি খ্বাইদগী হেন্না চাওবা অমসুং খ্বাইদগী থোইদোকপা মগুণশিংনা তিনবা পরিবার অমনি। ভারতীয় ভাষাশিং মরুওইনা সংস্কৃতগী ছাত্রশিংগীদমক্তদি পরিবার অসি খ্বাইদগী হেন্না কান্নবা অমা ওই। মরমদি ভাবতীয় ভাষাশিংসি পরিবার অসিগী মনুং চল্লি। ডাঃ মঙ্গল দেব শাস্ত্রীগী মত মতুংইন্না ভারত-যুবোপীয় ভাষা পরিবার হায়রগা শম্না ভারতদগী হৌদুনা যুরোপ ফাওবগী লমদমশিংদা লৈবা লোল পূম্নমকপু খংনৈ।

*ভারোপীয় (ভারত-যুরোপীয়) ভাষা পরিবারগী থোইদোকপা গুণশিং —*

**(i)** সংসারদা পরিবার অসিগী লোলশিংসি ঙাংবা মীওইগী মশিংনা খ্বাইদগী হেল্লি।

**(ii)** সংসারদা পরিবার অসিগী মীশিং লৈবগী খ্বাইদগী চাওবা লমদমনি।

**(iii)** সংসারদা সভ্যতা, সংস্কৃতি, সাহিত্য অমসুং বিজ্ঞানগী লমদা পরিবার অসিনা খ্বাইদগী হেন্না মাংজিন থাই।

**(iv)** তুলনাত্মক ভাষাবিজ্ঞান (Comparative philology) গী য়ুম্ফম ভারত-যুরোপীয় পরিবারনি।

**(v)** ভাষাশিংগী বৈজ্ঞানিক অধ্যায়নগীদমক্তা পরিবার অসিদা খুদোংচাবা পূম্নমক ফংই।

(vi) সংস্কৃত, গ্রীক, লেটিন অসিনচিংবা পরিবার অসিগী লোলশিংগী সাহিত্য মরাংকাইনা ফংই। মদুনা ভাষাশিংগী নৈনবদা মতেং ওইরি।

ভারত-য়ুরোপীয় ভাষাশিংবু অস্কোলী (Ascoli) কৌবা পণ্ডিতনা শরুক অনী থোক্লা খায়দোক্লম্মি – (i) কেন্তুম, (ii) শতম্। সিদ্ধান্ত অসি খৃষ্টগী ১৮৭০ দা পণ্ডিতশিংগী মাংদা পুথোক্লম্মি। অস্কোলীগী সিদ্ধান্ত অসিবু "বান ব্রেডকে" কৌবা ভাষা বৈজ্ঞনিক অদুনা অমুক্কা চাংয়েং তৌরবা মতুংদা লেটিন, গ্রীক, ফ্রেন্সনচিংবা লোলশিংদু কেন্তুম্ অদুগা অবেস্তা, সংস্কৃত, ফারাসীনচিংবা লোলশিংবু শতম্ হায়না কৌরম্মি।

কেন্তুম বগগী মূল ভাষাশিংদা মূল ভারত-য়ুরোপীয়কী 'ক্' ধবনি অসি মশক কাইদনা লৈ, অদুগা শতম্, বগগী ভাষাশিংদা স্, শ্, নত্তরগা স্‌জদা মশক ওন্থোক্কুনা শীজিন্নে।

ভারত-য়ুরোপীয়ন কাংলুপকী শতম্ শাখাগী ভারত-ইরাণী শাখা শন্নপ্না নৈনবা দরকার ওই। পণ্ডিত খরনা মসিবু হিন্দ-ইরাণী, শাখা হায়নসু কৌই। শাখা অসিগী লোলশিংবু ঙাংলিবা কাংবুশিং অদু আর্য হায়না কৌনৈ। আর্য নত্তরগা ভারত-ইরাণী শাখাগী কাংলুপ্পা ঙাংনবা মরম্না "ভারত য়ুরোপীয়নও' কাংলুপকী শাখা অসিগী মমিং আর্য্য নত্তরগা ভারত ইরাণী হায়না খংনৈ।

ভারত-ইরাণী ভাষা অসি শরুক অনী থোক্লা খায়দোকই ঃ– (i)(ভারতীয় আর্য্য ভাষা, (ii) ইরাণী ভাষা, ইরাণী ভাষাগী খ্বাইদগী মমিং চৎলবা লাইরিক্তি অবেস্তা অসিনি।

ভারত-ইরাণী শাখাগী খ্বাইদগী অথোইবদি ভারতীয় আর্য্য ভাষা অসি অমনি।

ভারতীয় আর্য্য ভাষাগী থোইদোকপা মফম অমা সংসারগী ভাষাশিংগী মনুংদা লৈ। মসিগী মরু ওইবা মশক অসি সংস্কৃত ভাষা অসি অমনি।

*লোল অসিগী থোইদোকপা গুণশিং –*

(i) সংসারগী অরিবা লোলশিংগী মনুংদা মসিনা খ্বাইদগী হেন্না লিরবা সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিনি।

**(ii)** গ্রীক অমসুং লেটিন অনীমক্কী অপুনবা সাহিত্যগা সংস্কৃত সাহিত্যগা চাংদম্নবদা সংস্কৃত মতোমতনা হেল্লি।

**(iii)** মসিগী মনুংদা বৈদিক, বৌদ্ধ অমসুং জৈন-নচিংবা মক ওইবা ধর্ম্ম অমদি ধাম্মিক সাহিত্যশিং ফংই।

**(iv)** ভাবতীয আর্য্যভাষাগী খ্বাইদগী লিববা লোল বৈদিক ভাষাগী সাহিত্যিক গ্রন্থ 'ঋগ্বেদ' সংসাবগী খ্বাইদগী লিববা সাহিত্যনি।

**(v)** সংস্কৃত ভাষা নৈনবদগী ভাষা বিজ্ঞানবু বিজ্ঞান অমগী থাক্তা সম্মান ফংলম্মি।

*মতমগী মতুং ইন্না ভাবতীয আর্য্য ভাষা অসি শরুক অহুম থোক্লা খাইদোকই ঃ-*

**(i)** প্রাচীন ভাবতীয আর্য্য ভাষাশিং— খৃঃ মমাং ১৫০০ দগী খৃষ্ট মমাং ৫০০ ফাওবা — (ক) বৈদিক সংস্কৃত, (খ) লৌকিক সংস্কৃত।

**(ii)** মধ্যকালীন ভাবতীয আর্য্যভাষাশিং — খৃঃ মমাং ৫০০ দগী খৃষ্ট ১০০০ ফাওবা– পালি, প্রাকৃত অমসুং অপভ্রংশ।

**(iii)** আধুনিক ভাবতীয আর্য্যভাষাশিং—খৃঃ ১০০০ দগী হৌজিক ফাওবা — হিন্দী, বঙ্গালী, অসামী, উবিষা অসিনচিংবা।

**(i)** (ক) বৈদিক সংস্কৃত — মসি খৃঃ মমাং ১৫০০ দগী ১০০০ খৃঃ মমাং ফাওবগী মতম অসিবু বৈদিক সংস্কৃত, বৈদিক, ছন্দস অমদি প্রচীন সংস্কৃত হাযনা কৌনৈ। বৈদিক ভাষাগী খ্বাইদগী লিববা মশক 'ঋগ্বেদ' দা ফংই। বৈদিক সংস্কৃতকী মনুংচন্না - বেদ ৪, ব্রাহ্মণ, আবন্যক, উপনিষদ্ অমসুং বেদাঙ্গ ৬।

(খ) লৌকিক সংস্কৃত — মসি খৃঃ মমাং ১০০০ দগী ৫০০ ফাওবসিনি। মসিবু লৌকিক সংস্কৃত নত্ত্রগা ক্লাসিকেল সংস্কৃত হায়নসু খঙনৈ। মসিদা বামাযন, মহাবত, পুবাণশিং, সাহিত্যগী তোঙান তোঙান বিষযশিং অমদি তোঙান তোঙানবা বিষযশিংগী মশক শেংনা যেক্তনা তাক্লম্মি।

**(ii)** মধ্যকালগী ভাবতীয আর্য্যভাষা মতম খৃষ্ট মমাং ৫০০ দগী

খৃঃ ১০০০ ফাওবা। মসিগী মতমগী লোলশিংবু প্রাকৃত হাযবগা খংনৈ। মসি অমুক শকক ৩ থোক্লা খায়দোকই ঃ—

(ক) প্রথম পাকৃত — (মতম খৃঃ ৫০০ দগী খৃঃ অহানবা শকক ফাওবা)। মসিদা পালি, অমদি শিলা লেখী প্রাকৃত।

(খ) দ্বিতীয প্রাকৃত — (মতম খৃঃ ১০০০ দগী খৃঃ ১৫০০ ফাওব)। মসিদা প্রাকৃত — মাঘধী, অৰ্দ্ধমাঘধী, মহাবাষ্ট্রী, শৌবসেনী।

(গ) তৃতীয প্রাকৃত — (মতম খৃঃ ৫০০ দগী খৃঃ ১০০০ ফাওবা)। মসিদা অপভ্রং ভাষা।

**(iii)** আধুনিক আৰ্য্যভাষা কাল ঃ— খৃঃ ১০০০ দগী হৌজিক ফাওবগী মতম — বিহবী, বঙ্গালী, উবিষা, অসামী, পূৰ্বী হিন্দী, বাজস্থাণী অমসুং গুজবাতী।

**ভাষা বিজ্ঞানগী ইতিহাস ঃ**

(ক) ভাবতীয ভাষা বিজ্ঞান।
(খ) যুবোপীযন ভাষা বিজ্ঞান।

হৌজিক্কী মতমদা ভাষা বিজ্ঞান অসি অনৌবা বিষয অমা ওইনা লৌনদুনা ভাষাগী মবমদা মীওইবনা যাম্নমক কুইববা মতমদগী হৌনা নৈনদুনা খংবা পাল্লকখি। থোইদোক্লা যাম্নমক কুইববা মতমদগী হৌনা ভাষাগা মবী লৈবা ব্রাফমশিংগী লংলা লংজন নৈনবা হৌখি।

মতৌ অসুম্না যুবোপকী বিদ্যা পূম্নমক্কী হৌবকফম গ্রীক ভাষাদা থিদুনা পুথোক্লম্মী, মতৌ অদুগুম্না ভাবতবৰ্যদসু বিষয পূম্নমক্কী হৌবকফম অসি 'বেদ' দা ফংলম্মি। "সৰ্ব্বজ্ঞানমযো হি সঃ" হায়দুনা মনুস্মৃতিদা হাযবম্মি। মফম কযামুক্তা ভাষাগা মবী লৈনবা নৈনবোলশিং বেদশিংদা ফংলম্মি —

(ক) "চত্বাবি বাক্ পবিমিতা" (ঋঃ ১।১৬৪।৪৫)
(খ) "তুবীযাং বাচং মনুষ্যা বদন্তি" (ঋঃ ১।১৬৪।৪৫)

ঋগ্বেদগী সুক্ত (১০।৭১) দা বাণীগী পোক্লকপগী মবীশিং অদু নৈনবম্মি। মসিদা অসুম্না তাক্লম্মি বাণীনা মবম ওইদুনা লৌশিং জ্ঞানশিংগী

লৌথোক-লৌশিন কবম্না ওইখিবগে ? সূক্ত অসিদা উচ্চাবণগী মথং মনাও লাকখিবা অর্মাদি উচ্চাবণগী মথং মনাও লৌনখিবসি যাম্নমক শেংনা উৎলি। মসিদা অসুম্না উৎলি অহ'নবদা ঙাংনিংবগী অপাম্বা পোকই, অমুক খল্লি, মদুগী মতুংদা স্বব পোক্লকই অবোইবদা তাবা যাবা অমদি যেংবা যাবা লোল পেক্লকই।

*বেদ পাঠগী খোঙ্হোক অশেংবা শক্তম উৎননবা তোৎনবা—*

বৈদিক সাহিত্যদা বেদশিংগী উচ্চাবণ শেংনা পাবগী মতাংদা যাম্না কুপ্পা নৈনবম্মি।

খুদমগী মশক ওইনা "ব্রাহ্মণেন নিষ্কাবনো ধর্ম্মঃ ষডঙ্গো বেদ্যা ধ্যেযো জ্ঞেযশ্চ" হাযবদি ব্রাহ্মনশিংনা কবিগুম্ব মশাগী কান্নবা ৱাখল তৌদনা বেদাঙ্গ ৬ কা লোযননা বেদ তমগদবনি অমদি বেদ শংগদবনি। বেদাঙ্গ ৬ কী মনুংদা মখল ৪—শিক্ষা, ব্যাকবণ, নিকক্ত অমসুং ছন্দ লোলগা মবী লৈননা নৈনবোইশিংদা থোইদোক্লা কানগল্লি।

শিক্ষা কৌবা বেদাঙ্গসিদা যাম্নমক শেংনা উচ্চাবণ তৌবগী মবমদা নৈনবম্মি। মসি হৌজিক্কী মতমদা ধ্বনি বিজ্ঞানগা যাম্নমক নক্লবা বিদ্যা মখল অমনি। ব্যাকবণগা মবী লৈনবসি ৱাহৈ অমসুং ৱাহৈ পবেংশিংগা ওই, মদু হৌজিক্কী মতমদা পদ বিচাব অমসুং বাক্য বিচাব হাযনা কৌনৈ। নিকক্তদা অর্থগী মতু ইন্না শব্দশিংগা ব্যুৎপত্তি তাক্লম্মি। মসি হৌজিক্কী মতমদা অর্থ বিজ্ঞান হাযনা খঙনৈ। অদুগুম্না বেদাঙ্গশিং অদুগী মবম মখাদা নৈনবি -

**শিক্ষাঃ**—শিক্ষা হায়বসি বেদাঙ্গ ৬ কী মনুংদা অমনি। শিক্ষাগী অর্থদি বেদগী মন্ত্রশিংবু চুম্না পাবা অর্মাদ হাযদোকপবু শিক্ষা হাযনা কৌই। অসিগুম্বা মখলগী বিষযশিংবু নৈনবসি শিক্ষা হাযনা কৌবম্মি। আচার্য্য সাযণনা শিক্ষাগী পাবভাষা (Definition) অসি অসুম্না ইর্বাম্মি -

*স্বব বর্ণাদ্যুচ্চবণ প্রকাবো যত্র শিক্ষ্যতে, উপদিশ্যতে সাশিক্ষা।*

স্বব অর্মাদি বর্ণনাচংবগী খোঙ্হোক্কী মবম তাকপা অদুবু শিক্ষা হাযনা কৌই। ঋঃ ঋেদ ভাষ্য ভূমিকা পৃঃ ৪৯।

শিক্ষা কৌবা বেদাঙ্গ অসি পোক্লকপসি সংহিতাশিংগী মবমদা ভাবতবাসীশিংগী থোইদোকপা বুদ্ধিগী মহৈনি। বেদ মন্ত্রশিংবু যাম্না শেংনা প্যাব অমসুং হাযদোকপসি খক থওইদবা যাদে। জর্মন বিদ্বান ৱিণ্টবনিডজ্‌গী মতুং ইন্না বেদমন্ত্রশিংগী সংহিতা পাঠ অমদি পদ পাঠ শিক্ষা কৌবা বেদাঙ্গগী নিয়ম মতুংইন্না পানি।

তৈত্তবীয উপনিষদকী ১,২ দা শিক্ষা কৌবা বেদাঙ্গগী অঙ্ক ৮ নত্ত্রগা অধ্যায় ৬ কী মতাংদা অসুম্না তাক্লম্মি—

(১) অক্ষব নত্ত্রগা বর্ণ, (২) স্ববৰ, (৩) মাত্রা, (৪) বল, (৫) সম, (৬) সন্তান।

স্ববশিংগী মবমদা যাম্নমক কুপ্না বেদশিংদা নৈনবস্বসিগী ফলনা হৌজিক্কী ধবনি বিজ্ঞানগী হৌবকফম ওইবি। যাম্নমক লিববা মতমদগী হৌনা ভাবতবর্ষদা ধবনি বিজ্ঞানগী যুম্ফম লৈখ্রবনি।

বেদশিংদা অর্থগী মাংযেং মতুংইন্না স্ববগী থোইদোকপা দবকাব ওই। বৈদিক ভাষাদা স্ববনা অর্থগী নিযম পুখোক্লম্মি। স্ববগী খোম্বোক ওল্লকপগী মতুংইন্না অর্থদা অওনবা কযা লাকখি।

মসিগী মবমদা পাণিনীয শিক্ষাদা যাম্নমক শেংনা উৎলম্মি, অদুগুম্বা মন্ত্র অদু স্বব অমসুং বর্ণ যাওদ্রবদা, মদুনা অপাম্বা অর্থ ফোংদোকপা ঙমদে। মদ্গী ওম তৈনবদা ৱাণী (ৱাহৈ) অদুনা বজ্র ওইদুনা যজমানবু মাং-তাকহলি। খুদমগী মশক ওইনা "ইন্দ্রশত্রুঃ" হাযবা ৱাহৈ অসিনা অশেংবা স্ববগী খোম্বোক ওইদবদগী যজমান মাংখি। মসিগী মবমদা পাণিনীয শিক্ষাদা পিবম্বা ৱাবী অমনা অসুম্না তাক্লম্মি -

'বৃত্রাসুব' অমসুং 'ইন্দ্র' অনীগী লালগী ৱাবী অসি ফাওবম্মি। বৃত্রাসুবনা ইন্দ্র হাৎননবগীদমক্তা যজ্ঞ অচৌবা অমা তৌবম্মি। যজ্ঞগী মক্‌ওইবা মন্ত্রদি 'ইন্দ্র শত্রুবর্ধস্ব" হাযবাদ ইন্দ্রগী শত্রু (বৃত্রাসুব) না বিজয ফংব ওইসনু। মন্ত্র অসিদা ইন্দ্রশত্রুঃ হাযবা ৱাহৈ অসিগী উচ্চাবণ তৌবদা অবোইবা স্বব অদু উদাও ওইনা হাযগদবনি। অবোইবা অন্ত স্ববগী উদাত্ত ওইবা খোম্বোক ওইববদি তৎপুরুষ সমাস – ইন্দ্র শত্রু। ওইগনি ইন্দ্রগী শত্রু (ইন্দ্রবু হাৎপা ঙম্বা) হাযগনি। মসিগী ওন্ন তৈনবদা যাজ্ঞিকশিংনা থওইদবদগী

"ইন্দ্রশত্রুঃ" হায়বা ৱাহি অসিগী আদি স্বর অদু উদাত্ত ওইনা হায়দোকপা মতমদা হায়বদি অহানবা স্বব 'ই' অসি উদাত্ত ওইনা হায়দোকপদগী ইন্দ্রশত্রুঃ শব্দ অস বহুব্রীহি সমাস ওইরে হায়বদি ইন্দ্রঃ শত্রু যস্য সঃ = ইন্দ্রনা মাবু হাৎপা হায়বা অর্থ অসি ওইনা থোকই। ইন্দ্রনা হাৎপা বৃত্রাসুর হায়না থোকই। মদুনা তাকপাদ ইন্দ্রনা হাৎপা বৃত্রাসুরগী বিজয় ফংবা ওইসনু হাযনা হায়বি। অদুনা ওন্নবা অর্থ অসি খোঙ্হোক খেন্নবদগী থোক্লকই।

অদুনা বেদ পাঠ তৌবদা উচ্চাবণগী থোইদোকপা গুণ অ সি লৈ। মদুনা অর্থ ওন্ন তৈনবা অমা পুবকপা ঙম্মি।

*"মন্ত্রো হীনঃ স্বরতো বর্ণতো বা, মিথ্যাপ্রযুক্তো ন তমর্থমাহ।*

*স বাগ্‌বজ্রো যজমানং হিনস্তি, যথেন্দ্রশত্রুঃ স্বরতোৎপবাধঃ*

পাণিনীয শিক্ষা – ৫২

হৌজিকমক ফংলিবা শিক্ষাগী লাইবিকশিং – ডাঃ সিদ্ধেশ্বব বর্মানা মাগী লাইবিক "ফোনেটিক ওবজার্বেশন ওফ এনশিণ্ট হিন্দুজক্ষক্ষ কৌবা অদুদা শিক্ষাগী লাইবিক ৬৫ শুই হায়না শীংথাবাম্মি। তৌইগুম্বসুং হৌজিকমক ফংবা শিক্ষা গ্রন্থশিংদি – (১) পাণিনীয় শিক্ষা, (২) যজ্ঞবল্ক শিক্ষা, (৩) কত্যাযণগী শিক্ষা, (৪) বাশিষ্টিগী শিক্ষা, (৫) পারাশযী শিক্ষা, (৬) মাণ্ডব্য, (৭) মাধ্যান্দিনী শিক্ষা, (৮) মাণ্ডুকী শিক্ষা, (৯) অমোঘানন্দিগী শিক্ষা, (১০) কেশবী শিক্ষা অসিনি।

**নিরুক্ত (যাস্ক)** ঃ– নিকক্তগী শাব্দিক অর্থদি ব্যুৎপত্তি নত্ত্রগা নির্বচণ (Etymology)। মসিদা শব্দশিংগী অর্থ অমসুং মদুগা মরি লৈনবা ৱাফমশিংদা বিচাব তৌদুনা মসি পুথোক্লম্মি। কবিগুম্বা ৱাহি অমগী অর্থ কবম্না ওইবগে হাযবদু তাকই।

নিকক্তগী মনুং চন্না খোঙ্হোক, ৱাহি অমসুং অর্থ অহুম্মকী মবমদা কুপ্না নৈনৈ। মবম অসিনা নিকক্ত অসি হৌজিকী মতমগী ভাষাবিজ্ঞানগী হৌরকপগী শক্তম অমনি। অসুম্না ঐখোয়গী দেশ ভারতবর্ষদা ভাষা বিজ্ঞানগী হৌরকপসি বৈদিক কালদগী হৌনা লৈখ্রবনি। ভাষা বৈজ্ঞানিকশিংগী মীৎয়েং মতৃংইন্না নিরুক্তগী কান্নববু অসুম্না শীংথারম্মি ঃ–

ধ্বনিবিজ্ঞান (Phonetics phonology), বর্ণবিপর্য্য (Metathesis), বর্ণবিকার (Assimilatioin, Dissimilation) বর্ণলোপ (Elision), আদিস্বর লোপ (Apheris) মধ্যস্বর লোপ (Syncope), সবর্ণ লোপ (Hapology) অসিনচিংবগী খুদমগা লোয়ননা মশক তাকপা অদ্ ফংই।

মসিগা লোয়ননা রূপবিজ্ঞান, (Morphology), বাক্যবিজ্ঞান (Syntex), অর্থবিজ্ঞান (Semantics) অসিনচিংবা ভাষাবিজ্ঞানগী তোঙান তোঙানবা কায়াৎশিংদসু মসিগী প্রভাব তাই।

**ব্যাকরণ ঃ—** ব্যাকরণ অসি বেদাঙ্গ ৬ কী মনুংদা অমনি। ঋগ্বেদদা মসিবু বেদ কৌবা পুরুষ অসিগী চিনাই হায়না শীংথাই। "মুখংব্যাকরণং স্মৃতম্"। "ব্যাক্রিয়ন্তে শব্দাঃ অনেনবাস্মিন্" হায়রদি মদুনা মরম ওইদুনা শব্দগী প্রকৃতি প্রত্যয় (Root অমসুং Suffix) করিনো হায়বা নৈনবা লাইরিক অদুগী মমিং ব্যাকরণ কৌই। (প্রথমাহ্নিক – মহাভাষ্য)।

সংসকৃতকী প্রাচীংন ব্যাকরণ অসি হৌজিক্কী ভাষা বিজ্ঞানগা যাম্নমক মান্নে। হৌজিক্কী ভাষা বিজ্ঞান অসিদা যাওরিবা বিষয় পূন্নমক ভারতবর্ষগী প্রাচীন কালদা ব্যাকরণ শাস্ত্রগী মনুং চল্লি।

ভারতবর্ষদা ব্যকরণ শাস্ত্রগী ইতিহাস অসি যাম্নমক কুইররা মতমদগী হৌনা লাকই। পাণিনিগী মমাংদা আপিশালি, গার্গ্য, কাশ্যপ, স্ফোটায়ন, ঔদুম্বরায়ণ, গালব, শাকটায়ণ, শাকল্য অসিনচিংবা ব্যাকরণকার ৫০ রেমগী রাফম পাল্লে। তৌইগুম্নসুং লাইরিক ওইনদি মরাং কাইনা ফংখিদে। পাণিনিগী মতুংদা ব্যাকরণকার ১৫ লৈরগী রাফমদি লৈ। মখোয়গী প্রমাণিক ওইবা লাইরিকশিং অদুম্মক ফংলি।

**মুণিত্রয় ঃ—** ব্যাকরণ শাস্ত্রগী অইরশিংগী মনুংদা **(i)** পাণিনি, **(ii)** কাত্যায়ন, **(iii)** পতঞ্জলি মখোয় অহুম অসিগী মমিং লৌদুনা ব্যাকরণবু 'মুনিত্রয়" হায়রগসু খংনৈ।

**পাণিনিঃ—** সুপ্পা সংস্কৃত লোলতদসু নত্তনা সংসারগী ব্যাকরণ শাস্ত্রগী ইতিহাসদা মাগী মফম যাম্নমক রাংই। সংস্কৃত ব্যাকরণগী ইতিহাসদা পাণিনিগী মফম অসি খ্বাইদগী অথোইবনি। পাণিনিগী মমাং অমদি মতুংগী ব্যাকরণকারশিংনা মাগী খুভম অসি খক ফংবা ঙমখিদে।

পাণিনিগী মতমগী মতাংদা য়াম্লমক চয়েৎনবা অমদি ওই। চাওরাক্লা পাণিনিগী মতম অসি খৃষ্টগী মমাং ৮ শুবা শতাব্দীদগী খৃষ্টগী মমাং ৪ শুবা শতাব্দী ফাওবগী মনুং ওইনা লৌনে। অদুম ওইনমক ৮ শুবা অমদি ৭ শুবা শতাব্দীনা মাগী অরেপ্পা মতমনি হায়বসিনা খ্বাইদগী চুন্নবা অমনি হায়না লৌনে। মাগী মপা পণিগী মমিং লৌদুনা মাগী মমিং পাণিনি হায়না কৌই। মাগী মমাগী মমিং লৌদুনা মাবু দাক্ষীপুত্র হায়নসু খংনে। মহাক তক্ষশিলাগী মনাক্তা লৈবা শালাতুর (মফম অসি হৌজিক্তি নোংচুপ পকিস্তানগী লাহোর অসিনি) কৌবা মফমদ পোক্লম্মি। মাগী পরিবার অসি ইনাকখুনবা শাগে ওইরম্মি। মহাক ত্রযোদশী নুমিত্তা শিখি। অদুনা হৌজিক ফাওবা ত্রযোদশী নুমিত্তা ব্যাকরণ তম্নদে। মাগী মনাওনুপা পিঙ্গল অসিনা ছন্দঃ শাস্ত্র হৌদোক্লম্বা অফাওবা অদুনি।

পাণিনিগী খ্বাইদগী অথোইবা লাইরিক্কী মমিংদি "অষ্টাধ্যাযী" নত্ত্রগা শব্দানুশাসন অসিনি। অধ্যায় নিপাল থোক্লা খায়দোকই হায়দুনা 'অষ্টাধ্যায়ী' হায়না খঙনে। মসি সূত্র ঙহাক্তনি সূত্র মশিং ৩৯৯৬ নি, মসি অধ্যায় খুদিংগী পাদ ৪, ৪ লৈ। মসিনা বৈদিক অমদি লৌকিক ভাষাগা মরি লৈনবা মরু ওইবা নিয়মশিং ইদুনা থনম্মি। অহানবা অধ্যায়দা পাণিনিগী ব্যাকরণ শীজিন্নগদবা সংজ্ঞাশিং অমদি পরিভাষাশিং পীখি। অনীশুবা অধ্যায়দা সমাস অমদি কারককী নিয়মশিং। অহুমশুবা অধ্যায়দা ধাতুশিংদা তপকদবা প্রত্যয়শিং। মরি অমসুং মঙাশুবা অধ্যায়দা শব্দশিংদা তপকদবা প্রত্যয়শিং। তরুকশুবা অমদি তরেৎশুবা বৈদিকভাষাদা শিজিন্নবা স্বরশিং শব্দাশিং ধবনিবিকারশিংগী নিয়মশিং। নিপালশুবা অধ্যায়দা পদশিংগী মরমদা নৈনৈ। অষ্টাধ্যাযীগী মমৈদা গণপাঠ অমসুং ধাতুপাঠ কৌবা পরিশিষ্ট হাপই।

অষ্টাধ্যায়ীদা নত্তনা উনাদিসূত্র, লিঙ্গানুশাসন, শিক্ষাগ্রন্থ কৌবা লাইরিকশিংবু ইরম্মি। অষ্টাধ্যায়ীগী মচি ওইবা ৱারোলশিং —

(১) য়াম্লা মচি ওইবা অমসুং অর্থ চেন্না শিজিন্নবা।

পাণিনিনা য়াম্লা তেল্লবা সূত্রশিংদা মাগী ব্যাকরণ অসি ইরম্মি। সূত্রশিংদা ৱাহৈ অমদি লাইরদুনা ময়েক অমা ফাওবা অরেম্বদা শীজিন্নরমদে। কাত্যায়ননা মাগী বার্ত্তিকতা পাণিনিগী সূত্রশিংদা শেমদোকপা হায়দুনা হায়খিবদু পতঞ্জলিনা য়ারমদে। মদুনা য়াম্লা মচি ওইবা ৱাহৈশিংতমক

শীজিন্নবসি পাণিনিগী থোইদোকপা মগুণ অমনি।

মাগী সূত্রশিংবু যেংলগা অসুম্না হায়নবম্মি – "অর্দ্ধমাত্রলাঘবং পুত্রোৎসবং মন্যন্তে বৈযাকবণাঃ" মাত্র তংখাই অমতং কংথহনবসিবু ব্যাকবণকাবশিংনা মচা পোকপদা নুঙাইবগুম খন্নে।

**প্রত্যাহার সূত্রঃ**— প্রত্যাহাব সূত্র মশিং ১৪ নি। মখোযশিংসিদা সংস্কৃতকী বর্ণমালাশিংসি যাম্না বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা শীজিন্নে। অহানবা সূত্র ৪ দা স্ববর্ণ (অচ্) লৈ লেমহৌবিবা সূত্র ১০ দা ব্যঞ্জনশিং (হল্) বর্ণশিং থন্নম্মি। অসিগুম্বা প্রত্যাহাব সূত্র ১৪ সিগী যুম্ফমদা পাণিনিনা মাগী ব্যাকবণগী দলাল শাগৎলম্মি।

সমাস-কাবক—ভাবতীয ভাষা বিজ্ঞানগী বাক্যবিজ্ঞান (Syntex) অমসুং অর্থবিজ্ঞান (Semantics) গী অতোপ্পা মমিং অমনা সমাস অমসুং কাবকনি।

সমাস মখল ৬—(১) অব্যযীভাব, (২) কর্ণধাবয, (৩) তৎপুরুয, (৪) দ্বিগু, (৫) দ্বন্দ, (৬) বহুব্রীহি। সমাস খেন্নবগী মতুং ইন্না অর্থ খেন্নবা লৈ। খুদম ইন্দ্রশক্রঃ। তৎপুরুয—'ইন্দ্রশ্য শক্রঃ' ইন্দ্রবু হাৎপা। বহুব্রীহদা ইন্দ্রনা হাৎপা (ইন্দ্রঃ শক্রঃ যস্যাসঃ) অসুম্না তোঙান তোঙানবা অর্থশিং থোবকই।

অসুম্না কাবক অসি সংস্কৃত ভাষাবিজ্ঞানগী বাক্যবিজ্ঞানগী (Syntex) যুম্ফম্নি। কাবকশিংগী মতুং ইন্না শব্দশিংদা বিভক্তিশিং তৌপ্নে। মদুদা বাক্যগী অর্থ ফোংদোকই। কাবক খেন্নবদগী অর্থদা অওনবা লাকই। খুদম—'ব্রাহ্মনায বস্ত্রং দদাতি' ব্রাহ্মণশিংদা ফি পী। "বজকস্য বস্ত্রং দদাতি" (শুননবগী) দমক্তা ফি পী। (অমুকহন্না লৌগদবা) অসুম্না কাবক খেন্নবনা ৱাহৈ পবেংগী অর্থ খেন্নহল্লি।

অসুম্না পাণিনিগী সমাস অমসুং কাবক প্রকবণ অসি আধুনিক ভাষা বিজ্ঞাণ বাক্যবিজ্ঞান (Syntex) অমদি অর্থবিজ্ঞান (Semantics) হায়না কৌনৈ।

**শব্দব্যুৎপত্তিঃ** — পাণিনিনা শব্দশিংসি প্রকৃতি প্রত্যযগী তিন্নবদগী পোক্লকপনি হায়না লৌই। অদুগুম্বা ৱাহৈশিংদুগী প্রকৃতি প্রত্যযগী মবম

খংদ্রবদা মতাক্লা উনাদি সূত্রশিংগী ইদুনা থর্নাম্মি। শম্না হাযববদা পাণিনিনা ধাতুদা উপসর্গ অমদি প্রত্যযশিং তপশিল্লগা শব্দ পূম্নমক শেমই হাযবাসি পুথোক্লম্মি। উপসর্গ অমদি ধাতুগী প্রত্যয তপ্পবদগী মশাগী অর্থদা অওনবা পুবকপগী সিদ্ধান্ত পুথোক্লম্মি।

**বর্ণবিকাব ঃ—** (সন্ধি) পাণিনীগী সন্ধি নিযম যাম্না পাক চাওই। মখোর্যশিংদু কবিগুম্বা লোল অমদা শিজিন্বা যাই। সন্ধিগী নিযম অসি পাণিনিনা হৌদোক্লম্মি মর্দুদ আগম, লোপ, বিকাব, — আগম (Assimilation Dissimilation), লোপ (Elision) বিকাব (Metathesis) অসিনচিংবা মখল কযাগী অওনবা থোকহল্লি। নিযমাশংসিগা চাংদম্নদুনা হৌজিক্কী ভাষা বিজ্ঞানগী ধর্বনি পবিবর্তণগা মবি লৈনবা নিযমশিং শেম্মি।

**পদবিভাগ ঃ—** পাণিনীনা যাস্কগী পদবিভাগ অদু অমুক হন্না শেমদোক্লুনা হাযবদি যাস্কগী পদশিংগী বিভাগ (১) নাম, (২) আখ্যাত, (৩) উপসর্গ, (৪) নিপাত অসিবু সুপ্পগী শব্দ অনীতমক থোক্লা সুবন্ত শব্দশিংগী মমৈদা তপ্পা—সংজ্ঞা, বিশেষণ, সর্বনাম, অব্যয অসিনাচ বসি মনুং চন্না, তিঙন্ত — ক্রিযাবাচাক শব্দ পূম্নমক।

**তুলনাত্মক ভাষাবিজ্ঞান ঃ—** পাণিনীনা অষ্টাধ্যাযীদা বৈদিক অমদি লৌকিক সংস্কৃত অনীমক্কী খেন্নবা অমদি মান্নবা অদু পুথোক্লুনা নৈনর্বাম্মি। মসিদসু নওনা তোঙনা তোঙানবা লমদমশিংদা শীজিন্নবা সংস্কৃতকী খোম্থোকশিংগী তোঙানবা মশিজিন্ন অদু পুখোক্লম্মি।

অসুম্না ওসি ১৯ শুবা শতাব্দীদা পাশ্চাত্য বিদ্বানশিংনা তুলনাত্মক ভাষাবিজ্ঞান পুথোক্লম্বাসি খৃঃ মমাং ৮, নত্ত্রগা ৭ শুবদা পাণিনীনা যুম্ফম থোল্লম্বনি।

ভাবতীয ভাষাবিজ্ঞানগী ইতিহাসদা আচার্য পাণিনীগী দান থোইদোক্লা শীংথানিংঙাইনি। ধর্বনি, পদ, বাক্য, অর্থ অমদি আঘাৎ অসিনচিংবা বিষযশিংগী মবমদা মাগী অষ্টাধ্যাযীদা, নৈনবম্বদু উকবগা নোংচুপলোমগী ভাষাবৈজ্ঞানিকশিং ঙক্লবি।

**কাত্যাযন ঃ—** নাণিনিগী মতুংগী ব্যাকবণকাবশিংগী মনুংদা কাত্যাযনগী মফম থোইদোক্লা শীংথানিঙাই অমনি। সাধাবণ ওইনা মহাকপু পাণিনিগী

আলোচক অমা ওইনসু লৌনে। মহাক অসি পাণিনিগী শিষ্যনি হায়নসু লৌনে। পাণিনিগী মতুং চাওরাক্লা চহি ১০০ দগী ১৫০ নত্ত্রগা চহি ২০০ দগী ১৫০ ফাওবগী মনুংদা লৌবনা থোইদোক্লা চুন্নবা অমা ওই। মহাক্লা পাণিনিগী সূত্রশিংদা বার্ত্তিক ১৪০০ ইবস্মি। মসিদগী খংবা ঙম্বদি পাণিনি অমসুং কাত্যয়নগী মরক্তা ভাষাদা অনৌবা প্রযোগ লাকখিবা, মদুবু পাণিনিনা বিচার তৌবা ঙমদে। অদুগুম্বা অৱাংপা অদু শরুক অদু কাত্যয়ননা নৈনদুনা মেনখৎলম্মি।

*বার্ত্তিককী পরিভাষা নাগেশভট্টনা মতৌ অসুম্না ইরম্মি ঃ—*

*"উক্তানুক্তদুরুক্তচিন্তাকরত্বং হি বার্ত্তিকত্বং"*

হায়বদি হায়খ্রবা, হায়হৌদবা, নিংথিনা হায়হৌদবা অদুগুম্বা অদুবু চুমথোক্লবদি মদুবু বার্ত্তিক হায়না কৌনে।

*পণ্ডিত যুধিষ্ঠির মীমাংসকনা অসুম্না হায়রম্মি ঃ—*

কাত্যায়নগী বার্ত্তিক-পাঠ পাণিনি - ব্যাকরণগী থোইদোকপা শরুক অমনি, মদু য়াওদ্রবদি পাণিনি-ব্যাকরণ অসি মপুং ফাদে।

**অরোইবদা অসুম্না খংই ঃ—** কাত্যয়ননা পাণিনিগী সূত্রশিংবু চুমথোক্লগা অদুগুম্বা চুমথোকপসিনা সংস্কৃত ভাষাগী চাওখৎপদা য়াম্নমক মতেং পাংই। ভাষাবিজ্ঞানগী মীৎয়েংদা কাত্যয়নগী থবক অসি য়াম্নমক মমল যামই মবমদি মহাকনা ভাষাগী মকওইনা তুংনফম ওইরিবা লোক ভাষাবু লৌবম্মি অমসুং মদুগী মতুংইন্না সংস্কৃত ভাষাবু শেমদোক্লবগী ৱাফম হাযবম্মি।

**পতঞ্জলি ঃ—** পতঞ্জলি অসি মহাভাষ্যকার হায়রগা থোইদোক্লা মহাক্তবু খঙনৈ। মহাক্কী মতম অসি বাত্তিককার কাত্যায়নগী চহি ২০০ গী মতুং ওইনা, সম্রাট পুষ্যমিত্রগী দরবারী কবি ওইনা লৌনে। সাধারণ ওইনা পাতঞ্জলিনা মাগী মহাভাষ্যসি অসি অষ্টাধ্যাযীগী যুম্ফমদা ইরম্মি। তৌইগুম্বসুং মরু ওইনা মাগী ৱাখলদি বার্ত্তিককার কাত্যায়নগী 'বার্ত্তিক-পাঠ'দা যুম্ফম ওইনা তৌই। মহাভাষ্যগী শরুক ৪ থোকপগী অহুমদি বার্ত্তিক-পাঠদা অদুগা শরুক ৪ থোকপগী মঅনা অষ্টাধ্যাযীদা যুম্ফদ ওইরম্মি।

*প্রোঃ মেক্স মূলর (Max Muller) না অসুম্না হায়রম্মি ঃ—*

The great commentary of Patangali entraces both the Vaetikas of Katyayan & Sutras of Panini

ভাষাগী সংশোধন চুমথোকপগী থোইদোকপা থবক অসি বৈয়াকবণ পতঞ্জলিনা তৌখিবম্মি। মতাক্লা অহানবদা শিক্ষা নিরুক্ত, ব্যাকবণ অমসুং দর্শনগী যুক্তিশিংবু অমত্তা ওইনা। পুন্সিল্লগা 'বিজ্ঞান'গী মওংদা থনম্মি। অদুনা মসিবু শব্দানুশাসন হায়না কৌনাবর্বাসিনি।

মতৌ অসুম্না পাণিনি, কাত্যায়ণ অমসুং পতঞ্জলি সংস্কৃত ব্যাকবণ শাস্ত্রগী মুতিত্রয় (মুনি অহুর্মাসন) লোলগা মবী লৈনবা নৈনবসি মপৃং ফাহল্লম্মি। মসিবু ভাবত অমদি বিদেশী পণ্ডিতশিংনা থোইদোক্লা থাগৎনবাম্মি।

**কাশিকা** ঃ— মুনিত্রয়গী মতুংদা কাশিকা অসি থোইদোক্লা শীংথানিঙাইনি। মসি পাণিনিগী অষ্টাধ্যায়ীগী শীংথানববা টীকানি। মসিবু ইবাদ জয়াদিত্য অমদি বামন নি। 'কাশিকা' হায়বা বাহৈ অসিগী অর্থদি প্রকাশিকা হায়বনি মসিগা অর্থাদ অষ্টধ্যায়ীগী সূত্রশিং, বৃত্তি, উদাহবণাশিংনা মবম ওইনা থংহনবান। অদুনা মাইকৈ অসোমদা কাশিকা অসি থোইদোকনা শীংথানিঙাই ওইবা লাইবক্ল। কাশিকাদা গণপাঠবসু তিনশিল্লি। অদুনা কাশিকাদা অষ্টাধ্যায়ী অমসুং গণপাঠ অনামক ফংই।

অষ্টাধ্যয়ী অমদি মসিগী টীকাগী অমদি বৃত্তিগী মতুংইন্না কাশিকাসি মীয়াম্না পাম্নবা হেনগৎলম্মি। তৌইগুম্নসুং মতুংদা 'সিদ্ধান্ত কৌমুদী'' থোবকপদগীদ কাশিকাসি চাওখাক্লা পাম্নবমক্তে।

''সিদ্ধান্ত কৌমুদী'' দা অষ্টাধ্যায়ীগী সূত্রশিংগী ক্রম অদু শেমদোক্লগা থনম্মি। লাগ্নবর্কাশিংদা প্রকবণ (মশাংগী) মতুং ইন্না সূত্রশিংবু মথং মনাও ইদুনা থম্মি—(১) সংজ্ঞা, (২) সন্ধি, (৩) সুবন্ত, (৪) স্ত্রীপ্রত্যয়, (৫) কাবক, (৬) সমাস, (৭) তদ্ধিত, (৮) তিঙন্ত, (৯) কৃদন্ত নাপিবা মথং মনাও অসিনি। কৌমুদী গ্রন্থশিংগী মনুংদা সিদ্ধান্ত কৌমুদী, এবং কৌমুদী, লঘু কৌমুদী, প্রক্রিয়া কৌমুদী, রূপমালা অসিনচিংবসি থোইদোক্লা শীংথানিঙাইনি। মথোয়শিংসগী মনুংদ সিদ্ধান্ত কৌমুদীনা খ্বাইদগী অথোইবনি। মসিবু ইবন্নাদ ভট্টোজিদীক্ষিত-নি, মহাক্লা মতাংগী মতুংইন্না

সূত্রশিংগী বৃত্তিশিংসু মশামক্তা ইবস্মি। বিমল সবস্বতীনা ইবম্বা রূপমালা অসিবু বিযযগী মতুংইন্না কৌমুদী গ্রন্থশিংগা মান্নে।

*ভাষাগী দার্শনিক অমসুং সৈদ্ধান্তিক ওইবা মওংদা ইবা লাইরিকশিংঃ -*

**ভর্তৃহরি অমসুং মাগী বাক্যপদীয**ঃ— ভর্তৃহরিগী পোকফম অমদি মতমগী মবমদা অবেপ্পা থোক্নদোক্লা হংবা ঙমদে। চাওবাক্লা ৭ শুবা শতাব্দীদা লৈবা অমা ওইনা খন্নে। মানা বাক্যপদীযতা নত্তনা, ত্রিশদিভাষা অমদি নীতিশতকসু ইবস্মি। বাক্যপদীযগী মক ওইবা বিষযদি ভাষাতত্ত্ব অমদি ভাষাদর্শননি।

ভর্তৃহরিগী বাক্যপদীয সংস্কৃতদা ইখিবা খ্বাইদগী মকওইবা ভাষা দর্শন অমনি। মসি নৈনবমদ্রবদি ঙাসদা ভাষাবিজ্ঞানগী ওইবা সমসযাশিংসি থোক্নদোক্লা শন্দনা লৈগনি হাযবা যাই।

বাক্যপদীয শ্লোক মওংদা ইখিবা লাইরিক অমনি। মসি কাণ্ড অহুম থোক্লা হাইদোকই ঃ- (i) আগম কাণ্ড (ii) বাক্য কাণ্ড (iii) পদ কাণ্ড। মক ওইনা লাইরিক অসিগী বিষযসু বাক্যগী মবমদা নৈনবনি।

*ভর্তৃহরিগী মকওইবা সিদ্ধান্তশিং*

(i) ভাষা ভর্তৃহরিনা ভাষা হাযবসি বুদ্ধি অনীগী মবক্তা লৌথোক লৌশিন তৌনবা পাম্বৈ অমনি। ভাষ ম্রমা ওইবগী মচৈ যাল্লিবনি।

(ii) বক্তা (ঙাংলিবা) অমদি শ্রোতা (তাবিবা) অনীমক্কী মফমদা মান্নবা প্রক্রিযা (Process) লৈ। ... অপাম্বা, পুক্নিংগী রাখল, হোৎনবা অমদি খোঙ্থোক্কুম্বা অভাব। মীদসু নাদ, স্ফোট, ধ্বনি অসি লৈ। অহানবা তাক্কবতা অভাবা মীনা ধ্বনি অদু লৌশিল্লি, অনীশুবা তাক্কত্তা অহানবা অর্থ মফোংদোক অদু অহুমশুবা তাক্কত্তা থোক্নদোক্লা অর্থ মফোংদোক অদু লৌই, মবিশুবদা অর্থগী অশেংবা শক্তম অদু খঙই।

(iii) ভর্তৃহরিনা শব্দতত্ত্বগী শক্তিনা ব্রহ্মগী মশক ওইনা লৌই। মহাক্না অসুম্না হাই - রাহৈ (লোল) যাওদনা রাখলশিং ফোংদোক্রবগী অতোপ্পা পাম্বৈ অমা লৈতে। সংসাব পুম্নমক অমগা অমগা তিন্নবগীদমক্তা খ্বাইদগী অথোইবা পাম্বৈদি লোলনি হাযনা তাক্লম্মি।

ভর্তৃহবিগী বাক্যপদীয ভাষাবিজ্ঞানদা ভর্তৃহবিগী থোইদোকপা মফম অমা লৈতে। অসুক কুইববা মতমদা তৌবম্বা থবকশিংদু হৌজিক্কী মতমগী ভাষাবিজ্ঞানগী থবকশিংগা যাম্নমক তিন্ন-তোংনৈ।

**নাগেশভট্ট অমসুং কৌনভট্টঃ—** ভাষাগী দর্শনিক অমসুং সৈদ্ধন্তিক পক্ষদা থবক তৌবশিংগী মনুংদা ভতৃহবিদা নত্তনা নাগেশভট্ট অমসুং কৌনভট্যসু অমনি। কৈযটকী "মহাভাষ্যপ্রদীপ" দা মহাক্না উদ্যোত কৌবা টীকা অমা ইবম্মি। মাগী থোইদোক্লা শীংথানিঙাই ওইবা লাইবিকশিংদি— শব্দন্দেুশেখব, পবিভাষেন্দুশেখব, বৈযাকবণসিদ্ধান্ত মঞ্জুষা অমদি স্ফোর্দবাদ অসিনচিংবনা মকওইবনি। বৈযাকবণসিদ্ধান্ত মঞ্জুষা ভাষাগা মবী লৈননা নৈনবগী মীৎযেংদদি থোইদোক্লা শীংথানিঙাইনি। কৌণ্ডভট্টগী 'বৈযাকবণ ভুষণ' থোইদোক্লা ভাষাগী মবমদা নৈনবা অৱাংবা থাক্কী লাইবিক্নি।

মসিদসু নত্তনা ব্যাকবণ শাস্ত্রগী পবম্পবাদা মকওইনা অনুভুতি স্বৰূপকী "সাবস্বত ব্যাকবণ" বোপদেবগী "মুদ্ধবোধব্যাকবণ" কাতন্ত্রনচিংবা ব্যাকবণশিংসি যাম্নমক্তি লাইনা লাক্লবসু মপুংদি ফাবাত্তে।

*তুলনাত্মক ভাষাবিজ্ঞানগী পোক্লকপা—*

নোচুপলোমগী ভাষাবৈজ্ঞানিক জেক্সন (Jackson) না অসুম্না হাযবম্মি— তুলনাত্মক ভাষাবিজ্ঞান্না পোক্লকপসি, নোংচুপকী পণ্ডিতশিংনা সংস্কৃত লোলবু শকখংনৰুবা মতমদগী হৌগ্রবনি। ভাবতকী শেংলব' অমদি খ্বাইদগী লিববা জনঞানগী লমদা থবক তৌবম্বা অদুগুম্বা লুচিংবা পণ্ডিতশিংগী থৌনা অদু মখোযগী তুংইন্নিবশিংগী শিংলিশিংদা থৌনা ফবগী ঈচেল হাপ্লম্মি অমদি ভুংদা লাক্লদবা মীওইশিংনা মদুদগী থৌনাগী ঈচেল ফংদুনা লৈহৌবগনি।

যুবোপকী পণ্ডিতশিংদা সংস্কৃত মশক খংহল্লম্বা নোংচুপকী শীংথানবা যাবা পণ্ডিতশিংগী মনুংদা কোএদু (Coeurdoux) অমদি সব ৱিলিযম জোন্সগী মীং পনবা।

সব ৱিলিযম জোন্স চীফ জষ্টিস ওইনা খৃঃ ১৭৮২ দা ভাবতদা লাকখি। ভাবতীয বিদ্যাদা থোইদোক্লা অপাম্বা লৈবদগী মহাক্লা সন্ ১৭৮৬ "বোযল এসিযাটিক সোসাইটি" লিংখৎলম্মি।

সব ৱিলিযম জোন্সনা যুবোপীযন বিদ্বানশিংবু সংস্কৃত লোল খংননবা অর্মদি পাম্লনবগী লম্বিদা লর্মাজং পীবম্মি। মানা সংস্কৃত অমসুং যুবোপগী লোলশিংগা মান্নবাগী ওইথোকপসি পুথোক্কুনা তুলনাত্মক ভাষাবিজ্ঞান (Comparative philology) গী যুম্ফম থোল্লম্মি। অদুনা ১৯ শুবা শতাব্দী অসি "তুলনাত্মক ভাষাবিজ্ঞানগী যুগ" হাযনা খঙনবম্মি।

সব ৱিলিযম জোন্সগী মতুংদা মশিং লাকঙমদ্রবা জর্মণ স্কোলব কযানা সংস্কৃত লোল নৈনদুনা ভাষাবিজ্ঞানগী লমদা যাম্লমক অঙকপা থবকশিং তৌবম্মি।

মতৌ অসুম্না, মমাংঙৈগী মতমদগী হৌনা ভাবতবর্ষদা ভাষা বিজ্ঞানগী যুম্ফমসি যাম্লমক মবা তানা লৈবক্লবনি হাযবসি নোংচুপকী পণ্ডিতশিংনা মাংজৌননা হাযখ্রবনি। ভাষাবিজ্ঞানসি ভাবতবর্ষদদি মসিগী ওর্মখৈ যৌনা নৈনবম্লবনি। অদুনা হৌজিক পৃথিবী পূম্নমক লম অসোমদদি ভাবতকী লম্মন তোল্লবনি।



# অনীশুবা তাঙ্কক

**সাহিত্য শাস্ত্র**

**IN.** *ভরতীয় সাহিত্য শাস্ত্রগী শক্তম অমসুং মদুগী হীরম (লম) দা ব্রারেং অমা ইদুনা নৈনসি।*

ভাবতীয় সহিত্য (সংস্কৃত) শাস্ত্রগী লমযানবশিংসি দার্শনিক ওহাক্তনি। অদুনা সংস্কৃত সাহিত্য শাস্ত্র নৈনবসি দর্শনগী ব্রাখল, মীৎযেং, যাম্না কৃপ্পা খণ্ডদ্রবদি মাদুগী অশেংবা মহাও অদু ফংবা ব্রানা থোকই।

সাহিতৃ শাস্ত্রগী লমযানর্বশিংনা কাব্য নত্ত্রা সাহিত্য অসি মশক মতৌ ফজববী নাযিকা অমনি হাযনা লৌদুনা নৈনৈ। সাহিত্য লাইবেম্নীগী হকচাংদি শব্দ অমসুং অর্থনি। বসনা আত্মানি। হকচাংদা গুণ অহুম লৈবগুম সাহিত্যদসু গুণশিং লৈ। হকচাংদা পাঙ্গল-থৌনা লৈবগুম সাহিত্যদসু শব্দ শক্তিশিং লৈ। হকচাংবু ফজহন্নবগীদমক্তা ফিজেৎ লৈতেংশিংগী তঙাইফদবা লৈবগুম সাহিত্যগী হকচাং ওইববা শব্দ অমসুং অর্থদসু শব্দালঙ্কাব অমসুং অর্থালঙ্কাবশিং লৈ। শম্না হাযববদা মীওইবগী হকচাংদা তঙাইফদবা মচাকশিং লৈবগুম, সাহিত্যদসু থাদোকপা যাদবা মচাকশিং লৈ। অদুগুম্বা মচাকশিংদুগী মবমদা সাহিত্য শাস্ত্রগী লমযানবশি'না যাম্না কৃপ্পা নৈনদুনা পুথোকই।

## সাহিত্য শাস্ত্রগী পরম্পরা

## (The trend of Sanskrit Poetics)

*ব্রাহং (২)* *ভবতীয সাহিত্য (সংস্কৃত) শাস্ত্রগী লময়ানবশিংগী মবমদা শম্নপ্পা নৈনসি ঃ—*

সাহিত্য শাস্ত্র নত্ত্রগা অলঙ্কাবশাস্ত্র (Poetics) অসি সমালোচকশিংগী যাম্না কৃপ্পবা থোইদোকপা মীৎযেংবু পাকচাওনা নৈনবগী নিযম ওইবা লাইবিক্লি। মসি বেদদগী হৌদুনা লৌকিক সাহিত্যশিংগী মখল পৃম্নমক

খওহননবগী অমত্তা ওাইববা পান্বেনি। শাস্ত্র অসিগী মিংথোল অসি মমাংঙৈদা "ক্রিয়াকল্প" হাযনা কৌনর্বম্মি। বাৎসায়ণনা মাগী "কামসূত্র" দা কলা ৬৪ গী মনুংদা "ক্রিয়াকল্প" অসিবুসু কলা অমা ওইনা শীংথানরম্মি। মাগী মত মতুংইন্না ক্রিয়াগী অর্থ কাব্যগ্রন্থ অদুগা কল্পগী অর্থবুনা বিধান (নিয়ম) হায়না খওনৈ। অদুনা "ক্রিয়াকল্প" গী অর্থদি সাহিত্য-সমালোচনা হায়র্বনি। মাগী তুংদা অমুক শাস্ত্র অসিবু "অলঙ্কারশাস্ত্র" হায়না কৌনখি। অলঙ্কার শাস্ত্র কৌনরুবগী অর্থদি সুপ্পগী অলঙ্কার সম্প্রদায়গী অর্থতবু লৌদদুনা কাব্য নত্তগা সাহিত্যগী ফজবা হেনগৎহন্নবা মচাক (elements) পূম্নমকপু শুগাযনা নৈনবা শাস্ত্র হাযনা খওনৈ। অলঙ্কারগী অর্থাসি অসুম্না পাকচাওনা লৌনবম্মি। মথংদদি শাস্ত্রসি কাব্যশাস্ত্র নত্তগা সাহিত্যশাস্ত্র হাযবগা অমুক্কা হেন্না মসিগী মমিং অসি খওনবা হৌখি। হৌজিক সাহিত্য শাস্ত্রগী

লময়ানবশিং, পবম্পবাদু শমতক্কা নৈনদুনা য়েংসি —

ভরতঃ— নাট্যশাস্ত্রগী লেখক ভরতমুণি (চাওরাক্কা খৃঃ অহানবা শতাব্দীগী মমাং) অসি সংস্কৃত কাব্যশাস্ত্রগী ইহান হানবা লময়ানবনি হাযনা লৌনৈ। অদুবু ভবত মুণিগী মমাংদা কাব্যশাস্ত্রগী পরম্পরা লৈরম্বগী ব্রাফম ফংই। মবমদি ভবত মশামক্কী নাট্যশাস্ত্রদা মাগী মমাংদা লৈরম্বা কাব্যাস্ত্রগী আচার্যা কযাগী ব্রাফম পল্লমই— তণ্ডু, শাণ্ডিল্য, বাৎশ্য, কোহল, দন্তিল, ব্রাদবযণ, কাশ্যপ, নন্দিস্বামী অমসুং ব্ররকচিনচিংব। তৌইগুম্রসুং মখোযগী কৃর্তিশিংদুদি (Works) তশেংনমক ফংখিদে।

(১) **ভরতকী নাট্যশাস্ত্র**ঃ— মসি নাট্যশাস্ত্র (Dramaturgy) গী মরী লৈনবা লাইবিক্লি। অদুবু মসি য়াম্নমক চাওবা, অধ্যায় ৩৬ শুবা লাইরিক অমা ওইখিবনা নাট্যগা মবী লৈনবা ব্রাফমদা নত্তনা কাব্যশাস্ত্রগী মখলশিং শুনা নৈনবম্মি। মসিগী ১৭ শুবা অধ্যয়দা কাব্যগুণ ১০, কাব্যগী দোষ ১০, অলঙ্কাব মকল ৪। অদুগা ৬ শুবা অধ্যাযদা রসগী ব্রাফম যাম্ন বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা নৈনবম্মি। মসিগী মনুংদা দ্রামাগী মরমদদি য়াম্নমক কুপ্না নৈনবসি মসিদগী হেন্না লিরবা অমদি মখল শুরবা নাট্যশাস্ত্রদি য়াম্নমক অতাংবনি।

ভবত বস সম্প্রদাযগী অহানবা লমযানবা আচার্য্য (প্রবর্ত্তক) লমযানবা অমনি। কাব্য শাস্ত্রগী মবমদা নাট্যশাস্ত্রগী ৬, ৭, ১৬ শুবা অধ্যাযশিংদা যাম্না পাকচাওনা অর্মদি বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা নৈনবম্মি।

ভবতকী মতুংদা যাম্না শাংনা কাব্য শাস্ত্রগী পবম্পবাসি মবী তৎপগুম উবম্মি। ভবত্তগী ভামহ ফাওবগী মতম অসি চাওবাক্লা চহি চামবি চামঙাবোম অসি শবক শিবগুম লৈখি। অদুবু মসিগী মবক অসিদা কাব্যশাস্ত্রগী ঈচেল অসি তৎখিবমকতি নত্তে, মসিগী মবক্তা খৃঃ ৪০০ অমসুং ৫০০ গী মনুংদা লৈবম্বা অহানবা লাইবিক্তি "বিষ্ণুপর্ম্মোত্তব পূবাণ" অসি অমনি। মসিগী অহুমশুবা কাণ্ডগী ৩ শুবা অধ্যাযদা কাব্যশাস্ত্রগী সিদ্ধান্তশিং তাক্লম্মি। মসিগী তুংদা ভট্টি মূণি (খৃঃ ৫৯০ ৬১০) না মাগী "বাবণবধ" কাব্যগী ১০ শুবা সর্গদা অলঙ্কাব ৩৬ তাক্লম্মি। অদুগা ১১ শুবা সর্গদা মাধুর্য্যগুণগী লমদা নৈনবম্মি। অ দুগী তুংদা মেধাবিকদ্রগী মমিং অসি ভামহনা মাগী উপমাদোষশিংগী মতাংদা পল্লম্মি।

**ভামহ ঃ**— (৭ শুবা শতাব্দী) ভবতকী মতুংদা কাব্যশাস্ত্রগী পবম্পবাসি মবী তৎপগুম্না লৈকববা মতুংদা আচার্য্য ভামহনা মাগী "কাব্যালংকাব" ইদুনা কাব্যশাস্ত্রগী পবম্পবাসি শমজিল্লম্মি। মসি নাট্যশাস্ত্রগী শকক্তা কাব্যশাস্ত্রগী অশেংবা শক্তম অমা শাগৎনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌখিবা অমনি। ভামহগী মপাগী মমিং বক্রিল গোমী কৌই। মহাক অসি কাশ্মীবদা পোক্লম্মি। মহাক অসি খৃঃ ৬ শুবা শতাব্দীদা লৈবম্বা পণ্ডিতনি। ভামহগী কাব্যশাস্ত্রগী মমিংদি "কাব্যালংকাব" হাযনা কৌই মসি পবিচ্ছেদ (Chapter) ৬ থোকই অদুগা শ্লোক ৪০০ বোমনি। অহানবা পবিচ্ছেদদা (তাঙ্কক্তা) কাব্যগী সাধন, লক্ষণ (Definition) অমসুং মখলশিং। অনীশুবা, অহুমশুবা পবিচ্ছেদনা অলংকাবশিংগী মবমদা যাম্না শন্দোক্লা নৈনবম্মি। মবীশুবদা ভবতনা উৎলম্বা কাব্যদোষ ১০ গী মবিকচুম্না নৈনবম্মি। ৫ শুবদা ন্যায়না যাদবা দোষশিংগী মবমদা মপুংফানা সমালোচনা তৌবম্মি। ৬ শুবা পবিচ্ছেদদা চযেৎনবা পদশিংগী মবমদা মাগী সিদ্ধান্ত অসি সমালোচক পূম্নমক্লা যান্নবম্মি। মাগী মকওইবা সিদ্ধান্তশিংদি (ক) শব্দ অমসুং অর্থ অনীগী অপুনববু কাব্য হাযনা কৌবম্মি — "শব্দার্থৌ কাব্যাম্" (খ) ভবতনা পুথোক্লম্বা গুণ ১০বু ওজ, মাধুর্য্য অমসুং প্রসাদ কৌবা গুণ

অহুম খক্তংদা পুন্সিনবা অসিনি, (গ) "বক্রোক্তি" না অলংকাব পূম্নমক্কী মরুনি। সিদ্ধান্তসিবু কুন্তককী বক্রোক্তিজীবিতম্ কৌবা লাইরিক্তা মপুংফানা নৈনবগী মরু হুল্লম্মি। দোষ মখল ১০ গী মমূৎ তানা নৈনরম্মি।

**দণ্ডীঃ—** (খৃঃ ৬৮০-৭২০) আচার্য্য দণ্ডী অসি মাগী "অবন্তিসুন্দরকথা" গী মতুংইন্না কিরাতার্জুণীয় মহাকাব্য ইবম্বা ভারবিগী মশুনিপানি। দণ্ডীগী অতোপ্পা মমিং অমনা দামোদর কৌই। মাগী মচা মনোবথগী মচা নুপা মরীগী মনুংদা খ্বাইদগী অতোনবা বীরদত্তগী মচা নিপানি। মহাক অসি কাঞ্চী লৈবাক্কী নিংথৌ, (দক্ষিণাত্য) বর্মগী রাজ্যসভাগী কবি ওইবম্মি। মাগী মতম অসি (খৃঃ ৬৮০-৭২০) অসুম্না লৌনবম্মি। মানা ইরম্বা কাব্য শাস্ত্রগী মমিংদি "কাব্যাদর্শ" অসিনি। লাইরিক অসি ভাবতবর্ষগী মপানগী লোল কয়াদসু টীকা ইদুনা অনুবাদ তৌনরম্মি — সিংঘলীগ্রন্থ "সিযবস-লকার" তিব্বত্তগী ভাষাদা তৌরম্মি। লাইবিক অসি তাঙ্কক ৪ শুই, শ্লোক্পা ৬৬০ শুই। ১ বা তাঙ্কক কাব্য ক্ষলণ, (Definition) মখলশিং, বৈদর্ভী অমদি গৌড়ী কৌবা বীতি, গুণ, ১০ গী মবমদা শন্দোকনা নৈনবম্মি। ৩ শুবা তাঙ্কক অলঙ্কার ৩৫ গী লক্ষণ অমদি খুদমশিং নীর্ংথনা তাক্লম্মি। দণ্ডীনা উপমা অলঙ্কারগী মখল কয়া অমা পীবম্মি। ৩ শুবা তাঙ্কক শব্দালঙ্কারশিংগী থোইদোক্পা যমক অলঙ্কাবগী মবমদা পাক-চাওনা নৈনৈ। ৪ শুবা তাঙ্কক কাব্যদোষ মখল ১০ গী মরমদা নৈনৈ। মহাক অসি রীতি সম্প্রদায়গী লময়ানবনি হায়না লৌনৈ।

**উদ্ভট ঃ—**(খৃঃ ৭৭৯-৮১৬)কাশ্মীরগী নিংথৌ জয়াপীড়গী রাজকসভাগী সভাপণ্ডিত ওইবম্মি। মানা "কাব্যালংকার সর্ব সংগ্রহ" কৌবা সাহিত্য শাস্ত্র অসি ইবম্মি। মাগী সাহিত্যশাস্ত্র অসিগী টীকাকারদি প্রতীহারেন্দুরাজনি।

**বামনঃ—** (খৃঃ ৭৭৯-৮১৩) উদ্ভটগী মতম মান্নবা কাশ্মীব রাজা জয়পীড়গী মন্ত্রী ওইবম্মি। মাগী কাব্য শাস্ত্রগী মমিংদি "কাব্যালঙ্কাবসূত্র" কৌই। মশামক্পা মসিগী বৃত্তি ইরম্মি। বামনগী লাইবিক অসিদা বীতি সম্প্রদায়গী অয়ৌবা থাক উবা ফংই। মহাক অসি রীতিবু কাব্যগী আত্মানি হায়না শৌগৎপা কাব্যশাস্ত্রকাবনি — "রীতিরাত্মা কাব্যস্য"। লাইরিক অসি তাঙ্কক নত্তগা অধিকরণ ৫ থোক্পা খায়দোকই। সূত্র মশিং ৩১৯ নি।

অহানবা অধিবকণদা (তাঙ্কক্তা) কাব্যগী কান্নবা, বীতি-বৈদভী, গৌড়ী অমসুং পাঞ্চালী কৌবা বীতিশিংগী মবমদা নৈনরম্মি (পাক-চাওনা)। ২ শুবা তাঙ্কক পদ, ৰাক্য অমদি ৰাক্যর্থগী দোষশিং নৈনবম্মি। ৩ শুবদা গুণ ১০ গী শব্দ অর্থগী মনুংচনবা মখল ১০ নি হায়না তাক্লম্মি। ৪ শুবদা শব্দালংকাব অর্থালংকাবগী লক্ষণ অমসুং খুদমশিং। ৫ শুবা আধিকবণদা ৰাহে কয়াগী অচুম্বা মওংদা শীজিন্নবগী মবমদা হায়বম্মি। বামন বীতি সম্প্রদাযগী লময়ানবনি।

**রুদ্রত**ঃ— (খৃঃ ৮৫০) মহাক কাশ্মীবগী কর্বিনি। মাগী "কাব্যলংকাব" গী অধ্যায ১৬ কী মনুংদা অধ্যায ১১ দি অলঙ্কাবগী মবমদা নৈনবম্মি। লেমহৌবিবা অধ্যাযশিংদা বস, নাযক-নাযিকা অমদি সাধাবণ কাব্যশাস্ত্রদা মবী লৈবা ৰাহং কযাগী মবমদা নৈনবম্মি। বস সিদ্ধান্তগী মবমদসু খবগীমখেদি শৌগৎলম্মি। অদুম ওইনমক মহাক অসি অলংকাববাদী কর্বিনি হাযনা লৌনে। মাগী "কাব্যালংকাব" দা বল্লভদেব (খৃঃ ১০ শুবা শতাব্দী), নমিসাধু (খৃঃ ১১ শুবা), পাশাধব (খৃঃ ১৩ শুবা) মখোযাশিংসিনা টীকা কযামুক ইবম্মি।

রুদ্রত ফাওবগী মতম অসিদা বসসম্প্রদায, অলংকাব সম্প্রদায অমসুং গুণ-বীতি সম্প্রদাযগী মতাং লোইবে।

**আনন্দবর্ধন**ঃ— (খৃঃ ৮৫৫ ৮৮৩) আনন্দবর্ধন কাব্যশাস্ত্রগী ইতিহাসদা সনাগী মযেক্লা ইবদা র্মতিকচাবা মীনি। মহাক্লা "ধ্বন্যালোক" কৌবা কাব্যশাস্ত্র অসি ইদুনা কাব্যশাস্ত্রগী ইতিহাসদা অনৌবা যুগ অমা হৌদোক্লম্মি। কাব্যশাস্ত্রগী ইতিহাসদা মাগী ধ্বন্যালোক অসিগী মফমদি দর্শণশাস্ত্রদা বেদান্তদর্শনগী মফম লৈবগুম তৌখি।

আনন্দবর্ধন কাশ্মীবগী নিংথৌ অবন্তিবর্মাগী সভাপণ্ডিত ওইবম্মি। "ধ্বন্যালোক" অসিদা শরুক অহুম থোকই—(i) কারিকা (শ্লোক).১২৯, (ii) বৃত্তি (কবিকাশিংগী গদ্যগী ওইবা শন্দোক্লা ইবা ব্যাখ্যা), (iii) উদাহবণ (খুদম) মসিদা অইবগী পদ্যশিংগা লোযননা অবিবা গ্রন্থশিংদগী লৌখৎপা খুদমশিং। লাইবিক অসি উদ্যোত (Chapter) ৪ থোক্লা খায়দোকই—(i) অহানবা শরুকত ((ii) উদ্যোত) ধ্বনি বিরোধী মতশিংগী

সমীক্ষা (ii - iii) উদ্যেতদা — ধ্বনিগী মখলশিংগী মরমদা নৈনরম্মি। (iv) ধ্বনিগী কান্নবগী মরমদা নৈনরম্মি।

আনন্দবর্ধনগী থোইদোকপা মগুণদি ধ্বনিয়াদবশিংগী (ধ্বনিয়াদবশিং) সিদ্ধান্তশিংবু মতিকচাবা যুক্তি পুথোক্লুনা খণ্ডন (কক্পা) তৌবা অসিনি। লোইননা ধ্বনি অমদি ব্যঞ্জনা বৃত্তিগী মফম পুথোকপসিনি। লাইরিক অসিগী প্রভাব অসি তুংগী অইবশিংদা মমি য়াম্নমক তাখি। ধ্বনি সম্প্রদায়গী হৌরকপসি মাগী মতমদগী হৌখি।

লাইরিক অসিদা ধ্বনিকাবগী খোল্লাওসি থোইদোকনা শীংথানিঙাই ওই— "কাব্যস্যাত্মাধ্বনিঃ" । কবিতাদা অমদি কাব্যদা রস অমদি চমৎকারী (অঙকপা) খংবসি বাচ্যার্থ খংলবা মতুংদা থোরকই । ব্যঞ্জনা কৌবা শব্দশক্তিসিগী মতুংদা ব্যাঞ্জনাগী থোইদোকপা সাংকেতিক ওইবা অর্থশিংদা যাওবা নাকচেকননা যৈবা বাহৈগী অর্থনা ফোংদোকই। মতম অদুদা রস অসি মপুংফানা পোল্লকপা ওমই। মহাক্না ধ্বনি মখল অহুম থোক্না খায়দোক্লম্মি — বস্তু-ধ্বনি, অলঙ্কারধ্বনি, রসধ্বনি। মখোয়শিংসিগী মনুংদা রসধ্বনিনা খ্বাইদগী অথোইবনি হায়বসি তাক্লম্মি। তশেংনমক হায়বা তারবদা ধ্বনিবাদী আচার্যশিংনা রসবু কেন্দ্রবিন্দু ওইনা লৌবগা ধ্বনিগী ব্যাখ্যা তৌখি। "ধ্বন্যালোক" গী ব্যাখ্যাকারশিংগী মনুংদা অভিনবগুপ্ত খ্বাইদগী অথোইবনি। মাগী লাইবিক্কী মমিংদি "লোচন" নত্ত্রগা "কাব্যালোকচন" হায়না খঙনৈ। মসিদসু নত্তনা মাগী "অভিনবভারতী" কৌবা ভরতকী নাট্যশাস্ত্রগী ব্যাখ্যা অমগসু ইবম্মি। মহাক অসি কাশ্মীরগী শৈবাচার্য্যশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী অথোইবা দার্শনিক অমনি। মহাক্না মাগী "লোচন" ব্যাখ্যা কাব্যশাস্ত্রগী ইতিহাসদা ধ্বনিসিদ্ধান্তবু মরা তাহল্লম্বনি।

**রাজাশেখর ঃ**— (খৃঃ ৯০০) অফাওবা নাটককার, কাব্যশাস্ত্রগী য়াম্নমক মমুৎ তারবা অফাওবা মীনি। মহাক বিদর্ভদা পোকখি অদুগা মহাক্কী থবকতি কন্নৌজদা তৌখি মাগী "কাব্যমীমাংসা" থোইদোক্লা মমল লৈববা কাব্যশাস্ত্রনি। মসিদা আলোচকসিনা মগী মম্যাং অমদি মাগী মতমগী আচার্য্যশিংগী মতশিংবু নৈনরম্মি।

**রজানক কুন্তক ঃ**— (খৃঃ ৯৫০-১০০০) মহাক অসি কাশ্মীরগী শীংথানরবা আচার্য্য অমনি। মহাক্না অরিবা মতমগী কাব্যাশাস্ত্রকারশিংগী

সিদ্ধান্তশিংবু চুমথোক্তুনা খনম্মি। মহাক্না লোকোত্তর অভিব্যঞ্জনবৃত্তি শৈলী অসি কাব্যগী আত্মানি হায়না শীংথারম্মি। মহাক্কী "বক্রোক্তিজীবিত" ইদুনা অনৌবা কাব্যসম্প্রদায় অমা হৌদোকখি। সিদ্ধান্ত অসিগী মরুওইবা উদ্দেশ্যাদি ভাবপক্ষগা য়েংনবদা কলাপক্ষবু থোইদোকপা মগুণ পীরম্মি। বক্রোক্তি সিদ্ধান্তগী ব্যাখ্যাদা রীতিসিদ্ধান্তগী মতেং লৌরম্মি।

১১ শুবা শতাব্দীগী মরুওইবা আচার্য্যশিংগী মনুংদা ভোজদেব (১০০০-৫০) ক্ষেমেন্দ্র (২,৩, চরণ ১০০০-১০০), মহিমভট্ট অমসুং মম্মট (১০০০-১০০) মখোয়গী মনুংদা ভোজদব মধ্যভারতকীনি, অদুগা মহিমভট্ট অমসুং মম্মট অসি কাশ্মীরগী পণ্ডিতশিংনি। ভোজদেব ধারা কৌবা প্রদেশগী পুরমাবংশগী নিংথৌনি। মাগী "স্বরস্বতীকণ্ঠাভরণ" অমসুং "শৃঙ্গারপ্রকাশ" শীংথানবা য়াবা কাব্যশাস্ত্রনি। অহানবগীসিদা অলংকাব, গুণ, দোষগী পাক-চাওনা নৈনরম্মি। অদুগা অকোনবগী অদুদনা রসগী শক্তম উৎপদা য়াম্ন ফজবা মওংদা নৈনবা লাইরিকশিংনি।

**মহিমভট্ট**ঃ— (৯৭৪-৯৯৪) গী কাব্যশাস্ত্রদি "ব্যক্তিবিবেক" হায়না ফাওই। মসি ধ্বনিসিদ্ধান্তগী বিরোধী (য়াদবা) পণ্ডিত অমা ওইখি। মথংদা ধনঞ্জয়-মসিবু ধ্বনি-বিরোধী পণ্ডিতশিংগী মনুংদা অমনি। মহাক (খৃঃ ৯৭৪-৯৯৪) কাশ্মীবী পণ্ডিতনি। মহাক্না "দশরূপক" অমসুং "কাব্যনির্ণয়" কৌবা নাট্যশাস্ত্র অমসুং কাব্যশাস্ত্র অনী ইরম্মি।

**মম্মট**ঃ— (খৃঃ ১১ শুব) অসি ধ্বনিমার্গগী শৌগৎপা কাব্যশাস্ত্রকারনি। মহাক অসি খৃঃ ১১ শুবা চহিগী অরোইবা শরুক্তা লৈখিবা কাশ্মীরগী পণ্ডিতনি। মহাক অসি "মহাভাষ্যপ্রদীপ" ইবা কৈয়ট অমদি বেদভাষ্যকার উব্বট অনীসি মহাক্কী মনাওশিংনি।

মাগী "কাব্যপ্রকাশ" কৌবা কাব্যশাস্ত্রসি সংস্কৃতকী টীকা যাম্না ইখিবা লাইরিক "শ্রীমদ্ভাগতগীতা" গী হেক মথংদা লৈ, মাগী মথক্তা টীকা ৭৫ রোম ইরম্মী। কাব্যশাস্ত্রগী ইতিহাসদা মসিগী মমিংসি য়াম্নমক অচৌবা মফম ফংখি। মসিগী শরুক অহুম শুই— কাবিকা (শ্লোক), বৃত্তি (গদ্যাত্মক) অমসুং উদাহবণ কাবিকা পূম্নমক ভবত মুণিনা ইরম্বনি। মম্মট অসি কারিকা অমসুং বৃত্তি অনীমক মহাক্না ইখিবনি। লাইরিক অসি উল্লাস ১০

(Chapters 10) মদুদা কাব্যগী স্বরূপ (মশক), বৃত্তিবিচার, ধ্বনি-ভেদ, গুণীভূতব্যঙ্গ, চিত্রকাব্য, দোষ, শব্দাংকার অমসুং অর্থালংকারগী মরমদা শুগায়না নৈনরম্মি। ধ্বনিমার্গগী মনুংদা মসিদগী হেন্না মপুংফাবা অতোপ্পা অমা লৈতে হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই।

**ক্ষেমেন্দ্র** ঃ— (খৃঃ ১০০০-১১০০) থোইদোকপা প্রতিভা লৈবা পণ্ডিতনি। মহাক অসিসু মম্মটকী মতম মান্নবা ১১ শুবা খৃঃ অবোইবা শরুক্তা লৈরম্বা কাশ্মীরী পণ্ডিত অমনি। মহাক্কা অনৌবা সম্প্রদায় অমা হৌদোক্লম্মি। মদুদি "ঔচিত্য সম্প্রদায়"। মানা কাব্যশাস্ত্রদা অচৌবা লাইরিক ৩ খক ইরম্মি।—(i) সুবৃত্ত তিলক, মসি ছন্দ শাস্ত্রগী শীংথানবা য়ারবা লাইরিক অমনি।।(ii) "কবিকণ্ঠাভবণ" দা কাব্যগী মপানগী শরুক্কী তঙাইফদবা শরুক্কী মরমদা নৈনবা লাইরিক্নি। (iii) মাগী খ্বাইদগী শীংথানবিব লাইরিক্তি "ঔচিত্যবিচারচর্চ্চা" অসিনি। মসিদা ঔচিত্যগী তঙাইফদবা থোইদোকপা সিদ্ধান্তশিংগী সমীক্ষা তৌরম্মি। ঔচিত্যগী মরী সি ৱাহে, ৱাবেং, প্রবন্ধার্থ, গুণ, অলংকার, লিঙ্গনচিংবগা লোয়নন্না নিংথিবা শক্তম উত্তুনা ঔচিত্যগী থোইদোকপা মগুণশিং অদু শীংথারম্মি।

**রুয্যক** ঃ— (খৃঃ ১১৫০) মম্মটকী মথংদা লাকখিবশিংগী মনুংদা রুয্যক্কী থোইদোকপা শীংথনবা য়াবা মফম লৈ। মহাক খৃঃ ১১৫০ দা লৈরম্বা কাশ্মীরী পণ্ডিতনি। মাগী "অলংকারসর্বস্ব" অলঙ্কাব সূত্রবৃত্তিগী শৈলীদা শব্দালঙ্কার ৬ অদুগা, অর্থালঙ্গার ৭৫ গী মরমদা পাক্লা নৈনবম্মি। অলঙ্কার বিষযক ওইদুনসু লাইবিক অসিদা ধ্বনি সিদ্ধান্তবু শৌগৎলম্মি।

**হেমচন্দ্র** ঃ— (খৃঃ ১০৮৮) অহমদাবাদতা পোকখি। মাগী কাব্যানুশাসন" থোইদোক্লা শীংথানববা লাইরিক অমনি।

**জয়দেব** ঃ— (খৃঃ ১১৫০) (পীয়ুষবর্ষ জয়দেব) মহাক অসি খৃঃ ১৩ শুবা শতাব্দীদা বঙ্গালদা পোকখিবা কবিনি। মহাক্লা "চন্দ্রালোক" কৌবা কাব্যশাস্ত্র অসিদা কাব্যশাস্ত্রগা মরী লৈনবা বিষয়শিংদু শন্নপ্পা ইদুনা নৈনবম্মি। মাগী অলঙ্কার অদু থোইদোক্লা লোকপ্রিয় ওই।

**বিশ্বনাথ কবিরাজ** ঃ— (খৃঃ ১৩০০-১৩৫৮) উরিষ্যাগী উৎকলদা

লৈরম্বা কবিনি। মহাক্কী মপুরোক চণ্ডীদাসনা "কাব্যপ্রকাশ" দা "দীপিকা" কৌবা অফাওবা টীকা ইরম্মি। মহাক্কী শীংথানরবা কাব্যশাস্ত্র "সাহিত্যদর্পণ" মসিগী অধ্যায় ১০ দা কাব্য অমদি নাট্য অনীমক্কী মরমদা য়াম্না কুপ্না নৈনরম্বা শীংথানরবা লাইরিক অমনি। সংস্কৃত কাব্যশাস্ত্রগী মনুংদা মম্মটকী "কাব্যপ্রকাশ" গী হেক মথংদা য়াম্নমক শীংথানরিবা লাইরিক অমনি। মসি য়াম্না চম্বা লোলদা ইরম্মি।

**অপ্পয দীক্ষিতঃ**— (খৃঃ ১৫৮৬০১৬১৩) বিয়জ নগরগী বেংকট প্রথমগী রাজ্যকালগী সভাপণ্ডিত ওইরম্মি। মানা কাব্যশাস্ত্রগী লাইরিক ৩ থক ইরম্মি—(i) কুবলয়িনন্দ জয়দেবগী চন্দ্রালোকক্কী অলঙ্কার প্রকরণগী ফজরবা ব্যাখ্যাগ্রন্থনি। (ii) চিত্রমীমাংদা—মসি মপুংফাদবা লাইরিকনি, অদুবু অলঙ্কার ১২ গী মরমদা নৈনরম্বা ফজববা অমসুং চিংলেম্বা লাইরিক অমনি। (iii) বৃত্তিবার্ত্তিক—মসি হৌজিকমক মপুংফাদবা লাইরিক অমনি।

**জগন্নাথঃ**— (খৃঃ ১৬২৬-১৬৫৮) সংস্কৃত কাব্যশাস্ত্র পরম্পরাগী অরোইবা আচার্য্য অমনি। মহাক তৈলঙ্গ ব্রাহ্মণ অমনি। মহাক দিল্লীগী মুগল মাদশাহ শাহজহাঁ (১৬২৬-৫৮) অমসুং মাগী মচা দাবাশিকোহগী চান্নরবা পণ্ডিতনি। মহাক কামরূপকী প্রাণনারায়ণ অমসুং উদয়পুরগী জগৎসিংহগী রাজ্যসভাদসু রাজ্যপণ্ডিত ওইরম্মি। মাগী অমত্তা ওইরবা কাব্যশাস্ত্রসি "রসগঙ্গাধর" অসি সাহিত্য শাস্ত্রগী নুংফাওনা ফোংদোকপা ওইবা লাইরিকনি। লাইরিক অসি মপুংদি ফাদে হায়রবু মহাক্না ইবম্বা খর অদুদি পাণ্ডিত্যগী চাংয়েংদা মাই পাক্লবা লাইরিক অমনি। মাগী অতোপ্পা অমনা "চিত্রমীমাংসা-খণ্ড" মসিসু মপুংফাদবা অলংকার শাস্ত্র অমনি।

জগন্নাথগী মতুংদা সংস্কৃত কাব্যশাস্ত্রগী পরম্পরাদা লাকখিবা পণ্ডিতশিংগী মনুংদান আশাধর ভট্ট, নরসিংহ কবি, বিশ্বেশ্বর পণ্ডিত শীংগাবা য়াররা ওন্নাক্তনি। মখোয়শিংসি ১৮ শুবা শতাব্দীগী কবিশিংনি।

| মতম | আলংকারিক লময়ানবশিং | গ্রন্থ (লাইরিক) লাইরিকশিং | হীরমশিং |
|---|---|---|---|
| ১। অনীশুবা শতাব্দী খৃঃগী মমাং | ভরতমুণি | নাট্যশাস্ত্র | (ক) নাট্যগী তোঙান তোঙানবা ময়মশিংদা নৈনবা<br>(খ) রসনা সাহিত্যগী মরাইনি হায়না নৈনবা<br>(গ) অলঙ্কার, কাব্যগী গুণদোষ-শিংগী ময়দা নৈনবা<br>(ঘ) শম্না হায়রবদা নাট্যশাস্ত্র সংস্কৃত সমালোচনাগী হৌরকফম লাইরিকনি |
| ২। খৃঃ ৭শুবা শতাব্দী | ভামহ | কাব্যলঙ্কার | (ক) অলঙ্কারগী ময়মদা বৈজ্ঞানিক ওইনা নৈনবা<br>(খ) কাব্যগী হকচাং, অলঙ্কার মমকল্‌চংবগী ময়দা নৈনবা<br>(গ) বক্রোক্তিবু অলঙ্কার পুম্নমক্কী হৌফম ওইনা নৈনবা |
| ৩। খৃঃগী ৮ শুবা অহানবা তাঙ্কক | দণ্ডী | কাব্যদার্শ | (ক) কাব্যগী লক্ষণ, কাব্যগী মখল, রীতি, গুণ, অলঙ্কার মমকল-চিংবগী ময়দা নৈনবা<br>(খ) কাব্যগী দোষশিংগী ময়দা নৈনবা |
| ৪। ৮ শুবা ময়ায়তংব তাঙ্কক | বামন | কাব্যলঙ্কার সূত্র বৃত্তি | (ক) রীতি সিদ্ধান্ত হৌদোকলম্বা, দোষ, গুণ, অলঙ্কার নৈনবা |
| ৫। ৮ শুবা অরোয়বা | উদ্ভট্ট | কাব্যলঙ্কার সংগ্রহ | (ক) উপনাগরিক নংচবা বৃত্তিশিং নৈনবা<br>(খ) রসনা তিনবা অলঙ্কারনা কাব্যগী আত্মানি |

| মতম | লময়ানবা | লাইরিকশিং | নৈনবা হীরম |
|---|---|---|---|
| ৬। ৯ শুবা অহৌবা অহৌবা শতাব্দী | লোল্লট | নাট্যশাস্ত্রগী টীকা (কংলবা) | |

| মতম | অহৈনশিং | লাইরিকমশিং | নৈনবা হীরম |
|---|---|---|---|
| ৭। ৯ শুবা শতাব্দীগী অহৌবা | শংকুক | নাট্যশাস্ত্রগী টীকা (ফংদ্রবা) | |
| ৮। ৯ শুবা অহৌবা | রুদ্রট | কাব্যালঙ্কার | (ক) অলঙ্কার শৌগৎপা |
| ৯। ৯ শুবা ময়াই থংবা | আনন্দবর্দ্ধন | ধ্বন্যালোক | (ক) ধ্বনি-সিদ্ধান্ত হৌদোকপা<br>(খ) ধ্বনিগী মখল-মথাশিংগী অমদা অমদি মদুগী কান্নবাশিং-গী মরমদ নৈনবা |
| ১০। ৯ শুবা অরোইবা শরুক | ব্যাস | অগ্নিপুরাণ | (ক) রাঁহেংগী ফজবগী মরমদা নৈনবা<br>(খ) তোঙান তোঙানবা মতশিং পুননবা হোৎনবা |
| ১১। ১০ শুবা ময়াই থংবা যুগ | রাজশেখর | কাব্যমীমাংসা | (ক) কাব্যশাস্ত্রগী তোঙান তোঙানবা অমদা হৌদোকপা<br>(খ) কবি, কাব্যগী মশক, কাব্যগী অমদা নৈনবা |
| ১২। ১০ শুবা ময়াই | ভট্ট নায়ক | হৃদয়দর্পন (ফংদ্রবা) | |
| ১৩। ১০ শুবা অরোয়বা | ধনঞ্জয় | দশরূপক | (ক) নাট্যালোচনগী অমদা য়াম্না কুপ্না নৈনবা<br>(খ) রস সিদ্ধান্ত শৌখৎপা |
| ১৪। ১১ শুবা হৌগৎপা | ভোজ | সরস্বতীকণ্ঠাভরন | (ক) কাব্যগী দোষ-গুণশিং, রস ভাব, সন্ধি-বৃত্তিশিংগী অমদা নৈনবা<br>(খ) অলঙ্কারগী অমদা নৈনবা |

| মতম | অহৈনশিং | লাইরিকমশিং | নৈনবা হীরম |
|---|---|---|---|
| ১৫। ১১ শুবা শতাব্দী হৌগৎলকপা | কুন্তক | বক্রোক্তি-জীবিত | (ক) বক্রোক্তি-সিদ্ধান্ত হৌদোক্লম্বা, বক্রোক্তিনা কাব্যগী আত্মানি হায়বা |
| ১৬। ১১ শুবা | অভিনবগুপ্ত | (1) ধ্বন্যালোকলোচন | (ক) ধ্বনিগী যাম্না কুপ্না নৈনবা |

| [illegible] | [illegible] | [illegible] | [illegible] |
|---|---|---|---|
| হৌগৎনকপা | | (ii)অভিনবভরতী | (খ) নাট্যশাস্ত্রগী ব্যাখ্যা |
| ১৭। ১১ শুবা চহোম্লবা | ক্ষেমেন্দ্র | (i) ঔচিত্য বিচার চর্চ্চা (ii) কবি কণ্ঠভরণ | (ক) ঔচিত্যসিদ্ধান্ত হৌদোক্লম্লা (খ) ঔচিত্যনা কাব্যগী আত্মানি হায়বা শৌগৎপা |
| ১৮। ১১ শুবা চহোম্লবা | মহিমভট্ট | ব্যক্তিবিবেক | (ক) ধ্বনিসিকান্ত কক্থত্নবা ধ্বনিবু অনুমানদা পুংশিনবা |
| ১৯। ১১ শুবা মরাম | মম্মট | কাব্যপ্রকাশ | (ক) কাব্যগী লক্ষণ, কাব্যগী কানবা কাব্যগোকহল্লবা কাব্যগী মখলশিং শব্দাশক্তি, রসস্বরূপ পাক্না নৈনবা |
| ২০। ১২ শুবা | রুয্যক | (1) অলঙ্কার সর্বস্ব (2)সাহিত্য মীমাংসা (3) সহৃদয় লীলা (4) বিবেক ব্যাখ্যান (5) কাব্যপ্রকাশ সংকেত | (ক)অলঙ্কার-কাংবুপ মায়বা (খ) অলঙ্কার শৌগৎপা |
| ২১। ১২ শুবা চহোমবা | হেমচন্দ্র | কাব্যানুশাসন | (ক) অলঙ্কার অমদি কাব্যগী কাব্যশিং শৌগৎপা |
| ২২। ১২ শুবা চহোমবা | রামচন্দ্র-গুনচন্দ্র | নাট্যদর্পণ | (ক) নাট্যদ রসগী মফম। |
| ২৩। ১৩ শুবা হৌরকপা | জয়দেব | চন্দ্রালোক | (ক) অলঙ্কারসিদ্ধান্ত শৌগৎপা |
| ২৪। ১৩ শুবা মরাম | শারদাতনয় | ভাবপ্রকাশন | (ক) রসসামগ্রীশিংগী মমদা মায়া কুপ্পা নৈনবা |
| ২৫। ১৪-১৪ শুবা | বিদ্যাধর | একবলী | ধ্বনিসিদ্ধান্ত শৌগৎপা |
| ২৬। ১৩-১৪ শুবা | ভানুদত্ত | রসতরঙ্গিনী অমদি রসমঞ্জরী | রস সাম্প্রদায় শৌগৎপা |

| মতম | অইবশিং | লাইরিকশিং | [illegible] |
|---|---|---|---|
| ২৭। ১৪ শুবা | বিশ্বনাথ | সাহিত্য দাপর্ণ | (ক) রসবাদী<br>(খ) কাব্যগী তোঙাব তোঙানবা মচাকশিংদ কৃপ্না নৈনবা |
| ২৮। ১৫ শুবা | রূপগোস্বামী | (1) উজ্জ্বলনীলমনি<br>(2) হরিভক্তিরসামৃত সিন্ধু<br>(৩) নাট্যচন্দ্রিকা | রসসম্প্রদায়দ্ মধুর রাঙ্গা ওহোক্লবা কৃপ্না নৈনবা |
| ২৯। ১৬ শুবা | কবিকণ্ঠ পুর | অলঙ্কার কৌস্তুভ | রসসম্প্রদায় পৌগৎপা |
| ৩০। ১৬ শুবা অরোয়বা | অপ্পয়দীক্ষিত | (1) কুবলয়ানন্দ<br>(2) চিত্রমীমাংসা | অলঙ্কার পৌগৎপা |
| ৩১। ১৭ শুবা অহৌবা | জগন্নাথ | রসগঙ্গাধর | (ক) ধ্বনি-সিদ্ধান্ত পৌগৎপা<br>(খ) ধ্বনি + রস পৌগৎপা<br>(গ) ধ্বনিগী মখলশিং রস ধ্বনিদ্ পুম্নমক্কী অখোইবা ওইনা লৌবা |

# সম্প্রদায়
## (Schools of Criticism)

সাহিত্যশাস্ত্রদা সম্প্রদায় হায়বা অসি নৈনলবগী মযেক শেংনা খঙই। সম্প্রদায় মযাম থোকখিবগী মরমদি সাহিত্যদা আত্মাগী মফম কদায়দা লৈগদগে হায়বগী ৱাফম অসিদগীনি। হায়বদি সাহিত্যদা অদুগুম্বা পোৎশক অদু যাওদ্রবাদ সাহিত্য কৌবা যাবোইদৌবা মদু কবিনা ওইগদগে হায়বগী মরমদা নৈনবকপদগী সম্প্রদায়শিংসি থোকখিবনি। সম্প্রদায় খবনা রসনা সাহিত্যগী আত্মা ওই হায়, খর অমনা অলঙ্কারনা সাহিত্যগী আত্মানি, খর অমনা গুণ অমসুং রীতিনা, খর অমনা ধ্বনিনা, খর অমনা বক্রোক্তিনা খর অমনা ঔচিত্যনা সাহিত্যদা আত্মাগী মফম পীরম্মি। অদুম ওইনামক সম্প্রদায় পুম্নমক্কী নুংগী ভাব অসি মুন্না য়েংলুবগনি মপান্দা মাগী মাগী সম্প্রদায়গী শক্তম উৎচররসু রসরু সাহিত্যগী আত্মানি হায়বসিদি

পুন্নমক্তা অদুম্মক য়াঁনৈ। শব্দ অমসুং অর্থনা সাহিত্যগী হকচাংনি, অদুগা রসনা আত্মানি, গুণ অমসুং রীতিনা মীঁওইবগী হকচাংদা তনৌবা, থৌনানচিংবা গুণশিং নৈবগুম সাহিত্যগী মগুণ ওই, অলংকারনা হকচাংগী শক্তম ফজহনবা, ফিজেৎ, খুজি-নাচিনবিংবগুম সাহিত্যগী ফজবা হেনগৎনবগী মচাকশিংনি। মথক্তসু পনখ্রে সম্প্রদায় পুন্নমক্তা রসবু খক থাদোক্তে হায়রসি। অলঙ্কার সম্প্রদায়নসু রস অসি অলঙ্কারগী মনুংদা থম্নবা হোৎনৈ। গুণ অমসুং রীতি সম্প্রদায় খুদিংমক্তা রসবু অদুম্মক শাগোন্নদুনা অরাংবা মফম পীখি। মথাগী আচার্যশিংসিনা রসবু কাব্যগী আত্মানি হায়না শৌগৎলি —

(i) "ইষ্টার্থব্যবচ্ছিন্না পদাবলিঃ" (কাব্যাদর্শদা — আচার্য দণ্ডী)

(পুক্নিং শুমহৎনিঙাই ওইবা অর্থনা তিল্লবা ৱাহৈশিংদু কাব্য কৌই)।

(ii) "কাব্যং রসাদিমদ্বাক্যং শ্রুতং সুখবিশেষকৃৎ"

(অলঙ্কারশেখরদা—শুদ্ধোদনি)

(রসনচিংবনা তিল্লবা থোইদোক্না পুক্নিং পেলহনবা ঙম্বা তাবদা নুঙাইবা ৱাহৈ অদু কাব্যনি)।

(iii) "রসাত্মকং কবিঃ কুর্বন্ কীর্তিং প্রীতিঞ্চ বিন্দতি"

(সরস্বতীকণ্ঠাভরণ — মহারাজ ভোজ)

(কবিশিংনা রসনা থল্লাই ওইবা কাব্যশিং ইদনা মীংচৎ অমসুং অপেনবা ফংই)।

(iv) "বাক্যং রসাত্মকং কাব্যম্" (সাহিত্যদর্পণদা — বিশ্বনাথ)

(রসনা অত্মা ওইবা ৱাহৈপরেং অদু কাব্য কৌই)

(v) "সালংকার রসানেকবৃত্তিবাক্ কাব্যনামভাক্"

(চন্দ্রলোকদা — জয়দেব)

(রস অলংকার অমসুং শব্দশক্তিনান তিল্লবা ৱাহৈশিংদু কাব্য কৌই)।

(vi) "রমনীয়ার্থপ্রতিপাদকঃ শব্দঃ কাব্যম্"

(রসগঙ্গাধরদ—জগন্নাথ)

(পুক্নিং শুমহৎনিঙাই ওইবা অর্থ পোকহনবা ঙম্বা ৱাহৈ অদু কাব্য কৌই)।

| সম্প্রদায়শিংগী মিং ঃ— | | হৌদোক্লম্বশিং ঃ — |
|---|---|---|
| ১। রস সম্প্রদায় | — | ভরত মুণি |
| ২। অলঙ্কার সম্প্রদায় | — | ভামহ |
| ৩। গুণ অমসুং রীতি সম্প্রদায় | — | বামন মঅসুং দণ্ডী |
| ৪। ধ্বনি সম্প্রদায় | — | আনন্দবর্ধন |
| ৫। বক্রোক্তি সম্প্রদায় | — | কুন্তক |
| ৬। ঔচিত্য সম্প্রদায় | — | ক্ষেমেন্দ্র |

# (১) রস সম্প্রদায়

## কাব্য নত্রগা সাহিত্যদা লৌবা রসগী অর্থঃ—

ঐখোয়না করিগুম্বা নাট্য য়েংবা নত্তা সাহিত্য পাবদা, য়াম্নমক নুংঙাইবা অমদা ঐখোয়গী পূক্লিং অসি অসুক্কী মতীক য়ৌনা লুপ্পা মতম অমা লাকই। মাদুফংবা মতমদা ঐহাক ইশামকসিগী পানগী অমদি লুংগী রাখল পূম্নমক কাওথোক্লুনা মাদুগুম্বা রাখল অদুদা লুপখি। মতম অদুদা ফংবা হায়ফম খঙদবা নুঙাইবা অমদি অপেনবা তানফম অদুবু রসদা লুপ্পা নত্রগা রস ফংবা হায়না খঙনৈ। মদুনি ঐখোয়না সাহিত্যদা লৌনবিবা রসগী অর্থ। মসিনি ভাবতকী মুণি স্বাতিশিংনা ব্রহ্মজ্ঞান ফংবা মতমদা ফাওবা নুঙাইবদু। অনীসি খেন্নবা লৈতে। অদুনা "রসৈব সঃ" অসুম্না হায়নৈ।

শ্রুতিনা হায়খি ঃ— "আনন্দাৎ হি এব ইমানি ভূতানি জায়ন্তে, আনন্দেন জাতানি জীবন্তি, আনন্দং প্রয়ন্ত্যভিবিশন্তি" জীব পূম্নমক্সি হায়বদি তীল কৌজেংদগী হৌদুনা ব্রহ্মা ফাওবা থৱাই পানবা পূম্নমক অসি মমা-মপা অনিগী নুঙাইবা সঙ্গমদগী মদুগী মঁহৈগী মশক ওইনা জীবশিং ওইনা পোক্লকই, অদুগা নুঙাইবদগী পোক্লরুবা জীবশিংসি নুঙাইনা পুন্সি লেন্নবা হোৎনৈ, অদুগা অবোইবদা অমুক নুঙাইবদা তিনখি। মসিনা তাকপদি জীবগী অমতা ঙাইববা লমথুংযমদি নুঙাইবা ফংবা হায়বসিনি। তৈত্তরীয়োপনিষদনসু রাফম অসি শৌগৎলদুনা হায়রম্মি ঃ— "রসো বৈ সঃ। রসং হ্যেবায়ং লব্ধ্বনন্দীভবতি" ব্রহ্ম অদুমক রসনি। জীবনা রস অসি ফংলগা মথা অমুক হেন্না লৈত্রবা নুঙাইবা ফংলগা পেন্দুনা লৈ। অদুনা

*বিভাবেনানুভাবেন ব্যক্তঃ সঞ্চারিনা তথা।*
*রসতামেতি রত্যাদিঃ স্থায়ি ভাবঃ সচেতসাম্।*

"সাহিত্যদর্পণ"

বিশ্বনাথগী পীরিবা লক্ষণ অসি য়াম্মনক মপুং ফাই। মসি য়াম্না কুপ্পা নৈনরবত্তা নুংগী ভাব অদু শেংনা খংবা ঙমগনি। বিশ্বনাথগী শ্লোক অসিগী অর্থদি — লীলা য়েংলিবা নত্তগা কাব্য পারিবা সামাজিকশিং (Audience) গী থম্মোইদা লৈরিবা স্থায়িভাব অদুনা কবিনা পুথোক্লিবা হায়বদি নাট্যদা নত্তগা কাব্যদা উৎলবা বিভাব, অনুভাব অমসুং সঞ্চারি ভাবগা তিন্নরবা মতমতদা হায়ফম খণ্ডব্রবা নুঙাইবা অমা ফাওই, মদুবু রস হায়না কৌই। অদুনা রস অসি লীলাদা য়াওরিবা নায়ক-নায়িকাদসু লৈতে, অদুগা লীলাগী ভুমিকাদা কুম্লিবা মীশিংদুদসু লৈতে, সুপ্পগী লীলা য়েংলিবা সামাজিক (Audience) অদুতদা লৈগদবনি। মসিগী মরম অসি মখাদা সাধারণীকরণগী মতাংদা কুপ্পা নৈনরকখিগনি।

হৌজিক মথক্তা পনখ্রিবা ভাব মখল অসিগী মরমদা খর পাকচাওনা নৈনদ্রবদি রসকী মরমদা মমৃৎতানা খঙবা ওইথোক্কে। অদুনা ভাবশিংসি অমমম ওইনা নৈনসি ঃ—

— *"রত্যাদ্যুদ্‌বোধকা লোকে বিভাবাঃ কাব্যনাট্যয়োরিরি।"*

— সাহিত্য দর্পণ

লীলা য়েংলিবা নত্তগা কাব্য পাবিবশিংগী থম্মোইদা য়াওরিবা অপাম-শুন্নচিংবা স্থায়ি ভাবশিং অদুদা রস পোকহন্নবগী মচাকশিং লীলাগী পাত্র অমদি প্রকৃতিগী পোৎলমনচিংবশিংদু বিভাব হায়না কৌই।

১) **বিভাব** ঃ— রস পোকহন্নবগী খ্বাইদগী মরুওইবা মচাকশিংনি। মসি মখলশিংনি শুই — (i) আলম্বন, (ii) উদ্দীপন।

(i) **আলম্বন বিভাব** — লীলাদা নত্তগা সাহিত্যদা য়াওরিবা পাত্র অদু ...রদা নত্রা মাগী মরমদা তাবদা নুংশি-নুংঙোললনচিংবা ভাবশিং অদুগা পাত্রশিংদু আলম্বন বিভাব হায়না খঙনৈ। খুদম— ...লা উর্বা, মাগী থম্মোইদা নুংশিবসি য়াকাইবকই। অদুনা ...নগী দমনি।

**(ii) উদ্দীপন বিভাব ঃ**—লীলানচিংবদা য়াওরিবা পাত্রশিং অদুগী হায়বদি নায়ক অদুগী মফমদা নায়িকা অদুগী ফিজেৎ, বাঙাংন নত্ত্রগা প্রকৃতিগী পোৎশিং থা-থোকপা, লীরিবা নুংশিং, হৈ-লৈগী ফজবা অসিনচিংবা অদুনা স্থায়ি ভাবপু হেনগৎহনবা অমদি নোয়খৎহনবা গুন্নবদি মদুবু উদ্দীপনবিভাব হায়না খঙনৈ। খুদম শকুন্তলাগী বাঙাং, বাতা, হৈ-লৈগী মনম নুংশিবসি উদ্দীপন বিভাবনি।

**(খ) অনুভাবঃ**—

*উদ্বুদ্ধং কারনৈ স্বৈস্বৈঃ বহির্ভাবং প্রকাশর্ন্।*
*লোকে য়ঃ কার্য্যরূপঃন সোহনুভাবঃ কাব্যনাট্যযোঃ ॥ ১৩২*

— সাহিত্যদর্পণ

কাব্য নত্ত্রগা নাট্যদা য়াওবিবা নুংশি নুংঙোলনচিংবা ভাবশিংদু ফাওবকপদগী মপালগী ওইবা ফোংদোক্লক্লিবা খুদমশিংদুবু অনুভাব হায়না খঙনৈ। খুদমঃ— নুংশিনকবদগী হকচাংগী মপালগী ফিভমশিং-হমাংতাবা, যুম্বীগুম্না লেংদনা লেপ্পা, হকচাং নিকপনচিংবা।

**(গ) সঞ্চারিভাব**—

*বিশেষাদ ভিমুখ্যোন চরন্তো ব্যভিচারিণঃ।*
*স্থায়িন্যুন্মগ্ননিমগ্না স্ত্রয়োস্ত্রিং শচ্চতস্তিদা ঃ ॥ ১৪ .*

সাহিত্য দপণ

বিভাব, অনুভাবতগী হেঙ্গৎনা মশা নোইখৎহনবা, অদুগা লেংদনা লৈবিবা নুংশি-নুঙোননচিংবা স্থায়ি ভাবতা অমুক ফাওগৎলকপা অদুগা অমুক লুপখিবগুম্বা অদুগুম্বা ভাব অদুবু সঞ্চাবিভাব নত্ত্রা ব্যভিচাবিভাব হায়না কৌই। মখোয়সি মশিং ৩৩ শুই।

**(ঘ) স্থায়িভাবঃ**—

*অবিরুদ্ধা বিরুদ্ধা বা যং তিরোধাতুমক্ষমা ঃ।*
*আস্বাদাঙ্কুরকন্দোহসৌ ভাবঃ স্থাযীতি সম্মতঃ ॥ ১৭৪*

— সাহিত্যদর্পণ্।

মথক্তা পীগ্রিবা বিভাব, অনুভাব অমসুং সঞ্চারিভাবশিংগী তুংনফম ওইরিবা লেংবা য়াগ্রবা ভাব অদুবুন স্থায়ি ভাব হায়না কৌই। লৈপরেং লেংবদা লংশুংগী মপান্দা মথল মথেলগী লৈশিংবু অমত্তা ওইনা লেংদুনা পুবগুম, মহাক্না (স্থায়ী) ভাবনা ভাব পূম্নমক লোইনরগা রস পোকহল্লি। মরুওইনা সাহিত্যদর্পণকার বিশ্বনাথনা স্থায়ি ভাব অসি লীলাদা য়াওরিবা নায়ক-নায়িকা, অদুগা নায়কনায়িকাগী শক্তম লৌদুনা ভূমিকাদা কুম্লিবশিংদা স্থায়ি ভাব লৈতে, সুপ্নগী লীলা য়েংলিবা ভাবুক (রসিক) শিংগী পুক্নিংদা লৈগদবনি হায়না ফোংদোকই।

তশেংনমক ভাব মরি অসিগী অপুনববু রস কৌবনি। মখোয় ময়াম অসিগী অমম্নদি রস ওইবা য়াদে। রসগী মচাক অমমল্লি। খুদমগী মশক লইনা হায়বা তারবদা "সর্বত" হায়বসি চীনী, ঈশিং, খোইহি, চম্প্রা কর্পূনচিংবা ময়াম অসিনা পুল্লবা মহাও অদু সর্বতা হায়না কৌবনি। ঈশিং মতোমতনা, নত্ত্রগা চীনী মতোমতা সর্বতকী মহাও অদু ওইথোক্তে। মখোয় ময়াম অসিগী পুল্লবা মতমদদা সর্বত হায়বসি ওই। অদুগুম্না বসগীশু ভাব ময়াম অদুনা পুল্লবা মতমতদা বস পোক্লিবনি।

**খুদম অমতংদগা নৈনসি ঃ—** কন্ব মুণিগী আশ্রমদা দুষ্যান্ত মহারাজনা শকুন্তলাগা উন্নবদা পোকখিবা শৃঙ্গাবসগী মতাং অমা পনগে — দুষ্যন্ত নত্ত্রগা শকুন্তলা (আলম্বন বিভাবনি), অদুনা দুষ্যন্ত নত্ত্রা শকুন্তলাগী নুংশিববা য়াঙলাং শঙাং, বনগী ফজবা, হৈনম-লৈনম পূম্নমক অসিনা উদ্দীপন বিভাব অদুগা,হুমাংতাবা, তুচুংবা, খোনফম কাইবনচিংবা হক্কচাংদা ফোংদোরকপা ভাবশিংসিনা অনুভাবনি। মতুংদা ঈশিংদা কোঙ্গোল কোরকপগুম ঙাইহাক হেক কারকপা অদুগা ঙাইহাক হেক মাংখিবগুম তৌবা অদুগুম্না ভাবশিং তহ্য তহ্যা হকচাং য়াবনচিংবশিংনা সঞ্চারিভাবশিংনি। অসিগুম্না ভাব পূম্নমক অসিনা লীলা য়েংলিবা সামজিক (Audience) রশিংগী পুক্নিংদা লৈরিবা স্থায়ি ভাব অদুগা তিন্নরবা মতম অদুদা রস পোক্লকই। মসিনি বিশ্বনাথগী রসসিদ্ধান্ত।

বসসিদ্ধান্তগী মরমদা বিশ্বনাথগী মত অসি য়াম্নমক মপুং ফানা শুগায়না নৈনবম্মি। মসিগী মরম মুম্না খঙগে হায়রবদি লাইরিক অসিগী অহানবা তাক্কক্তা য়াওবা "সাহিত্য" হায়বা পবা অদুগী ময়াইথংবা

শরুক্তা নৈনরিবদু পাবিমু।

**রস মখল ঃ—**

শাস্ত্রশিংদা ভগবান্ শিবজীগী মমিংবু পশুপতি হায়না কৌনৈ। জীব পুন্নমক অসি পশু হায়রগসু খঙনৈ। ভগবান্ শিবজীনা জীবশিংগী ঙাকপিবা অমসুং য়োকপিবা মপুনি। মরম অদুনা শিবজীগী মিং অতোপ্পা অমনা পশুপতি হায়রগা খঙনৈ। জীববু পশু হায়রুবগী অর্থদি ঃ— "পশু পাশাষ্টবেষ্টিতঃ" জাল (লাং) ৮ না ফাজিন্দুনা থম্লিবা জীব অদু পশু হায়না কৌই। পাশ (লাং) শিং অদুদি রতি (অপাম্বা), হাস (হরাওবা), শোক (অরাবা), ক্রোধ (অশাওবা), উৎসাহ (থৌনা), ভয় (অকিবা), ঘৃনা (তুক্কচবা), বিস্ময় (অঙকপা) মখোয় নিপাল অসিনা আত্মাবু পুল্লগা জীব হায়না কৌই। "জীবো ব্রহ্মৈবনাপরাঃ" জীব অসি ব্রহ্মনি, মঙোন্দগী তোঙানবা অমা লৈতে। হায়বদি ব্রহ্ম য়াওদ্রবদি জীব কৌবা য়াদে। খুদমগী মশক ওইনা হায়বা তারবদা—চীনী অসি মশানা থুমদুনা লৈজে, অদুবু চীনীগা তিন্নরুবা বেশন অদুবুসু অদুম্মক থুম্মি। অদুনা তাকপদি মশামক আনন্দ স্বরূপনি, আনন্দগা তিন্নরুবা জীব অদু আনন্দনা মাগী স্বভাব ওইবসি তঙাইফদে।

অসুম্না অহানবদা ভরতনা মাগী নাট্য শাস্ত্রদা রস মখল নিপাল অসি তাক্লম্মি ঃ— (i) শৃঙ্গার, (ii) হাস্য, (iii) করুণ, (iv) রৌদ্র, (v) বীর, (vi) ভয়ানক, (vii) বীভৎস, (viii) অদ্ভুত। ভরতকী মতুংদা লাকপা অভিনবগুপ্ত অমসুং মধুসূদন সরস্বতীনচিংবনা শান্তরস অসি হাপ্লগা রস মখল মাপল অসি পুথোক্লম্মি। মতুংদা সাহিত্য দর্পণকার বিশ্বনাথনা "বাৎসল্য" রস অসি হাপকৎলগা রস ১০ শুনা পুথোক্লে। মথংদা গৌড়ীয় বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী রুপগোস্বামী, জীবগোস্বামীনচিংবনা "মধুর" রস কৌবা অমগা অমুক হাপচিন্দুনা রস মখল ১১ সিময়াম্না খঙনৈ। মসি নত্তবা রস মখল খরসু হাপকৎননবা হোৎনখি। অদুবু মখোয় অদুদি রস নত্তে ভাবনি হায়না লৌনখি।

**রস করম্না পোকপগেঃ—** রসদি মতোমতা হেক্তা পোকচরবসু মহাকসি পোৎলম কয়াগা তিন্নরগা পোক্লকই। অদুনা রসদি ঐখোয়না অসুম্না লৌবা য়াই "সর্বত" শেম্বদা ঈশিং, চিনি, হৈ, কর্পূরনচিংবা তোঙান

তোঙানবা মহাওশিংসিদগী অপূনবা তোপতোম্না মহাও অদুদু সর্বত কৌনে। অদুগুম্না রস পোকপদা পুক্লিংদা ফাওবা তোঙান তোঙানবা ভাবশিং পুসিল্লগা রস অসি পোক্লকই। মসি অহানবদা ভরত মুণিনা মাগী নাট্য শাস্ত্রদা রস করম্না পোকপগে হায়বদু যাম্নমক ৱাংলবা মনোবিজ্ঞানগী মতেংনা অসুম্না পীরম্মি ঃ–

**বিভাবানুভাবব্যাভচারি সংযোগাদ্ রস নিরুত্তিঃ''**

নাট্য শাস্ত্র

ভরতকী নাট শাস্ত্র নৈনরবা তুংদা সাহিত্য দর্পনকার বিশ্বনাথনা মরীক চুম্না রস পোকপগী শ্লোকসি মাগী সাহিত্য দর্পণদা বিভাবেননুভাবেন ব্যক্তঃ সঞ্চারিনা তথা বসতামেতি রত্যাদি স্থায়িভাবঃ সচেত সাম্।

সাহিত্যর্পণ

বিভাব, অনুভাব সঞ্চারি ভাবগা তিন্নরগা স্থায়িভাব পোকই।

লীলায়েংলিবা নত্রগা কাব্য পারিবশিংগী থম্মোইদা ফাওরিবা অপাম-নুংশিনচিংবা স্থায়ি ভাবশিং অদুদা বস পোক্লনবগী মচাকশিং পাত্রশিং অমদি প্রভৃতিগী পোৎলমশিং অদু বিভাব হায়না খঙনৈ।

বিভাব – বস পোকহন্নবগী খ্বাইদগী মরুওইবা মচাকশিংনি। মসি মখল অনী শুই ঃ–(১) আলম্বন (মতেং) (২) উদ্দীপন (মৈচাক হেনগৎহনব)

**আলম্বনঃ**— লীলা নত্রগা সাহিত্যদা য়াওরিবা মরুওইবা নায়ককী মফমদা নায়িকা অদুনি।

**খুদমঃ**— শকুন্তলা নাটকতা নায়ক দুষ্যান্তগী থম্মোইদা স্থায়ি ভাব লৈ। অদুগুম্বা স্থায়িভাব অদুনা নায়িকা শকুন্তলা (বিভাব) সি উবদা নুংশিবগী ৱাখলসি য়াকায়রকই। অদুনা শকুন্তলাসি (বিভাব) কৌবা ভাব অদুনি।

(২) **উদ্দীপন**— লীলানচিংবদা য়াওরিবা নায়িকাদুগী নুংশিরবা ৱাহৈ-ৱাতা নত্রগা থা থোকপা, নুংশিৎ লিরি-লিরি হুম্বা, লৈ মনম নুংশিবনা থম্মোইদা ফাওবকপা নুংশিবদু হেন্না মৈচাক হাপ্লি। অদুগুম্বা মৈচাক হাপ্পনবগী মচাকশিংদু উদ্দীপান কৌই।

**(খ) ব্যভিচাবি নত্রগা সঞ্চারি ভাবঃ—**

বিভাব, অনুভাব নত্তবা স্থায়িভাবপু মশা নোয়খংহনবা অদুগা লেংদনা লৈরিবা স্থায়িভাব অদু অমুক কাওগংলকপা, অমুক লুপথিবগুম্বা অব অদুবু ব্যাভিচারি নত্ত্বগা সঞ্চারি ভাব হায়না খঙনৈ।

শকুন্তলাদা দুষ্যন্তনা শকুন্তলাগী য়াওাং অমদি মিনোক্লচিংবা অদু নীংশিংলুরগা মাগী থম্মোইদা শকুন্তলাবু হেন্না নুংশিবদা তেংবাং পীরি। অদুগুম্বা শকুন্তলাবু নীংশিংবসিমক ব্যাভিচারি ভাবনি। ব্যাভিচারি ভাব মখল ৩৩ শুই।

**(খ) অনুভাব :–** পীলা নত্তগা কাব্যদা য়াওরিবা নায়ক অদুগী মশাদা বিভাব অমদি সঞ্চারিভাবশিং রস কাওরকপদা নায়ক অদুগী মশাদা তোপ তোপ্পা হকচাংগী বিকার কয়া মপান্দা ফোংদোরকই। মদুবু অনুভাব কৌই। খুদম শকুন্তলা উবদা দুষ্যন্তগী মশাদা মোমোন নোকপা, মখুৎনা আলিঙ্গন তৌনিংবগুম্না মখুৎ তিংথোরকই। অসিনচিংবা হকচাংগী মওংশিংদু অনুভাব কৌই।

---

# সাধারণীকরণ
## (Generalization)

সাহিত্য শাস্ত্রগী ইতিহাসদা "সাধারণীকরণ" গী য়াফমসি আচার্য্য ভরতনা হৌদোক্লম্বা রসগী লক্ষণদা য়াওখিবা "নিস্পত্তি" হায়বা য়াহৈসিগী অর্থ তোঙান তোঙান্না নৈনরকপগী মহৈনি। ইহান হান্না ভট্টনায়কনা "সাধারণীকরণ" হায়বা শব্দ অসি শীজিনরম্মি। মাগী মতুংদা অভিনবগুপ্তনা অমুক মাগী মত পীদুনা নৈনবা হৌখি। অদুবু আচার্য্য অনিসিগী মতসু খেৎনরম্মি। মমৈথংদা আচার্য্য বিশ্বনাথনা মথক্কী লেপ্লবা মত অনিবু পুনশিল্লগা য়াম্না বৈজ্ঞনিক ওইবা মওংদা মাগী মত পীদুনা নৈরম্মি। মতাংসিদা আচার্য্য বিশ্বনাথকী মত লৌদুনা নৈনগে।

সাধারণীকরণ হায়বগী অর্থদি অসাধারণ (Specific) ওইবা পোৎপু (Generalization) ওইহনবা হায়বনি। ব্যক্তিগত (Individual) ওইবা পোৎপু জাতিগত (Socialistice) ওইহনবা হায়বনি। শম্না হায়রবদা করিগুম্বা

মঙম অমদা ভুংশিনদুনা অমদি পুনশিন্দুন লৈবা পোৎ অমবু ময়ামদা চাইথোক্নুনা ময়ামগী ওইহনবা হায়বনি। ঝাকমসি সাহিত্যগী লমদা লাক্নুনা শীজিন্নবকপা মতমদা সাহিত্যগী আত্মা ওইবিবা বস অসি কনাগী মফমদা লৈগদগে হায়বগী মবম নৈনবকপদগী "সাধাবণীকবণ" গী সিদ্ধান্তসি পুথোকখিবনি।

হৌজিক ঐখোয়গী মাংদা ঝাহং ৩খক লৈবে ; মদুদি রস পোকপসি লীলা নত্তগা কাব্যদা য়াওবিবা নাযক-নায়িকা অনীদুগী মফমদা লৈগদ্রা ? নত্তগা লীলা নত্তগা কাব্যদা নাযক-নায়িকাগী মহুৎ শিন্দুনা ভুমিকাদা কুপ্লিবা নট-নটী (লীলা য়াওবা মী) শিং অদুদা লৈগদ্রা ? নত্তগা লীলা নত্তগা কাব্য য়েংলিবা নত্তগা পাবিবা সসাজিক (Audience) অদুদা লৈগদ্রা ? ঝাকম অহুমসি যাম্না চয়েৎনরিবা ম তাং অমনি। মতাংসিদা আচার্য্য বিশ্বনাথনা মাগী মত পীবদুনা শেংদোক্লক্মি।

লীলাদা নত্তগা কাব্যদা বস অসি নায়ক অদুনা নাযিকা অদু উকবদগী পোক্লকই। নায়ক অদু আশ্রয অদুগা নায়িকা অদুনা আলম্বন কৌই। মতাংসিদা নায়ক (আশ্রয) অসিদা লৈবিবা স্থাযিভাব অদুগা সামাজিকশিংগী থম্মোইদা লৈরিবা স্থায়িভাব অদুগা অনি সাধাবণীকবণ (Generalization) তৌমিন্নদুনা অমদি তিনশিন্নদুনা চপ মান্ননা নুঙাইমিন্নবা অদুবু সাধাবণীকবণ হাযনা কৌবস্মি।

*সাধারর্ণ্যেন বত্যাদিরপি তদ্বৎ প্রতীয়তে। ৩।১১*

সাহিত্যদর্পণ

কাব্য নত্তগা নাট্যদা য়াওবিবা নায়ক নাযিকাগী মফমদা লৈবিবা বতিনচিংবা ভাবশিংদুনা লীন॥ নত্তগা কাব্যগী সামাজিক (Audience) দা লৈবিবা বতিনচিংবা স্থাযি ভাবশিংদুগা অমত্তা ওইনা তিন্নববতদা বস হাযবসি ওই।

বিশ্বনাথনা অমুক্তা মখা তানা শন্দোক্লা তাক্লি ঃ—

*ব্যাপারোহস্তি বিভাবাদের্নাম্না সাধারণীকৃতিঃ।৩।৯*
*তৎপ্রভাবেণ, যষ্যাসন্‌পাথোধিপ্লবনাদয়ঃ।*
*প্রমাতা তদভেদেণ স্বাত্মানংপ্রতিপদ্যতে॥ ৩।১০*

সাহিত্যদর্পণ

কাব্য নত্ত্রগা নাট্যদা য়াওরিবা রামনচিংবা নায়কশিংগী রস পোকপদা সীতানচিংবী নায়িকাশিংগী মরমদা তারুবা নত্ত্রগা উরুবদগী রস পোকই। অদুবু মতমসিদা কাব্য পারিবা নত্ত্রগা নাট্য য়েংলিবা সামাজিক (Audience) গী থম্মোইদা লৈবা রতিনচিংবা স্থায়িভাব অদুসু রস কমদৌনা পোকপ্রিবনো ? মসিদা মতম অমত্তদা নায়ক-নায়িকাদা ফাওরকপা ভাব অদু ইকাই কাইদনা সামাজিক (Audience) শিংদা ফাওরবা মতম অদুবু সাধারণীকরণগী অবস্থানি হায়না খঙনৈ। খুদম ওইনা হায়বা তারবদা নাট্যদা রামনা সমুদ্র থিংলগা লান্দুনা লঙ্কা য়ৌথিবা দৃশ্য অদু উরুরগা লীলা য়েংলিবা সামাজিক (Audience) শিংদা বামগুম্না সমুদ্র লানবগী অকনবা থৌনা অমা পোকই। মসিনি সাধারণীকরণগী মথৌদি ।

মতাংসিদা আচার্য্য ধনিকনা শেংদোকই—

*কিঞ্চ ন কাব্যং রামাদীনাং রসোপজনায় কবিভিঃ।*
*ক্রিয়তে অপি তু সহৃদয়ানন্দিতুম্॥*

রস অসি লীলাদা য়াওরিবা নায়ক-নায়িকাতদা লৈ হায়বা তারবদি কাব্য-নাট্য ইকবগী কান্নবা করিসু লৈতে। মরমদি কাব্যনাট্য ইরুবসি কাব্য নত্ত্রগা নাট্যদা য়াওবিবা নায়ক-নাযিকা অদুগী নুঙাইবগীদমক্তা নত্তে, সামাজিকশিং (Audience) অদুবু নুঙাইবহন্নবগীদমক্তা ইথিবনি। বামনচিংবা নায়ক অদুদি লৌকিক্কী অৱাবা নুঙাইবা অদুতা ফংজবনি, করম্না অলৌকিক আনন্দ ফংগদৌরিবনো ? অদুনা রসসি নায়ক-নায়িকাদা লৈতে। সামাজিক্তদা লৈফম থোকই।

মথংদা বিশ্বনাথনা অমুক্তসু হায়রিঃ—

*পরস্য পরস্যেতি মমেতি ন মমেতি চ।*
*তদস্বাদে বিভাবাদেঃ পরিচ্ছেদো ন বিদ্যতে॥ ৩ । ১২*

সাহিত্যদর্পণ

নাট্যদা য়াওরিবা নায়ক-নায়িকা অদুনসু মাগী মাগী ওইবা ৱাখল থাদোকই, অদুগা সামাজিকশিংনসু ঐগী ঐগী হায়বা ৱাখল অদু থাদোক্তুনা শম্না হায়বা তাববদা লীলাদা য়াওরিবা নায়ক-নায়িকাদগী হৌদুনা সামাজিক (Audience) পুম্নমক অসি সংসারগী মপানগী ওইবা ঐগী মাগী হায়বা

ব্বাফম পূম্নমকসি খন্নদনা চপ মান্ননা নুঙাইহৰ্মিন্নে। মদুনি সাধারণীকবণগী মখোদি

- মতাংসিদা লেখ (Article) অসিগী অহানবদা য়াওখিবা ব্বাহং অদুমক হায়বদি বসসি তশেংনা কনাগী মফমদা লৈফম থোকপগে হায়বদু খবদংদগা অমুক নৈনদুনা যেংসি—

**(i) রসসি অনুকার্য্যগত ওইদে**—হায়বদি বস অসি কাব্য নত্ত্রগা নাট্যদা য়াওবিবা নায়ক নত্ত্রগা নায়িকাদা লৈফম থোকই। হায়না তাকপসি অনুকার্য্যগত হায়না কৌই। ভট্ট লোল্লটনা মত অসি শৌগৎলম্মি। অদুবু বিশ্বনাথনা মতসি য়ানিংদবা ফোংদোক্লদুনা হায়খি—কাব্য নত্ত্রগা নাট্যদা যাওবিবা নায়কনা নায়িকা অদু উবদগী প্রেম (বস) পোকই, মদুবু লৌকিক বস হায়না কৌই। মবমদি বাম্না সীতা উবদা পোকখিবা প্রেম অদু বাম মতোমতদা অমদি সীতা মতোমতদা লৈজবনি, অতোপ্পা পাত্রশিং—হনুমান অমদি বাবন-নচিংবশিংদা খক পোক্তে। মদু লৌকিক প্রেম হায়না খঙনগনি। বস হায়বদুদি মখোয় অনিতদা লৈতদুনা মদুদা লৈবিবা পূম্নমক্তা চপ মান্ননা ফংমিন্নগদবনি। মদুতদা বস হায়বদু ওইগদবনি। অদুনা নায়ক-নায়িকাদা লৈবিবা অশেংবা অলৌকিক (সংসাবগী নুঙাইবগী ব্বাংমদা লৈখিবা) আনন্দ হায়বদু নত্তে।

হৌজিক ঐখোয়না খঙলে কাব্য নত্ত্রগা নাট্যদা যাওবিবা নায়ক নায়িকা অদুদা লৈবিবা বস অদু মখোয় অনিতগী ওইবা মবম্না লৌকিক হায়না খঙনৈ। অদুগা কাব্য নত্ত্রগা নাট্য পাবিবা নত্ত্রগা যেংলিবা সামাজিকশিংদা যাওবিবা নুঙাইবা অদুদি ঙমখৈ লৈতনা পাকচাওববা আনন্দনি। অদুনা মদুবু ব্রহ্মানন্দ সহোদব হায়বদি ব্রহ্ম ফংবগী নুঙাইবগা হেক থংননা লৈবা নুঙাইবা হায়বদু ওই। অদুনা তাকপদি নায়ক নায়িকাদা ফাওবিবা বস অদু লৌকিকনি অদুগা সামাজিক (Audience) শিংদা ফাওবিবা অদুনা অলৌকিক বসনি।

**(২) রসসি অনুকর্ত্তৃগত নত্তে**— ভূমিকা (Stage) দা নায়ক নায়িকানচিংবগী শক্তম লাংলিবা হায়বদি মহুৎ শিল্লিবা নট নটী অদুবু অনুকর্ত্তা অদুগা মখোয়দা লৈবিবা বস অদুবু অনুকর্ত্তৃগত হায়না খঙনৈ। মতাংসিদা কনা কনাগুম্বা আচার্য্যশিংনা ভূমিকাদা কুম্লিবা মীওইশিংগী

মফমদা রস লৈগদবনি হায়। বিশ্বনাথনা ব্রাফমসি য়ানিংদনা ফোংদোক্লদুনা মখগী শ্লোকসিনা শৌগৎলি —

*শিক্ষাভ্যাসাদিমাত্রেন রাঘবাদেঃ স্বরূপতাম্।*
*দর্শয়ন্নর্ত্তকো নৈব রসস্যাস্বাদকো ভবেৎ ॥ ৩।১৮*
*কাব্যার্থভাবেনায়মপি সভ্যপদাস্পদম্।৩।১৯*

ভূমিকাদা শক্তম লাংলিবা (নট-নটী) অদুদি রঙ্গমঞ্চ (Stage) দা সুপ্পা রাম সীতানচিংবগী অভিনয় অদু মহৈ য়ালহন্নবগীদমক্তা, মদু তমদুনা থবক মহৈ য়ান্নবা হোৎনবদা পুক্লিং চংলিবা নটশিংদুদা করম্না রস লৈগদৌরিবনো ? করিগুম্বদা ভূমিকাদা কুপ্লিবা মীশিংদুদা রস পোকপা ঙম্লবদি মহাক অদু শোয়দনমক অশেংবা সামাজিক (Audience) ওইবা নট হায়না খঙনগনি।

অসিদসু নত্তনা রামনচিংবা নায়কনচিংবগী থম্মোইদা লৈবা অশেংবা প্রেম অদু মতৌ তম্লিবশিংদুনা খক চান্ননা নুঙাইবা পোকপা ওইথোক্কে। মতাং অসিদা অভিনবগুপ্তনা শৌগৎলদুনা হায় নায়ক-নায়িকাগী থম্মোইদা ফাওবা অব্রা-অনানচিংবদু ভূমিকা কুপ্লিবা নট নটীনা করম্না চপ মান্ননা তম্বা ঙমগদগে ? অদুগা নট নটী অদুদি অভিনয়গী কলাদা সামাজিকশিংগী থম্মোইতবু পেলহন্নবা হোৎনরিবনি। অদুনা মখোয়দা রস পোক্লনবগী মতম লৈতে।

**(৩) রসসি সামাজিকগত ওইগদবনি** — হায়বদি রসদি কাব্য নত্ত্রগা নাট্য পারিবা নত্ত্রগা য়েংলিবা মীশিং (Audience) অদুতদা লৈগদবনি ব্রাফমসি খব শেংনা খংবা যাননবগীদমক্তা থুদমগা লোয়ননা তেল্লপ্পা নৈনসি — নাট্যগী দৃশ্য অমা লৌখত্তুনা য়েংসি — "হরিশ্চন্দ্র" নাটকতা রাজা হরিশ্চন্দ্রনা বিশ্বমিত্রগী মফমদা লৈজবা পূম্নমক কখোক্লগা মতুংদা মশামক্কী মশাবুসু কলু নিংথৌগী মফমদা য়োহ্লোক্লগা, অশিবগী ঘাটতা সংস্কারগী থবক তৌদুনা লৈ। মতম অদুদা মাগী কাইনদুনা লৈপ্রবী মহারাণী শব্যানা লিন্না চিক্লবা মচা রোহিদাসগী অশিবা মশাদু পুরক্তুনা সংস্কার তৌবিনবা হায়জরকপা মতাংদু সামাজিক পূম্নমক্কী থম্মোই অসি চপয়ুংনা করুনরসদা লুপ্পুনা লৈ। মতাংসিদা লীলা য়েংলিবা সামাজিক (Audience) অসি তোঙান তোঙানবা মখলগী মীশিং — হায়বদি নিংথৌ, মহারাণী, লাইরবা,

অনংবা মীওই কয়া সুনা তিল্লি। অসিগুম্বা দৃশ্য অসি য়েংলিঙৈগী মতমদা মথোযশিংনা লৌকিক ওইবা, (সংসাবগী ওইবা) ঐ নিংথৌনি, ঐ লাইথবনি, ঐহাক মীনাইনি হায়বগী ৱাখল পুন্নমক থাদোক্লদুনা হায়বদি মপানগী তোঙান তোঙানবা ৱাখল পুন্নমক থাদোক্লগা নুংদা চপ মান্ননা নুঙাইমিন্নে।

অবোইবা মথক্কী ৱাফমশিংসি নৈনবগী ফংলকপা মহৈদিঃ—সাধাবণীকবণ হায়বসি নাযক নাযিকাদা তুংশিন্দুনা লৈবম্বা বতিনচিংবা ভাব অদুগা নাট্য-কাব্য য়েংলিবা অমদি পাবিবা সামাজিকশিং (Audience) অদুগী থম্মোইদা লৈবিবা বতিনচিংবা ভাবশিং অদুগা তিন্নবগা সংসাবদা ফংনবিবা নুঙাইবা অদুদগী ৱাংমদা লৈখ্রবা হাযফম অমদি তমফম খণ্ডদবা নুঙাইবা অদুবু ফংহন্ননবগী শক্তি অদুনি ?তাংসিদা খবগা পাক চাওনা হাযবা তাববদি অইবা কবিনা মাগী থম্মোইদা লৈবা ভাব অদুগী মতুংইন্না নাযক-নাযিকা পুথোক্লে, নাযক-নাযিকাগী মহুৎ শিন্দুনা নট-নটীনা ভূমিকা (Stage) দা কুমদুনা উৎলে, অদুবু সামাজিকশিংনা যেংবা নত্রগা পাবগা অদুগুম্বা ভাব অদু পুন্না ফংমিন্নদুনা নুঙাইমিন্নে। অদুনদি সাধাবণীকবণগী শক্তিনা কবি, নাযক-নাযিকা, ভূমিকাদা কুন্নিবা নট-নটী, অদুগা লীলা যেংলিবা নত্রগা কাব্য পাবিবা সামাজিক, মথোয কাংলুপ অপুনববু মতম অমতদা, মফম অমতদা নুঙাইবা পোকহল্লি। মসিনি সাধাবণীকবণ হাযবদি।

## (২) অলঙ্কার সম্প্রদায়

সাহিত্যদা অলঙ্কাবগী মফম্গী মবমদা নৈনসিঃ কাব্য নত্রগা সাহিত্যদা অলঙ্কাবগী অর্থ।

মীওইবনা মশাগী হকচাংগী লৈতেংতা নত্না পুক্লিংগী ৱাখল যোংদোক্লবগী পাম্বে ওইবিবা লোল অসিবুসু মফম অমসুং মতমগী মতুংইন্না অমেংবা, অথোংপা, অয়াকপা, অকুনবা ৱাহৈগী লৈতেং হাপ্পুনা শীজিন্নে। কাব্য নত্রগা সাহিত্য কৌবী লাইবেম্বীসিগী হকচাংসি শব্দ অমসুং অর্থনা ওই। অসিগুম্বা শব্দ অমসুং অর্থবু লৈতেং অমদি লৈচন চানা হাপ্পুনা

অতাবা অমদি অপাবাশিংব শুমহৎলি। অসিগুম্বা লোলগী মপুংওইবিবা শব্দ অমসুং অর্থবু লৈতেংলিবা অমদি লৈতেন ওইবিবা মচাকশিংদু কাব্য নত্রগা সাহিত্যদা অলঙ্কাব হায়না কৌনে।

সাহিত্যদা অলঙ্কাব মখল অহুমথোক্না শীজিন্নৈ।(I)শব্দগী ফজহনবা মচাকশিংবু শব্দালঙ্কাব (II) অর্থগী ফজহনবা মচাকপুনা অর্থালঙ্কাব, (III) শব্দ অমসুং অর্থ অনীমকপু মতম অমতদা ফজহনবা মচাক অদুবুনা উর্ভয় (অনী) অলঙ্কার হায়না কৌনে।

অলঙ্কাব শীজিন্নবগী পবম্পবা— সাহিত্যদা অলঙ্কাব শীজিন্নবসি পৃথিবীগী লিববা লোলশিং গ্রীক, লেটিন, আববীক, পাবসী অমসুং সংস্কৃত নচিংবা লোলশিংসিগী সাহিত্যদা মবাং কাইনা যাওদুনা লৈখ্রে। মতাংসিদা নৈনগদৌবিবসি ভাবতবর্ষদা সাহিত্যদা অলঙ্কাব শীজিন্নবগী মবমর্দনি, মব-ওইনা ভাবতকী লোলশিংগী মমানি হায়না খঙনবিবা সংস্কৃত লোলগী মতাংদনি।

ভাবতকী অইবা ওইনা ফংখিবা ঋাইদগী লিববা লাইবিক ঋগ্বেদদা অলঙ্কাব মবাং কাইনা যাওই। অদুবু অলঙ্কাব কবিনো, কবম হায়না শীজিন্নবগে অমদি মওং কবিনো হাযবগী অশেঙবা লাইবিক ওইনা পুথোকখিবাদ খৃষ্টমমাং ২ শুবা শতাব্দীদা লৈবম্বা ভবত মুণিগী নাট্যশাস্ত্রদা ইহান হায়া থেঙনৈ। ভবত মুণিনা মাগী নাট্যশাস্ত্রদা অলঙ্কাব মখল মবীখক্কী লক্ষন (Definition) অমসুং খুদম পীদুনা উৎলি। মখোযশিং অদুদি ঃ— শব্দালঙ্কাব ১ — (যমক), অর্থলঙ্কাব মখল ৩ — উপামা, ৰূপক, দীপক। ভবতকী মতুংদা অলঙ্কাব শাস্ত্রগী ইতিহাস অসি মতম খবা তৎলুবাগুম্ তৌই। মথংদা খৃঃ ৪-৫ দা লৈবম্বা ভট্টিমুণিগী বাবনবধ কাব্য নত্রগা ভট্টিকাব্য গী ১০ শুবা সর্গদা যমক, অনুপ্রাস নচিংবা শব্দালঙ্কাবশিংগা লোযননা অলঙ্কাব (শব্দ অমসুং অর্থ) পুন্না মখল ৩৮ পুথোক্তুনা শীর্জিন্নৈ। মথংদা ৭ শশুবা শতাব্দীদা ভামহনা মাগী কাব্যালঙ্কাব দা অলঙ্কাব মখল ৩৮ অদুগী মনুংদা বক্রোক্তি কৌবা অলঙ্কাববু কাব্যগী থৱাই (আত্মা) নি হায়না মফম পীন্নবা হোৎনবম্মি। অদুনা তুংদা লাকপা কাংবুনা ভামহবু অলঙ্কাব সম্প্রদায (School of Adamkar) গী লমলাযনধনি হায়না লৌনৈ। মথংদা দণ্ডী, উদ্ভভট্ট, রুদ্রট, মম্মট, বিশ্বনাথ, জয়দেব

অমদি জগন্নাথনচিংবা মশিং লাকঙমদ্রবা (মমিং পনবদা চাওথোকখিগনি শব্দুনা হাপজবতনি) কয়ানা খৃঃ মমাং ২ শুবদগী খৃঃ ১৬ শুবা শতাব্দী কাওবদা সংস্কৃত ক্রিটিশিজমগী ইতিহাসদা অলঙ্কার মখল ১১৭ কাওবা য়ৌনা শীজিন্নখি। (অপ্পদীক্ষিতনা মাগী অলঙ্কার শাস্ত্রদা অলঙ্কার মখল ১১৭ কাওবা শীজিন্নরম্মি। খৃঃ ১৫-১৬ কায়িনন্দ (চন্দ্রালোক কাব্য) সংস্কৃত কীতুংদা লাকপা পালি, প্রাকৃত, অপাভ্রংস অমসুং মোডর্ন ইণ্ডিয়ান লেঙ্গুইজেস অমসুং সাহিত্যদা অলঙ্কারসি য়াম্না পাকচাওনা নৈনদুনা লৈখ্রে। ঐখোয়গী মণিপুরী সাহিত্যগী অরিবা অমসুং অনৌবা যুগশিংদসু অলঙ্কার মখল কয়া শীজিন্নদুনা লৈরি।

কাব্য নত্ত্রগা সাহিত্যদা অলঙ্কারগী মফমঃ —

(ক) সাহিত্য নত্ত্রগা কাব্য হায়বসি কলা অমনি। অদুবু কবিগী মফমদদি লাইয়েক্রুনবা ফিজং নত্ত্রগা চে, মচু মখল মথেল অমদি তুরিনচিংবা লৈজদে। মঙোন্দা মুপ্পগী শব্দতনি। কাব্য নত্ত্রগা সাহিত্যদা অখন্নবা ফজবা ৱাহৈ ৱাতা শীজিন্নদ্রবদি করম্না কাব্য নত্ত্রগা সাহিত্য কৌগদৌরিবনো ? ফজরবা রস অদু ফোংদোকপদা চান্নবা ৱাহৈ ৱাতানা ফোংদোক্লবতদা কাব্য কৌগদৌরিবনি। অদুনা কাব্য নত্ত্রগা সাহিত্যদা অলঙ্কার য়াওদ্রবদি মহাও য়াওদ্রবা পোৎকা অম্মানি।

(খ) সত্যং লিবং সুন্দরং হায়বা ৱাফমসি মথক্তসু পনখ্রে। সত্য হায়বদি অচুম্বা (বিজ্ঞান) অদু শিব হায়বদি কান্নহনবা তাই, মদুবু (ধার্ম্মশাস্ত্র) মদুবু মীয়ামগী পান্নহন্নবগীদমক্তা ফজহনবা (সুন্দর) সুন্দর হায়বদি (সাহিত্য) পুক্নিং শুমহৎহনবা কলাগী তঙাইফদবা চঙই। মাদুতনা সত্য ওইবা পোৎপু মীয়ামগী পান্ননিঙাই ওইহনবা ঙমই। অদুনা সত্যগী মশক ওইরবা রসবু ভাবুকশিংদা লৌহনবা তাবদা অলঙ্কারগী ফজবা খুৎফোংদোক্নী তঙাইফদবা লৈ। নত্ত্রবদি সুত্র অদু অর্থ লৈরোই।

(গ) সংস্কৃত সমালোচনাগী ইতিহাসকী অহানবা তাক্কপু অলঙ্কার শাস্ত্র হায়রগা খঙনৈ। মসিনা তাকপদি অলঙ্কারগী অর্থসি সুপনগী অলঙ্কার সম্প্রদায়গী অর্থতবু লৌদদুনা ভাবপক্ষ অমসুং কলাপক্ষ অনীমক্কী অপূনবা অর্থসি কোল্লম্মি। অদুনা রস, ধ্বনি, গুনরীতি, অলঙ্কার, বক্রোক্তি, ঔচিত্য হায়রিবা সম্প্রদায় পুম্নমকপু ফজহনবগী (লৈতেংবা) মরমদা

নৈনবা লাইরিক অদু অলঙ্কার শাস্ত্র হায়না কৌনরম্মি।

(ঘ) সংস্কৃত গীতিকাব্যগী লময়দা শীংথানরবা কবি জয়দেবনা কাব্যদা অলঙ্কারগী মফম অরিনো হায়বসি শন্দোক্লা নৈনরম্মি ঃ— অলঙ্কার য়াওদবা কাব্যবু কাব্যনি হায়না লৌবা তারবদি অশাবা শক্তি য়াওদ্রবা মৈবু মৈনি হায়না খনবগা অম্মনি। অফাওবা সমালোচক মম্মটনা মাগী কাব্য প্রকাশদা কাব্যগী লক্ষন (Definition) পীবদা রসনা থবাই ওইবা গুণ রীতি য়াওবা অদুগা অলঙ্কারদি য়াওরবসু য়াওদ্রবসু য়াই হায়বা ফোংদোক্লুনসু মাগী কাব্যপ্রকাশ কৌবা সমালোচনাগী লাইরিক অদুগী মনুংদা অলঙ্কারগী মরম নৈনবদা অধ্যায় কয়া অমা য়াওরি। ধ্বনিবাদীশিংনা ব্যঙ্গ্যার্থ ফোংদোকপদা অলঙ্কার সিদ্ধান্তগী চাওরবা মফম থম্বিরম্মি। বামন অমসুং কুন্তক অলঙ্কারবু অসুম্না লৌখৎলম্মি ঃ— বামন— "কাব্যং গ্রাহ্যমলঙ্কারাৎ" (অলঙ্কার য়াওরবতদা কাব্য কৌগদৌবনি), কুন্তক ঃ— সালঙ্কারস্যকাব্যতা" কাব্যগী মিংথোনসি অলঙ্কার য়াওবদগী কৌনরিবনি। অসুম্না স ংস্কৃত সমালোচনাগী য়াম্না কুপ্লাবা মীৎয়েংদা সম্প্রদায় ৬ থোক্লা থায়। অদুবু সম্প্রদায় খুদিংমক্লা মাগী মাগী সম্প্রদায়বু কাব্যগী আত্মতত্বগী মফম পীননবা হোৎজরবসু অলঙ্কারবুদি খক থাদোক্লমদে। অদুনা তাকপদি অলঙ্কারসি সম্প্রদায় খুদিংমক্লা য়াই হায়বনি।

অসুম্না ভারতকী কবিশিংদসু নত্তনা পৃথিবীগী অফাওবাশিংনা অলঙকারগী মফম কয়া য়াম্না কনবগে হায়বদুদি সাহিত্যশিংদু নৈনবা কাংবুগী মফমদা থমজগে। অদুনা কাব্য নত্রগা সাহিত্যদা অলঙ্কারগী মফমসিদি শীংথাদুনা লোয়বা নাইদে।

পৃথিবীদা খঙ্নদবা লৈত্রবা মহাকবি কালিদাসনি। কালিদাসগী কাব্যসংসারসি অৱাৎ-অপা লৈতে। অদুবু সংস্কৃত সমালোচকশিংগী য়াম্না কৃপ্লবা মীৎয়েংদা অমুক্তা হেন্না নৈনবদা কলিদাসগী থোয়দোকপা গুণ (Signifiance) অসি উপমা অলঙ্কার শজিন্নবদা চাংদম্নিঙাই লৈতে হায়না অমত্তা ওইনা য়ানৈ। খুদমঃ— উপমা কালিদাসস্য ভারবের্থর্থ গৌরবম দণ্ডিণঃ পদলালিত্যং মাঘে সন্তি— এয়ো গুনাঃ।।

উপমা অলঙ্কার শীজিন্নবদা কলিদাসগী লম্বা লৈতে, ভারবিনা ৱাইহে অমত্তনা অর্থ মখল কয়ামুক পুথোকপদা হৈশিংবা, অথোৎপা-অমেংবা

ৱাহৈ শীজিন্নবদা দত্তীগী থোইদোকপা গুণ চাংদম্নিঙাই লৈতে। অদুবু মাঘদদি মথকতা হায়ৱিবা গুণ অহুমসি যাওই। অদুনা কালিদাসগী Works মখল ৭ মক্তা উপমা অলঙ্কাবগী খুদমশিংদু পাবিবগা খঙ্বিগনি।

খুদম অনীখক্তং লৌখৎচগে ঃ—

(i) সরসিজমনুবিদ্ধং শৈবলেনাপি ৱম্যং
মালিনমপি হিমাংশোলক্ষ্মলক্ষ্মীং তনোতি।
ইথমাধিকমনোজ্ঞা বল্কলেনাপি তনবী
কিমিব হি মধুরানাং মণ্ডনং নাকৃতীনাম্।। অভিজ্ঞান শকুন্তলম ১।২০

অর্থঃ— মখোক্তা চবাংনা যেৎশিল্লবা থম্বাল কৌবী লৈবাংদো থোইনা হেন্না মফজৈ, থাজদা মাইহিং পল্লবসু থাজগী ফজবা মহেলগৎলি উকুনা ফিজোল ওইবিবী তোঙ্গানবী অসি থোইনা হেন্না মফজৈ মশানা নীংথিজবীশিংগী মফমদদি পোৎ খুদিংমক ফজহনবতা ওই।

মসিদা উকুশেৎলিবী শকুন্তলাগী মফমদা উকুনা চিংথবদি লাইবদুনা থোইনা হেন্না ফজহল্লি। উপমা চবাংনা মখোক্তা যেৎলবী থম্বাল, মাইহিংনা মকহল্লবা থাজগী মাইথোংদা, চবাং অমসুং মাইহিংনা-উকুগা চাংদম্নবা থম্বাল, থাজগা শকুন্তলাগা চাংদম্নবা। কযাদা ফজখ্রবনো।

(খ) অতোপ্পা খুদম অমত্তংদগা য়েংসি ঃ—
বিদ্যুদ্বন্তং লালিতবনিতাঃ সেন্দ্রচাপং সচিত্রাঃ
সঙ্গীতায় প্রহতমুরজাঃ স্নিগ্ধগম্ভীরঘোষম।
অন্তমেস্তায়ং সনিমায়ভুবস্তুঙ্গমভ্রলিহাগ্রঃ
প্রাসাদাশাস্ত্বাং তুলয়িতুমলং যত্র তৈস্তৈর্বিশেষৈঃ।।
উত্তরমেঘঃ ১।

শ্লোক অলকাকোনুংদা লৈবা লৈচিন খেৎনা ৱাংলবা দলান অমগী মশাদা যাওবা মগুণগা অমংবা নোং অমদা য়াওবা মাগুনাংগা অনীগী উপমা অলঙ্কাবগী খুদম পীবি।

অলকাপুবীগী ৱাংলবা ফজলবা দলান মনুংদা ঙাস্থোইবিবী লাকহেনবীশিংগা অমংবা নোংগী মনক্তা ঙাস্থোইবিবী নোংথাংগা ফজবদা

চাংদম্লরি। শকহেনবীশিংগী মশাদা শেংলিবা মখল মচুগী ফিরোলশিংগা নোংথক্তা থল্লিবা চুমথারাংগা চাংদম্লরি। পুং-শেন য়েবা খোঞ্জেনগা নোংখোংবগা চাংদম্লরি, দলালগী অঙৌবা মণিগী ফজবা লৈমাইগা নোংদা য়াওরিবা ঈশিংগা চাংদম্লরি। কয়াদা ফজগ্রবা উপমা অলঙ্কারনে। মত্তাং অসিদা সত্যং শিবং সুন্দর হায়মসি নৈনবা য়াই। সত্যং (অচুম্বা) পোৎ শিবং (মীয়ামগী য়াইফনবা) ওইহনবা তাই, অদুতনসু মীয়াম্না পাম্নবদি ওইথোক্তে মাদু ওইহনগে হায়রবদি সত্য অমসুং শিব অদু সুন্দর (ফজবা) ওইহল্লবতদা মীয়ামগী পাম্নবা হায়বদু ওইগদৌরিবনি। অদুনা সত্যবু জেনেরাইজেসন তৌবা মতমদা সুন্দরগী থাইদগী অচৌবা থৌদাংলে। নত্তবদি সত্য অদু অর্থ লৈহনদে। শগোল্লগরক্পবা তোপ তোপ্পা অমনা ফজবা পাম্বা হায়বসিনি। মরম অদুনা মাগী মশাবু মখল মথা অয়াম্বা ফিজেৎ-লৈতেং, লীক-কোল-খুজী-নাচী লোয়ননা মখল মথা অয়াম্বা লৈতেং পোৎশিং শীজিন্নদুনা হেন্না ফজহন্নবা হোৎনৈ। মশাগীতসু নত্তনা মশাগী অকোয়বদা লৈরিবা পোৎ পুম্নমকপুসু ইচম চম্না হেক্তা শীজিন্নবা পামদদুনা মখল মথা অয়াম্বা য়ুম-দলাল, নুমিৎ খুদিংগী শীজিন্নরিবা উপু-কাংথোল কোল-লিক, ফি-রোল পুম্নমক ফজবা অনানবা মওংদা শেম শাদুনা শীজিন্নে। অদুনা মীওইবগী তোপ তোপ্পা ফজবা পাম্বগী হৈনবীসিনা ওসি কলাগী মখল কয়া পুথোক্তুনা মীওইববু লাইগী থাক্তা য়ৌহনলিবসিনি। অদুনা অলঙ্কাবগী মফমসি য়াম্না পাক চাওখ্রে।

---

## (৩) গুণ অমসুং রীতি সম্প্রদায়

গুণ অমসুং রীতিনা সাহিত্যদা লৌবা থৌদাংগী মবমদা ব্লারেং অমা ইদুনা নৈনসি ঃ—

সম্প্রদায়সি দণ্ডী অমসুং ভামহনা লময়ানবনি। সাহিত্য নত্তগা কাব্যসি মশক মতৌ ফজরবী নায়িকা অমগা মান্নে হায়না সংস্কৃত সাহিত্য শাস্ত্রগী লময়ানবশিংনা লৌনৈ। গুণশিং শরুক অনী থোক্না লৌনৈ ঃ— (ক) পানগী ওইবা গুণ (খ) নুংগী ওইবা গুণ।

**(ক) পানগী গুণঃ—** মীওইবগী হকচাংদা শক-চু ফজবা রাশি-গুণ চেনবা, অসি পানগী গুণনি। অদুনা পানগী গুণশিংদি হকচাংগী পানগী

শরক্কা মরী লৈনৈ। সাহিত্য লায়রেখীগী হকচাং ওইরিবা শব্দ অমসুং অর্থগা গুণশিংগসু মরী অসি লৈ।

**(খ) নুংগী ওইবা গুণঃ—** মীওইবনা পুকচেন-চাওবা, কুখোকপা, মীনুংশিং-চাওবা অসিনাচিংবা গুণশিংসি হকথেংননা উদ্রবসু ; মাদুগী তৌথোরকপা থবকশিংনা খঙহল্লি। মসিবু নুংগী গুণ হায়না খঙনৈ। হকচাংগী নুংদা লৈবা আত্মাগা মরী লৈনৈ। অদুগুম্না সাহিত্যগী আত্মা ওইবা রসগা মরী লৈনৈ। মীওইবগী হকচাংসি অফবা হকচাং ওইহন্নবগীদমক্তা অফবা চিঞ্জাকী তঙাইফদবা লৈ।

**চিঞ্জাক মখল অহুম শুইঃ—** (১) সাত্বিক আহার (২) রাজসিক আহার, (৩) তামসিক আহার।

(১) সাত্বিক আহার হায়বদি অনৌ, অতেক অফবা, শঙ্গোম, য়েরুমনচিংবশিংসি, চাবদা হকচাংদা থৌনা, লিংজেল হেলগৎহন্দুনা অফবা হকচাং ওইহল্লি। অফবা হকচাং ওইরবদি ময়ামগী ফগদবা ৱাখল শিং পুখোক্তুনা ময়ামগী কান্নবা ওইহল্লি।

**(৩) তামসিক আহারঃ—** অপুম-অশা, ফত্তবা চিঞ্জাক চাবনা, হকচাং ফৎহন্দে, লোয়ননা ফত্তবা হকচাংনা ফত্তবা ৱাখল থোরকই। ফত্তবা হকচাংগীদা লৈবা আত্মা অদুসু কুইনা পুন্সিদে। অদুগুম্না ফত্তবা সাহিত্যনা ফত্তবা ৱাখল ফোংদোক্তুনা ফত্তবা সাহিত্য ওইদুনা ফত্তবা ৱাখলশিং সমাজদা পী। ভরতনা মাগী নাট্য শাস্ত্রদা গুণ মখল ১০ শুই হায়না পল্লি। ভামহনা ১০ অসিদগী হকচাংদা গুণ মখল অহুম লৈবাগুম সাহিত্যদসু গুণ মখল অহুম শুই হায়না লেপ্লি। ভামহগী তুংদা লাকপা লময়ানবশিংনা ভামহগী গুণ মখল অহুমসি লৌরম্মি। মখোয়শিংদুদি ঃ— (ক) মাধুর্য্য (খ) ওজঃ (গ) প্রসাদ।

**(ক) মাধুর্য্য ঃ—** রস মখল ১১ গী মনুংদা শৃঙ্গার, করুণ অমসুং শান্ত রস পোকহনবদা মাধুর্য্য চেনবা ৱাহৈ ৱাতাশিং শীজিনন্নৈ। মহাকবি হিজম অঙাহলগী খম্ব-থোইবী লৈরেংগী (খম্ব-থোইবীগী নুংশি নুংঙনগী মতাংশিং)

**(খ) ওজঃ—** ৱারেং নত্ত্রগা শৈরেং অদুদা অশাওবা, তুক্কচবা,

শৈনা হেনগৎহনবা গুন্নবদি মখোয়শিংদু ওজঃ গুণ চেনবা ৱারেং শৈরেংনি হায়না খঙ্গনি। খুদমঃ— নীলবীর শাস্ত্রীগী নিংথি তুরেনদা গম্ভীর সিংহ (শৈরেং)

**(গ) প্রসাদঃ—** ৱারেং নত্ত্রগা শৈরেং অদু পাবদা অইবগী ৱাখল অমদি পান্দম অদু অপাবা অমদি অতাবনা ইবাই লায়না খঙ্বা গুন্নবদি, মদু প্রসাদ গুণ চেনবনি হায়না খঙনগনি। খ্বাইরাকপম চাউবা অমদি ডাঃ কমলগী ৱারেং, শৈরেংশিং

রীতিঃ— রীতিগী অর্থদি শৈলী (Style) হায়বনি। সাহিত্যদা অইবগী ফোংদোকপগী মওং অদুবু রীতি হায়বদি শীলগী হায়বনি। শৈলী ৱাহৈ অসি শীল হায়বা ৱাহৈদগী শেম্বনি। শীলা অর্থদি স্বভাব, মীওইবগী থাদোকপা য়াদ্রবা হৈনবা মওং মতৌ, লীজৎ শাজৎপু খঙ্নৈ। অ দুনা সাহিত্যদা অইবা মশক খঙ্গে হায়রবদি মাগী শৈলী খংদবা য়াদে। মী অমগা মী অমগা অনী খেন্নবসি মাগী মাগী স্বভাব (শৈলী) খেন্নবগী মতুং ইন্না খেন্নে। খুদম ঐগী ইমানা কৌবা নত্ত্রগা ঐগা য়াম্না লুনা খংনবা মীগী স্বাভব খঙবনা মরম ওইদুনা মখোয়না ঙাংবা মতমদা, মাসি, ঐগী ইমানি, মসিনা ঐগী মরূপনি, হায়বসি ইরাই লায়না হেক্তমক খঙই। মী অদুগী স্বভাব (শৈলী) খঙবদগীনি। ঐগী ইমানা ইবুঙো, কৌবগা অতোপ্পাগী মমানা কৌবা মকৌগা অনীসি তাবদা মসিনা মীগী মমানি হায়বসি ইরাই লাইনা হেক্তা খঙবা ঙম্মি। অদু মচানা মমাগী শৈলী খঙ্বদগীনি।

মতৌ অদুগুম্না অইবা অনীগী খেন্নবসি অইবশিংদুগী শৈলী খঙ্লগদি ঐখোয়না মাদুদি অদুগুম্বা অইবদুগী ৱারেংনি, শৈরেংনি হায়বসি, ইরাই, লাইনা খঙবা ঙম্মি। অদুনা অইবদুনা তোয়না শীজিন্নবা ৱাহৈ ৱাতা, অমদি মাগী হৈনবা খুৎফোংদোক্কী মওং মতৌশিংদুনি।

মণিপুর সাহিত্যদদা হিজম অঙাহল অমদি খ্বাইরাকপম চাউবগী ৱাবেং, শৈরেংদা খেন্নবসি (শৈলী)

হিজম অঙাহালনা মাগী (Theme) অসি মৈতৈগী মহৌশাগী ৱারীশিংদুনা (মোইরাং কংলৈরোন) গুম্বসি লৌগল্লি। ৱাহৈ-ৱাতাদা মৈতৈলোনগী ৱাহৈশিংসি শৈহেক শৈদা চান্নবা য়েংদুনা থুগায়দুনা শীজিন্নগল্লি।

মানা ঐখোয়গী সংসকৃতিসি তোপ্পা পুথোক্লনবা হোংনৈ। চাউবনা ভাবতকী মরু ওইনা সংস্কৃত, বঙ্গালী সাহিত্য পাক-চাওনা নৈনরম্বনা মাগী খ্রাখল মীংয়েংদা খন্না পাকচাওনা য়েংবাগুম ত৷ৌই। মাদু হ্যাপচিন্দুনা মণিপুরী সাহিত্যবু হেন্না পাক-চাওবা মচাক অমা ওইহল্লি। মাগী লোলদা ফজরবা সংস্কৃত, বঙ্গালী থেক্লুনা অনৌবা লোলগী খুৎফোংদোক অমা খুদোল তন্নসি।

# শব্দশক্তি

ধ্বনি সম্প্রদায় মমূৎতানা খঙ্নবগীদমক্তা শব্দশক্তি নীংথিনা খঙবগী তঙাইফদবা লৈ।

"সুখার্থাঃ সর্ব্বভূতানাং প্রবৃত্তিঃ" জীব পুম্নমক অসি হেক পোকপদগী হৌদুনা নুঙাইবা ফংননবা হোৎনদুনতা লাকই। অদুগুম্বা নুঙাইবা খঙনবা ব্রাহে অসি আত্মা অমসুং রস হায়না খঙনৈ। শ্রুতিনা অসুম্না হায়— "নায়মাত্মা বলহীনেন লভ্যঃ" জীবগী হকচাংদা লৈবিবা আত্মা অসি ফংগে হায়ববদি হকচাংদা পাঙ্গল (শক্তি) লৈতবা য়াদে। অদুনা আত্মা ফংননবগীদমক্তা পাঙ্গলগী (শক্তি) তঙাইফদবগুম সাহিত্যদা লৈবিবা নুঙাইবা -রস হায়বসি ফংগে হায়রবদি শব্দশক্তি খঙদবা য়াদে।

সাহিত্য ক্ষেত্রদা আনন্দ ফংননবগী অমত্তা ওাইরবা উপায়দি সাহিত্যনি সাহিত্যসি শব্দ অমসুং অর্থ অনীনা পুল্লগা শেম্বনি। শব্দ অমসুং অর্থগী মশক ওইরবা সাহিত্যবু মমূৎ তানা খঙলবা মতমতদা আনন্দ (রস) ফংবা ঙম্মি। সাহিত্য খঙগে হায়ববদি অহানবদা শব্দ খঙদবা য়াদে। শব্দ অদু অহানবদা তাগনি, হেক ত৷াগা মদুগী অর্থ খঙনবা হোৎনগনি। মতাং অসিদা শব্দনা করি করি অর্থ থোকহনবা ঙম্বগে হায়বা শক্তি অমা শব্দশিংদা লৈ। মদুনা সাহিত্য "শব্দার্থ সম্বন্ধঃ" হায়বদি শব্দ অমসুং অর্থ অনিগী তৎনবা য়াদ্রবা মরি অদু শক্তি হায়না খঙনৈ। শব্দশক্তিবু ব্যাপাব, বৃত্তি হায়রগসু খঙনি।

সংস্কৃত সাহিত্যদা শব্দশক্তিগী ইতিহাস অসি লম খুদিংদগী য়াম্না পাক চাওনা নৈনরকই। মক ওইনা নৈয়াযিকশিংগী মত মতূং ইন্না

শীজিন্নরম্বা শক্তিবিচার, মীমাংসকশিং অমদি বৈয়াকরণিকশিংগী মত কয়া অমগী ইহিহাসসু লৈখি। মতাং অসিদা মাদু নৈনবা তারবদি পীরুবা লেখ অসিদা ওইথোক্কে।

সাহিত্য শাস্ত্রদা অভিধানচিংবা শব্দশক্তিশিং শীজিন্নবদি আনন্দবর্ধন, মম্মট, বিশ্বনাথ, অপ্পয়দীক্ষিত অমসুং জগন্নাথ অসিনচিংবনা অথোইবনি। সাহিত্যকশিংগী মতুংইন্না হৌজিক শব্দশক্তিগী মরমদা নৈনসি ঃ—

শব্দ অমা লৈরবদি মদুগী অর্থ অমা লৈবা তাবনি। অদুগুম্বা শক্তি অদুনা মরম ওইদুনা শব্দগী মনুংদা লৈবা অর্থ অদুবু মপুংফানা ফোংদোকপা তারবদি, অদুগুম্বা শক্তি অদু শব্দশক্তি হায়না খঙনগনি। মতাং অসিদা খরগা পাকচাওনা হায়বা তারবদা "রামনা ফি শাই" ৱারেং অসিদা "ফি" হায়েবা পোৎসি ওইরকপদা থবক মরম অহুমখক তঙাইফনা চংই — (i) অহানবদা ফি পুথোকপদা লং, য়োংখম, পাঙদেম, ফিশাবা মী মখোই অসি মরম (মচাকশিং) নি। অদুনা মখোয় অসি কারণ (Cause) হায়না কৌই। (ii) অনিশুবদা "ফি" হায়বসি কার্য্য (Effect), হায়বদি থবক্কী মহৈনি। (iii) অহুমশুবদা ফি অদু শাবা মী য়াওব্রবদি -লংনচিংবা পোৎ লৈদুনসু থবক ওইবা য়াদে। অদুনা অদুগুম্বা পোৎ অদু ওইহন্নবগী শুবানোম্বনচিংবশিং তঙাই ফদনা চংই। মদুবু সাহিত্যদা শব্দনা অর্থ পুথোকপদা চংবা শব্দশক্তি হায়বদুনি।

অদুনা অদুগুম্বা শব্দশিংসি মখল অহুমথোক্লা খায়দোকই ঃ— (i) বাচক, (ii) লক্ষক, (iii) ব্যঞ্জ শব্দ মখল অহুম অসিনা অর্থ মখল অহুম থোকহল্লি — (i) বাচ্য, (ii) লক্ষ্য, (iii) ব্যঙ্গ্য, অসিগুম্বা শব্দগী অর্থ থোকহন্নবদা শব্দগী শক্তি মখল অহুম শীজিন্নৈ — (i) অভিধা, (ii) লক্ষণা, (iii) ব্যঞ্জনা। মসি মথক্কী ফিশাবদা লংদগী ফি ওইরকপদা চংবা পোরমশিং (Process) শিং খুদম ওইনা খংগদবনি।

শব্দগী শক্তি মখল অহুমগী মমিং মথক্তা পনপ্রে। হৌজিক মখোয়শিংদুগী মরমদা নৈনসি ঃ—

## (১) অভিধা

*তত্র সংকেতিতার্থস্য বোধনাদগ্রিমাভিধা।*

শব্দগী মশাগী মরুওইবা অহানবা অর্থদু খঙহন্নহায়বদি ব্যাকরণ

অমসুং শব্দকোষ (Dictionary) নচিংবদা ফংলিবা শব্দগী অর্থ অদু খঙনহনবদা শীজিন্নবিবা অহানবা শব্দগী শক্তি অদুবু অভিধা হায়না খঙনৈ খুদম — "গধা" হায়বা ৱাহৈসি হেক তাবদা ঐখোয়গী মাংদা মখোং মরি পানবা শগোলগুম্বা শা মখল অমা হেক্তা নিংশিংহল্লি। "গাধা" হায়বা ৱাহৈ অসিনা কৈদৌঙৈদসু দলাল, চীং, তুবেললনচিংবা থক খঙনদে। অদুগুম্বা শব্দগী শক্তি অদুনা কবিগুম্বা শব্দ অমগী অর্থ অদু ব্যাকবণ, শব্দকোষ নত্ত্রগা হান্নগী চংনবিদগী তাদুনা, খঙনদুনা লাকহন্নবা ঙস্লবদি অদুগুম্বা শক্তি অদু অভিধা হায়না কৌই।

অভিধা হাযবা শব্দশক্তি অসি মখল অহুমথোক্লা খাযদোকই — (i) ৰূঢ়, (ii) যৌগিক, (iii) যোগৰূঢ়।

**(i) ৰূঢ়ঃ** — কবিগুম্বা ৱাহৈ অমা হেক ফংবদা, ফংলিবা ৱাহৈ মদু মচেৎ হেক খাযদোকপদা মশাগী অপুনবা শক্তমগী অর্থ অদু মাংহল্লি। অদুগুম্বা মচেৎ খাযদোকপা য়াদবা ৱাহৈ অদু ৰূঢ় হাযনা খঙনৈ। খুদম — গধা গ+ধা অসিগী অর্থ তোঙান তোঙান্নবসু লৈতে, হেক পুল্লবতদা মাগী অর্থ অদু লৈজে।

**(ii) যৌগিক ঃ**— কবিগুম্বা ৱাহৈ অমবু তোঙান তোঙান্না খাযদোকপদা মশাগী তোঙান তোঙানবা অর্থ লৈজবা বাহৈশিংনা পুন্সিনবা অদুগুম্বা ৱাহৈ অদুবু যৌগিক হান্নো খংনৈ। খুদম — "চাক থোংবা" ৱাহৈ আসদা চাক + থোংবা বাহৈ অনি পুল্লগা চাকথোংলিবা (পুজারী) খঙনহল্লি।

**(iii) যোগৰূঢ়ঃ**— ৱাহৈ অদু শেম্বদা যৌগিক (তিনশিন্নব) অদুগা অর্থদনা ৰূঢ় ওইবা অদুগুম্লবা ৱাহৈশিং অদুবু যোগৰূঢ় হাযনা খঙনৈ। খুদম—উনৌ, ৱাহৈসি – উ + ‑নৌবা, অনৌবা ময়োন চোংখৎপা পোৎ পুম্নমক খঙনগনি। অদুবু অসিগুম্বা পাকচাওবা অর্থ অসি লৌদদুনা সুপ্নগী ৱাগী ময়োল চোংখৎপদবু খঙনহল্লি। মসিগুম্বা ৱাহৈশিংসি যোগৰূঢ় হায়না খঙনৈ।

## (২) লক্ষণা

*মুখ্যার্থবাধে তদ্যুক্তো যযান্যোহর্থঃ প্রতীয়তে।*
*রূঢ়েঃ প্রয়োজনাদ্বাসৌ লক্ষণা শক্তিবর্পিতা ॥ ৫*

বাহৈ নত্তগা বাহৈংপরেংগী মশাগী হান্নবা লৈজবন্বা অর্থ অদু থাদোক্লগা অতোপ্পা অর্থ অমা খংহনবা মতমদা শীজিন্নবা শব্দগী শক্তি অদু লক্ষণা হায়না কৌই। খুদম — "রাম গধানি" বাহেং অসিদা "গধা" হায়বা বাহৈ অসিনা মখোণ্ড মরি পানবা শগোলগুম্বা শাদু খঙনদদুনা "অপংবা" হায়বা অর্থ অমা পুখোক্তুনা খঙনহল্লি। গধা হায়বা বাহৈ অসি শব্দকোষ (Dictionary) শিংদা কয়ারক হন্না থিদুনসু অপংবা হায়বা অর্থসি খক ফংবা ঙম্লোই। মতৌ অসিগুম্বা মৈতৈগী চংনবী পাউরৌ কয়াসি লক্ষনা হায়বা শব্দশক্তিদুনা খঙনহনবা অর্থশিংনি।

সাহিত্যদর্পণ ইবম্বা বিশ্বনাথনা লক্ষনাগী মখল অসি ৮০ থোক্লা খায়দোক্তুনা য়াম্না কুপ্না নৈনবম্মি।

---

## (৩) ব্যঞ্জনা

*বিরতাস্বভিধাদ্যাসু যযার্থো বোধ্যতে পরঃ।*
*সা বৃত্তির্ব্যঞ্জনা নাম শব্দস্যার্থাদিকস্য চ॥ ১২*

সাহিত্যদর্পণ

অভিধা অমসুং লক্ষণা শক্তি অনিসিনা মাগী মাগী শক্তিতনা হায়নিংবা অর্থদু ফোংদোকপা ঙমদ্রবদা অদুগুম্বা শক্তি অদুনা ফোংদকোকিলবা অর্থ অদুবু ব্যঙ্গ্যর্থ হাযেনা কৌই, অদুগা ফোংদোকপদা শীজিন্নবিবা শব্দগী শক্তি অদুবুনা ব্যঞ্জনা কৌই। ...

ব্যঞ্জনাগী অর্থদি (বি + অঞ্জন + আ) থোইদোক্লা অঞ্জননা থাম্লবা হায়বনি। অঞ্জন (কাজন) হায়বগী অর্থদি মীৎখী দোষবু কোকহন্দুনা মীৎপু তক তহেনহনবা হায়বনি। শম্না হায়বা তাবথদা মশক মতৌ ফজবগী নুপীশিংনা মমিত্তা কাজল থাবসি মীৎকী ফজহনবতা নত্তনা ইংতনবা অমদি মীৎকী অমোৎপবু শেংদোকহনবগী, (শেংনা, লানা লৈহন্নবগী) থবকশিং পাংথোকই। মতৌ অদুগুম্বা ব্যঞ্জনা কৌবা শব্দশক্তি অসিনসু বাচ্যার্থ অমসুং লক্ষ্যার্থ অনিনা ফোংদোকপা ঙমদ্রবা মনুংদা লোত্তুনা লৈবিবা অর্থ অদুবু ফোংদোকপা ঙমহল্লি। খুদম ওইনা হায়ববদা "নুমিৎ তাবে" বাহৈসি হেক তাবদা শান্নবম্বা অঙাংশিংনা শান্নবা থাদোক্তুনা ময়ুমদা চংলগা থাওমৈ থানবা, ধূপ থানবা অমদি লাইবিক লাইশু

তৌবনচিংবা থবকশিং পাংথোকই। অদুগা অহল ওইবশিংনা লাইতিন খুরুম্বনচিংবা থবকশিং তৌই। অদুগা হুবানবা কাংবুনা হুরানবা চংপা মতম ওইবে হায়বগী অর্থ অসি খণ্ডনহল্লি। অদুনা শব্দসিদা য়াওবিবা মশাগী শব্দশিংগী অর্থ, অদুবু অমদি অতোপ্পা লক্ষ্যার্থবুসু থাদোক্লগা অতোপ্পা অর্থশিং পী। মসিগী মরু ওইবা মখল অনী থোক্লা থায়দোকই— (i) শাব্দী ব্যঞ্জনা, (ii) আর্থী ব্যঞ্জনা। মখোযশিংসিগী অমুক মখল কয়া থোক্লা থায়দোকই।

লক্ষনা অমসুং ব্যঞ্জনা অনীগী খেন্নবসি তেন্না খংজিনসি লক্ষনাশক্তিদি মুখ্যার্থ হায়বদি বাচ্যার্থগা কবিগুম্বা অমা নত্তগা কবিগুম্বা অমদি শোয়দনমক মবি লৈনগনি। তৌইগুম্বসুং ব্যঞ্জনা শক্তিদি মুখ্যার্থগা মবি অমত্তা লৈনদে। মখোয় অদুদগী তোপ তোপ্পা অর্থ অমা থংনহল্লি।

---

## (৪) ধ্বনি সম্প্রদায়

**হৌদোক্লবা মীশকঃ—**

কাশ্মীরগী সম্রাট অবন্তিবর্মাগী শাসন কালদা রাজপণ্ডিত ওইনা খৃঃ ৮৫৫-৮৪ পালম্বা, লৈবম্বা আনন্দবর্দ্ধননা ভারতীয় কাব্যশাস্ত্রগী শাংলবা ইতিহাসদা (History of Indian Literary Criticism) ধ্বনিসম্প্রদায়গী তাঙ্কক অমা হাপচিলম্মি। মসিনা সনাগী মথকতা তম্ফা থিনবগুম তোপ তোপ্পা মগুণ অমা হাপকংলম্মি।মহাক্লা কাব্য নত্তগা সাহিত্যগী নুংদা মতম শাংনা ফৃগায়বা ওমদনা থৃগুনা লৈবক্লবা ধ্বনিগী মশক অদু ফুদোক্লুনা সমালোচনাগী জগত্তা তাঙ্‌লবা খুদোল অসি তম্বীবম্মি।

সাহিত্যদা লৌনবা ধ্বনিগী অর্থদু খুদমগা লোয়ননা শুগায়না লৈনসি।

মীওইবনা লম খুদিংমক্তা চাওথৎপগী খোঙথাং থাংজিল্লকপগা ঈরোয়ননা, অযুক নুমিদাংগী ওইনা ঙাংনা-শক্লবা ফাওবদসু (লা-চন্দবা অমদি লা-চনবা সাহিত্যশিংদা) অচম্বা বাহৈ বাতাতমক শীজিন্নবসি পান্নক্তে। অদুনা পানগী অচম্বা অর্থ চেনবা বাহৈ বাতগী মহততা পাউবৌ, পাউতাক, পাখোং অমদি প্রমাণ-পাচ্ছে নচিংবা ম্লাংগী তোপ তাপ্পা অর্থ ফোংদোকপা (Suggestive measing) ওম্বা বাহৈ-বাতা শীজিন্নবা হৌবকখি। মদু

তাখুনা শীজিন্নববতদা ৱা-ঙাংলবা অমদি অতাবা, অইবা অমদি অপাবশিংগী মবক্তা হায়ানখাই লৈতনা পূন্না নুঙাহবা অমা ফাওমীন্নবাম্ম। অসুন্না ৱাহৈ অমসুং আর্থদুনা পানগী ওইবা আর্থদ্ থাদোক্লগা নুংগী তোপ তোপ্পা অর্থ ফোংদোক্কুনা শীজিন্নবদ্‌বু সাহিত্যদা ধ্বনি হায়না কৌনৈ।

মৈতৈ ধ্বনিসম্প্রদায় পৃথোক্লম্বা আনন্দবর্দ্ধনগী মোং মতুং ইন্না ধ্বনিগী অর্থ নৈনদুনা য়েংসি ঃ

*যত্রার্থঃ শব্দো বা তম র্থমুপসর্জনী কৃতস্বার্থৌ।*
*ব্যংক্তঃ কাব্যবিশেষঃ স ধ্বনিরিতি সূরিভিঃ*
*কথিতঃ (ধ্বন্যালোক ১।১৩)*

কাব্যশাস্ত্রদা শব্দ, অর্থ অমসুং কাব্য বাহৈ পাহৈপরেং অমসুং কাব্য ... লক্ষিত অদুগী অর্থদুনা মশাগী পানগী অচম্বা আর্থদ নত্তনা মাদগী ... তোপ্পগী অর্থ অমা ফোংদোক্লবদি মাদুবু সাহিত্যদা ধ্বনি হায়না কৌনৈ। অসুন্না য়েহৈতিঙদগী ... । আনন্দবর্দ্ধননা ধ্বন্যালোক কৌবা কাব্যশাস্ত্র অদুদ ধ্বনিগী অর্থসি নথক্কী অসুন্না পীরম্মি।

অযুক নুমিদাং শীজিন্নবা ৱাহৈ ৱাতাশিংদগী খুদম শবদং লৌখত্না য়েংসি: কনাগুম্বা মুমগী অহল অমনা মাগী ইমুংগী মচা মশুনাচিংবা মুমগী মীশিংদা "নুমিৎ তালে" হায়বদা খঙ্নবসি অর্থ মখল অনী শুই। অহানবা পানগী অর্থ। "অনীশুবা নুংগী অর্থ অমা। পানগী আর্থসিনা সুপ্পা নুমিৎ কৌবা অবংবা নোংথক্তা থোকপা গ্রহ মখল অমা মীৎনা উবদগী ৱাংমদা লৈখ্রে হায়বসিনি। মসিনা ঐখোয়গী মপান্না আর্থদুদ নত্তে।

ঐখোয়না পান্নবা আর্থদি অনীশুবা মখলগী অর্থ-লমহাংদা চাখিবা শা ঈরোইশিং হোইজিনবা, ইমুং নঙ্গেল খাই শীৎচিনবা, মপান্দা শান্নখিবা অঙাংশিং কৌশিনবা, ধুপ থাওমৈ থাবা, চাক ঈশিং থোংবা অসিনাচিংবা থবকশিং পাংথোক্লো হায়বসিনি। অসিগুম্বা অনীশুবা আর্থসিনি সাহিত্যদা ধ্বনি হায়না কৌনবিবসি। অতোপ্পা খুদম অমসু অমুকসু য়েংসি চাকচা হৈঙ্গানবা অমদি উৎসব মেলানাচিংবদা "শূম য়েল্লু" হয়বর্বাদি চাবিবাশিংনা খঙ্নবিবদি চাবা তোক্লবা তৌবো, মখা শংথনা চাবগনু, মীয়াম

হৌগৎনববগনি, চাবা লোয়বগা ক্না, দক্ষিনানচিংবা লৌননবা হোৎনবো হায়বনি। চুম্নগী পানগী আর্থ "থুম যেল্লে" হায়বগী অর্থদু লৌনদে। অসুম্না অয়ুক্কী নুমিদাংগী ঙাংন-শক্লবদা ধ্বনিসি য়াম্নমক হাপ্তুনা শিজিন্নবি। মাদুতদা নুঙাইবা ফাওনবি, পেন্নবি।

**লা-চনবা সাহিত্যদগী খুদম অমত্তংদগা য়েংসি ঃ—**

*মীওইবা লৈত্রে মিংসে তাইবংসিদা*
*শিগ্রে মথব্রাই মখোয়গী*
*উরিবসি কন্নানো অদুদি*
*শাদগীসু হেন্না শাথীবা জীবনি*
*হন্দক্তা নৌনা থুংলবা*
*মখোয়গী মমিং থোল্লক্তে।*

**ইবোপিশকঃ— "অনৌবা থুংলবজীব"**

কবিগী অপাম্বা অর্থদি হৌজিক্কী মতমগী মণিপুবী সমাজগী মীওইশিংসি মীওইবগী লীচৎ যাওদ্রে, অদুনা মখোযশিংসি শাদগী হেন্না তোল্লবা জীবশিংনি। শাদি মশাবু কঞ্জননবা খুজিল অমদি ময়াফাওবদা ওইববসু য়াওবি। হৌজিক্কী মীদি মাদুসু যাওদ্রবা শাদগী হেন্না তোল্লবা মশাফাওবা ঙাকথোকচনবা উপায় লৈত্রবা জীবনি। অসিনি নুংগী অর্থদি।

ধ্বনিকাব আনন্দবধনাগী মতমসি সংস্কৃত সমালোচননাগী যাম্নমক চাওখৎলবা মতমনি। মতমসি ফাওবদা দার্শনিক সমালোচক কয়ানা ধ্বনি শিজিন্নখি। ধ্বনিগী অর্থসি সাহিত্যদা শীজিন্নদ্রিঙৈগী মমাংদা তোঙান তোঙানবা শাস্ত্রশিংদা নৈনদুনা লৈগ্রে হাযবসি যাম্নমক বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা পীননবা হোৎনবকখি।

ধ্বনিকাবনা ধ্বনিগী যুম্ফম মবাচেৎনা থম্নবা লৌবম্বা লমশিংদু নৈনসিঃ—

**(ক) ব্যাকরণগী মীৎয়েংদা ধ্বনিগী অর্থঃ—**

কবিগুম্বা ব্বাহৈ অমা হেক উবা নত্তুগা তাবদা ব্বাহৈ অদুগী ব্বাট, প্রিফিক্স অমদি সফিক্স (ধাতু, উপসর্গ, প্রত্যয) করিনো, মাদুগী অর্থনা কবিনো, হাযবসি খঙবদা ব্যাকবণগী মতেং তঙাইফদনা চঙই। অদুনা অহানবদা ব্যাকবণগী মীৎযেংদা ধ্বনিগী অর্থ মবৌসি তঙাইফদনা খঙদবা য়াদে।

'ধ্বনি' সংস্কৃতকী ধ্বন+ই হায়বদি ধ্বন ধাতুগী মখাদা কৃদন্তগী 'ই' প্রত্যয় তৌরগা থোরক্পা ভাবের্ল নাউননি। মসিগী অর্থদি খোঞ্জেন হায়বনি। অর্থ থোকপা শাব্দ অমা শেন্নদা অর্থ য়াওদবা তোঙান তোঙানবা খোঞ্জেনগী Unit কয়া চঙই। অদুগুম্বা অর্থ য়াওদবা খোঞ্জেনগী Unit অদুবু ব্যাকরণদা ধ্বনি হায়না খঙনৈ। ব্যাকরণগী ধ্বনিগা সাহিত্যগী ধ্বনিগা অনীগী অর্থ অসি য়াম্নমক খেন্নৈ। অদুবু মান্নবা শরুক মচেৎ খরদি য়াওই। আনন্দবর্দ্ধননা অদুগুম্বা মান্নবা শরুকশিংদুতংদং ব্যাকরণ শাস্ত্রদগী লৌদুনা মাগী সাহিত্য শাস্ত্রদা শীজিন্নৈ।

পানিনি ব্যাকরণবু য়াম্না লাইনা খঙননবা হোৎনবীরম্বা মহাভাষ্যকাব পতঞ্জলিনা ধ্বনিগী অর্থ অসুম্না পীঃ

> 'স্ফুট্যর্থো যস্মাৎ, প্রতীতপদার্কো
> লোকে ধ্বনিরিত্যুচ্যতে''
> (ব্যাকরণ মহাভাষ্য প্রথমাহ্নিক)

অর্থ য়াওদবা খোঞ্জেনশিংগী মঁপে অদুনা পুল্লবতদা অর্থ থোকপা শব্দ অমা থোকহল্লি। অদুগুম্বা অর্থ থোকনবগী মচাক ওইরিবা খোঞ্জেনগী মচেৎশিং (Unit) অদুবু মীয়াম্না ধ্বনি হায়না খঙনৈ। ব্রাফমসি খর হেন্না খঙননবা হায়রবদা ফি অমা হায়বসি তোঙান তোঙানবা লংলা কয়া পুনশীল্লবতদা ওই। লং য়াওদনা ফি ওইবা য়াদবাগুম খোঞ্জেনগী Unit শিংসি য়াওদনা অর্থ চেনবা শব্দ অমা খক ওইথোক্তে। খুদমঃ— 'ফৈজোম' ব্রাহৈ (শব্দ) অসি শেন্নদা ফৈ হায়বা আর্থ য়াওদবা খোঞ্জেন অসিগা জোম হায়বা অর্থ য়াওদবা খোঞ্জেনসিগা অনীসি পুল্লগা অর্থ চেনবা "ফৈজোম" অসি ওইখি।

আনন্দবর্দ্ধননা ব্যাকরণ শাস্ত্রাগী লৌরুরিবা মচাকতি সুপ্না অর্থ য়াওদবা খোঞ্জেনশিংবু থাদোক্লগা, অর্থ য়াওদবশিংনা পুনশিল্লগা থোকপা অর্থ য়াওবা শব্দ অদুবুনি। সাহিত্য শাস্ত্রদা ধ্বনিনা পানগী অর্থ থাদোক্লগা, নুংগী আর্থ লৌবাগুম লৌবতনি।

**(গ) ভারতীয় সাহিত্যগী মীৎয়েংদা ঃ—**

ভারতবর্ষয়দা বেদ, সংহিতা, আরণ্যক, উপষিদ্ অমসুং বেদাঙ্গনিনাচিংবা

লাইবিকশিংসি কাব্য নত্রগা সাহিত্য হাযনা খঙনবমদে। ভাবতকী অহানবা কাব্যদি বামায়ণনি, অদুগা বাল্মীকিনা অহানবা কবিনি হাযনা লৌনৈ। অদুনা ভাবতকী অহানবা কাব্য বামাযণ ইবগী মবম নৈনবদগী ধ্বনিগী ফজববা খুদম ফংই হাযবসি ধ্বনিসম্প্রদায হৌদোক্লম্বা আনন্দবর্দ্ধননা মাগী ধ্বন্যালোকতা ফোংদোক্লম্মি।

বাল্মীকিনা নোংমা তমসা তুবেলদা কাংভা লাব। অমোম তুমা অমা কেন্নদুনা, হবাও তযান্না শান্নবদু উখি। খঙ্ক্টৌদনা শাদানবা অমনা অনোনী মবক্তুগী লাবা অদ মাগী থৌববা তেংনা থাদুনা হাত্তোকপিবে। থৌদোক অদুদা কাংঙা অমোম অদুদা খাওখিবা অযাবা নুংঙাইতবা অদুস্মক বনিনী থস্মোইদসু ফাওখি। খঙক্টৌদনা অদ্ঙম্না অবাবা (শোক) স্থাযিভাব অদুনা বিভাব, অনুভাব, সথাবিনাচিংবা ভাবশিংদুগা পুন্নগা কাবগী থস্মোযদা করুন বস পোক্লভুনা খঙক্টৌদনা হাযদোকখ ঃ—

*মা নিষাদ প্রতিষ্ঠাং ত্বমগমঃ শাশ্বতী সমাঃ।*
*যৎ ক্রৌঞ্চমিথুনাদেকমবধীঃ কামমোহিতম্ ॥*

হে শাদানবা ! নংহাক নপুংসি চুপ্পা নুঙাইবা কৌবদা ফংলগনু মবমদি হবাউ-তযান্না কেন্নদুনা চাকতান্নিনবিবা কাঙা তুমাদুগী লাবা অদুতবু শেন্থুনা হাত্তোকপাবে।

মতাংসিদা কবিগী থস্মোইদা ফাওখবা শোক কৌবা স্থাযিভাব অসিমক্না করুনবস ওইখিদুনা মথক্কী শ্লোকসি ওন্থোকখি। অদুনা শোক কৌবা স্থাযিভাবকা লোযনবা ভাবশিং অদুনা মখোযগী তোঙান তোঙানবা শক্তমশিংদু থাদোক্লগা করুন রুসসি ওনখিবনি। অদুনা শোক অমসুং মাদুগা লোযনবা ভাবশিংসি পানগী ওইবা অর্থ অদুনি, অদুগা করুণ বসগীনা নুংগী অর্থ চেনবা ধবনি হাযবদুনি। অদুনা করুনবসনা মপুংওইবা বামাযণবু ধ্বনিকাব্য কৌবিবনি ।

**(খ) দর্শনগী মীৎয়েংদা** ঃ— যেলহৌঙৈদগী হৌনা ভাবতবর্ষগীদি কবিগুম্বা হীবম অমা হেক নৈনবসি দর্শণ শাস্ত্রগী মীৎযেং অমসুং ব্রাখলদা যুম্ফম ওইদুনা লাকই। অদুনা আনন্দবর্দ্ধননা মাগী ধ্বনি সিদ্ধান্তসি শেমগৎপদা দর্শণ শাস্ত্রগী মীৎযেং অমসুং ব্রাখল লৌশীলম্মি।

ভাতরকী দর্শণগী পরম্পরাদি সংসারগী লৈরিবা প্রকৃতি অমসুং খুৎশেমগী পোৎলমশিংসি উরুবগা মসিগী মকমদা শেম্বিবা কনাগুম্বা শক্তি লৈরবা শক উদবা অমা লোত্তুনা লৈ হায়না খন্দুনা মাদুবু ফংননবা মখল মথেলগী যুক্তি প্রমান কয়াগী মতেং লৌননবা হোৎনৈ। মাদুগুম্বা মতাংদা দার্শনিকশিংনা ব্যঞ্জনা অমদি অভিব্যক্তি হাযবা ৱাহৈশিংসি শীজিন্নৈ। ব্যঞ্জনা নত্রগা অভিব্যক্তিগী আর্থদি করিগুম্বা যুখল নর্ত্তুগা পর্দার মকমদা লোত্তুনা লৈবা পোৎ অমবু যুখল অদু হায়দোক্লগা, মাদুগী মনুংদা লৈবা পোৎ অদু শঙ্ শঙ্না পুথোক্তুনা খঙহন্নবগী পান্বৈ হাযবনি।

আনন্দবর্দ্ধনা দর্শণ শাস্ত্রগী ব্যঞ্জনা হায়বা শক্তি অসিমক শীজিন্নবিবা শব্দশক্তি মখল অহুমগী মনুংদা অরোইবা ব্যঞ্জনা শক্তিদা য়ুম্ফম ওইনা লৌদুনা ধ্বনিগী অর্থ শীজিন্নৈ। হায়বদি শকউদবা শক্তি লৈববা অদুবু পর্দাব হায়দোক্লগা তশেংনা খঙবা অমদি উবাগুম মাগী পানগী পার্দাবগী মশক ওইরবা বাচ্যার্থদু হায়দোক্লগা নুংদা লোত্তুনা লৈরিবা ব্যঙ্গ্য আর্থদু ফোংদোকই। মসিনি আননন্দবর্দ্ধনা দর্শণ শাস্ত্রদতাগী লৌরুবা কান্নবদি ভারতকী অহানবা কাব্য রামাযণদগী হৌদুনা হৌজিক ফাওবদা ইনবিবা অৱাংবা থাক্কী কাব্য নত্রগা সাহিত্যশিংদা শীজিন্নবা তোপ তোপ্পা মওং হাযবদি পানগী বাচ্যার্থদা খোঙ্নেৎফম ওইরগা নুংগী অর্থ ফোংদোকপগী পবম্পরাদু মাগী ধ্বনি সিদ্ধান্তসিদা হাপচিন্দুনা হেন্না মরা চেৎহল্লি। অসিগুম্বা সাহিত্যিক পরম্পরাসি মাগী ধ্বনি সম্প্রদায়গী য়ুম্ফম ওইহল্লি। মসিনা মাগী সিদ্ধান্তসি মীয়ামগী হেন্না পাম্নফম ওইরি।

(৫) শব্দ শক্তি অহুমগী মনুংদা ব্যঞ্জনা কৌবা অহুমগুবা শব্দশক্তিদা ধ্বনিগী য়ুম্ফম ওই। অদুনা ব্যঞ্জনা শক্তিনা খঙ্হনবা আর্থসি ইচম চম্বা মীওইশিংগী মফমদা ইরাই লাইদে। মবমদি মাদু পুথোক্লিবা কবি নত্রগা সাহিতকা অমদি মাদুবু শীজিন্নরিবা অপাবা নত্তুগা অতাবশিংসু প্রতিভা (পীথোরকপা অথৌবা বুদ্ধি), কল্পনা (অনৌ, অনৌবা ৱাখল খন্দুনা পুথোকপা), অভ্যাস (হোৎনবগী শক্তি) লৈবা তাই। অসিগুম্বা প্রতিভা কল্পনা অমসুং অভ্যাস মখল অহুমসিবু পোক হন্ননবগী মচাক ব্যঞ্জার্থবু ধ্বনি সম্প্রদায়গী য়ুম্ফম ওইহন্দুনা মীয়াম্বু হেন্না শীংহন্নবগী লম্বী য়াৎপীবম্মি।

(৬) অফাওবা কবিশিংদা থোইদোকপা কবিগী প্রতিভা তঙাইফদনা!

চঙই, মতৌ অদুগুম্বা কবিপ্রতিভাদগী থোবকপা ধ্বনিগী অর্থ (নুংগী অর্থ) অদু অপাবশিংনা খঙ্নবা হোৎনবদা কল্পনাগী মতেং তঙাইফদনা চঙ্ই। অদুনা কবি অমসুং পাঠক (অপাব) অনীমক প্রতিভা, কল্পনা অমসুং অভ্যাস লৈহন্ননবগীদমক্তা ধ্বনি সিদ্ধান্ত পুথোক্লম্বনি।

(৭) ধ্বনিনা কবিগুম্বা নুংদা মচেক ময়ানা থুপ্পুনা লৈবা, অদুগা পান্দা ফোংদোকপদদি ব্রাৎপা অদু মচেক-মযানা যৈদুনা ফোংদোক্লে। শম্না হায়ববদা মমা-মপা, গুরু-শিষ্য, মচিম্ননাওনচিংবা শিষ্ট সমাজদা ফোংদোক্তবদি যাদবা, অদুবু পানগী বাহৈনা ফোংদোকপদি ফজদবা মতাংদা ধ্বনিগী মতেংনা ইবাই-লাইনা পান্দমফমদু যৌহনবা ঙম্মি।

(৮) কাব্যশাস্ত্রগী অতোপ্পা সম্প্রদাযশিংদি মফম অমসুং মতমগী মতুংইন্না হিংবা শিবা নাই। অদুগা ধ্বনি সম্প্রদাযদি চিঙ্খাং অমদগী চিঙ্খাং অমদা, অযুক নুমিদাংগী শীজিন্নবদা, লাচন্দবা অমদি লাচনবা সাহিত্যদ মতম পুন্নমক্তা ঈচেল থক্কনা চেহ্রদুনা লৈবি। মসিনা তাকপাদ ধ্বান সম্প্রদাযসি মীযামগী অপাম্বা পীদুনা লাক্লি হাযবনি।

অবোযবদা হাযগদবদি ধ্বনিগী কান্নবা অমদি মাগী ঈথিল অসি সাহিত্য নত্রগা কাব্যশাস্ত্রগী ঈতিহাসদা মফম মতম নাইদনা মীযামগী অপাম্বদু ওইদুনতা লৈখিগনি।

(৯) ধ্বনিনা পব খ্বাইদগী কান্নবদি ব্রাহৈ থবতনা অর্থ যাম্না ফোংদোক্তুনা মতম অমসুং মফম কন্দুনা খাম্নমক বৈজ্ঞানিক ওইবা থৌদাং পাঙ্থোকপনি। মসি হৌজিক বিজ্ঞানগী যুগকী সাহিত্যগী খুৎফোংদোক্তা শীজিন্নবতনা মতমগা Unit খ্বাইদগী হেন্না চুন্নবা ওইবি।

ধ্বনিসম্প্রদায হৌদোক্লম্বা অমসুং শৌগৎলম্ববশিংঃ-

(খৃঃ ৮৬৬-৮৪) কাশ্মীবগী সম্রাট অবন্তিবর্মাগী শাসন কালদা বাজ সভাগী বাজপণ্ডিত ওইনা আচার্য্য আনন্দবর্দ্ধন লৈবম্মি। মহাকসি ব্যকবণ অমসুং দর্শণ শাস্ত্রগী লমদা অফাওবা মীশক অমনি। মহাক্না কাব্যশাস্ত্রগী লমদা ধ্বনিসম্প্রদায কৌবা তাঙ্কক অমা হাপলিবসিনা শাস্ত্রসিবু হেন্না মঙ্গল হাপকৎলম্মি। মানা মাগী মতমদা হৌববকপা ধ্বনিবিবোধী (ধ্বনিযাদবা) ওইবা সিদ্ধান্তশিংবু নমথদুনা মাগী ফজববা সিদ্ধান্তসি হীংগৎহল্লম্মি। মানা ধ্বন্যালোক

কৌবা লাইরিক অমা ইদুনা খুদোল তম্লম্মি। ধ্বন্যালোকসি কারিকা, (সূত্র), (ব্যাখ্যা), উদাহরন (খুদমশিং) গা লোয়নবা, উদ্যোত (অধ্যায়ব মরী থোক্লা খায়দোক্লম্মি। মাগী ধ্বন্যালোকতা মাগী মমাংদা অমসুং মতুংদা লৈখিবা কাব্যসম্প্রদায় পূম্নমক্কী মচি ওইবা শারুকশিং পুশীল্লম্মি । ভারতকী চৎনবা ব্যাকরন দর্শণশাস্ত্র অমসুং ব্যঞ্জনা কৌবা শাব্দগী শক্তিগী লোয়ননা সাহিত্যগী পারম্পরাগী যুক্ষমদা মাগী ধ্বনি সিদ্ধান্ত অসি হাপকৎলমদুনা হেন্না মরা চেৎহল্লম্মি। মাদুনা মতম মফম খুদিংদা সম্প্রদায়সিগী মফম কনবা ঙম্মি।

(খৃঃ ৯০০-১০২০) আনন্দবর্দ্ধনগী মতম অমসুং মতুংদা ধ্বনিবিরোধী (ধ্বনিয়াদবা) ওইবা দার্শনিক কয়ানা ধ্বনিগী মরূ অসি ফুক্তোক্লনবা যাম্না কন্না হোৎনবম্মি। অদুবু আনন্দবর্দ্ধনগী তুংদা মাগী শিষ্য অভিনবগুপ্তনা ধ্বন্যালোক লোচন কৌবা যাম্নমক শীংথানীঙাই ওইবা লাইরিক অসি ইদুনা ধ্বনিবিরোধীশিংগী মোৎশিংদু ককথৎলম্মি। মহাক্লা ভরতকী রস অমসুং আনন্দবর্দ্ধনগী ধ্বনি অনীসি অমগা অমগা মরী নকশীন্নবা পুশীন্দুনা অমত্তা ওইনা শেম্লম্মি। মসিমক্লা ধ্বনিসিদ্ধান্তবু হেন্না মরা চেৎহলখি তশেংনমক অভিনবগুপ্তগী "ধ্বন্যালোক-লোচন" অসি মূলগ্রন্থদগী হেন্না মরুওইবা অমনি হায়না ফাওবা তুংদা লাকপা আচার্য্যশিংনা লৌনখি। মম্মট (খৃঃ ১০৫০-১১০০) কাব্যপ্রকাশকার মম্মট অভিনবগুপ্তগী মথংদা ধ্বনিসিদ্ধান্তগী লুচিংবা আচার্য্য অমনি। মহাক্লা ধ্বনিগী মায়োক্তা লৈবা সিদ্ধন্ত পূম্নমক যুক্তি প্রমান কয়া পীদুনা ককথৎলম্মি। মহাক্লা ধ্বনিগী চাং যাম্বা অমসুং যামদবগী মতুং ইন্না কাব্যমখল অহুম থোক্লা খায়দোক্লম্মি:— উত্তমকাব্য, মধ্যমকাব্য অমসুং অধমকাব্য।

মম্মটকী মতুংদা রুয্যক, বিদ্যাধর, বিদ্যানাথনচিংবনসু ধ্বনিসিদ্ধান্তবু শৌগৎলম্মি।

বিশ্বনাথ (খৃঃ ১৪ শুবা) সাহিত্যদর্পন্দা ধ্বনিগী মরমদা নীংথিনা শৌগৎলম্মি। মানা অচম্বা অর্থদগী মচেক্লা য়ৈদুনা ফোংদোকপা পুক্লিং শুমহৎনিঙাই ওইরবা কাব্য অদুতনা খ্বাইদগী অহেনবা কাব্য হায়বদু ওই হায়না ফোংদোক্লম্মি। মহাকসি রসবাদী আচার্য্য ওইরজরবসু ধ্বনি অমসুং রসবু পুনশীন্নদুনা শেমজবা মীওইনি।

জগন্নাথ (খৃঃ ১৭ শুবা চাদা) ধ্বনিসমর্থক আচার্য্যশিংগী মনুংদা অবোইবা অমসুং অথোইবা মফম কল্লবা মীশক্তি। মহাক্না অভিনবগুপ্ত অমসুং মম্মটতগী হেন্না ধ্বনিবু মীযামগী পান্নহন্নবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌখিবা মীওইনি। মহাক্না কাব্যগী মখলসি ধ্বনিগী যুম্ফমদা শকক মবীথোক্না থাযদোক্লম্মি ঃ– উত্তমোত্ত, উত্তম, মধ্যম অমসুং অধম অসুম্না সংস্কৃত কাব্য শাস্ত্রদা ধ্বনিবু অচৌবা মফম অমা থম্নবা হোৎনবদা শীংথানবা ঙমদ্রবা আচার্য্যশিং লৈখি। অসুম্না বাল্মীকিদগী হৌদুনা হৌজিক ফাওবদা লৈবিবা সাহিত্যশিংদা ধ্বনিগী লাবব খুদমশিংতনা থম্দুনা লৈ। অদুনা ধ্বনিনা শকক যাম্লবা সাহিত্যতনা অথোইবা (উত্তম) কাব্য হাযনা কৌনবম্মিবনি।

**(ঘ) কাব্যশাস্ত্র (সমালোচনা) গী মীৎয়েংদা ঃ–**

ধ্বনিসম্প্রদায পুথোক্ত্রিঙৈগী মমাংদা সংস্কৃত কাব্যশাস্ত্রগী ইতিহাসদা বস, অলঙ্কাব অমসুং গুণ বীতি সম্প্রদাযশিং লৈখ্রে। অদুবু আনন্দবর্দ্ধননা মাগী মথক্তা লৈখিবা সম্প্রদায় অহুম্মক্তা ধ্বনিগী মফম চাওনা লৈ হায়দুনা গুগাযনা নৈনবম্মি।

**রসসম্প্রদায় ঃ–** ভাবতবর্ষগী সমালোচনাগী অহানবা লমযানবা ভবতমুনিগী বসসিদ্ধান্ত "বিভাবানুভাববৎভিচা বিসংযোগাদবস নিস্পত্তিঃ" হায়বদি স্থাযি ভাব, বিভাব, অনুভাব অমসুং ব্যভিচাবিভাবশিং পুল্লবতদা বস অসি পোকই। হায়বদি মখোয মবীসিগী মনুংদা অমত্তনা থক বস পোকপা ঙমদে। অদুনা বস পোকপদা তোঙান তোঙানবা ভাবশিং অসিনা (কোজ-Cause) নি, অদুগা বসনা কার্য্য (Effect) মহৈনি।

অদুনা অনন্দবর্দ্ধননা ভবতকী বস সিদ্ধান্তগী কাবণ+কার্য্য (Cause & Effect) সিদ্ধান্ত অসি মাগী ধ্বনি সিদ্ধান্তদা পুশিন্দুনা শীজিন্নে। হায়বদি ভবতকী কাবন হাযবদি ভাবশিংনা পানগী অর্থ ওইবগা বসনা নুংগী অথ ওইবগুম, অচম্বা বাচ্যার্থনা পানগী অর্থ ওইবগা, অদুগুম্বা, পানগী অর্থদু থাদোক্লগা বসগী মশক ওইবা নুংগী অর্থ হাযবদি ধ্বনি হাযবসি পুথোক্লম্মি।

খবগা হেন্না খঙ্ননবগীদমক্তা অতোপ্পা খুদম অমত্তংদগা লৌদুনা যেংসিঃ– 'শবর্ত' হাযবসি ঈশিং চম্প্রা, চিনী, কর্পূনচিংবা তোঙান তোঙানবা মহাও যাওবা পোৎশিংসি পুল্লগা মখোয খুদিংগী মহাওদগী ইতোপ তোপ্পা মহাও অমা শবর্তনি। শম্না হাযববদা শবর্তকী মহাওগা ঈশিং মভোমতগী

মহাওগা খৈম্নে, শৰ্বৰ্তকী মহাওগা চীনি মতোমগতগী মহাওগসু খৈম্নে, চম্প্রা মতোমতগী মহাওগা শৰ্বৰ্তকী মহাওসু খৈম্নে। অদুনা শৰ্বৰ্ত শেম্নবগী তোঙান তোঙানবা পোৎলমশিংগী মহাওশিংসিনা পানগী মহাওনি, অদুগা শৰ্বতকী মহাওনা ইতোপ তোগ্না নুংগী মহাওনি। ঈশিং, চীনি, চম্প্রানচিংবা পোৎশিংগী মহাওসিনা পানগী মহাওনি মসিবু বাচ্যার্থগা চাংদম্নে, অদুগা শৰ্বৰ্তকী মহাওনা রসগা চাংদম্নদুনা ধ্বনি হায়বদু ওই। অদুদগী খঙ্বদি আনন্দবৰ্দ্ধনা ভরতকী রসপোকপাগী সিদ্ধান্তসিদগী লৌবদি স্থায়িভাব, বিভাব, অনুভাব সঞ্চারি ভাবনচিংবশিংনা পানগী অর্থনি অদুগা রসনা নুংগী অর্থ ওইবা ধ্বনিনি।

(আ) অলঙ্কার সম্প্রদায়দসু ধ্বনিগী চাওরবা মফম শীজিন্দুনা লকখি হায়বসিগী মরমদা আনন্দবৰ্দ্ধনা অসুম্না হায়— অলঙ্কার মখলশিংগী মনুংদা ব্যাজস্তুতি, পর্য যোক্তি, সমাসোক্তি, অপ্রস্তুত প্রশংসানচিংবা অলঙ্কারশিংনা পানগী ওইবা অর্থদু থাদোক্লগা নুংগী অতোপ্না অর্থ অমা খঙ্হল্লি। অসিগুম্বা অলঙ্কারশিংসিনা ধ্বনিগী থৌদাং পাংথোকই।

খুদমঃ— পর্যাযোক্তিঃ—
য়েক্লবা তালোইশিংগী
থবাক চীংদুম মথক্তা
মুক্তাগুম্বা পী চদুম
পরেং শীবিরে মানা।।

পীরিবা অলঙ্কারসিগী নুংগী অর্থদি মানা য়েক্লবা হাৎখ্রে হায়বসিনি অদুনা অলঙ্কারসিগী খুদমগা পানগী অর্থ থাদোক্লগা নুংগী অর্থ খঙহনবা ঙম্বা ধ্বনিগী শরুক য়াওরে। অসুম্না অলঙ্কার সম্প্রদায়দসু ধ্বনিগী মথৌশিং পাংথোকপগী খুদম কয়া অমা ফংখ্রে।

গুণ সম্প্রদায়দসু ধ্বনিগী খুদম য়াত্তনা লৈ। মরমদি গুণশিংসিদি রস মখলশিং ফোংদোক্লনবগী শাদোংফম ওইবনা রসগী খুদমশিংদু নৈনবদুগী গুণগী মনুংদা ধ্বনিগী শরুক অদুমক য়াওদুনা লৈ।

**ধ্বনিগী থৌদাং**

(১) আনন্দবৰ্দ্ধননা খৃঃ ৯ শুবা শতাব্দীগী অরোইবা শরুক্তা সংস্কৃত

কাব্যশাস্ত্রগী শাংলবা ইতিহাসদা ধ্বনি সিদ্ধান্তগী মতাং অমা হাপচীন্দুনা হীরমসিবু সনাগী মথক্তা তম্ফা থীনবীবম্মি। মানা মাগী যান্নমক হৈশিংবা রাখল মীৎয়েংদা মাগী মমাংদা লৈরম্বা কাব্যশাস্ত্রগী সম্প্রদায়শিং—রস, অলঙ্কার অমসুং গুণ রীতি অমদি তুংদা লাক্কাদবা বক্রোক্তি অমসুং ঔচিত্যগী পরম্পরাদু কায়হন্দনা মরুওইবা মচাকশিংদু লৌশিল্লম্মি। মাদুগী মথৈনা মানা রসধ্বনি, বস্তুধ্বনি অমসুং অলঙ্কার ধ্বনি শেমদুনা কাব্যগী সংসারদা তোপ তোপ্পা মশক অমা শেমগৎলম্মি।

(২) ব্যাকরনগী মীৎয়েংদা শীজিন্নরম্বা "ধ্বনি" শব্দগী অর্থ মরৌ অদুদগী নাকোয়ননা বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা পুথোক্তুনা মাদুগী অতোপ্পা অর্থ অমদা ধ্বনিগী অর্থসি শীজিন্নবা হৌদোকখি। ব্যাকরণগী মীৎয়েংদা লৌনবা ধ্বনিগী অর্থগী যুম্ফমদা কাব্যশাস্ত্রগী ধ্বনিগী দালাল শাগৎপীবম্মি।

(৩) ভারতকী য়েলহৌঁঙেগী চৎনরকপা দর্শণ শাস্ত্রগী য়ুম্ফমদা হীবম খুদিংগী যুম্ফম ওইবগুম, আনন্দবর্দ্ধননা ব্যঞ্জনা কৌবা শব্দশক্তিগী মতেংনা পানগী অর্থ থাদোক্লগা নুংদা থূপ্তুনা লৈবিবা অর্থ অদু ফোংদোকই। অসুম্না দর্শনগী পরম্পরাদু য়াম্না হৈশিংনা সম্প্রদাযসিদা লোশীল্লম্মি।

## (৫) বক্রোক্তিসম্প্রদায়

সাহিত্যশাস্ত্রগী ইতিহাসদা "বক্রোক্তি সম্প্রদায়" গী মরু হুল্লমবদি অলঙ্কার সম্প্রদায় হৌদোক্লম্বা আচার্য্য ভামহনি। মানা মাগী "কাব্যালঙ্কার" দা হায়রম্মি ঃ—

*"বাচাং বক্রার্থশব্দোক্তিরলঙ্কারায় কল্পতে"* । ৫ । ৬৬

ফজবা, অঙকপা অমসুং পুক্নিং শুমহৎনিংঙাই ওইবা অর্থ ফোংদোকপা ওম্বা শব্দশিংবু সাহিত্যদা শীজিন্নবদগী অলঙ্কারশিং থোকখিবনি।

ভামহগী রাফমসিবু ধ্বন্যালোককী অফাওবা টীকাকার অভিনবগুপ্তনা শৌগৎলদুনা হায়রম্মি ঃ—

*শব্দস্য হি বক্রতা অভিধেয়স্য চ*
*বক্রতা লোকোত্তীর্ণেন রূপেনাবস্থানম্ ॥*

মীচম্মগী ৱাঙাংদগী হায়দোব্বকপা ৱাফম অমসুং অভিধা কৌবা শব্দ শক্তিনা ফোংদোকপা অর্থ, অনি অসিদগী থোইদোকপা পুক্লিং হুনিঙাই ওইবা ৱাঙাংশিং অদু সাহিত্যজগত্তা থোইদোকপা মফম অমা লৈবা হাযবসি হৌনশানি।

অসিগুম্বা মরু অসিবু মযোল চোংখৎহন্দুনা মহৈ যালহল্লম্বদি অচার্য্য কুন্তকনি। মানা "বক্রোক্তি জীবিত" কৌবা লাইবক অমা ইদুনা সম্প্রদায় অসিগী তোপ তোপ্পা মফম অমা সাহিত্যজগত্তা থনম্মি। অদুনা; মহাক অসি সম্প্রদায় অসি হৌদোকপনি হায়না লৌনৈ। মানা বক্রোক্তিগী লক্ষণ (Definition) অসুম্না পীবম্মিঃ—

*বক্রোক্তিরেব বৈদগ্ধ্যভঙ্গীভনিতিরুচ্যতে*
*বক্রোক্তিঃ প্রসিদ্ধাভিধানব্যতিরেকিণীন বিচিত্রৈবাভিধা,*
*বৈদগ্ধ্যং কবিকৌশলং, তস্য ভঙ্গীন বিচ্ছিতিঃ। ১। ১১*

বক্রোক্তি হাযবা ৱাহৈ অসিগী অর্থদি বক্রে+উক্তিঃ ফজবা ৱাঙাং হায়র্বাসিনা অচম্বা মীশিংনা মখোয়গী ৱাখলশিংদু ফোংদোকপদা অচম্বা ৱাহৈ ৱাতাশিং শীজিন্নৈ, তৌইগুম্বসুং মখোযশিং অদুদগী তোপ তোপ্পা অঙকপা গুণনা তিল্লবা ৱাঙাং-ৱাতাশিং অদুবু কবি ওইবা মীওইশিংতনা শীজিন্নৈ। অদুগুম্বা থোইদোক্পা গুণনা তিল্লবা ৱাঙাংশিংদুবু "বক্রোক্তি" হায়না কৌই।

রাজানক কুন্তকনা বস অমসুং ধ্বনিবু বক্রোক্তিগী মনুংদা চলহন্নবা হোৎনৈ। বক্রোক্তি অসি মখল মঙা থোক্লা খায়দোকই :— (১) বর্ণবক্রতা (মযেক্কী খুৎশীজিন্নদা ফজহনবা), (২) পদবক্রতা (ৱাহৈ শীজিন্নবদা ফজহনবা), (৪) অর্থবক্রতা (ৱাহৈগী অর্থ শীজিন্নবদা ফজহনবা), (৫) প্রবন্ধবক্রতা (ৱাবেং নত্ত্রগা শৈবেংগী খুৎই অমসুং খুৎফোংদোক্তা তোপ তোপ্পা ফজহনবা)।

বক্রোক্তি সম্প্রদায় অসি রাজানক কুন্তককী মতমদা য়াম্না পাক চাওনা শন্দোক্লম্মি। অদুম্নদি ওইবগা লাইবক থীবদি মাগী তুংদা সম্প্রদায অসিগী তুংইন্নবা আচার্য্যশিং থোক্লকখিদ্রে। অদুনা সম্প্রদায অসিগী ঈচেল

অসি লমখাংদা অদুম্মক তংগ্রে। অদুম ওইনমক কুপ্তককী অখৌবা মীংয়েং অমদি রাখলগী মহৈনা সাহিত্য শাস্ত্রগী ক্ষেত্রদা মাবু তোপ তোঙ্গা মফম অমদি অদুম্মক থমখি।



## (৬) ঔচিত্য সম্প্রদায়

অচার্য্য ক্ষেমেন্দ্রগী মমাংদা ঔচিত্যগী মক হুনগ্রবসু, সম্প্রদায় অসিবু অশেংবা শক্তম তাক্লম্বদি মহাক্লা অহানবনি। ঔচিত্য অসি বস, অলঙ্কাব, গুণ-বীতি, ধ্বনি, বক্রোক্তিনচিংবা কাব্য তত্ব পুম্নমক্কী যুম্ফম ওই। মমাংঙৈগী সাহিত্য শাস্ত্রী পুম্নমক্লা মখোয় মখোযগী লাইবিক্তা ঔচিত্যগী ভাব অসি নীংথিনা ঙাক্তুনা থম্নবা হোৎনবকখি।

ক্ষেমেন্দ্রনা মাগী লাইবিক "ঔচিত্য বিচাবর্চ্চা" দা ঔচিত্যগী লক্ষণ কসুম্না পীবম্মি ঃ—

*উচিতং প্রাহুরাচার্য্যাঃ সদৃশং কিল যস্য যৎ।*
*উচিতস্য চ যো ভাবস্তদৌচিত্যং ॥ ৭*

ঔচিতবিচাবচর্চ্চচা

মশক মান্নবা পোৎ অনী তিন্নবা যাবিবদুবু উচিত (মতিক-মপা চান্নবা) কৌই। হাযবদি কবিগুম্বদা তিন্নবা যাবা পোৎ অনি তিন্নবা হাযবসি মান্নবা শকক লৈববতদা তিন্নবা য়াবিবনি। অদুগুম্বা মতিকচাবগী ভাববাচক শব্দদা ঔচিত্য হায়বসি ওইখি — "উচিতস্য ভাবঃঔচিত্যম্" মতিক চাবগী মতৌবু ঔচিত্য হায়না কৌই। অসুম্না জ্ঞান লৈববা পণ্ডিতশিংনা তাকপিবম্মি।

*ঔচিতস্য চমৎকারিণশ্চারুচর্বণে।*
*রসজীবিতভূতস্য বিচারং কুরুতে অধুনা ॥ ৩*

— "ঔচিত্যবিচাবচর্চ্চচা"

ঔচিত্য হাযবসি বসগী প্রাণনি, মহাক্লা মকৈ যাল্লহল্লি, থোইদোক্লা ফজববা মর্তৌ ফোংদোকই। অদুনা মাগী থোইদোক হেনদোকপা মখৌনাদু ফোংদোক্লবগীদমক্তা মাগী মবমদা নৌনবি।

*পদে বাক্যে প্রবন্ধার্থে গুণেহলংকরণে রসে।*
*ক্রিয়ায়াং কারকে লিঙ্গে বচনে চ বিশেষণ॥ ৮*
*উপসর্গে নিপাতে চ কালে দেশে কুলে ব্রতে।*
*তত্ত্বে সত্ত্বেহপ্যভিপ্রায়ে স্বভাবে সার সংগ্রহে॥ ৯*
*প্রতিভাবামবস্থায়াং বিচারে নাম্ন্যথাশিষি।*
*কাব্যস্যাঙ্গেষু চ প্রাহুরৌচিত্যং ব্যাপি জীবিতম্॥ ১০*

ঔচিতবিচারচর্চ্চা

নুমিৎকী মঙালদা থবাইপানবা পুম্নমক্না শান্নবগুম্না ঔচিত্যগী মঙালদা সম্প্রদায় পুম্নমক্কী ভাবশিংসি হিংলিবনি। সাহিত্যগী হকচাং ওইনরিবা শব্দ অমসুং অর্থগী মচাক ওইরিবা পদ, বাক্য, অর্থ, রস, কারক, লিঙ্গ, বচন অসিনচিংবা মফম পুম্নমক্তা ঔচিত্য য়াওদ্রবদি খক অফবা সাহিত্য অমা ওইথোক্তে। মসি য়াওদ্রবদা ওইখিবা সাহিত্যগী মওং অদু শুগায়না উত্তুনা সাহিত্য বসিকশিংবু অফবা মতেং পীবা ঙমদে।

মহাক্না কারিকা অমগা অমুক ইদুনা ঔচিত্যনা সাহিত্যদা লৌবা মফমগী মরমদা খুদম পীদুনা শুগায়না তাক্লি ঃ—

*কণ্ঠে মেখলয়া নিতম্বফলকে তারেণ হারেণ বা।*
*পানৌ নূপুরবন্ধনেন চরণে কেয়ুরপাশেন বা।*
*শৌর্য্যেন প্রণতে রিপৌ করুণয়া নাযান্তি কে হাস্যতা*
*মৌচিত্যেন বিনা রুচিং প্রতনুতে নালঙ্কৃতির্নো গুণা॥*

ঔচিত্যবিচারচর্চ্চা

খৌরীদা মেখলা, নিংজোন্দা লিকপরেং শিবা, পুক্তা নুপূর, খোঙদা খুজি শিরবা নোক্নরোইদৌবা কনা লৈবগে? খুরুমনিঙাই ওইবা মীশিংগী মফমদা অকল অরিং শিংনবা, য়েক্নবগী মফমদনা থৌজানরিবা করম্না নোক্নোইদগে? ঔচিত্য লৈত্রবদি অলঙ্কারসু মফজদে, গুণসু চেন্দে। অদুনা বস, গুণ, অলঙ্কার পুম্নমক্কী নুঙাইবা পীনরিবা শক্তি অসি ঔচিত্যগী য়ুম্ফমদা লৈরবতদা মহৈ য়ানবা ওইগদৌরিবনি।

ক্ষেমেন্দ্রনা "ঔচিত্য বিচারচর্চ্চা" কৌবা লাইরিক অসি ইদুনা

সাহিত্যদা ঔচিত্যগী মফম কদায় ফাওবা লৈবগে হায়বসি ফোংদোক্লুনা সাহিত্য শাস্ত্রগী জগত্তা মহাক্কী অচৌবা সম্প্রদায় অমা শেমগৎলম্মি।

ঔচিত্যগী পরম্পবাসি কদায়দনা কদায় ফাওবা লৈবগে হায়বদু অমুক নৈনদুনা য়েংসি — সাহিত্য শাস্ত্রগী শাংলবা ইতিহাসবু নৈনবদগী ঔচিত্যগী পবম্পবাসি মতৌ অসুম্না খায়দোকপা য়াই — (ক) ধ্বনিকালগী মমাং, (খ) ধ্বনিকালগী মতুং।

*(ক) ধ্বনিকালগী মমাংগী আচার্য্যশিংগী মনুংদা — আচার্য্য ভবত, ভামহ, দণ্ডী, উদভট্ট, বামন অমসুং কদ্রট।*

আচার্য্য ভবতকী নাট্যশাস্ত্রদা ঔচিত্যগী মফম অমসুং মগুণ অসি মপানথোক্লা ফোংদোক্লবসু নুংগী ওইবা মওংদদি অদুম্মক ফোংদোক্লুনা শীজিন্নবম্মি ঃ—

*অদেশজং হি বস্তুন ন শোভাং জনয়িয্যতি।*
*মেখলোরসি বন্ধে চ হাস্যায়েবোজায়তে॥*

*১৩। ৬৯ নাট্যশাস্ত্র।*

নাটকতা য়াওগদৌবিবা পাত্রশিংগী ফিজেৎ লৈতেংশিংদি লম্ লম্ অদুগী মীওইশিং অদুগা চান্নবা শীজিন্নগদবনি। খ্বাংগী লৈতেং মেখলাসি থবাক্তা ফাববদি নোক্লবা নত্তনা কবিসু ওইথোক্তে। মসিনা ত্তাকপদি পোৎ পূম্নমক অসি মফম অমসুং মতম চানা শীজিন্নবব্রতদা পোৎকী কান্নবা অমদি ফজবা ওই। অদুনা মসিদা ঔচিত্যগী ভাব অসি নুংগী ওইনা ফোংদোকই।

ভামহনসু ঔচিত্যগী মফম অমসুং মগুণ অসি মাগী কাব্যলঙ্কাবদা অদুম্মক য়াবম্মি। মহাকাব্যগী মতাং অমসুং বীতিগী মবমদা ঔচিত্যগী মতম পীদবা য়াদবগী ব্রাফম শৌগৎলম্মি। কাজল হাযবসি থোইদোক্লা অথিবা পোৎশক অমনি অদুবু মশক মতৌ ফজববী নুজাশিংগী ফজববা মিত্তা মফম চানা থাববদি কাজলগী মগুণ অদুম্মক লৈজে।

আচার্য্যদণ্ডী অমসুং বামন-নসু মখোয়না মখোযগী লাইবিকশিংদা ঔচিত্যগী মফম অদুম্মক থম্বিবম্মি। অলঙ্কাব শীজিন্নবসি লাইবিকশিংদা ঔচিত্যগী মফম অদুম্মাক থম্বিবম্মি। অলঙ্কাব শীজিন্নবসি বসিকশিংগী পুক্লিংদা

কনিগুম্বা মখলগী পামদবা খক ওইহনবা য়াদে। অদুগা গুণ অসিসু পূন্নমক্কী পুক্রিং পেন্ননবা মতিক চাবা (উচিত) ওইবা মওংদা শীজিন্নগদবনি।

আচার্য্য রুদ্রটনা মাগী কাব্যলঙ্কারগী দ্বিতীয় অধ্যায়দা ঔচিত্যবু মক ওইবা মফম পীবম্মি। অনুপ্রাস অমসুং যমককী প্রযোগ তৌবদা ঔচিত্যগী ভূমিকা লৈগদবনি। অসুম্না ঔচিত্যগী মফম থনম্মি।

*(খ) ধ্বনিকালগী মতুংগী আচার্য্যশিং—*

ধ্বনিসম্প্রদায় হৌদোক্লম্বা আনন্দ বর্ধননা মাগী 'ধ্বন্যালোক' তা মফম খুদিংদা ঔচিত্য হায়বা ৱাহৈ অসি শীজিন্নে। মাগী ধ্বন্যালোককী অহুমশুবা উদ্যোতদা প্রকৃতিগী ঔচিত্য অমসুং অনৌচিত্যগী মতাংদা নিংথিনা নৈনদুনা ঔচিত্যগী মফম তাক্লম্মি ঃ—

*অনৌচিত্যদৃতে নান্যাৎ রসভঙ্গস্য কারণম্।*

*ঔচিত্যাপনিবন্ধস্ত রসস্যোপনিষৎপরা॥*

মতিক চাদবা (অনৌচিত্য) মতৌ হাযবসিতনা বস পোকহন্দনবগী মবম ওই। সাহিত্যশাস্ত্রীশিংনা যাববা ঔচিত্য কাযদ্রবা সাহিত্য অদুমক বস পোকহনবগী অমত্তা ঙাইববা মচাক্লি। মথক্কী সিদ্ধান্ত অসি তুংদা লাকপা ক্ষেমেন্দ্রগী ঔচিত্যসিদ্ধান্তগী চেৎলবা য়ুম্ফম ওইখি।

অভিনবগুপ্ত—ঔচিত্য অদুবু মখাতানা মবা চেৎনা থম্মনবা হোৎনমক্লা মাগী যোগদান থোইদোক্লা শীংথানিঙাইনি। ঔচিত্য সম্প্রদায হৌদোক্লম্বা আচার্য্য ক্ষেমেন্দ্র অসি অভিনবগুপ্তগী শিষ্যনি। মাগী লোচন টীকানা ঔচিত্যবু অসুম্না শৌগৎলম্মি ঃ—

*"তথা হ্যচেতনং শবশরীরং কটককুণ্ডলাদ্যুপেতমপি নভাতি"*

(ধ্বন্যালোকলোচন)

থৱাই যাওদ্রবা অশিবা হকচাং অসি ফজবা ফিজেৎ-লৈতেংনা লৈতেংদুনসু খক ফজবা ঙমদে। অসুম্না ঔচিত্য য়াওদ্রবা কাব্য অদুদি খক কাব্য ওইবগী অধিকাব লৈতে।

'বক্রোক্তীবিত' ইবম্বা অদুগা সম্প্রদায অসি হৌদেক্লম্না বাজানক কুন্তক মক্লা কাব্যগী আত্মাদি বক্রোক্তিনি হাযদুনাসু বক্রতা (লালিতা) ওইবগী

য়ুম্ফমদি ঔচিত্যনি হায়না য়াবশ্মি। কুন্তককী নুংগী মিংয়েংদা "সাহিত্য" গী অর্থদি শব্দ অমসুং অর্থগী উচিত (মতিকচানা) তিন্নবা অমদি লোয়নবসু "সাহিত্য" হায়না তাক্লশ্মি।

মহিমভট্টনা মাগী "ব্যক্তিবিবেক" কৌবা সাহিত্য শাস্ত্র অদুদা অসুম্না ঔচিত্যবু শৌগৎলশ্মি ঃ—

"তস্য (অনৌচিতস্যেত্যর্থঃ) কাব্যস্বরূপনিরূপণসামর্থসিদ্ধস্য পৃথগুপাদানবৈযার্থ্যাৎ"।

ঔচিত্য হায়বদি কাব্যগী তত্ব অমনি, মদু কাব্যগী স্বরূপ তাকপদা মশানা অদুম্মক পাংথোকচববা অর্থনি, অদুনা অদুগুম্না ঔচিত্য অদুগী তোঙান্নবা অমুক নৈনকবগী কান্নবা লৈতে। মসিনা তাকপদি ধ্বনিমতপু খণ্ডণ তৌদুনসু মহিম্মভট্ট অসি ঔচিত্য সিদ্ধান্তবুদি তশেংনমকত শৌগৎলশ্মি। অসুম তৌদুনা সাহিত্যদা দোষ লৈতবা সাহিত্য অমা ওইহনগে হায়ববদি ঔচিত্যগী মফম তঙাই ফদে। নত্রবদি অফবা সাহিত্য অমা থক ওইবা য়াদে।

ঔচিত্যগী শাংলবা ইতিহাসকী পম্পবা অমা লৈদুনসু ঔচিত্যগী অশেংবা মপুং ফাবা শক্তম অমা পীদুনা সম্প্রদায় অসি পুথোকপগী দাযিত্বদি আচার্য্য ক্ষেমেন্দ্রনি। সাহিত্যদা মফম অমসুং মতম চানা পোৎশিংসি শীজিন্নববতদা পোৎকী মগুণ হেনগৎপগা লোয়ননা শীজিন্নগদবা পোৎপু ফজহনবা হেনগৎহল্লি। ফজদ্রবা কাজলবু মশক মতৌ ফজববী নুপীশিংগী মীৎপান্দা লৈতেংবদগী কাজলগী ফজবা হেনগৎপগুম, মফম চানা শীজিন্নবা সাহিত্যগী মচাকশিংদু মশানা অদুম্মক যঙ্গগদবনি। মসিনি ঔচিত্য সম্প্রদায়গী পাক-চাওববা অবদানদি।



# মহাকাব্য

সংস্কৃত সাহিত্যদা মহাকাব্যগী লক্ষণ (Definition) পীরম্বসি ইহান হান্না ভামহর্না হায়না লৌনে। তৌইগুম্বসুং মহাক্কী লক্ষণ অসি মপুং ফাদে। মথংদা দণ্ডীনা মাগী কাব্যার্দশগী অহানবা পরিচ্ছেদগী ১৪ শুবা শ্লোক্তা মহাকাব্যগী লক্ষণ অসি ফজনা পীরম্মি ঃ–

*সর্গবন্ধো মহাকাব্যমুচ্যতে তস্য লক্ষণম্।*
*আশীর্নমস্ক্রিয়া বস্তুনির্দেংশো বাপি তন্মুখম্ ॥ ১৪*

... ... ... ... ...

... ... ... ... ...

*কাব্যং কল্পান্তরস্থায়ি জায়তে সদলংকৃতিঃ ॥ ১৪ দণ্ডী।*

মহাকাব্য অসি সর্গ খায়না ইবা লাইরিক্নি। দেব, গুরু অসিনচিংবশিংবু খুকম্বা নত্তগা বিষয়দুগী মবমদা হৌদুনা ইগনি। ... অথোইবা অলঙ্কারশিংনা তিল্লবা মহাকাব্য অদু মতম শাংনা মিংচৎ লৈবা ওই।

অদুবু মতুংদা বিশ্বনাথনা সাহিত্যদর্পণদা দণ্ডীগী লক্ষণদা অরাংপা কয়া অমা হাপ্পগা মহাকাব্যগী খ্বাইদগী মপুং ফানা ফজববা লক্ষণ পুথোক্নম্মি। অদুনা মসিগী লক্ষণ অসিদগী হেন্না মনুং ফাবা অমমুক লাকখিদ্রে।

বিশ্বনাথনা সাহিত্যদর্পণগী ৬ শুবা পরিচ্ছেদদা মহাকাব্যগী লক্ষণ অসুম্না উৎলম্মি ঃ–

*সর্গবন্ধো মহাকাব্যং তত্রৈকো নায়কঃ সুরঃ ৩১৫*
*সদ্বংশঃ ক্ষত্রিয়ো বাপি ধীরোদাত্ত গুণান্বিতঃ।*
*একবংশভবা ভূপাঃ কুলজা হৃপবোহপি বা ॥ ৩১৬*
*শৃঙ্গারবীরশান্তানামেকো হঙ্গী রস ইষ্যতে।*
*অঙ্গানি সর্বেহপি রসাঃ সর্বে নাটকসন্ধয়ঃ ॥ ৩১৭*
*ইতিহাসোদ্ভবং বৃত্তমন্যদ্বা সজ্জনশ্রয়ম্।*

*চত্বারস্য বর্গাঃ স্যুস্তে ষেকং চফলং ভবেৎ ॥ ৩১৮*
*আদৌ নমস্ক্রিয়াশীর্বাস্তুনির্দেশ এব বা।*
*ক্বচিন্নিন্দা নখলাদীনাং সতাং চ গুণকীর্তনম্ ॥ ৩১৯*
*একবৃত্তময়ৈঃ পদৈরবসানেহন্যবৃত্তকৈঃ।*
*নাতিস্বল্পা নাতিদীর্ঘাঃ সর্গা অষ্টাধিকা ইহ ॥ ৩২০*
*নানাবৃত্তময়ঃ ক্বাপি সর্গঃ কশ্চন দৃশ্যতে।*
*সর্গান্তে ভাবিসর্গস্য কথায়িঃ সূচনং ভবেৎ ॥ ৩২১*
*সন্ধ্যাসূর্যেন্দুরজনী প্রদোষ ধ্বনান্তরবাসরা।*
*প্রাতর্মধ্যাহ্নমৃগয়াশৈলতুবনসাগরা ॥ ৩২২*
*সন্ভোগ বিপ্রলম্ভৌ চ মুনিস্বর্গ পুরাধ্বরাঃ।*
*রণপ্রযানোপ যমমন্ত্র পুত্রোদয়াদয়ঃ ॥ ৩২৩*
*বর্ণনীয়া যথাযোগং সংঙ্গোপাঙ্গা অমী ইহ।*
*কবের্বৃত্তস্যবা নাম্না নাকিস্যেতরস্য বা ॥ ৩২৪*
*নামাস্য, সর্গোপার্দেকথয়া সর্গনাম তু।*
*হৌজিক ঐখোয়গী মাংদা ব্রাহং*

*মহাকাব্য অমদা চংগদবা মচাকশিংঃ*

**(১) মঙ্গালাচরণঃ**— অইবনা অহানবদা মাগী লাইবিক অদু য়ৈথাই-থিনভাই য়াওদনা লোইশিন্নবগীদমক্তা মাগী অপাম্বা ঈশ্বরগী মফমদা হায়জবা, নত্ত্রগা ৱাবী অদুগী মবম উৎপা। কবি কবিগুম্বা মহাকাব্যদা ফত্তবশিংগী নিন্দা তৌবা অফবশিংবু থাগৎপসু হাঁপ্লে।

**(২) ৱারী পরিংঃ**— ইতিহাসকী ওইবা নত্ত্রগা মীয়াম্না খঙনবা তানববা অফাওবা মীশিংগা মৰি লৈনবা ৱারী ওইগদবনি।

**(৩) লমথুংফমঃ**— ধর্ম্ম, অর্থ, কাম অমসুং মোক্ষ মখোয় মৰিসিগী মনুংদা অমগী মবমদা মহৈ য়ান্ননবা হোৎনবা, লেমহৌবা অহুম্না অমদুবু শৌগৎকদবনি।

**(৪)সর্গঃ**— মহাকাব্য অসি সর্গ নাইগদবনি। সর্গশিংদু যাম্নসু পিক্তবা

অদুগা য়াম্নসু চাওদবা, সর্গ নিপালদগী তাদবা ওইগদবনি।

**(৫)নায়কঃ**— অচৌবা ক্ষত্রিয় শাগৈদা পোকপা অমা নত্ত্রগা লাইনা ওইগনি। মহাক অদু ধীরোদাত্ত হায়বা নায়ক অদুগী গুণশিং চেনগদবনি। করিগুম্বদা শাগৈ অমখক্তদগী অফাওবা নিংথৌশিংনসু ওইবা য়াওই।

**(৬) রসঃ**— শৃঙ্গার, বীর অমসুং শান্ত রস অহুমসিগী মনুংদা করিগুম্বা অমনা মরুওইবা রস ওইগদবনি অদুগা লেমহৌরিবশিংনা মাবু শৌগৎপা ওইনা যাওগদবনি।

**(৭) ছন্দঃ**— দর্গ অমদা ছন্দ অমত্তা শীজিন্নগনি, সর্গ অমা লোইদুনা অতোপ্পা অমা হৌবদা হান্নগী ছন্দসু থাদোক্তুনা অতোপ্পা অমনা হৌগনি। অদুবু কবিগুম্বা মহাকাব্যশিংদা সগর্ন অমদা ছন্দ ময়াম অমা শীজিন্নবসু য়াওই। সর্ভ অমা লোইরকপদা অতোপ্পা সর্গ অমগী ৱারী অদু খঙহনগদবনি।

**(৮) প্রকৃতিবর্ণনঃ**— নুমিৎ, থা, নুমিদাংৱাই, অহিং, অয়ুক, নুমিৎয়ুংবা, নোঙাল্লমদাইনচিংবা মতমশিং। চীং, সমুদ্র, বন-শাদাম্বা, ঋাতু, শৃঙ্গাররস, মুনি, স্বর্গ, কোনুং, লদ্বী, লাল, লমচৎপা, লুহোংবা, পুরুযাথ মখল মরি — মচা পোকপনচিংবা প্রাকৃতিক বর্ণনশিং মতাং মতাংদা য়াওগদবনি।

**(৯) মিংথোলঃ**— কবিগী মমিং লৌদুনা নত্ত্রগা নায়ক নায়িকাগী মমিং লৌদুনা নত্ত্রগা ৱারী নত্ত্রগা থৌদোকশিংগা মরি লৈনবা অমা খল্লগা মহাকাব্যগী মমিং থোন্নে। খুদমঃ—ন রামায়ণ, মহাভারত, রঘুবংশ, খম্ব-থোইবীনচিংবা।



# নায়ক — নায়িকা

সাহিত্যদা খ্বাইদগী থাদোকপা যাদবা শকক্তি "বস" নি। মীওইবগী হকচাংদা আত্মাগী তঙাইফদবগুম সাহিত্যদসু বসগী মফম লৈ। ৱাফম অসি 'সাহিত্য' শব্দগী অর্থনা অদুমক ফোংদোকচৈ। অদুগুম্বা বস অদু পোকহনবদা খ্বাইদগী মরু ওইবা মচাকতি নায়ক-নায়িকা অসিনি। হৌজিক অহানবদা নায়ককী মবমদা নৈনসি—

*ত্যাগী কৃতী কুলীনঃ সুশ্রীককো রূপযৌবনোৎসাহী।ন*
*দক্ষোহনুরক্তলোকস্তেজো বৈদগ্ধশীলবান্ নেতা॥ ৩০*

সাহিত্যদর্পণ (তৃতীয় পবিচ্ছেদ)

নাযক অমা ওইবা তাববদি দাতা, তৌবিমলথংবা, লৌশিংশিংবা, শাগৈজাৎ অচৌবা, লল লৈবশিংগী তৃংনফম ওইবা শক ফজবা, মথোক কাবকপা, পুকচেল তপ্পা মীশক ওইগদবনি।

*নায়ক মখল* —(ক) ধীবোদাত্ত, (খ) ধীবোদ্ধত, (গ) ধীবললিত, (ঘ) ধীবপ্রশান্ত।

**(ক) ধীরোদাত্ত**

*অবিকত্থনঃ ক্ষমাবানতিগম্ভীরো মহাস্বতঃ।*
*স্থেয়ান্নিগূঢ়ানো ধীরোদাত্তো দৃঢ়ব্রতঃ কথিতঃ॥ ৩১*

সাহিত্যদর্পণ

মশা থাগৎকন্দবা, ঙাকপিহৈবা, মীনা মপুক্লিং খঙবা ঙমদবা পুকচেল চাওবা, ৱাববসু মথৌ কায়দবা, ৱাশকচেৎপা, নাপল তৌদবা গুণশিং অসি চেনবা নাযকপু ধীবোদাত্ত হায়না খঙনৈ। খুদমঃ— ৱামাযণদা ৱামচন্দ্র।

**(খ) ধীরোদ্ধত**

*মায়াপরঃ প্রচণ্ডশ্চপলেংহহংকারদর্পভূয়িষ্ঠঃ।*
*আত্মশ্লাঘনিরতো ধীবৈ ধীরোদ্ধতঃ কথিতঃ॥ ৩৩*

লৌনমচাওবা, তমথিবা লমচং চংপা, পুক্লিং তথকপা, নাপল চাওবা, মশাবু থাগৎকনবা অসিগুম্বা নায়ক অদুবু ধীরোদ্ধত কৌই। মহাভারতদা ভীম।

**(গ) ধীরললিত**

*নিশ্চিন্তো মৃদুরনিশং কলাপরো ধীরললিতঃ স্যাং । ৩৪*

সাহিত্যদর্পণ

মখাপোনবা মীশিংদা মথৌ শিন্নথোকপা, মশাগী মথৌদা পুক্লিং চংদবা পুক্লিং থোৎফা, মেংবা ঈশৈ-জগোয়নচিংবা কলাবিদ্যাদা পুক্লিং চংবা অদুগুম্বা নায়ক অদুবু ধীরললিত হায়না খঙনৈ। রত্না বলীদা বৎসরাজ।

**(ঘ) ধীরপ্রশান্ত**

*সামান্যগুনৈর্ভূযান্ দ্বিজাদিকো ধীরপ্রশান্তঃ ।। ৩৪ সাঃ দঃ*

মথক্কী নায়ক মখল অহুম অসি নত্তবা অচম্বা গুণনা তিনবা ব্রাহ্মণ ওইবা নাযক অদুবু ধীরপ্রশান্ত হায়না কৌনৈ। মালতী মাধবতা মাধব।

সংস্কৃত সাহিত্যর্দদি শৃঙ্গারসগী নায়কশিংদি মথক্কী মখল মরি অসি অমুক্কা মখল ৪/৪ খায়দোক্লুনা মখল ১৬ থোকই। অতোপ্পা রসশিংদদি সুপ্নগী মথক্কী মখল ৪ অসিতমক লৈগনি।

***মখল ৪ অদুদি ঃ—*** **(i)** দক্ষিণ, **(ii)** ধৃষ্ট, **(iii)** অনুকূল, **(iv)** শঠ।

**(i) দক্ষিণ নায়ক**

*"এষু ত্বনেকমহিলাসমরাগোঃ দক্ষিণঃ কথিতাঃ।" ৩৫*

সাহিত্যদর্পণ

নুপী লোল্লগা লোল্লিবী নুপী পূম্নমকপু চপ মান্নন নুংশিনা চৎপা লিপা অদুবু দক্ষিণ নায়ক হায়না খঙনগনি।

**(ii) ধৃষ্ট নায়ক**

*কৃতগাপি নিঃ শঙ্কস্তর্জিতোহপি ন লজ্জিতঃ।*
*দৃষ্টদোষোহপি মিথ্যাবাক্কহিতো ধৃষ্টনায়কঃ ।।*

নায়িকা অদুদা লাল্লুববদসু চিংনদবা, নায়িকা অদুনা ইকাইখা পীববদসু ইকাইবিদবা, নায়িকা, অদুনা মরাল ফাববদসু চেনবা অদুগুম্না নায়ক মখল অদুবু ধৃষ্টনায়ক হায়না কৌই।

**(iii) অনুকূল নায়ক**

*একস্যামেব নায়িকায়ামাসক্তো হ্যনুকূলনায়কঃ।*

নায়ক অদুনা নাযিকা অমত্তা (অতোপ্পা নাযিকা থমদনা) লেংদনা নুংশিবা থম্না ওম্না নায়ক অদুবু অনুকূল নাযক হায়না কৌই।

**(vi) শঠ নায়ক**

*শঠোহয়মেকত্র বদ্ধভাবো যঃ।*

*দর্শিতবহিরনুরাগো বিপ্রিযমন্যত্র গূঢ়মাচরতি। ৩৭*

নুপী মযাম অমা লোল্লবদসু অদুগা মপান্দা চপমান্নবা প্রেম উত্তুনসু, মযামগী মনুংদা অমখক্তদা প্রেম থম্না নাযক অদুবু শঠনাযক হায়না কৌই।

## নায়িকা মখল

*অথ নায়িকা ত্রিভেদা পরকীয়া স্বকীয়া সাধারণী স্ত্রীতি।*

*নায়কসাম ণ্যগুণৈর্ভবতি যথা সম্ভবৈর্যুক্তা॥*

নায়িকা মখল অহুম শুই ঃ– (i) স্বকীযা (মশাগী নুপী), (ii) পবকীযা (অতোপ্পগী নুপী), (iiii) সাধাবণী (নিপা মশকনাইদবী নুপী)

**(i) স্বকীয়া**

*বিনয়াজবাদিযুক্তা গৃহকর্ম্মপরা পতিব্রতা স্বীয়া।*

*সাপিকথিতা ত্রিবিধা মুগ্ধা মধ্যা প্রগল্ভেতি। ৫৭*

সাহিত্যদর্পণ

নোল্লুকপী, পুক্নিংতিংবী, যুমগী থবক্তা পুক্নিং চংবী, মপুবোইবা নিংবী নুপী অদুবু স্ববীযা (মশাগী) কৌবী নাযিকা অদুনি। স্বকীযাসি মখল ৩ থোক্না অমুক্তা খাযদোকই - (ক) মুগ্ধা (লুহোংব) কুইদ্রিবী), (খ) মধ্যা (লুহোংবা খরা কুইববী), (গ) প্রগল্ভা (লুহোংবা যাম্না কুইনবী)।

**(ii) পরকীয়া**

*রাগেণৈবার্পিতাত্মানো লোকযুগ্মাপেক্ষিনা।*
*ধর্ম্মেণ স্বীকৃতা যাস্ত পরকীয়া ভবন্তি তাঃ॥*

উজ্জ্বলনীলমনি

রাগদা মশা কথোক্লবী লুহোংদুনা লৌদ্রিবী নুপী অদু পরকীয়া হায়না কৌই। খরা শব্দোক্লা হায়বা তারগনা নিপা অদুনা লৌদি লৌদনা মনুংদা নুংশি মরি থমদুনা মীথা পোল্লা লৈবী নুপী অদুবু পরকীয়া হায়না খঙনৈ। পরকীয়া অসি মখল অনিথোক্লা খায়দোকই—

(ক) পরোঢ়া কুলটা (মবা লৈনা লৈনা অতোপ্পা নিপাগা মরি থম্বী ওক্তবী)

(খ) কন্যকা ষাত্রদিনিরতা (লৈশা লৈশানা ওক্তবী নুপী)

**(iii) সাধারণী—**

*ধীরা কলাপ্রগল্‌ভা স্যাদ্বেশ্যা সামান্যনায়িকা॥ ৬৭*

সাহিত্যদর্পণ

জগোয় ঈশৈনচিংবা কলা ৬৪ দা হৈশিংলবী, পৈশা পীগদবা নিপা অদুতদা নুংশিবা উৎপী নুপী অদুবু সাধারণী নায়িকা হায়না খঙনৈ।

মথক্তা পনখ্রিবী নায়িকা খুদিংমকসি মখল নিপাল থোক্লা খায়দোকই ঃ— (১) স্বাধীন ভর্তৃকা, (২) খণ্ডিতা, (৩) অভিসারিকা, (৪) কলহান্তরিতা, (৫) বিপ্রলব্ধা, (৬) প্রোষিতভর্তৃকা, (৭) বাসকসজ্জা, (৮) বিরহোৎকণ্ঠিতা।

মথক্কী নায়িকা মখলশিংসি শৃঙ্গার বসনা মরু ওইবা ভক্তিসাহিত্যশিংদা যাম্না কুপ্পা নৈনৈ। মরুওইনা M.A. (মণিপুরী) গী ছাত্র ছাত্রীশিংনা বৈষ্ণবপদাবলীনচিংবা ভক্তিসাহিত্যশিং অমদি বাসকক্কী ঈশৈনচিংবদা নুঙাইনা পোক্লনবগীদমক্তা নায়িকা মখলশিংসি কুপ্পা খংজিনবা তঙাইফদে।

**(১) স্বাধীন ভর্তৃকা**

*কান্তো রতিগুনাকৃষ্টো ন জহাতি যদন্তিকম্।*
*বিচিত্রবিভ্রমাসক্তা সা স্যাৎ স্বাধীন ভর্তৃকা॥ ৭৪ সাঃ দঃ*

বতিলীলাদা পুক্লিংচংবা মবুঙোনা অমত্তা ওইনা নিংজবী, অওকপা হবাও তমাম্বদা পুক্লিং চংজবী নায়িকা অদুবু স্বাধীনভর্তৃকা হায়না খঙ্নৈ।

**খুদমঃ— শকহেনবী কয়ানদি হায়নবিদো ঐবু "লাইবককৈদা মহাকসি কবি পুন্য তৌবকপা, অতোপ্পী কনাদসু মীৎচিনা ফাওবা যেংদবা, মপুবোইবনা মহাক্কী নুংশি পোম্দগী হেন্দোক্তবা।"**

**(২) খণ্ডিতা**

***পার্শ্বমেতি প্রিয়ো যস্যা অন্যসম্ভোগচিহ্নিতঃ।***
***সা খণ্ডিতেতি কথিতা ধীরৈবীর্ষ্যাকষায়িতা॥ ৭৫***

সাহিত্যদর্পণ

মাগী প্রেমী অদুনা অতোপ্পা কন্যাগুম্বী অমা উন্নরুবগী বতিচিহ্ন পক্তুনা লাকপা উবদা, খনমনখিদুনা মাগী হান্নবা লৈবম্বা পুক্লিং অদু ওনবী নাযিকা অদুবু খণ্ডিতা হাযনা কৌই।

**খুদমঃ— রাধ্যানা কৃষ্ণবু থীনা চৈবা—"রজনিজনিতগুরুজাগররাগ"**
**অহিং শাংনা মীৎশেল খাঙ্ ঙাঙ্লৈনবা মীৎ অদো**

আমোলচন্না উইশিল্লে।

**উইরুম্নবা মীৎঙাওনা অতৈ নুপী অমাগ অহিং লেল্লুই মতাক্সে,**
**হরি হরি মাধব চৎলো কেশবঙাংলগনু লৌনম ব্রাহৈদো;**
**নংগী অব্রা কোকহনবী থম্বাল মীৎতা পাঙ্জবী মাগী তুংবু ইল্লুদো॥ ১**

"গীতগোবিন্দ"

**(৩) অভিসারিকা**

***অভিসারয়তে কান্তং যা মন্মথবশংবদা।***
***স্বয়ং বাভিসরত্যেষা ধীরৈরুক্তাভিসারিকা॥ ৩৬***

কামনা খুদুম চনখিবদগী মী থাদুনা প্রেমী অদুবু কৌহনবী নত্রগা মহাক মশামক প্রেমীগী মফমদা নত্রগা উন্ননবা হাযনখিবা মফমদা চৎলিবী নাযিকা অদুবু অভিসাবিকা হাযনা পণ্ডিতশিংনা হার্যনৈ।

খুদমঃ— বাধাগী মফমদা সখীশিংগী ৱাহৈ —

"ৱতিসুখসারে গতমভিসারে"

নংগী নামগা লোয়ননা সঙ্কেৎ তৌনা বেনুদো মেংনা মেংনা খোঙলক্লি নংগী অঙ্গ শোক্লুবা নুংশিৎনবু হন্নকপা উফুলমরিক থাগৎলি ॥ ২

চেক্লা তোংবা উশাদা উনা লেংবা তাববু নহাক লাকপোই নিংজৈদো শয্যা লৈচন শেমদুনা নংনা লাকপা লম্বীবু তথক তথক য়েংজৈদো ॥ ৩

গীতগোবিন্দ

### (৪) কলহান্তরিতা

*চাটুকারমপি প্রাণনাথং রোষাদপাস্য যা।*

*পশ্চাত্তাপমাপ্নোতি কলহান্তরিতা তুসা। ৮২ সাঃ দঃ*

শাওবা ফনবা মরম কয়া হায়দুনা থেমজিনজবিবা প্রেমী অদুবু শাওমনখিবদগী তাঙ্খোক্লুরগা মমৈথংদা নিঙল্লক্লুবী নাযিকা অদুবু কলহান্তরিবা হায়না কৌই।

খুদমঃ— ইতা! নুংশিবগী নুংশৱাহৈ নাকোংদা হাপখিদবা।

মখুৎ থেংনা পিবা মুক্তা পবেং, মীৎচিনা হন্না য়েংখিদবা।

ইথোংনাক্তা চংলক্লবা ফাওবদা, মাইথোং শমাই লৈহনখিবা।

অপংবনা থোকখিবনি অৱাবনি মহাকপু কোলহৌদবা॥

সাহিত্যদর্পণ

### (৫) বিপ্রলব্ধা

*প্রিয়ঃ কৃত্বাপি সংকেতং যস্যা নায়াতি সন্নিধম্।*

*বিপ্রলব্ধা তু সা জ্ঞেয়া নিতান্তমবমানিতা ১১ ৮৩ সাঃ দঃ*

হায়নখিবা মফম অদুদা প্রেমী অদুনা লাক্কনি হায়না ইঙ্গিত তৌবল্লগা লাক্রুবা অদুদা লাক্লরোই খন্দুনা নিংবা কাইববী নায়িকা অদুবু বিপ্রলব্ধা হায়নসু খঙৈ।

খুদমঃ— বাধাগী অৱাবা — স্মবসমবেচিতাবিরচিতবেশা ইনবা);

বতিলালগী ফীজোল শেৎ গুণবু হেনবী যুবতী মশিংসি

কন্নাগবু শান্নরি মধুরিপু মহাক্নি
নুজা মাগী শম্বুল কোম শমজিরৈবু কেনথিয়ে।১

লাইবকফবী দেহেদো হুমাংমরিক থোকচখি
রত্তিলাম্দা হৈবীদো, কৃষ্ণ থবাক কোন্থুখি।। ৭ গীতগোবিন্দ

(৬) প্রোষিতভর্তৃকা

*নানাকার্য্যবশাদস্যা দূরদেশং গতঃ পতিঃ।*
*সা মনোভরদুঃ খার্ত্তা প্রোষিতভর্তৃকা ।। ৮৪*

সাহিত্যদর্পণ

মথল মখা অয়াম্বা থবকশিং লৈবদগী প্রেমী অদুনা অথাপ্পা মফমদা চৎথ্রবদা কামগী মৈশা লাংদুনা ৱানা লৈহৌরিবী নায়িকা অদুবু প্রোযিতভর্তৃকা হায়না খঙনৈ।

খুদমঃ— রাধানা হায়বা ...
চান্নবী ইতা! নিংজরিবা কৃষ্ণ মাদি, মথুরাগী কোনুংদা
মনিং মখা তমদুনা, শান্নমপুং ফাদুনা লৈথোক্লিদো মখে লাংনা।
খোংথাং খুদিংদা ঐখোয়গীনা বসন্ত কৌবা ঋতু নিংথৌনা
খায়না মৈশা হেনগৎহল্লি। "উজ্জলনীলমণি"

(৭) বাসকসজ্জা

*কুরুতে মণ্ডতং যস্যাঃ সজ্জিতে বাসবেশ্মনি*
*সা তু বাসকসজ্জা স্যাদ্বিদিতপ্রিয় সঙ্গমা ।। ৮৫*

সাহিত্যদর্পণ

চান্নবা উন্নরগনি খঙলদুনা উন্নফম অমদি মশামকপু নিংথিনা শেম শাদুনা থৌরাং তৌরিবী নায়িকা অদুবু বাসকসজ্জা হায়না কৌই।

খুদমঃ— সখী অমনা অতোপ্পী সখী অমদা রাধাগী মরমদা হায়খিবা—
য়েংউনে ইতা! ঐখোয়গী ইবেম্মা রাধাসে।

লৈগী শয্যাগী মঙান্না মাইকৈপুম্না ঙাল্লবা।
রতিলীলা মকম, মশাগী ফিজেৎ লৈতেংবু।
হন্না হন্না য়েংলগা মোমোন নোক্লিসে।

উজ্জ্বলনীলমণি

**(৮) বিরহোৎকণ্ঠিকা**

*আগন্তুং কৃতচিত্তেহপি দৈবান্নায়াতি চেৎপ্রিয়ঃ।*
*অদনাগমদুঃ খার্ত্তা বিরহোৎকণ্ঠিতা তু সা॥ ৮৬*
সাহিত্যদর্পণ

লাক্কনি হায়রম্লগা লাইগী থৌশিন্দগী চান্নবদু লাক্রবদা, মা লাক্তদুনা ৱারিবী নায়িকাদু বিরহোৎকণ্ঠিতা হায়না কৌই।

খুদমঃ— রাধাগী অৱাবা— কথিতা সময়েহপি পরিবহ নযযৌবনম্
হায়নবদি মতমদা বন্দা লাক্রে হরিনা
রূপ যৌবন মক্রবা অরেম্বদা তারেনা
সখীবচন শোয়বদা কনাদবু চংজগনি॥ ১

গীতগোবিন্দ

---

# অৱাবনা নুঙাইবা ওনবা

সংসাবদা লৈরিবা অৱাবা, নুঙাইতবা, অকিবা, অশাওবনচিংবা পূন্নমকসি কাব্য অমদি নাট্যগী লমদা হেক লাকপদা নুঙাইবা ওইনা ওন্থোক্লকই।

বিশ্বনাথনা ৱাফমসি শৌগৎলদুনা হায়ঃ—

*করুনাদাবপি রসে জায়তে যৎনরং সুখম্।*
*সচেতসামনুভবঃ প্রমানং তত্র কেবলম্॥ ৩।৪ সুঃ দঃ*

রস মখল ১১ গী মনুংদা করুণ (অৱাবা), বিপ্রলম্ভ (কাইনবা), ভয়ানক (অকিবা), বীভৎস (তুক্কচবা) অসিনাচিংবা। অসিগুম্বা রসশিংসি

কাব্য অমদি নাট্যদা হেক লাকপদা, অৱাবগী মঙুত্তা নুঙাইবা ওই। বাফম অসি কদায় ফাওবা চুম্বগে হায়বসি নৈনফম থোকই।

রামায়ণগী ৱাখীদা কৈকেয়ীগী খুজিলদগী রাম্না চহি ১৪ বন চৎখিবা, মচা কাইনবদগী দশরথ মহারাজ শিখিবা, রাবণনা সীতা হুখিবা মরাল লৈজৱবী সীতাবু বন্দা হুন্দোকপা, সীতানা লবকুশগা লোয়ননা বাল্মীকি আশ্রমদা লৈনখিবা, মহাভারত্তা মচিন মনাও মঙাগী অৱানা থল্লবা থৌদোকশিং, মহারাজ হরিশ্চন্দ্রনা বিশ্বমিত্রগী শাপ কিবদগী অৱা-অনা কয়া খাংদুনা শ্মশানগী ঘাটতা অশিবা পোৎলোইবগী থবক তৌখিবা, খন্বা থোইবীগী ৱাখীদা মরাল লৈজৱবা খম্ববু শামু খোংদা যেৎপা অসিনচিংবা অৱাবা, নুঙাইতবা, অকিবা, অশাওবনচিংবা ৱাখীশিংসি সংসারগী চৎনবীদদি মসি তশেংনা অৱাবা হায়বা অদুনি। অদুবু মখোয়শিংসি ড্রামাদা উৎলকপা অমদি কাব্যদা ইবকপা মতমদা, অৱা-অনাগী ড্রামা অমদি লাইবিকশিংসি মীয়াম্না শেল তিংনা লৈদুনা, অমদি শেল তিংনা টিকেট কক্নুনা লীলাশিংসি কবিগীদমক্তা যেংনবিনো অমদি পামনবিবনো ? অৱা-অনাবু শগোয়নবগীদমক্তা কবম্না মতম মাংবা অমদি শেল তিংবা পাম্মুনদ্রিবনো ? মসিমক হংফম থোকপা ৱাফমনি।

ৱাহংশিংসি পাউখুম পীবা তাববদি— অসুম্না খুন্বা তাবে—সংসারগী জীবনদা অৱা-অনা, অকিবা, অশাওবা, নুঙাইতবা অমদি নুঙাইবা, অপেনবা অসিনচিংবশিংনা থল্লবা সংসার অমা লৈ। মদুবু লৌকিক সংসার হায়না খঙনবি। অদুগা মদুগুম্না সংসার অদু নত্তবা অৱা-অনা, অকিবা, নুঙাইবা, অপেনবা পূম্নমকসিবু হেক্তমক নুঙাইহনবা ঙম্বা অতোপ্পা সংসার অমা লৈবা তাবে।

অসিগুম্না অনিশুবা মখলগী সংসারবসিনি অলৌকিক সংসার হায়বসি, স্পর্শমনি হায়বসি মাগা হেক থেংনরবদা লৈবম্না পোৎ পূম্নমক অসি স্পর্শমণি ঙাক্তা ওনবগুম সংসারগী জীবনদা ফংলিবা অৱা-অনাগী থৌদোকশিংসি কাব্য নাট্যগী ক্ষেত্রদা হেক লাকপদা নুঙাইবা ঙহাক্তা ওই, অদুগা হায়না সংসার জীবনগী নুঙাইবা অদুদি কাব্য নাট্যদা লাক্রবা অমুক্তা হেন্না নুঙাইবা হায়বদ ওইজববনি।

মতাংসিদা ঐখোয়গী কবি চাউবগী ৱাফম — ধ্যান তৌবিবা মুণি, লাইতোংলবা মাইবী, কল্পনাদা তাওরিবা কবি, অদুগা নাট্য শালাদা লৈবিবা রসিক (Audience) শিংগী সংসারসিদদি লৌকিককী অৱা-অনা, খুদোংথিবা-অঙকপা, অকিবনচিংবগী মফম লৈতে। ৱাফমসি মতাংসিদা য়াম্লমক ফজনা নৈনবগী খুদম অমা ওই। অসিগুম্বা সংসারদা লৈরিবা মীওইশিংসিগী মফমদদি সংসারগী মপানগী ওইবা ভাবশিং — ঐ নিংথৌনি, মানা লাইরবনি, নঙনা অথিবনি হায়বনচিংবা ৱাখলশিংসিগী মফম লৈতে। পূম্নমকসি মতম অমত্তদা মফম অমত্তদা পুন্না লৈমিন্নদুনা চপ মান্ননা অৱা-অনা য়াওদনা লৈমিন্নে। অদুনা অসিগুম্বা সংসারসিদি স্বর্গগী অমরাবতীদা লৈবদগী হেন্না নুঙাইরবা মোক্ষ ফংলবা মীওইশিংনা নুঙাইবগুম্না, মথা অমুক লৈত্রবা নুঙাইবা হায়বদু ফংলবনি। অসিগুম্বা সংসারসিনি ঐখোয়গী কবি চাউবনা পল্লম্লিবা সংসার অদু ঐখোয়না খংলে সংসারদা নুঙাইবা-অৱাবনা থল্লবা সংসার অমা অদুগা অৱা অনা লৈত্রবা সংসার অমা, অনিসি লৈবি হায়বসি উৎলে।

ৱাফমসি সংস্কৃত নাট্যগী অফাওবা নাট্যকার ভবভূতিনা অসুম্না হায়বম্মি ঃ—

*একো রসঃ করুণ এব নিমিত্তভেদাৎ*
*ভিন্ন পৃথক্ পৃথগিবাশ্রয়তে বিবার্তান্*
*আবর্ত্তবুদবুদ্ তরঙ্গময়ান্ বিকারা*
*নম্ভো যথা সলিলমেবতু তৎসমগ্রম্ ।।*

রস মখল পূম্নমক অসি করুণ (অৱাবা) রস অদুদগী পোকথিবা ওহাক্তনি। খুদমগী মশক ওইনা ঈথক-কোঙ্গোন্নচিংবা পূম্নমকসি ঈশিংগী তোঙান তোঙানবা শক্লোন ওহাক্তনি। পূম্নমকসি ঈশিংদগী ওনথিবা ওহাক্তনি। অদুগুম্না করুণ হায়বা রসসি রস পূম্নমকী পোক্লফম্নি। মথংদা দশরূপক ইবম্বা আচার্য্য ধনিকনা অমুরুসু শনদোক্না হায় — শৃঙ্গারনচিংসা রসশিংসি আনন্দময ওই হায়বসি সত্বঃ সিদ্ধ ওইবা ৱাফম্নি। মদুগা লোযননা করুণনাচিংবা রসশিংসিসু আনন্দময় ওই হায়বসিসু য়েৎনফম লৈতনা চুম্লবা বার্ফম্নি। কাব্যগী করুণ রসসি লৌকিক্ক করুণ অদু নত্তে। অদুনা সামাজিক (Audience) শিংনা বামাযন্নচিংবা করুণ রসদা প্রধান ওইবা কাব্য পাবা

পান্নরিবনি। কাব্য নত্ত্রগা নাট্যগী রসদগী পোক্নকপা পী অদু অন্নাবগী পী নত্তে নুঙাইবগী পীনি।

লৌকিককী মীংয়েংদা অমুকসু য়েংসি রতিঙ্গম (স্ত্রী সঙ্গম) তৌবা মতমদা নিপানা নুপীগী চিন্নানবু চিকপা, খুজিন্না থরক শিকপনচিংবসি লৌকিকতদি অন্নাবা অমদি অনাবনি। অদুবু সঙ্গমগী মতমদা অন্না-অনাশিং অদুনা অন্নাবগী মহুত্তা নুঙাইবগী ঈনোং হাপকত্তুনা হেন্নদুম নুঙাইহল্লি। মতৌ অসুম্না কাব্য নত্ত্রগা নাট্যদা হেক লাকপদা লৌকিক দুঃখঃ পুন্নমক অদু সুখ হেক্তা ওল্লি।

সাহিত্যদর্পণকারনা শেংনমক উৎলি মদুদি অন্নাবসি লৌকিককী অন্নাবা অমসুং কাব্য নাট্যগী অন্নাবা অদুবুনা লৌকিকনি হায়দুনা অনিগী খেন্নবনি তাক্লি।

করুণ রসসি আনন্দময় ওই হায়রবদি রামচন্দ্র অমদি মহারাজ হরিশ্চন্দ্র অসিনচিংবগী চরিত্র য়েংবা অমদি তাবদগী সামজিকশিংগী মিত্তগী করম্না পী তারকপা ? ন্নাফমসিদা বিশ্বনাথনা শেংদোক্লদুনা হায়ঃ—

*অশ্রুপাতাদয়স্তদ্বদ্ দ্রুতত্বাচ্চেতসো মতাঃ।*

সংসারগী চৎনরিবা থম্মোই কায়নবগী মশক ওইরবা দৃশ্য য়েংবা অমদি তাবদগী মীশিংগী থম্মোই মহি চেল্লি অমসুং মখোয়গী থম্মোইদগী অন্নাবগী পী চেম্থরকই, অদুবু কাব্য নত্ত্রগা নাট্যদা য়াওরিবা করুণনচিংবা দৃশ্যশিংদু য়েংবা নত্ত্রগা তাবদগী সামাজিক (Audience) শিংগী থম্মোই মহি চেল্লি অমসুং মখোয়গী মিত্তগী নুঙাইবগী ঈচেল অদুনা পী ওইদুনা চেম্থরকখি। অদুবু পী অনিসি য়াম্না মক খেন্নে— অমনা অশেংবা অন্নাবগী পীনি, অদুগা অতোপ্পা অমনা নুঙাইবগী পীনি।

সাহিত্যদর্পণকার আচার্য্য বিশ্বনাথনা লৌকিক দুঃখ দগী অলৌকিক সুখ ওইরক্পগী মরমদা অহুমশুবা পরিচ্ছেদদা শেংদোক্লি—

*তথা রামায়ণাদীনাং ভবিতা দুঃ খহেতুতা।*
*হেতুত্বং শোকহর্ষাদের্গ তেভ্যো লোকসংশ্রয়াৎ। ৬*
*শোকহর্ষাদয়ো লোকে জায়ন্তাং নাম লৌকিকঃ।*
*অলৌকিক বিভাবত্বং প্রাপ্তেভ্যঃ কাব্যসংশ্রয়াৎ। ৭*

দশরথ নিংথৌনা মচা রাম কাইনবা, রামনা বাজ্য থাদোক্লুনা বন চৎপা, সীতা হুখিবনচিংবা দৃশ্যশিংসি অৱাবা পোকপা (করুণ) গী মবমশিংনি অদুবু করম্না অৱাবগী পোক্লফম ওইরিবা করুণ বসনা করম্না সুখ ওইগদৌরিবনো ? ৱাফমসি শেংদোক্লদুনা তাক্লি — অৱা-অনা, হৰাও-তম্নাস্বনচিংবা সংসাবদা ফংলিবসিনা মবম ওইদুনা লৌকিক সংসাবগী জীবনদা অনাশিংদু কাব্য নত্তগা নাট্যদা বর্ণন তৌবগী মরম ওইবক্লবদা, সামাজিক (Audience) শিংগী থম্মোইগী অৱা-অনাশিংদু পোক্লকই, অদুবু মদুনা অৱাবদি ওইদদুনা নুঙাইহল্লি। লমদা লাকপা অৱা-অনাগা অনীসি খেন্নরে হায়বসি শেংনা উৎলি।

অদুনা অবোয়বদা খণ্ডলে সংসাবগী পুন্সিদা লৈবিবা অৱা-অনাসি কাব্য নত্তগা নাট্যগী লমদা হেক লাকপদা নুঙাইবা হায়বদু ওই। লৌকিক সংসাবগী অৱা-নুঙাই অমসুং অলৌকিক সংসাবগী অৱা-নুঙাই য়াম্নমক খেন্নবে। মমৈদা কাব্য-নাট্যগী সংসাবদি ঐখোযগী হিংলিবা সংসাবদগী তোপ তোপ্পা নুঙাইবতনা থল্লবা সংসাবনি।



## মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং ঃ

**সংস্কৃতঃ**

নাট্যশস্ত্র — ভরত।

কাব্যালঙ্কার — ভামহ।

কাব্যাদর্শ — দণ্ডী।

সরস্বতী কণ্ঠাভরণ — ভোজদেব।

দশরূপক তথা অবলোক — ধনঞ্জয় তথা ধনিকা।

ধ্বন্যালোক — আনন্দবর্ধন।

ধ্বন্যালোকলোচন — অভিনবগুপ্ত।

চিত্রমীমাংসা — অপ্পযদীক্ষিত।

বক্রোক্তজীবিতম্ — কুন্তক।

কাব্যলঙ্কারসূত্রবৃত্তি — বামন।

ঔচিত্যবিচারচর্চ্চা — ক্ষেমেন্দ্র ।

কাব্যপ্রকাশ — মম্মট।

চন্দ্রালোক — পীযুষবর্ষী জয়দেব।

সাহিত্যদর্পণ — বিশ্বনাথ।

রসগঙ্গাধর — জগন্নাথ।

অগ্নিপুরাণ — ব্যাস।

কবিকণ্ঠাভরণ — ক্ষেমেন্দ্র।

নিরুক্ত — যাস্ক।

বাক্যপদীয় — ভর্তৃহরি।

অষ্টাধ্যায়ী — পাণিনি।

মহাভাষ্য — পতঞ্জলি।

লঘুমঞ্জুষা — নাগেশভট্ট।

**হিন্দী ঃ**

সংস্কৃত সাহিত্য ইতিহাস — বলদেব উপধ্যায়।

সংস্কৃত সাহিত্যকা সমীক্ষাত্মক ইতিহাস — কপিলদেব দ্বিবেদী।

ব্যাকরণ শাস্ত্রকা ইতিহাস — যুধিষ্ঠির মীমাংসক।

ভারতীয় সাহিত্য শাস্ত্র — বলদেব উপধ্যায়।

ভারতীয় কাব্য শাস্ত্রগী পরম্পরা — নগেন্দ্র।

ভারতীয সাহিত্য শাস্ত্র ঔর কাব্যলঙ্কার — ব্যাস ভোলাশঙ্কার।

অলঙ্কার অনুসীলন — হীরা, রাজবংশরায়।

সাহিত্য বিবেচন — ক্ষেমচন্দ্র "সুমন"।

ভাষা বিজ্ঞান — ডাঃ কর্ণ সিং।

বৈষ্ণওব সাহিত্যকা ইতিহাস — বলদেব উপধ্যায।

মণিপুরী ঃন

শ্রীমদ্ভগাবত —শ্রীঅতোম্বাপু শর্ম্মা

রাসপঞ্চাধ্যায় — সূরচন্দ শর্ম্মা

উজ্জলনীলমনি — সূরচন্দ শর্ম্মা

চৈতন্যচরিত্রামৃত — নিঙোম্বম তোম্বা।

বৈষ্ণওবপদাবলী — শীতলজীৎ।

**ইংরাজীঃ**

History of Sanskrit Poetics – P.V. Kane

History of Classical Sanskrit Literature

– M. Krishnamachariar

History of Sanskrit Poetics Vol. I-II.

History of Indian Literature – Winterniz.

History of Sanskrit Literature – A.A. Macdonell.

Out lines of

Sanskrit Poetice – G. VIJAYAVARDHANA



# মহাকবি কালিদাসগী অফাওবা নাটক অভিজ্ঞান শকুন্তলম্ নৈনবা

ডাঃ এসঃ ইবোমচা শর্ম্মা
এম, এ, সংস্কৃত, মণিপুরী,
পিঃ এচঃ ডিঃ, বসাসিয়েট
প্রোফেসর, মণিপুরী বিভাগ, কাঞ্চীপুর

কবি শাগেগী কোকথক্কীত মণি ওইরবা মহাকবি কলিদাসগী খ্বাইদগী ফাওরবা নাটক অভিজ্ঞান শকুন্তলম্ অসি ভারতকী পণ্ডিত চা কয়ানা মতম কয়াদগী মাইকৈ কয়াদগী নৈনবা হৌখ্রে। অদুগা ভারতকী প্রান্তীয় ভাষাশিং (Regional Languages) দসু মাগী মাগী মমালোলদা য়াম্না কুপ্না নৈনখ্রে। ভাবতদসু নত্তনা পৃথিবীগী মরু ওইবা লোলশিংদসু ড্রামাসিগী মরমদা নৈনদুনা লৈখ্রবনি।

হৌজিক মতাংসিদা ঐনা নৈনজগদৌরিবসি মণিপুরী সাহিত্যদা ইশানা হকথেংননা থেংনজরকপা ৱাফম খবদং লৌখৎচবনি। ঐনা নৈনজগদবা হীরমদি ঃ–

*(ক) নাটককী মিংথোল।*

*(খ) জর্ম্মণ স্কোলার গেটেগী ৱাকম*

*(গ) কাব্যেষু নাটকং রম্যং, তত্রাপিচ অভিজ্ঞান সাকুন্তলম্।*

## (ক) নাটককী মিংথোল ঃ–

অহানবদা মণিপুরদা ঐনা ওঝা অমা ওইনা থেংনজবদা মহাকবি কালিদাসগী অভিজ্ঞান শকুন্তলম্ নাটক অসিগী অনুবাদ লাইরিকসি বি, এ, অমসুং এম, এ, মণিপুরী লোলগী Syllabus তা মাওদুনা লাকখি, অদুবু অৱাবা অমনা তম্নুরিবা ছাত্রশিং, অমদি মদু নৈনরে হায়বা ওঝাশিং ফাওবসু মহাকবি কালিদাসগী অফাওবা নাটককী মমিং করি কৌবগে?

হৎবদা শকুন্তলা কৌই, হায়না হেক্তা খুম্মি। পাউখুমদু তাবদা নাটকসি কৃপ্পা নৈনজৰুবা ঐৱোন্দদি য়াম্নমক পেন্দবা অমা ফাওজে। মবমদি কালিদাসনা পমজনা কৌজনীংবদি অভিজ্ঞান শকুন্তলম্ হায়বসিনি। মহাকবিনা মিংথোলসি য়াম্না কৃপ্পা খল্লবা তুংদা থোল্লম্বনি।

মবমদি মহাকবিনা মাগী নাটকসিগী মমিংদা অভিজ্ঞান ৱাহৈ অমা শাগোন্ননা হাপ্লম্বসি ময়াম্না য়াম্নমক খম্বা য়ৌদবগুম তৌই।

*অহানবদা ৱাফমসি হান্না শেংদোকচনীংই :—* মহাকবিসিনা মাগী মতমগী মমাংদা লৈবম্বা ভাবতকী মৰুওইবা মহাকাব্য :— ৰামাযণ অমসুং মহাভাবত য়াম্না কৃপ্পা নৈনবম্মি, হায়বসি মাগী নাটকদা শেঙনা উংলি।

নাটককী ৱাবী পবিং (Theme) অসি মহাভাবতকী আদি পর্বগী অধ্যায় ৬৯ দা ৭৪ ফাওদগী লৌখৎলি। মদুদা কবিনা মাগী কল্পনাগী পাম্বৈনা ৱাবীমতেক কয়া হাপচিল্লি।

অদুগা মিংথোলদা যাওবিবা অভিজ্ঞান হাযবা ৱাহৈ অসিনা ৰামাযণ (বাল্মীকি) গী সুন্দব কাণ্ডগী মতাংদা সীতাগী থোঙ্গুল লিবা লাকপদা হনুমাননা মবেম্মা সীতা থেংনবগা, সীতানা মবুঙো বামচন্দ্রদা মাগা থেংনকই হাযবসি খঙহন্নবা হনুমানগী মফমদা বাম্না খঙবা সবর্ণমুদ্রিকাদু লৌথোক্লগা হনুমানদা পীখি। মদুনা মবম ওইদুনা বামচন্দ্রনা মাবু (সীতাবু) শোযদনা নীংশিংলক্কনি হাযবসি থাজখি। বামাযণ সুন্দব কাণ্ডগী মতাং অমত্তং —

*অভিজ্ঞানং প্রযচ্ছ, ত্বং জানীয়াৎ ৱাঘবো যতঃ*

অসিগুম্বা অভিজ্ঞান (শক্তাক পোৎ) (খুদোপ) হাযবা ৱাহৈসিমদা ইকায কায়দনা লৌবগা মাগী নাটককী মিংথোন্দা হাপচীন্দুনা থোযদোক্লা নাটককী মগুণ হেনগৎহল্লম্মি। দুষ্যন্তনা দুর্বাসাগী শাপ্তগী নিংথৌকোন্দা শকুন্তলা থিল্লকপদা খুদোপ অদু শচী তীর্থ লাল্লকপদা মখুত্তগী নাম্থদুনা ঈশিংদা তাখি। মাদু য়াওদবদগী দুষ্যন্তনা শকুন্তলাবু লৌশীনবা ঙমখিদে। মমৈদা ঙা ফাবা দুমদগী ঙা (বৌ) ফাবদা খুদোপ ফংলক্কুনা নিংথৌদা পীকবদগী মবাল লৈতনা কাওথোকপীখ্রবী শকুন্তলাবু নীংশিংলক্কুনা থিবা হৌবকখি। মমৈদা স্বর্গদগী হল্লকপা লম্বীদা (হিমালয়দা) কাশ্যপমুণিগী আশ্রমদা শকুন্তলা অমসুং মচা সর্বদমনগা থেঙ্গনদুনা ময়ুম কোনুংদা পুরকখি।

অদুনা অভিজ্ঞান শকুন্তলম্‌গী অর্থদি অভিজ্ঞান (খুদোপ) না নীংশিংহল্লবী শকুন্তলা হায়রগা অভিজ্ঞান শকুন্তলা, অভিজ্ঞান শকুন্তলাদা Depend তৌরগা হৈবিবা নাটকপু অভিজ্ঞান শকুন্তলম্ অভিজ্ঞনেন স্মৃতা শকুন্তলা, ইতি—অভিজ্ঞান শকুন্তলা, তাং অধিকৃত্য কৃতং তৎ নাটকম্ ইতি অভিজ্ঞান শকুন্তলম থোকখি। (মসিনি সংস্কৃতকী সমাস, অমসুং তাদ্ধিত প্রত্যয় তৌরগা থোকপনি।

অদুনা কালিদাসনা বামায়ণ নৈনরুবগী মহৈ ওইনা মাগী মাটককী মিংথোল্দা অভিজ্ঞান (খুদোপ) কী মফমসি য়াম্না মরূওইনা থনল্লিবসিনি। লোয়ননা নীংশিংবা যাবদি শকুন্তলাগী মখুত্তগী খুদোপ মাংখিবদগী মাগী মবুঙোনা মাবু কাওথোকপীখি। মথংদা মাদু অমুক ফংবদগী অমুক হন্না উন্নবা ফংখি। অদুনা খুদোপকী ৱারী অসি অভিজ্ঞান শকুন্তলম্” দা অচৌবা মফম অমা কন্দুনা লাকখি। অদুনা ঐখোয়না কালিদাসগী অফাওবা নাটককী মমিং কবি কৌবগে? হায়না হংলবদি, মাদুগী পাউখুমদা অভিজ্ঞান শকুন্তলম্ কৌই, হায়না খুল্লবতদা, কালিদাসগী অপাম্বা পান্দম অদু মপুং ফারে হায়না লৌবা য়ারে। নত্তবদি শুধা “শকুন্তলা” কৌইতা হায়বা তারবদি, পাউখুম মতীক চাদ্রে হায়না লৌবা তায়। অদুনা কালিদাসগী অফাওবা নাটককী মমিং *“অভিজ্ঞান শকুন্তলম্”* কৌই হায়না খুমসি।

## (খ) জর্মণ কোলার গেটেগী ৱাফম ঃ—

*মর্ত-স্বর্গ অনীবু*
*খাৱাং য়েংনীংবা লৈরবদি*
*ফংগনি অভিজ্ঞান শকুন্তলম্‌দা*

*মথক্কী গেটেগী ৱাফমসি ভারতীয় সংস্কৃতিগী য়ুমফম ওইবা ৱাফম্নি ঃ—* লৈদগীসু হেন্না থোৎপা অদুগা বজ্রদগীসু হেন্না কন্‌বা থম্মোই, চেল্লবতদা মীওইবনা লায়গী থাক্তা চৎবা ঙম্মি। লোযননা কথোকপা, নুংশিচাওবা, চঙজরক্লববু লৌশীনবীবা, অসিগুম্বা গুণশিংসি মহাকবি কালিদাসগী নাযিকা শকুন্তলাদা হাপ্পুনা অচম্বী নুপীমচা আশ্রমবাসিনী অমবু লাযরৈবাক্কী লায়গী শক্তম ওইহনবা ঙমখি। খুদম ঃ— নাটকসিগী অহানবা, অনীশুবা, অহুমশুবা মরীশুবা অক্কদা, অচম্বী শকুন্তলানা, মঙাশুবা অমসুং তরুকশুবা অক্কদ

মপুরোইবনা তাহোকপীরকপদগী অকনবা থম্মোইগা লোয়ননা মাবু পোকপী মমানা মীনম শন্নম তাদ্রবা থাপ্লবা হিলালয় চীংথক্তা লৈবা কাশ্যপমুণিগী আশ্রমদা-থমদুনা মচা সর্বদনগা লোয়ননা অবা-অনা কয়া খাংখিবা, অদুগা ৭ শুবা অঙ্কদা দুষ্যন্ত লাকুনা মাবু লৌসীনখিবা মমৈথংদা লাপ্লবী শকুন্তলানা বাজমহিষী (মহাবাণী) ওইদুনা, পুন্সি লেনখি। মতুংদা বাজা দুষ্যন্তগা লোয়ননা মচানুপা ভরতদা বাজ্য ভাব শীন্নবন্নগা বানপ্রস্থী ওইনা পুন্সিগী অবোইবা শকক অদু নুঙাইনা আশ্রমদা লেনখি।

মসিনি ভাবতীয় সংস্কৃতিগী সত্যমেব জযতে, যথা ধর্ম্ম, তথা জয়, হাযবদি, অচুম্বনা জয় ওই হাযবদুদা পোলোয় ওইদুনা নাটক অসি লোয়শীনখি। অদুনা জর্ম্মণ পাণ্ডিত গেটেগী বাফমসি অভিজ্ঞান শকুন্তলম নৈনবদা, খ্বায়দগী মকওইবা ভাবতীয় সংস্কৃতিগী যুমফমবু পুখৎলগা লৈনবম্বা বাফম্নি। অদুনা মর্ত্ত্য অমসুং স্বর্গ অনীমক্কী ফজববা শক্তম অদু পুবিবী নাযিকা শকুন্তলাগী মফমদা ফজবা গুনশিং যাওবসিনি গেটেনা শীংথানবম্বনি।

## (গ) কাব্যেষু নাটকং রম্যং, তত্রচাভিজ্ঞান শকুন্তলম্, তত্রাপ্যঙ্ক স্তুরীয়স্তু তত্র শ্লোক চতুষ্টয়ম্ ।।

অথ ঃ— কাব্যগী মখলশিংগী মনুংদা নাটকনা অথোইবনি। নাটকশিংগী মনুংদসু অভিজ্ঞান শকুন্তলংনা অহেনবনি। অভিজ্ঞান শকুন্তলম্‌গী মনুংদসু মবীশুবা অঙ্কনা অথোইবনি, মদুগী মনুংদসু মখাদা লৌখৎলীবা শ্লোক মবী অসিনমুক অথোইবনি। মখাদা পীজবিবা ৪ শুবা অঙ্কগী শ্লোকশিংসি মণিপুবী লোলদা পণ্ডিত ব্রজবিহাবী শর্ম্মনা অনুবাদ তৌবা অভিজ্ঞান শকুন্তলম্‌গী মতুংইন্না লৌখৎচবনি ঃ—

(১) কণ্বঃ— (ব্রাথল তৌরগা)

*ঙসি ঈচান চৎপ্রগনি খন্নবদা পুক্নিং তথকই,*
*তাবকপা পি খিংদুনা মহোৎনৈ, লাকুনা থৌরীদা মথৎলৈ।*
*পোৎকী মপুক খঙলক্লে মাগী ব্রাথলমক্তনা ঐ মরুবু অসি য়ৌববদি,*
*যুবালবশিংগী করম তৌবা ৪।৮*

(২) কুলগী থৌরবা মতোমা তিনবদা তৎলব মচীন্দ,

ইঙুদী থাউ উন্দায়নবা হাপ্লিথি নঙনা মখোয়দা
শ্যামক খুদাপ ইন্দুনা মচাগুম্বা য়োকথিব
শজি মচাসিনা নঙগী নখোঙ ফাববে॥ ৪।১৬

(৩) কম্ব:— ঈবেম্মা, কপকনু, তপথৌ, নমাওদা লম্বী য়েঙ্ঙু।

| | |
|---|---|
| ব্রাংলব পাদ | পক্লিব পিরাংনা |
| মিংকী মিংলম | থংখীদুনা। |
| পোংকী পোংশক | খঙখীদ্রে |
| পুক্লিং তপ্পা | ফারগা |
| থাম্মু মিংকী | পিরাংবু |
| অতোঙ অকুৎ | উদরে, |

খোঙথাং চুমদ্রে ইবেম্মা ৪।১৭

(৪) কম্ব :— ঈপাগী ঈবেম্মা !

পুম্নপ পুম্নপ পৃথিবীগী কুইন লোম্নবী ওইরগা
দুখক্তগী লম্বা লৈতবা মপারি অমা ফংলগা
লৈবাক ডাকপগী থৌদাংবু মঙোন্দা শীম্নরগা
অরান খুভম তাম্নবা নপুরোইবগা লাক্লনি॥ ৪।২২

